# পোলোয় অহুদদি

## অহানবা

নিংথমথাগী য়াওথাংনবা লৈচিলনা কুপশিল্লকপদা মশেল-মরাং ওইনা উৎরিবা য়ুম অহুগী অকোয়বদা হৌরিবা লিরবা মনা পুংলবা উপালশিংগী মমি অহুনা অমুক্তা হেন্না ইথোল অহু মন্না উহল্লি। মতম অমদা মখিং চৎনা, থুল অসিগী মচিল চৎপা গোপালস্নানি। হায়নৈ অনিশুবা নিংথৌনি। নিংথৌ হাক্তুগী শম্বরকপনা হৌজিকসু মহুগী মমি তারি।

অমত্তা পোকচবা মনিন্না পুন্সি চেঙজেল তেল্লকপনবা গুন্না মপাবুং-দগী হান্না তাইবংপাল থাদোকখ্রে। গোপালস্নানা সুমিৎ-থাওম য়েংজরবা মগুন্নপা উমেশ কুমারবু অরাংপা মশক খঙহন্দনা য়োক্লকখি। গোপালস্না লৈখিত্রবা মতুংদা লৈমগী অরাংপা মশক খঙলকখি। উমেশ কুমারবু চাউননবা মী অমা ওইনবা শেম্নকপা, সম্পত্তি ময়াম অসিগী ভাকশেমবা লৌয়না থোকখিদে। অহুবু হৈ-শিংনা হোৎনত্তুনা অহল-লম্মা থম্বীরম্বা লন-থুম ময়ামহু কায়দনা লৈবি। হোৎলক্লিবা ফিভম হায়রবু ইথোলহুদা য়ুম অনি শুরকপা অহুংনি।

চাওরবা ইথোল অহুদা মমা-মচাদং লৈবহু সুংঙাইতহুনা থবক্তুগী রিটায়ার্ড তৌরবা ধনচন্দ্রদা শক্লক থরা য়োম্থোকপনি। পুকচেল-খোইজেল ভিন্নরুবনরা করিনো ইমুং অনি অসি মত য়ায়া ভিদ্রৈ। রাণীসু মপুরোইবা নীংবী হৌন-লোনচৎ খঙবী সুপীনি। মচানুপা য়াওদবগী পেন্দবা লৈরবসু মচানুপী রোমীতা উরগদি হেক কাউথোকচে।

চিঠিদা মমানা ইরকপদগী খণ্ডলবস্থু য়ুম ইথোলগী ক্বিভর অম্মুয়া হোংলয়গনি হায়বদি খাজরুদে। কয়াম কুইনা মীয়মদা লৈরুরবগে হায়বা মপুং ফারমবা হৈপাল-লৈপালনা শাথিনি। মহৌশানা মীয়োল লৈতবা উমেশকী ইমুংনি। গাড়ী থারকই-থারক্লে হায়বগী অমুক ঙাইনবা তৌরুনা মতোমতা য়ুমদা থুংলরে। লমদা চৎলুবগী য়ুম চংলকপদা মৈ-মুং ঙকপা লৈয়না থরায় য়াওনা তৌজরবস্থু উমেশতদি মসিগী খেন্নবা করিস্থু লৈতে। অপনবা লৈতনা ইমুংদা থুনা পরপ-পরপ চংলকই। চাকখুমদা হায়ফেৎ চেপখহুনা য়েংলম্লগা মাগী কাদা চংগ্রে। থুনা অমুক খোরক্লুনা চাকখুমদা চা লোয়্লিবী শাস্তিগী মম্নিং তুংদগী তপ্না খুমজিল্লকই। খঙহৌদনা মিং খুমজিল্লকপা অহুদা পাখৎনা খুৎ অহু লৌথোক্লবা কম্না হোংনরকই। লুম্না ঈং ঈং লাওরবা খুৎ অহুনা থেংলকপা অহুদা হকচাং পুম্বা তু চুংখি। রোমীতাগী পুন্সিদদি অহানবনি।

উমেশ মহৌশাগা মাম্নদবা মতৌ অহুদা ঙক্লপা থুনা খুমলিবা খুৎ অহু থাদোক্লে। ঙক্লপা লৈহুনা য়েংলকপদা রোমীতাগী মীৎয়েংগা উমেশকী মীৎকা মীৎচায়খি। শাস্তিনি খন্না মহৌশাগী কোয়নদবা মতৌ অহু উৎলুবনি। মশক খঙদবী মুপী অম্না মকম অসিদা লৈরমগনি হায়বদি করম্না খন্থরুগনি। তঞ্জা অসিদা লৈম্মাস্থু পুজা লোয়্নরহুনা কাদগী খোরক্লে। মচামুপা উবদা ঙক্লা হায়রকই, "হাইমা! নঙদি নতোমতা লাক্লবরা?" গাড়ী থাখিবহুদি? মৈ-মুংকা অমত্তা ওক্তনা চংলক্লবনিনে।

হৌজিক্কুদা উমেশ জ্ঞান ভারকই। "ঐগদি খেংনদে, কয়াম কুইরবা জাৎনা?

"শান্তিহু হায়া লৌবীরু অহুগা হল্লপকপদা নঙস্থু খরা ঙকপীরকউ হায়হুনা য়াইমহু থাখিবনিনে। গাড়ী য়াদহুনা লম্বীদা লৈরবজাংলনে?" অহুগা রোমীতাদা হায়রকই, রোমীতা, নঙগী য়াম্মুংনি। হৌজিক্লা রোমীতাস্থু মোমোন নোক্লুনা পাওখুম পী। মমানা উমেশতা, নঙগী পাবুং ধনচন্দ্রগী মচামুপীনি। মী অমত্তা লৈতবহুদা মহাক্লা লাক্লুনা চা

লোনবীয়রিবনি। উমেশ হৌজাইরপ তৌনা হায়রকেং য়েংলকই। গাড়ী লাকুনা শুমাংদা থৌজিন্নরে। শান্তিস্মু য়াওরে। মহৌশানা লাংবা পামজবীনি। নৈমা, রোমীতা শান্তিগী মনাক্তা চংশিনখ্রে। ঙসাই-মথৈ য়াহৈ অমা অনিথক তাংনা ঙাংনরম্মহু হৌজিক্তি শান্তিগী খোজেলতনা ইনিল নিলখ্রে। অহুবু উমেশতি চাকথুম্নাং অসিদা হেলোই অতোপ্পী ওক্লবগা চপ মান্নখ্রে। য়া-লান ঙাংদনা তুম্মিন্না লেপ্পুনা নৈহৌরে।



## অনিশুবা

মুমিদাংবাইরম রাজেন লাকুনা মখোয় অনি কোয়থোকপা চৎখ্রে। উমেশনা হায়রকই, "ঙসিদি ওম্মোক্লা ইকায়বা অমা তৌরে।"

"জ্ঞান তাবা শাবা মীমু ইকায়বা নংনত্রবনে?"

"ঙসিগী অমুম্না চোপ্পা থবক্তি ঐ পুন্সিদা অমুক্তা থেংনখিদ্রি। ঐদি শান্তি ওইরবোই নিংতুনা, লক্লগে হায়তুনা রোমীতাগী মমীংতু খুমজিল্লুরে। ইস! ইকায়বনা — — ॥

রাজেন্না থিক থিক নোক্লতুনা, তৌনিনে। য়া য়াম্না ঙাংগন্নবগীমু চোপ্পা অতুম নংবনি।

"নঙদি নোক্লিবা — ঐ তৌফম অমা থঙখিন্নবনি।"

"নোক্তদি? কপ্পা হায়রিবরো?"

"অদো — —। উমেশকী মওংতু রোমীতাগী মরমদা খরা হংনিংবা মাল্লি। মতৌহুদা রাজেন্না হায়রকই, নোংমা ঐগমু য়ারী শান্নতুনা শক খঙনখ্রে। য়াম্না চম্বা মাল্লি। 'মাস মেডিয়াগী' ত্রেনিং লোইরে হায়। অতুপা সোসিয়েল রার্করমুনি।"

"ও, য়েংবদা য়াম্না মমিৎ-মনা শিংবা মাল্লিনে। অহুনিদনা।"

"নঙগা অমুক্তা ৱারী শানৌদনা। নঙনকা ওমগনি হায়নগদি খল্লুম্। ঙাংথোক-শক্তোকন্নকপদা মীনা মুংশিবা মীবু ওম্বগী মগুণ অমদি য়াওবনি।"

"য়াম্না থাগৎখ্রেদা। অমুক্তং ৱারী শামতুনা য়েংবা তারেদনা। ঐঙোন্দা মরৈ য়েৎতুনা ঙাংবা ওম্নবদি — — ।।

"করিগুম্বা মহু ওম্নবদি ঐনা হায়বা চুমলেদনা। অহু ওইরবদি মহাক অচম্বা মুপী নত্তেদনা।"

"অহু ওইরবদি ঐ মায়থিরে হারবা য়াজবা তারেদনা।"

"মুম্না অমুক্তা খন্তখোদা— —। শককফমহুগী মমাংদা থৌনা হন-খিহুনা মুপামচাগী নগুণ হন্থজগনি।"

"মুপীগী শক্তা ঙাওবা মুপাবু মুপারনে? ঐবু অহুগুম্বা মানব্রনে?"

"কনানা খঙনি। মীওইবগী পুক্নিংদি অরেপ্পা লৈতেদনা।"

"থাজরুম্। ঐ নঙগী মরুপ উমেশনি।"

"অহুবু রোমীতাহু ফদি-ফজবনিদা—। নঙবু ফজদ্রনে?"

"ফজবা হায়বহু করম্না তৌবগে মহু হায়া অমুক্তা ঐঙোন্দা হায়খো। অহুগা পাওখুম কোম্না পীগে।

"মসিনি হায়না ফজবগী অরেপ্পা হায়বদি লুনা থোকনি। অহুবু ঐগী মেত্রি, ঐগী মীৎনা উরুবদা থম্মোয়দা তিং লাওনা ফাওবা হম্না হম্না য়েংনিংবা পোকপা অদো ফজবনি হায়নিংই।"

"অহুম্না উরুবদা থম্মোয়দা ফাওরবদি মুংশিবনি হায়না লৌবদি লাল্লগদ্রা?"

"অহুনা মী-মীগী মীৎয়েং অহুগী মথা পোনগনি। হায়রিবসিবু নঙম্ন অহুম্না ফাওরুবকা খাঙগদ্রনে? ৱাজেম্না কাগী ওইনা হংলক-খিবনি।"

"অহুগী নত্তেদা।" হায়রপ নোকখিবহু ইকাইবগী মমি অমদি লোয়নখি। ৱারীসি লোয়শিল্লসি।

রাজেন্না খঙনিং নিংশিংলকপগী মওংদা হায়রকই— নঙোন্দা রা অমা তম্নগে খনবনি কাউরুরে। ঙরাংদু নঙগী থায়নগী উমাদু মপু-রোইবগী কার নাকন্দুদা ফম্লদুনা কয়া লেম্লদি চৎখ্রে। ঐ খাজদনা ঙক্লা য়েংলগা লেপহৌবনি।

"হোয়দা, মাদা মুংঙাইজসন্নু। ঐনা মতম চানা লাক্লুনা মাগী নিংবা থুংহনবা ঙমখিদ্রে।"

"মতমদুদদি নঙগী পরীক্ষা খজিক্তা ঙাইখিবননি। নঙনা লৌখিবা খোঙথাং অদু ঐদি লান্দে হায়না লৌই।

"অদুবু মহাক্নদি ঐবু মী ওইনদি লৌরম্লোই। মতম অদুগী প্রোব্লেমদু নঙসু খন্দুনা য়েংঙু্ন। ঐ মীচেন ওইবা তাখিবনি।"

"ইমাশিগী দি নঙ নত্তোমভনি। ইমাশিগীদমক নঙগী মুংশিবদু থাদোকপা তাবনি। নঙগীদি তুংগী আশা শাগৎতুনা ইমাশিনা থম-লিবনি।"

"অদুবু রাজেন, পাও অমতং ফাওদোক্নবগী তঞ্জা অদু ফাওবা ফংখিদ্রেদনা। মদুগীদমক ঐ নিংঙমদবদি ফাওই।"

"ঐনা চুন্না সুম তম্বগী রানি, খল্লুরম্নু। মপুরোইবনদি লূনা তৌই হায়না তাই।"

"মদো খ্বাইদগী নুংঙাইবা পাওনি। মহাক মোমোন নোক্লা অরাবা মশক খঙদনা পানবা ওইসন্নু।"

ফনা থেংজিল্লক্লে। কংলা পার্কি স্ট্রিট লেম্প থাংগৎসক্লে। রেষ্টু-রেন্টগী কোফি অশাবা অমমম থক্লগা থোরক্লে।



## অহুমশুবা

লৈমগী থবক য়াম্না চিল্লি। আশ্রম অমা শাবগী চাওরবা থৌদাং অসিদা ঙাইহাক্তা পোত্থাবা শংজদে। কুইরবনি অসুম্না আশ্রম অমা শাগে থল্লক্লিবা, উমেশনা পীক্লিঙৈ মচাগীদমক করিদা শোয়খিগদগে হায়না শেম্নরিঙৈদা শোমদা পুক্লিং, রাখল কায়থোকলুবা ঙমখিদে। হৌজিক্তি উমেশসু মহৈ-মশিং তম্বা লোইশিল্লক্লে। মশাগী ফিরেপ মশানা লৌজবা ঙমলে মমাগী থৌদাংসু থর মখৈদি হন্থরক্লে। কেজ-মৌজবা পাম্বী লৈমনি, লুপ্তাবীমক ওইরমগ্রবদি শেৎ-চাবা কে মৌবদা মনিং তমজনিং-বনি। তৌথোরকপদা পকচগনবী মীনা মতৌ তমজনিংবা মীতানি। লৈরাং অমতং চিল্লকই পকচৈদা হায়নবী মায়থোংনি। শেৎলক-চারকপা ফিরোলসু অমনবা ওইরবসু মচু তানা লংবীনি। তৌগে নিংশ্রবদি থবক ওইনা পাংথোক্লনা তোক্লবীনি। মচা থুয়োক্লা লিচৎ শাজত্তা মীনা রাহৈ অমা হায়গদবা হঙ্গোয়নৈ। মহাক্কী মওং-মতৌ অসিনা লুপ্রাবী ওইরবসু মীগী মীৎয়েং চংদনা ঢিংবা ঙম্মিবনি।

ধনচন্দ্র লাক্লুনা অফ-ফত্ত তান্নরম্লগা হনখিবদা ঙাইরি। লৈমগী অফ-ফত্ত তান্নফম হায়ববু ধনচন্দ্র অমদি মাগী মুপী রাণীনি। উমেশ হল্লক্লুনা গোরেজদা গাড়ী থম্লগা মাগী কাদা ফি হোংলি। শান্তি চংলক্লুনা হায়রকই।

"কদায় য়ৌরুরে য়াম্মুং?"

"অখায় ফাওবতংনি। শম্না খুম্মী।"

"এহ! অহুগা অসুক থেংনা হল্লক্লিবা করিগীনো?"

"নঙগী নথৌ করি লৈবগে?"

"লৈহুনা হংলিবনি।" থরা কত্তক্লা খুম্মী।

উমেশনা তপথরহুনা হংলকই, "করি এঙ্গাং থোংই!"

"চাক থোংবীনবা কনা লৈবগে? এহাং-কাস্থ হংলিনে।"

উমেশতু শান্তিগী য়াঙাংছ খঙই। নোকফেৎ ভোরমুনা "নঙ লৈরিবসিদি।"

"মমিং লাওথোক্লহুনা, ঐবু নখোয়গী চাক থোংনবা মীয়নে। ইমাশিগী খল্লগা লৈবগী য়ানি। য়ুমদা চৎচগ্রনি।"

"চৎলোনা। নঙোন্দা কনানা থাম্বগে।"

"উম, অহুনা য়ুম য়েৌত্রিভৈদা হায়া লোবা লাক্লনি। হন্দক্তি ঐস্থ সুক্লাক লাক্লোই।" ঐনা য়ুমদা লৈবসিদনে —।

"এহ! কয়া ইকাইবা খঙদ্রিবনোসে। ইকাইগেদি লৈত্রহুনা।"

"য়াম্বুং জ্ঞান তাত্রবদি চরা হেক্ষনি হায়বীবনিদা।"

"নঙস্থ য়ায়া তল্লগা হেক্তা চৎখ্রো। মী য়ায়া লৈ।"

"হৌজিক্তি য়ুমলোয়বা লৈরে হায়হুনা পোংলিবয়ো য়াম্বুংগীহুবু?" শান্তিনা নোক্লা নোক্লা ফাগী ভোরকই।

য়াহৈ অহু পামজনা থোকপগুম হয়াওনা খুম্মী, 'মানি পোংলিবনি।' উমেশনা অস্থমা ফাগী তৌরুবদা হয়াগুনা খুমকনি হায়বসিদি শান্তিদা ঙক্লা থোকই। মখা তারকই অহুবু য়োমীতানা থোংবীয়ু হায়বা য়াবীরকত্রবদি কমদৌবা?

"কনা—? য়োমীতা? য়া ইঙাং ঙাংদনা শক কেংলপ তৌ-বীহুরা।" মঙোন্দদি করিগী হায়জরুগদৌরিবা?

"অহুদি কনাদা হায়গদৌরিবা?"

খুমকম খঙদনা হায়দোকখি, "লৈ।"

শান্তিহ মচিন খুমহুনা নোক্লহুনা, মখা থংবয়োমদদি য়ুমস্থ লৈতে। উ-য়া ঙাক্তনি হৌরিবা — —।

"অহ — — হায়রগা শান্তিগী মতৌ অহুদা নোক্লিংলমানে নোক-থোয়ক্লে। ইবেম্মা নখোয়সিদি হৈত্রেদা। মীকাসি নমহুনা ঙাওহনবা হেক ঙম্মীনে-কো।"

"য়াম্বংবু হুপীনা ওয়া য়াদে, ওমহল্লোই হায়খিবদায়নে? ওমখিবা য়াওরব্রো?" খঙনিংখ্রেদা।

"নহানগীদু মানা চুপ্পী অহুনা মানা ওমগ্রে সিরা?"

"অহুদি ঐ হায়খিদেনা।"

"মদো মাগী মী উশিক্তবগী য়াঙাংনি। মানা মতেং খরা পাংবীরে হায়দুনা অহুম্না মীবু করেম্নবদি হৌনদে।"

"অহুদি য়াম্বংনা লাম্না লৌবনিদা। মহাক্তি চয়া হায়জখিবনি।"

"নঙসু মাগী মীচংনি। ঐ য়ানিংদে হায়রিবসিনি।"

"অহু ওইরগনা ঐখোয়দা চংলকসু হেক্তা হায়রগা লোয়রে। নঙগী য়াঙাংদু য়াম্বংনা য়াম্না শাওই হায়গে।"

শান্তিগী মতৌদু হায়দ হায়খিগদোবা মান্দুনা অমুকসু পাখৎলক্লে। "অহুদা অহুম্না হেকমক হায়বদুসু ফজব্রনে?"

"করিসু কায়দে। করি মরি লৈনদুনা ফজ-ফজদবা য়েংগদোরি-বনো?" শান্তিসু মতৌ য়েংনিংদুনা হায়বনি।

উমেশ ঙাইহাক খল্লগা, মদুসু হেক হায়রুমুদা। রা ঙাংব্রগা লোয়রে। মতৌ অহুদা শান্তিনা, পাসু পাখৎলিনে। করিসু হায়রোইএ। চিং-লেমলিঙৈদা লেমজহৌনিকো। অসি হায়রম্লগা শান্তি থোকখ্রে। উমেশ নোক্লগা, মসিগী অঙাংসি হায়না শোলহৌই।

হন্দক্কী লৈমগী অনাবা অসি অস্নুম্না ফগৎলকখিগনি হায়বসি থাজ-ক্লব্রবনি। ঈশ্বরগী থৌজান্ননি হায়গব্রা, রোমীতাগী সেবা হৈবননি হায়গজ্জা লৈমা হাম্নগুম কনখৎলক্লে। পাংথোক্কে খল্লিবা থবক অসি মপুং ফাদনা উমেশকী মথৌ-মঙম পাংথোক্লমদনা তাইবংপান থাদোক্লগজ্জা হায়না খ্ৎবনি। উমেশনা ময়ুম-মকৈ পানবা কাওবতংদি হিংহনবীসু হায়বা অসিতনি অহিং নুংথিল অনিমক্তা ঈশ্বরদা নিঙ্গরিবসু। নারক-য়েক-লকপদা য়ুমলোম্নবগী মতেং পীনবা হায়বদু হন্দক্তা খঙই। লৈমগী পেঙ্গবগী

ঙমখৈ লৈখিত্রে। পুক্লিং চপ য়ুংনা খনখ্রে, য়োম্মীতাবু মখৌ ওইগে হায়না। অহুবু রাকম অসি তয়াং তয়াংনা হায়রুবসু য়াম্না লুগদৌরি। মহাকী ওন্ন-তৈনবা রাখলদা মমা-মপানা খল্লবদি, মহুসু খঙ্গনিংঙাই ওইরি। সুংশিন্নরম্বদগী য়েক্লবা ওনখিবা মসিগী তমখিবা চৈনা অসিনি হেন্না কিরিবা। লৈমা তঙ্গা য়েংহুনা রাকমসি হোদোক্লবা ঙাইরি।

তশেংনা হায়রুরবদি উমেশকী পুন্সিসু অহোংবা অমা ফাওরকলে। মীনা ভোবা, ঙাংবা শিংথানদবা মীতানি। মশা ফাওবা খঙ্গরুবদা ঙান অমুক অমুক মাংলে। মহৌশাগী উমেশকী পুন্সি পুমহোং হোংখ্রে। সুপীদা থোইনা মায় ওনশিন্দবা, সুপীবু খ্বাইদগী হৈনদবা সুপানি। অহুবু ঙসিদি রোমীতা উদবদা, মাগী মপাও ঙাদবদা হৈনদবা ওইনা থোক্লে। সুপী অতৈগা মহাক্না করিদা খেন্নরিবা মহুসু হায়বা ঙমদে। চুম্না রাগী-রাতাই শান্নবদগী হেন্না সুংশিবগী রাহৈ অমা হায়রুবসু য়াওখিত্রি। অহুম ওইনমক মহাকী থম্মোয়দা রোমীতাবু হেন্না চেৎনা নকশিল্লকখি। করিগুম্বা মতমদা খনবসু য়াওখি— "মীনা ঙাওহুনা চংলি হায়নরিবা হেলোই অতোপ্পী হায়বহু মহাকন্না ভোবজাংলা?"

ঙসি নোংমা নিংনিসি মহাক রা ইঙাং ঙাংদে। শান্তি মখোয় অনিগী ফাগীসু লেপখ্রে। রোমীতাগী রাহৈ অমখক্না মহাকপু মায়থিবা পীখ্রে। পুন্সিগী অহানবা ওইনা সুপী অমগী মফমদগী মায়থিরকখিবা অসিদা মহাক তশেংনা থাঙফম খঙথিদে। মশুং-মমান্নবা ওইরম্লবদি ঙাংনিংবা হায়নিংবা মখৈ হায়নরমগদবনি। সুপী ওইথিবনা কম্না ওনশিন্নহুনা ঙাংনগদবহু হৈনখিদবনি। শাওনিংলবসু শাওনিংনা নোংমগী মহাকী মশক উহৌত্রবদি উমেশসু লৈতাফম খঙদে।



# মরিশুবা

অয়ুক অহু উমেশ মাগী কাদা ড্রোইং য়েক্লি। হন্দক য়া-লান ইভাং ভাংদবনিনা শান্তিসু মনাক্তা ইচং চংবীগ্রে। চা পীরম্নগা থোকখিগে তৌবদা হায়রকই - "শান্তি, ঐগী ড্রোইং অসি ফজত্রা য়েংভুসে।" য়াম্না হরাওনা হায়রকই। শান্তিসু কিখোই হরাওবোই তৌহুনা চৌক্রি অমদা কমথরহনা হংই, "করিনো য়াম্মুংনা য়েক্লিবহুবো ?"

"যমুনা তুরেলদা পায়খৎকদৌরিবা প্রেজেক্টনি। মথকী অসিনা আইরন ব্রিজনি অহুগা নাকন্দগী অসিনা টানেল নি।"

"য়াম্না ফজগদৌরিবা জাৎনি। অহুগা থাইদগী অনৌবা মওং ওই-গদৌরিবনি।" অসি হায়না মাংদগী চাহু লৌরগা অমুক্তং চিংলগা হংই - ইমাদি তৌগৎগ্রা ?

"হৌগৎলে, কুইরে।"

"ইমাগী চা পীরম্নব্রা ?" উমেশকী তোয়না হংগনবা য়াহংনি। মমাগা পুম্না চা থকমিন্নহৌদবা সুমিত্তা য়াহং অসি হংদনা তোকতে। তোয়না শিজিন্নবগী শান্তিদগী অথিবা পাওথুমসু তাদবা নত্তে। অহুবু মহাক নোকপা নত্তনা শাওনিংলুদে।

"ইমাশিগীদি চা পীথকম্ন হায়বহুদা পীগ্রে। অতৈসু থকপা হৈনদে থক্লিংদে হায়।" শান্তিনা থুম্নকপনি।

"কনানা ? ডাক্তরনা হায়রম্বরনে ?"

"হায়দে। য়োমীতানা হায়বনি।" শান্তিনা তপ্না খুমী।

'উমেশ খওশাও শাওনিংলকই। পায়ন্নিবা চাগী কপ অহু মখোল হৌনা থম্নগা শাওনিংনা হায়রকই, মাগী মখো করি নৈবগে ? মাগী অয়াবা য়াওদ্রবদি চাবা থকপসি য়াগ্রেনে ?"

"ইমাশিগী লায়না অসিগা চাগা য়াম্না পক্লদে হায়বহুদা য়োমীতানা থক্তনবা কম্না তৌজবনি। সিবু করি কায়বগে ?"

"য়ান্না খঙ-হৈরবনিনে। ইমুং মনুংগী থবক্তা মীনা অহৈ অপা শাবসে ঐ কয়া পামদে।"

শান্তিসু নহান মথৈ হায়নিংহুনা লৈরম্নবা রাশিং অহু মতাং চারে থন্দুনা হায়রকই — মীনা তৌবীরিবা ময়ামসি হুরাওগেদি লৈতনা য়াম্বংনা হেন্না চাওথোকখ্রেনে। অহৈ অপা শারেগা শাদেগনা। য়াম্বুংগী মঙংসিগী হায়রুরবদি ঐকা ওইরবদি শুকচংবু চংলোই। রোমীতাদি চংবু চংলিনে।

"ঐখোয় মীগী মতেং অতুক হাক্না পাম্বা মী নত্তে। মখোয় লৈত্রিভৈদা ঐখোয় শিদে। ইমা ইচা অতুম হিংই। মী উশিত্তবদি ঐ য়ারোই।"

"পীশক পীক্লিভৈদগী বোর্ডিংদা অতুদগী মীরমদা অতুম লৈগ্রবনিনা ইমাশিগা অরা-অনা খাংমিন্নরম্বনি।" রোমীতানা হায়জবসু, "অনা-অয়েক য়াওরক্লবদি মীগী মতেং হায়বসি য়ান্না মরুওই। পৈশা পায় হায়হুনসু হেক য়ারক্তে হায়জবনি।" অংগীসু য়াম্বংনা ফরক্তা হেক্তা শাওখি। অতুবু করি কায়বগে? চুমত্রনে।

"য়ান্না কায়। ঐঙোন্দদি করেম্নবা য়ারোই।"

"মীনা অতুক য়াম্বা মতেং পাংবীরগা — —।" শান্তিগী বা লোই-ত্রিভৈদা কন্তক্না হায়রকই — "ইমাগী অনাবা সেবা তৌথি হায়হুনা মখোঙ পায়রগা খুরুম্মু হায়রিব্রো?"

"অতুদি কনাসু হায়দে। মীগী ভৌবীমলসু খরা থঙকম থোকই হায়বনি।"

"ও, মাদি মমল য়েংলগা থবক তৌবা মী ওইরে।" উমেশনা খোল তপথরগা করেম্ননা হায়রকই। শান্তিহু হেন্না শাওনিংলকপা নত্তনা উপায় লৈখিদ্রে। ঐঙোন্দা বা অমত্তা ভুংবীরকসু হায়রম্লগা শাওরপা হৌগৎলগা থোকখ্রে।

লৈম্নসু হৌগৎ-কাংথৎপদি ওয়ে। তৌগদোরিবা থবক ময়াম অসিদা নাবকা চংত্রবনি। রোমীতাসু লাকুনা তাথোক অাশিন তৌবা য়াওররি।

লৈমনা মচাস্থুপাদা য়েংলহুনা হায়রকই, “তৌগদৌবনা য়াম্লিবা। ইনাক্লগী মুপা অসিনা থরায় থরা য়াওরবদি ফগদবনি।

উমেশনা তপ্না খুশ্মী, আশ্রম অমা লিন্থৎপা হায়বসি অয়াইবা নত্তে। তৌথ্রিঙৈদা মুম্না থলহৌবনা চুম্মী হায়বগী য়ানি।

“হৌজিকপু থম্বহুনা লৈবা য়ারিবা মতমলো? থবক পুম্নমক হৌথ্রবা অসিদবু।”

“ইমানা তশেংনমক লেপ্পবদি তৌরগা লোইরেদনা।”

“হো, অহুম্না হেক হায়রবদি মুংঙাইরেদনা। হয়াঙনা মচাস্থুপাদা য়েংলহুনা হায়রকই।”

শান্তিনা রা মরক থত্তুনা হায়রকই · “য়াম্বুংনা পামলিবসিদি অসিঙম্বা অশোন-অনাগী সেবা তৌবসি নত্তে। মুট টাইগা তৌরগা মীঙোন্দা থোদাবা অহুনিনে।”

“থঙলবদি নঙ রা ঙাংলম্নু য়ারে।” উমেশকী থৎনবা হৌবগী য়াঙাংনি। অহুবু শান্তিহু রা মথা তারকথিত্রে। রোমীতা য়াওবহুদা ফজদে থন্দুনা ব্যাবহার মচা অমতং থম্বীরে। ঙসাইদগী রোমীতা রা অমা ফাওবা ঙাংখ্রি। মতাংস্নু চাদে। লৈমনা হায়রকই – “চাহু থকচিল্লোদনা ঈংলম্লনি। হন্দক নঙনা চা পীথক্তবদগী হকচাংসি ফনহুম মুংঙাইরেনে। মুম থকখিদ্রবনিনা থক্লীংবস্নু ফাওদ্রেনে।”

শান্তিনা মতাং চানা রা থেংচিল্লকই, ইমাশি চা পীথক্তে তাবদা য়াম্না শাওখিবা মীস্নু য়াওখি। অস্নুম্না থুনা ইমাশিগী অনাবহু ফগৎ-লমদ্রবদি চা থিংবা মীদবু তাইনরমনিনে।

উমেশ শান্তিদা পৈনা য়েংলকই। শান্তিনা মীংয়েংহু থঙশিন্নদবা শারহুনা, “নত্রনে রোমীতা।”

থঙহৌদনা থংজিল্লকপা য়াহৈ অহুদা রোমীতাস্নু পাওখুম থুনা পীবা ঙমদ্রে। অহুগা মহাক উমেশতদি রা ঙাংলরোই থনপ্রবনি। লৈমনা ওক্তুনা হায়রকই, হন্দক ঐগী নাবদা রোমীতা য়াম্না য়াবীগ্রে। ইচা মৎলমদ্রবদি ঐ য়াম্না য়ারমগনি।

শান্তিনা য়ায়োরপ তৌনা, রোমীতা লৈরবদি ঐখোয়কাসিদি ইমাশিনা চম্নবীবজাৎ নত্তেনে।

"নওদি মাদোনা শিংদেনে। মচিন নৌপরা শাওগনবা মায়েনে।"

য়াহৈ অহুদা হায়কেৎ ইকাইনা রোমীতানা তগা খুমই, ইমাশিনা হেক থাগৎপিবসিনা।

শান্তিস্থ খুংঙাইব ওইনা মথা তারকই, ঐখোয়দি কায়গ্রে, চম্নগ্রে। ইমাশিগী মচাসি নও হেক ওইরম্নবদি ফগদোবা।

"অহুবু ঈশ্বরনদি ওইহনবীরমগ্রেদনা। রোমীতানা নোক্লা নোক্লা হায়রকই।"

"থৌশাদনা শান্তিনা হায়দোকখি, অহু ওইরগা নমৌ হেক ওই-থোকউ ইমাশি।"

লৈমা শান্তিগী লাইতোংবা মচিন্দুনা হায়রকখিবা য়াহৈ অহুদা রোমীতাগী মায়থোংদা য়েংলকই। রোমীতাস্থ ওক্লা উমেশকী মায়দা য়েংই। উমেশতি হায়রপ য়েংলম্নগা হৌগৎলগা মপাল থোকখ্রে।

শান্তিস্থ হায়দোকলুরগা হৌজিক্তা ভাব তারকই। মখোয় অহুম্মক তুমিন্না লৈনখ্রে।

শান্তি লৈরবনিনা রোমীতাস্থ তোয়না লাকখিগ্রে। শান্তি লৈরে হায়হুনা য়াম্না কোমথোকপগীস্থ নত্তে। মশাগী মথৌস্থ য়াম্না চিনবননি। করিগুম্বা অমা তৌবদা রোমীতাগা তান্নরগা থোকনি হায়নরিবনি। লৌশিংদা জ্ঞান লৈবদা হায়নরিবনি। মানা তৌরুবা থবকশিংদা থোইনা অশোইবা অয়ানবা পুথোক্লিংঙাই লৈতে। অহুবু হন্দক্তি করিগুম্বদা লৌরুবা পাওগা ইথোরকপগা ইচান চায়দবা য়াওরকই। পুক্তিদা অমুক্তা কাওখিগ্রিবা লৈতাকম থওদবা অমা কাওবগুম তৌই। করিনো? করিদগীনো করি ওইফম থোকপগে হায়বা মশাস্থ খঙদে। পাক্লবা ঈমায়দা থন্না শন্দোক্লিবা অশংবা কং ময়ক্তা থাজত্রবা লৈয়াং থম্বাল অমথক তোমখিল শাংলকপগুম মহাকী থম্মোয়দা শক্তম অমথক

কাওরকখি। লোয়ননা তারকই লুমর্তক্লা ঙাংলকপা য়াহৈ, অহু, "লুপীনা য়ায়া স্মার্ট ওইবা অসি কয়া পামদে। মীগী লৈপাক্তা চৎনরবশু ঐখোয়গী লমদম অসিদগী মগুং অমা ওইনা থরে। মিংশিংলুবদা হায়কম খঙদবা শেংদোককম খঙদবা য়াখল অমমা তৌকম খঙলক্তে। হৌগৎতুনা কা মমুংদা হক্লৎ-হক্লা চৎলি। অসুম্না খল্লিবা মখোয়শিং অসে সমাজ অসিদা লুপীশিংবু হক্না য়েংই হায়বদা লাল্লোই। শন্দোক্লা হায়তুনা মখোয়বু ভাব তাহল্লীংই। অহুবু উমেশতগী মহাক হায়নিংল্লে। য়ায়া শোল্বগীন্সু নত্তে। উমেশকী মী উপিত্তবা, ওকচাও থেকপা মওংসি মহাক তশেংনা হৈনদে। অহুগা ওক্লিবদি ঙাংথোরকপগা মাগী থল্মোয়গা খেন্নরিবা অহুনি।



মঙাশুবা

লুংখিল অসিদা তূম্লরমানে, শান্তি চংলকপা তাহৌল্লে। ফমুংগী মচি অমদা ফমথরহুনা হৌদোরকপা অহুদা মীৎ পাংথোরকই। ইঙক ওক্লরে। শান্তিনা নোক্লহুনা হায়রকই, "অহিংদি কদায়দা চৎলুরে।"

"কয়াম কুইরে লাকপা? তুমথক্লরম্মানে।"

"হন্দক্তি সুক্লাক লাকখিল্লে। ইমাশিনা হংলুচো হায়হুনা লাক-লিবনি। ঐ লৈরে হায়হুনা কোমথোকপা ওইরবদি ঐ চৎচক্লগে।"

"অহুগী নত্তেদা। থবক থল্লা চিন্নুনা তৌবনি। নওনা লুংতিগী লাকউ হায়রবদি লাক্লগা লোইরেদা।"

"পাওখুমকাদি মী লুংশিহনবা হৈক্লপোৎনি।"

"অওইবরো? নোক্লগা হংই।"

"অশেংবনে। নওনহু লৈবহুনা ইমাশিনা নওমুত্তা উবিংই হায়এ, ইবেম্মা।"

"অহুদি মুংশিংগী লাক্লগে। ইমাশিংগী হকচাংদি করিসু তৌরেকো।"

"মশানা লাক্লগা ইংজরুলাও। মেথানবু অহুক চংখোম্বা তৌরবদবু কনাগী অনাবনো খাওহনা লৈগদবা।"

"নহানগী থাগৎপহু থবা য়াংহৌহনা ঐবু থাগৎপা লাক্লিবনিনে।"

"অচুম্বা হায়বগী য়ানি। ঐখোয়দি ওইদবা ভাংবা হৈনদে।"

"ফরেনে। অহুদি চা থকসি।"

"হুম থক্লগুমসি। য়ারী য়াম্না মুংভাইরি।" রোমীতানা হৌগৎকে তৌবমক্তদা খাম্বহনা হায়রকই। ইমাখোই উদেনা। লৈত্রো?

পাবুংগা থবক অমা চৎমিন্নখি। শান্তি ঐ হন্দক্তি করিনো হায়কম খঙদবা মুংভাইতবা অমা অসুম ফাওবগুম তৌই।

"কৈদৌরগে। ঐঙোন্দা হায়য়ুদনা।"

"মতুংস ঐ হায়কম খঙদে। বোম্বেদা চৎকদবা অহুসু পাবুংনা য়াত্রে।"

"অহুগীরা?"

"ঐ হায়কম খঙদে শান্তি। থবা লাপ্না চৎথোক্লগা ফগত্রা হায়নসু খল্লি।"

"করিনো মরম অমদি লৈরে। ঐঙোন্দা শেংনা অমুক্তা হায়য়ুদনা।"

"ঐগী য়াখল ঐগী থম্মোয়দসে অহাংবা অতিয়াগুম তশেং-তশেংনা লৈজরম্বনি। অহুবু — —।"

"অহুবু? করি তৌরবা? যৌবনগী পুন্সি থুংলরব্রো?"

"মহুনি হায়গত্রা। করিগুম্বা চয়েৎনবা য়াখল অমনা ঐবু য়াই হেক হেক চিলহল্লকই। ঐ খনফম খঙদে।"

"অহুবু মীশক্তু কনানো হায়রোদনা। ওম্বা মতাং ওইরবদি মতেং পাংজগে।"

রোমীতা মরু লুকথহনা তুমিন্না লৈখি। শান্তিনা হংলকই, "করি তৌরে? কনানো?"

"হন্দকী মপোকীদি ওইথোকনি থাজত্রে। মীতাদো ঐগা অসুকী মতিক য়াখল খেন্নখ্রে। অদুবু মহাক অদো ঐনা তশেংনা মুংশিবা মীশক ওইরুরে।"

"করিগী ওইথোক্লোইদৌরিবনো? মীশক অদুডা হায়য়ু নতেং পাংগে।"

"অদুবু মুপা অদু মীমুংশি মীগী থম্মোয় মশক খঙবা মীওই নত্তে। অদুনা মীশক অদুদি হায়ররোই। মতম্না খরা লৈরগা খঙজরকনি।"

শান্তিদু শাওরপা, অদু ওইরবদি করিগী য়াকমদু হৌদোক্লিবনো?

"ঐ ইতোমডা থনবদা য়ারে। নঙোন্দা য়ারীশি শাত্রবদি ঐ তৌকম অমা খঙত্রে শান্তি।"

"মীশক তাকপা য়াদবা য়ারীদু হয়েংমথৈদি ঐঙোন্দা শারকমু।"

শান্তিদু তশেংনা শাওরে খঙলে। মীশক অদু হায়বদা মশাগীসু অশোনবা লৈরে। তশেংনা হায়নিংদবদি নত্তে। শান্তিগী অশাওবদু কাথবা ওইনা তপ্না হায়রকই, "মীশক অদুদগী ঐগী মিং হান্না হায়রকপদু ঐ পাম্মী:" শান্তিদু য়াখল হায়রপ তৌদুনা য়েংই। চিংনবা মীশক্তি লৈ। অদুবু রোমীতানা অদুম্না থল্লমগনি হায়বসিসু থাজবা ঙমদে। রোমীতাদি পুক্লিং চেৎপীন্নি। লুনা লৌবা য়াকম নত্তনা মহাক্না অসিগুম্বা য়ারী হৌদোরক্লোই হায়বসু খঙই। অদুবু মীশক অদু কনানো?

থোংজিন্দগী রোমীতাগী মমানা ইচা শান্তি লাক্লম্মিব্রা?

"হোয় ইমা। ইমা উদে হায়না হংলম্লিবনে।"

"নঙগী পাবুংগা থবক অমা চংলুরিবনি। রোমীতা চা লোল্লকে হায়দুনা চংখ্রে। মমানা মথা তারকই, ঐনদি ইশাসে লাইথুং ফজবা হায়গত্রা ইকন কনদেদো। ইচাসু মতোমতা, হয়েং ঐনা ঙন্না মীৎ হেক উইশিনজবদি হায়না হেক থল্লুবদা তুম্বা চাবা চংদেনে। অদুম্না

ঐনা খরা চৎ-খোৎপা ওল্লিহৈসিদা মহাকপু লুহোংবীরগে খল্লিবা। অহুগী রা তাল্লক্লরিবনি।

"কনানো ইমা।" থাজদনা হংখি।

"ঐগী মমাংঙৈগী লুনা চাকলুক অমত্তদা চামিন্নহুনা ওন্নরকপী ইমানবী অমা লৈয়ে। মীগীদি মরাইবক কবনিনা মচানুপা ওাক্তা অনি হেক পোকই। মাগী মচা অতোপ্পহুদা পীগে হায়না ইমানা খল্লে। নঙগী পাবুংগী চেম্বরদা লৈমিন্নরম্বনি। ওস্তোক্লা কথবা অঙাংনি। ঐদি মনি খুনবঙম্বনি।

"রোমীতানদি করি হায়রিবগে?"

"নহান হায়ফেৎ হৌদোকপনি। মাগীদি মথৌ য়াম্না লৈরি ওম খিরোই সিনিদনা। ওাইখোনে, মাগীবু খঙন-চান্নবা মীকা লৈব্রনে?"

"আ — রোমীতাদি অহুগুম্বা রাখলদি ইরৈ-লৈতবনিদা। হান্নদি লৈতে। হৌজিক্কা অহুগুম্বা রাখলহু লৈরমগন্না হায়রবদি খঙব্রে।"

"ও, অহুবু ওইরবদি ফরে। ঐদি য়াথোক্লগে। নঙনসু খরা কম্না হায়য়ু।"

রোমীতা চা পুহুনা চংলক্লে। মমাসু কিরোল হোংলুখিগে হায়রম্নগা থোকখ্রে। শান্তিহু রা ওাংদনা মঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। হৌজিক্কদা রোমীতাগী তৌফম খঙদবা থম্মোয়গী রারোল অহু ময়েক শেংলকই।

"চা পায়য়ুসে।" শান্তিদা চা পীরহুনা হান্নরকই।

"নঙ হৌজিক করি খল্লিবগে?" শান্তিগী কিং নম্বা রাহংহুদা ওক্লা য়েংখৎলকই। "করিনো?"

"ইমাখোয়না হায়রিবসিবু চুন্নব্রা?"

রাইহুনা রোমীতা মশানা জ্ঞান তাজরে। চুমলে। অহুবু ঐ মখোয়গী য়াথং ইনবা ওমগদবা য়ান্দে শান্তি। ঐনা হান্না হায়গ্রবহুনি ঐ কনাগুম্বা অমবু থম্মোয় শেংনা মুংশিক্লরে।

শান্তিস্থ মুম্না খল্লগা রাকম অমথক হায়রমই— নঙনা লাম্না লৌগত্রা মহুদি খঙত্রে। নঙোন্দা হৌদোকে খনবা কুইরবনি। হৌদোকপা ঙম-দহুনা লৈখিবনি। নঙনা হেন্না খঙলিবহুনি য়াম্বুংগী লিচৎ-শাজৎ। অহুবু উরুবা ঐস্থ ভাশেংনা ঙকই। য়াম্বুংসে নঙোন্দা ভশেংনা ঙাওরে। নঙবু থম্মোয় শেংনা মুংশিবা মাল্লি।

শান্তিগী রাহৈ অহুগা মতম কুইনা খাংলকপা নুংশিবগী চৈনা অহুগা পুনখিবদা মুংঙাইরবা হিংবগী মহাও অমথক ফাওরকখি। অহুবু থংনবা মীকুপ্তা অকিবা ফাওরকই— করিগুম্বা মসিনা অশেংবা ওইরবদি উমেশকী মুংশিবনা মশাগী নিংতম্ববু শোয়দনা ফাজিনখিগনি। অহু ওইরবদি পুক্সিনা মোমোন নোকপা হায়বহু অমুক হন্না ফংলরোই। খোঙথাং খুদিং লুমশিন্না থাংলকনি। মহুগীদমক অকিবা ফাওরকখি।

রোমিতাদগী পাওথুম অমা ফাওবা ফংত্রবদা শান্তিহু চৎলগে হায়-হুনা হনত্রে। চৎলমদাইদা হায়রম্মী, য়াম্বুংগীদি য়াম্না সেরিএস-নি।

শান্তি হনগ্রবা ফাওবদা রোমীতাদি তুমিন্না ফমহুনা লৈহৌরে।



## তরুকশুবা

ঙসিদি ওম্বোকপা মফম অমদা পাও লৌবা চৎলুবগী খরগা য়াবনে, ওফিসতা মরৈ খরা তৌনরকপনে রোমীতাহু ইশাও শাওনা উই। মমানা ইচম চম্না রমানন্দগী মমা লাক্রম্মী হায়বা অহু ফাওবা খঙশাও শাওরুরে। নোংমা শান্তি লাকুনা য়ারী শামখিবদগী উমত্রি। য়ানা য়ুমদা লৈতবনরা উমেশস্থ নোংমতা মশক উবা ফংদে। লমদা চৎগ্রবজাংলা খল্লি। নোংমা লাংতকুনা ভাখিবা য়ারীহু মনা-মনিল ন্যাইদনা মতম খরা হৌগ্রে। করম্না মশাগী ফিরেপ লৌবা ঙমগনি। মমানা নোংগী ভকপা লেপ্ত। পাও খরা পুরকত্রা খনবা শান্তিস্থ

লাকখিব্রে। শান্তিগী মনাক্তা লাক্লগা থরা কগত্রা থন্দুনা ময়মদগী হৌগৎতুনা লাক্লে।

ওসাইমথৈ উরুদে। মাঙ্গোল কাথৎকে তৌবম্রুদা মাংদা লাইরিক থরা চায়থাইরহুনা উমেশতু করি'না অমা য়েকুনা লৈরম্মী। রোমীতা হনথ্রসিরা থল্লি। অহুবু খোঙ থাংদোকত্রিঙৈদা উমেশনা য়েংথোরকপনা হানখ্রে। মরান লৈনরবনরা অমনা অমবু তরায়া কৌবা ওয়ত্রে। তল্লা অসিদা লৈমা ইমুংদগী থোরকই। থাজদনা রোমীতা লেপ্তুনা লৈরম্মা অহুদা হরাওনা কৌরকই, "কৈদৌরবা লেপ্তুনা লৈরবদি। ইমুংদা কোক চংলকপা য়াত্রে? শান্তিসু লৈবনি। য়ুম নক্লে হায়বগী য়াতনি ইচাগদি লাপথ্রবা পোৎনি।"

পাওখুম ওইনা রোমীতাসু হায়ফেৎ নোকই। খোঙথাংকম খঙলমদবত্থু মতেং অমা কংলবহুদদি ইমুংদা থুনা চংশিনখ্রে।

লৈমনা মচাহুপাদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "য়ুমদা মী লাক্লবদি কৌওাংবা হৌনবনিনে। করিনোনে মসিগী মীসিবো। ওাংন-ওাংনা মমা ইমুংদা চংখ্রে। খুত্তগী তুরি অহু থমখ্রে। খুত্তা থদাং শৌরহুনা তুমিন্না করিগুম্বা অমা থল্লকই।

"য়াম্মুংগী চা সিদা থম্মুরা? শান্তিগী খোঞ্জেলদা জ্ঞান তারকপগুম হায়রকই, ময়াম পুন্না থকমিন্নসিদনা, ঐ লাক্লগে।

মখোয় অহুম হরাওনা য়ারী শান্নরহুনা নোক্লম্মী। উমেশ চংলকপদা ওাইহাক্তি পুমচিক চিকখি। লৈমনা হায়রকই, হন্দক রোমীতানা ঐগীদমক কল্লা য়ানা হোৎনবিথ্রবনো? হয়েং নওগী লুহোংবদা অমুক ঐখোয় ময়াম্মা কল্লা হোৎনবা হায়বহুনি।

"ইরাবু য়াহৌদে। ইমাশিগী নাবা কবনা হানখ্রে।" তপ্না থুম্মী।

"নারক-য়েল্লকপদা মীরোল লৈতবা অসে ওস্থোক্না য়াখ্রে। শিদহেক শিরগদৌবা য়াল্লি। মী য়াম্না পুনবসে পামজথ্রবা।"

শান্তিনা উমেশতা হায়কেৎ য়েংলহুনা, য়াম্বুঙদি য়াবিবা পোৎ নত্তে। ইভোমতা হিংবনা হেন্না নুংঙাই হায়রিপোৎনি।

"অঙাওবসিগী য়াবু .. ... ॥

উমেশনসু পাওখুম অমা ফাওবা পিরক্তে। রোমীতাসু অহু মঙাই করি হায়রুনি। ফন্না কম্না তৌফম খঙদবা অমদি ফাওরকই। ঙসি থাজদনা উমেশনা মখোয়গী মরক্তা ফম্নরিবা অসিসু রোমীতদি ঙক্লিবনি। মীগী পুক্নিংদা করি খল্লিবগে হায়বহু য়াহৈনা ফোংদোকত্রবদি করম্না খঙ লুগনি। তঙ্গা কংলিভে অসিদা থোয়দাজবা শককমহু মীৎ পেন্না য়েংনিংলম্বসু কনানা খঙবা।

মপান্দা মী লাকই হায়হুনা লৈমসু থোকখ্রে। উমেশ চাহু থরায় য়াওনা থক্লি। হায়রকই— 'রাজেন্দু টিকেতকী কনফার্ম তৌনি হায়হুনা চৎখিবনি। হয়েং চৎলবদি ঙসি হুমিদাং ঐথোয়দা চাক চামিন্নবা তারে। করি করিনো থোরাং থরা তৌশিল্ল।'

থোয়না ঙকপদি পোক্তে। মসিদি ময়াম্বংগী হৈনবীনি। অহুবু মথোং মরম খঙদনা হেক হেক চৎপসিদা শাওনিংবদি ফাওই।

ঙশাইদগী অহানবা ওইনা উমেশতা অমুক্তং য়েংলুই। উমেশনসু য়েংলকপগা মপা চান্নরে। মীয়েং অনিমক ইচম চম্মী। অহুবু থম্মোয়দদি য়াহং চাম্মা চাম্মা হংনখি। রোমীতানা য়েংলুবদি খঙহৌদনা হয়েং চৎলনি হায়রকপা য়াহৈ অহুদনি।

শান্তিনা শাওরম্না, "তৌরদৌনি। মথোং মরম খঙদনা ফুক হৌগৎলগা হেক্তা চৎপিশে।"

হৌগৎলগা নুংঙাইতবগী খোম্মোকা লোয়ননা হায়রম্মী, "য়াদহুনা তৌরিবনি।" উমেশ থোকখ্রে। রোমীতা শান্তিদা য়েংলকই। "য়ুমদা য়ান্না চিলহৌবরা মতেং থরা পাংবীরমগেরা? শান্তিনা হংলকই।

"পাংলগা লোইরে, কৈদৌরগে। করি তৌশি হায়বনো?"

"চাক থোংবসু ঙল্লি। য়াম্বংগী ফিরোল পুগদবহু হান্না লোয়শিন্নরশি। মথোয় অনি চামিন্নগ্রে।

মল্লি-মল্লি তৌরকপদা রাজেনহু হোবে-হোবে লাতুনা হায়রয়ে, হয়েং শোয়দনা চংপা ভারে। এহ! পোংচৈকাদি হায়া লোয়শিল-লেদনা। থবকাদি য়ায়বু ফরিনে।

"শান্তিগা রোমীতাগনা লোয়শিনবীরহ্বনি।"

"কনা! রোমীতা? এ, য়ানরব্রো?

"রাদি ভাংদনা নোকফেং তৌই। রাজেন্না ভাইভমদনা হংলকই, অ:শংবা য়ানরব্রো? রারী মথা শানরবরো?"

"শানদেদা।" থৌশাদনা খুম্মী।

"অহুগা করয়া নঙগী চংনবা ফিরোল-কা লোয়শিল্লন্নিবনো?"

"মতাং চারুবা হায়বহুনি"

হন্দক্তি রাজেনহু শাওনিংবা ফাওরক্লে। নঙসিদি রারী শান্নবা মুংঙাইখিদ্রে। চংলমদাই য়েরবা অসি ফাওবদি করিস্নু হায়রমলোই হায়রিব্রা ও।

তশেংনা হেক হায়রবদি মনাক্তগী মীৎকুপ অমা ফাওবা হেন্দোক-নিংব্রবনি। কয়ারক হন্না খল্লবনি। থম্মোয়গী রা ফোঙদোকলুবদা করিগুম্বা ওয়-তৈনবা পাওখুম ফংলবদি উমেশকী পুক্সিমু মতাং অখায়দা চয়েননা মাঙখিবস্তু য়াই। অস্নুয়া ফিরেপ অমা লৌরে, অরোইবা পরিক্ষা অসি পীরুখিগে।

রাজেন্না হংজিল্লকই, করি হায়রিবনো?

"করি হায়স্নু হায়রিবনো?"

"ঐঙোন্দা অমুক হংজিল্লকএনে। নঙবু রোমীতাসে মুংশি, মহাক নত্তনা নঙগী থম্মোয়দা অতোপ্পা মুপী অমা লাক্লরোই হায়খিবদাইনে।"

"অদো করি তৌরবগে।"

রাজেন্না শাওনিংনা হায়রকই— "অদো করিস্নু তৌদে। নঙগী ওইবা ফংলরোই হায়গে তৌথন্নিদা।"

হুন্দক্তি ঙ্গিংলপ তৌনা হংক্লকই, "অশেংক্লা রাজেন।"

"পাথংক্লনে? নক্তৌদো মুংশিদবগী কাদিদা।"

"কাগিরো? অস ঐদি — —।"

"কয়া য়াম্না মুংশিবগে য়েংব নিদা।"

হন্দক্তি উ:মশতু নোকফেং তৌনা হায়রকই, মুংশিববু কাগি য়াত্র:ন?

মগুণ হেন্না লৈহন্নিংবগী রান্নি। ঙসি ফোংদোক্লম্বগা হয়েং ঐনা থোরক্লগা হায়বগা মতম অহুদনা শোন্নদনা মমল লৈগনি। মুংশিবদা ঙাইবগী মগাও অসিস্থু তোপ তোম্নজাংনি।

"অহুবু নঙগী রাফমহু — —। রাজেনগী রাহু কক্লহুনা মথা তারকই, ঐ থঙই মহাক্লা ঐবুস্থু তশেংনা নিংলমগনি। ঐনা উরিবা মহাক্কী মওং-মতৌ অসিদি তৌশিন্নবা ওটরম্লোই। ঐগীস্থু থাজবা লৈজে।

'নঙগী রাখলসিস্থু অমনি। খঙব্রেদা।

"অহুগা মাগী রাঙাং, মুপীনা কা হেন্না হক্লি হায়হুনস্থু তৌন্নিবা মাগী শিনফমহু ঐনা কয়া পামদে। মহুমদি ঐ তশেংনা পামদে।

"অহুনরা নঙনা মাবু হেক হেক ইকাইবা পীবিরিবদো। ঐদ্দি কন্নিস্থু কায়দে হায়না থল্লি।"

"নঙগা ঐগা রাখল মান্নদে, রাজেন। তোক্লসি।"

লৈমনা থোংজিন্দা লেপ্লহুনা হায়রকই। নঙবু অম্বুম্না মথোং খঙদনা ফুক হৌগৎলগা চৎপসি তৌম্নু হায়না কনা হায়ব্বনি। ঐ লৈহৌবা ঙমদেনে। নোংমা নিনি রাংলিডৈদা শেগা মাইগা তান্ননিদন্ন।

"ফিল্ড রার্ক" তৌগদবনিনা খঙ:হৌদনা পাও লাকপননি।

"হোয়নে, অহুবু হায়বা।" রাজেনদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, নখোয়দি ভাব য়াম্না ভাইনে। নঙগী মক্লপসিদ্দিনে, অনিং-অনিংবা হেক তৌরদনা। ঙাংনবা শক্লবা রাইনে। পুগদৌবা পোৎ-চৈহু কাউনি। নঙগী দযাস্থু কম্না ফত্তে হায়। কাইদা করি কক্লিদো থক্লহু কথকে থল্লিডৈো— করে, করে চত্তবা য়াদবনিনা। থরা ঙাংলম্নদা মমা চংল্ল।

"হায়স্থ হায়খনি। ইমাশিগা নঙগনি খেন্নখেদা। ইমাসিনা ঐগী ইমাকা হেক ওইরম্নবদি — — খঙগদবনি।"

"ঐসিবু য়াম্না ফজত্রনে?"

"ফববুদি ফবা অহুদা — — য়াংডনহু নোকখারক্লে।"

উমেশন্থ মংতৌ ভমহুনা হায়রকই, "ফববুদি ফবা অহুদা ঙাংনবা খরা য়াবগী য়ানি।" নত্রনে? মখোয় অনি পুম্না নোকমিন্নরকই।



## তরেৎশুবা

উমেশতু রুরকী ( Roorkee ) দা অমুক চংলে। হন্দক চৎখিবসি লৈনগী পুক্লিং ইরুম লুমদে। মহৌশানা লাই-ভিন কম্না থাজগন্দবা উমেশনি। দযা ফত্তে, লাপ্না চংথোকহন্নিংদবনি। অহুবু মহৈ ভম্বনি খল্লগা য়া ঙাংনহৌদ্রে। লৈমগী য়াথলদি মচানা অফবা মী অমা ওইহুনা মীরক তিন্দুনা মতোমতা লেপচবা ভমহৌবা অসিভনি।

শান্তিস্থ উমেশ চৎখিবদগী ইচিক চিক্লে। হেক উন্নবগা মরৈ য়েংনহুনা খংনবহু হৌজিক্কি মতোমতা ঙাইহৌরে। উমেশ চৎখিবা সুমিন্নরোমীতাস্থ তৌফম অমা খঙখিদে। হকচাংগী শরুক খরা খায়দোকখিবগুম চৈনা ফাওই। করিগুম্বা খরা ইরম্বনি, য়াথলসে ইচং চংলে। খন্থরুবদা ঙকপা পোকই। অস্থুক য়াম্না থোইচৎ য়াংচংনবা মীশক অহুদা করিগী সুংশিবা পোক্লরিবনো? মসিবু হৌনত্রনে? মীশক অমদা শাওনিংবস্থ সুংশিবস্থ পুনবা! য়াথল অসিস্থ মতাং অসিদা থুপচিল্লগে। অমুক হম্না খল্লয়োই। গাড়ী থাম্বগী মখোল তাই হায়দুনা থোরকপনি। রমানন্দা লেপ্তুনা লৈরম্ব'হুদা ইঙক ঙক্লরে। ধনচন্দ্রগা উম্নবা অমুরক অনিরক্তি লাকখ্রে। অহুবু ওনশিন্নহুনা য়ান্নী অমুক্তা শান্নখিত্রি। তশেংনমক চিং-লেম্মী, শকমগা ঙাংথোরকপা খোম্হোক্না চাশিন্নে। য়াঙাং শঙাং, লিচৎ-শাজং অহু মীনা ব্যবহার তৌরোইদবগী মরম লৈতে।

"পাবুংদি লৈতে। কাখৎপীরকউ। ফক্কম থাব্রিবছুদা চংশিল্লগা কমথে। পাবুং উন্নবীগদোৌবা লৈত্রা?"

"হোয়। কেশ অমথক্কী রারী শাজরম্বনি।"

"পাবুংস্থ হল্লকপা মতম ওইরে। ফম্মীরমখো, চা শেমজরকে।"

"ঐদি চাসি কয়া পামদে। শেমলুত্রবস্থ য়ানিদা। থোইনা কায়-রবদি রারী অমা সুম— —।"

রোমীতা নোকফেং তৌনা খুম্মী। করিস্থ কায়দে, হায়বীয়ু।

মোং-হাদনা, চিংলেমা হায়রকই, ইমাস্থ ঐখোয়দা লাকহৌই।

হায়গদৌব্রিবা রাফমত্থ হৌজিক্তা ভাব তারকই। রোমীতাগী শক-কম হুজিনখি। অত্থবু তাদবদি য়াদে, লেপলি।

"মরমদি অদোমস্থ খঙলম্নগনি হায়না খল্লি। ইয়াখোয়গী রানা অমনি। মরু ওইরিবদি নহাক্কী পুক্লিং খঙবা অত্থনি। মতম অসিগা চায়ত্রবা মরি অসে করিগীদমক্তা ঐনা হরাওনা য়ারিবনো হায়বগী মরম লৈ। ঐ ইমাবু য়ান্না নুংশি। পাবুং লৈখিদবদগী থম্মোয়গী ক্লায়না নারিবী ইমাবু পেলহনবা ঐ পাম্মী। মসিনি হায়ত্থনা য়ানিংদবা মীবু নমকুদা য়াহনবা ঐদি পামজদে। মরি অসিদা য়ানিংদবা লৈরবস্থ শেংনা হেক্তা হায়বীয়ু। ঐহাক ইশানা খঙনা — —।

রোমীতা পাওখুম থুনা পীবা ঙমদ্রে। ইরাই লাইনা খুমগে খল্লম্বা পাওখুম হায়দোকপা ঙমদনা লৈখ্রে। অস্থক লৈবাক মচা তানা ঙাংথোরকপা রাঙাং অসিদা করি পাওখুমনো পীরুগদবা। মহাক্কী পুস্নিদা অহানবা ওইনা মীশক অমখক নিংজখি। করিগুম্বা ভিক্ষা অত্থ-মক নিরক্লবদি থম্মোয় পেম্না নুংশিবদো খুজোক থম্না হাপকে খল্লা ঙাইজখি। অত্থবু ঙসি থাজদনা লমলানবা অমনা অশেংবা থম্মোয়গী ভিক্ষা অত্থ নিররে। হাপকম থোক্লিত্রা?

রোমীতা তুমিল্লা লৈবা মতৌ অহূদা অমুকস্থ ঙপা হায়রকই—
"করিস্থ চিংনানিংঙাই লৈতে অশেংবা হায়নবত্থনা হেল্লা পামজে।

অহলশিংগী রানি হায়হুনস্থ লৈমিয়বদা পুকচেল মায়ত্রবদি— — মশিস্থ মুয়া খনকম থোকই ।"

"অহুগী বা নত্তেদা ।" ইয়াং য়াংনা খুমদোকখি ।

"অহুদি — — ।"

"ঐদি পুন্সি অসে অস্থুয়া লেল্লগে হায়না লেপলে ।"

"খল্লিবহুনা অশেংবা ওইরবদি মরম অমদি শোয়দনা লৈরমগনি । মরমহু খঙবা য়ারোইদ্রা ?"

"থোইনা মরম লৈজদে। পুক্লিংদা ফাওরকপা অপাম্বহু ফোঙ-দোকচবনি ।"

"পাবুং-ইমাগীদি য়েংলরোইদ্রা ।"

"ঐগী অপাম্বা অনিংবদা মথোয়না থোইনা থিংলোই হায়না থাজৈ ।"

"ঐস্থ ইমাগী নিংবা থুংহনগনি হায়না লেপথ্রবনি । করিগুম্বা ইমানা অদোম নত্তবা অতোপ্পা মুপী অমা মমৌ ওইনা খত্রবদি অদোমগী অপাম্বা লম্বী অহুদা ঐস্থ চৎকনি ।"

"মহুনা অদোমগী পুন্সিবু অরাবা পীবা নত্তনা মুংঙাইবদি ফংলোই ।"

"ঐ পুন্নমক খঙজে ।"

হন্দক্তি রোমীতাস্থ থৌনা ফনা হংলকই— "করিগীদমক্তা অদোমগী পুন্সি অহুবু মাঙহনবীগদৌরিবনো ?"

রমানন্দনা চিংলেম্বা মীনোক অমা নোক্লহুনা মুংশিন হায়রকই, "রাহং অহুগী পাওখুমদি নহাক্না পীগদবনি ।" মুমা খম্বরগা অরেপ্পা পাওখুম অমদি পাম্মী । রমানন্দা চৎখ্রে । রোমীতাগী পুন্সিদা অস্থুয়া য়েংপা কয়া লাকনি হায়বসি থাজরুদে । তপ্পা তপ্পা পুন্সিগী খোঙথাং লুশিল্লকখি ।

মমানা কয়াও লাওবও তৌবহুদা রোমীতাহু তৌফম অমা খঙহ্রে । বা তায়গদোবা শান্তিস্থ লৈতে । অমুকস্থ খল্লি করি রাবু তায়গদোবা মমাগী

হকচাংগী ফিভম অহুদা কন্না য়ানিংবা উৎপস্থ ওমজে। নোংমা নিন্নিসি য়াণী ফমুংদগী হেনখিত্রে। রোমীতা অহিং তূমদনা থনবা মথৈ থল্লগা মমাদা য়াবগী মওং উৎগ্রে। নারম্বা য়াণীস্থ হৌশংতুনা রা তান্নবা চংগ্রে। ইথা থাজদনা নোংমা রোমীতাগী রারোইপোৎ পুগ্রে। পাম-জনা খাজিওখিবা মুখশিবগী শম্বলহু য়ানিংদ-য়ানিংদনা মতোমতা ওয়া থুদেকচরকই।

শান্তিনা ময়ুমদগী লাকপদা থাজত্রবা রোমীতাগী পাওহু তারে। আশা পুন্না কায়খি। উমেশপুস্থ রারোখি। অহৈ-অশিং শান্তিনা রোমীতাগী থস্মোয়বুস্থ শান্তিনা কায়হৌখি। অতুগা রা অমা ফাওবা ওাংলমদনা উমেশনা তুমিন্না চংখি। রোমীতাগী মমাংদা ইকাই-নুংশি য়ান্নখি।

লৈমস্থ থাজদনা অমুক থুনা রারোইপোৎ পুখিবহুদা খোইরাং খেইশাওনৈ। মশাগী মপোৎ মীনা মুনখিবগুম নুংনাংবা ফাওই। নোংমা নিনিদি শাওনিংমনবদগী আশ্রম শাবগী থবক অহু ফাওবা য়েংশিল-লুত্রবনি। অতুবু অম্বন্না পুক্লিং হম্ববা য়াবা মতম নত্তে থম্দুনা মতোমতা পুক্লিং ফাথজে।



## নিপানওবা

চহি হৌগ্রে। উমেশস্থ চিঠি তোইনা ইরকখিত্রে। লৈমগী আশ্রম শাবগী থবক অয়াম্বা লোইশিল্লক্লে। উমেশ হেক থোরকপগা শক্তানবা লেপলে। ইথা থাজদনা য়াজেন লাকপা উবদা হরাওনা কৌশিল্লি। "ইচা লাকপসিদি মুংতাইবা পাও তমগদোবা য়াম্লিদা।" নওগী মরূপ অতাওবহুবু চিঠিকা অমত্তা ইরক্কেনে।

রাজেনগী মায়থোংহু মহৌশাগা মান্নদে। লৈম্মা শকফম থুনা হনজিনখি। হংলকই, করি তৌরবগে? কৈদৌবা য়াওবগেনে?

"পাও অমা তায় চুম্বরা খঙদে।"

"করি পাওনো কৈদৌরগে?" লৈমনা পাখৎনা হংই।

"ওরাংগী দিল্লি টু কলকটাগী প্লেন অমা কায়বহুদা। মৈতৈ মচা অহুম য়াওই হায়নৈ। উমেশকা মীং মান্নবা অমা য়াওবহুদা ওইরমগম্রা হায়না চিংনবনি।"

লৈম্মা পাখৎনা হংলকই, করি হায়বা? কনাদগী পাওনো চুম্লখরো ?

"ইমাশি মুংশা থিবীরুম্নু। ওইরমদবম্নু য়াই। মহাক থোক্লক্কনি হায়বদি থাজদে।"

ফনা হায়রবম্নু লৈমগী থম্মোয় তপথবা য়ারক্তে। মচাগী মচিং খঙবী মম নি। উমেশনা নিংলবদি পাও হায়কগী কান্নবা লৈতে। অমবু ওইরবম্নু, অমবু ওইরবম্নু রাজেনবু উমেশকী মনাক্তা থাবদা তারে। মাগী লৈফমদা ফোন তৌত্না হংবদা ওরাংগী ফ্লাইট-তা য়ুমদা থোকখ্রে হায়বা পাও ফংলে। পাওহু লৈমদা শেংনা তম্নমদ্রে। দিল্লিদা ওইনা চৎপনা ফরে খন্দুনা টিকেৎ কক্লে।

রোমীতাম্নু ওফিসতগী পাও তারক্লবনি। তমগে খল্লিউৈদা হাম্মা পাও তারম্লে। রোমীতাগী মমা-মপা লাক্নুনা লৈমবু থেমজিনবিরে। তারিবা পাও অসিনা অচুম্বা ওইরবদি কনাগী আশাদা অম্নুক লুম্নবা পোৎলুম অসি পুহ্নুনা চৎকনি। ফনা খাংবা কনবী থম্মোয়নি। নৌন্না মপু রাইবা ক্যয়নখ্রে। খাঙলকখি চৈনা কয়া, হিংদবা য়াদে খন্না। মঙাল পীরিবা মৈরী অহুগী আশাদা। করিগুম্বা মৈরী অহুন মুৎখিবা থোক্লবদি লৈমগী পুক্সিদি অমম্বা হায়রহুনা কুপশ্রফনি। মচাম্নুপা অমা ইচাউ চাউনা লৈরি হায়বগী চাওথোকচনা মনিং ওম্না থাংলম্বা খোঙ অহু মখা তানা থাংনবগী পাঙল লৈরম্রোই। পাও অসিনা লৈমগী মশাহু ইশোন শোম্হখি।

দিল্লিদা রাজেন থুংলরে। অশোকপা ময়াম লায়কম্ব্রিবা হোস-পিটাল অহুদা লাক্লে। অশি-অনাগী মীকপ-মীরাওথোলতনা পুমনিল নিল্লি। মীয়াম্ব ময়ক অহুদা উমেশপু ফংনবা থিবা অরাইবদি নত্তে। অশিবা অমা ইস্পোরকপদা মমায় হাংদুনা ফাওবা য়েংলবনি। মমৈদা মৈতৈ মচা ডাক্তর তম্বা অমা থেংনহুনা উমেশনা লৈরিবা কা অহুদা রাজেনবু পুশিনবীরম্লে। লৈরম্লিবা ফিভম অহু উবদা রাজেনগী মীত্তগী পি তাথি। কোক, মায় পুম্বা অঙোবা বেন্দেজনা য়োমশিল্লি। ফিভমহু থিনা শোক্লে। থরায় মাংহৌদবগী লাইবক ফয়ে হায়বহুনি।

ডাক্তরনা হিদাক পীজরম্বগী মমিং পাংলম্লি। জ্ঞানদি থরা তারে অহুবু রা গাংবদি গুমত্রি। রাজেন্না মনাক্তা ফমথরকপহুদা স্বপ্নগী ইঙ্গিং মচা অমতং পীরকই।

প্লেন্দু লৈমায়দগী রাংনা পাইথংত্রিঙৈদা য়ৈশিন্দুনা তাবদগী মী থরা হিংহৌবনি। মীরম অসিদা মহাক্কী চান্নজবা মরুপ অহু উবদা রাদি গাংদনা পি চেম্বরক্লে। উমেশকী মীত্তগী পিহু তৈথোকপীরহুনা হায়রকই, হৌজিক্তি ঐ লাক্লেদনা। করিস্থ মুংঙাইতনিংঙাই লৈতে। পুকচেল চাওথোকদবনি, মুপানবু।

নর্স চংলক্লনা তূম্নবা হিদাক অমা কাপলম্লে। উমেশনা তূম-লিঙৈদা উম্নবা য়াবা ডাক্তর উম্নক্লরে। অহুবু লাইবক থিবনা খোঙ য়েং থংবা অহুমদি মহৌশাগুম শিজিম্নবা য়াররোই। অহুবু য়াম্না কেয়ার্ লৌরবদি থরা কুইনা চংলবস্থ তপ্পা ফরকপা য়াবগী থাজবদি ডাক্তরনা পীরকই। ডাক্তরনা হায়রিবা খুদিংমক রাজেন ইপেন্দা পেনখ্রে। উমেশকী থরায় মাংলমদবা অসিনা মঙোন্দদি অচৌবা মায় পাকপনি। লৈমদা পাও পীবগী অচৌবা অরাবা অহুমদি কোক্লে।

উমেশস্থ থরা ফগংলে। কোকী শরুক অয়াম্বা ফয়ে। থোইনা খুদোং থিনিংঙাই ওইব্রে। খুদিংমক হায়গুম নোয়মেন্দা লোইনা লৈয়ে। মহৌশা রা গাংগন্দবগী মথক্তা মশাগী ফিভম অহু খঙলকপদগী হেন্না

তুমিন্না লৈরে। ফিভম অসিনা হেক্সিনপ্রবদি তশেংনা লুপদোরি। রা-জন্না ফিভম অহু তাখিদনবা কন্না হোৎনজে। রাজেন্না হায়রকই, "করি কৌরে রা থরা ভাংঙুদনা। নঙনা রা ভাংত্রবদি ঐস্থ তৌফম অমতা খঙত্রে।" শকফম কায়রবা মায়খোং অহুদা মোক্লিংদনা হায়ফেৎ নোক-লহনা, "করি হায়নিংঙাই লৈরিবগে? হিংলুবগীবু অর্থ থোক্লিত্রনে? হৌজিকপু করি পেন্দবা, করি অপাম্বা লৈখিগদগে।"

"করিগী অহুম্না ভাংলিব্রনো? নঙবু রাখল য়াম্না চাওবদাইনে।"
"মতম অমদা ওইরম্মী অহুবু ঙসিদি ঐগী পাগল শক্তি পুম্নমক মাঙথ্রে।" শোইনায়রবা অমা হায়বতু ঙসিদি ঐ ওইরে রাজেন। হৌখিবা ঐগী পুন্সি অদো কল্লক্না য়েংহৌবা নঙনা অমুক হল্লকউ য়াররোই।"

"করিগী রাখল অহুক য়েৌনা পীকশিল্লিবা করিগীনো? সংসার অসিদা মখোঙ অনিমক য়াওদবা মীদস্থ হিংলি। নঙগীদমক্তা ঐখোয় ময়াম লৈরিবসিদি।"

উমেশতু রাজেনগী রাহৈশিংতু তানিংত্রমাল্লে মমায় লৈখোকখ্রে। তশেংনমক্কিদি মহাক রাহৈশিং অহু তাবা ঙম্লক্তবনি।

হোস্পিটালদগী চৎখিবা য়ারে হায়রুনা চেলাক্লে। লুরিবদি উমেশনা য়ুমদা চৎসি হায়বা য়াত্রে। নিংশ্রবদা হোংদবা মহাক্কী পুকচেলনি। রাজেন উপায় লৈত্রে। অহানবা চৈশুগী মতেং লৌরগা খোঙ থাং-লকপা অহুদা রাজেন্দা য়েংলগা নোকফেৎ তৌরকই। মীনোক অদো রাজেন খাঙবা ঙমখিদে। লৈখোক্লুনা খাঙথি। হায়রকই, ইমাশিনা নঙগা লোয়ননা খোকমিন্নরক্কে হায়রুনা ঐবু শোয়দনা রারোখিগনি।

উমেশনা ঙপ্পা খুম্নকই, "মরূপ পুন্সি অসে অতেক-অকায় ঙাক্তা উরক্রে। ইমাগী মাংদা ঐগী ফিভম অসি উহনবা ঙমগনি থাজদে। মচা লুংশিজরবা ইমাগী থম্মোয় অহুনা শোক্কদবা অহু ঐ য়েংবা ঙম্মোই। নঙস্থ অমুক্তা হায়মুনে, ঐবু করি তৌ হায়রনো!

"অহুবু খাঙব ঙম্বগী থৌনাদি ঐখোয় লৈবা ঙাই। পাংদবা শাহুমা কয়াম কুইনা লোংকে হায়রিবনো?"

"পুক্লিংনা য়ানিংলকপা মুমিং অহু কাওবনি।" নহাক হনজো রাজেন। নহাক্কী লমন পুল্সি অসিদা শিংবা ঙম্নরোই।

"অহু নংঙনে ঐনা তানিংলিবদি। নঙগী অশেংবা ফিরেপ অহু করিনো?

"হায়ফেং খল্লগা খুম্মী. ঐ Roorkee দা অমুক হনগ্রগে।

রাজেনহু মহাক্কী অনিংবা অপাম্বা অহুদা থোইনা য়েংলুব্রে। ফরে, নঙনা রুরকীদা অমুক হল্লগে হায়বহু ঐ য়ারে। নঙগী পরীক্ষাহু থাদোকলুরে। নহাক্কা মহু তোগে হায়রবদি ইমাশিগীসু চেয়রহুম হরাওনি। অহুগা রাফম অমদি নঙনা মফম অহুদা চৎপ্রগা পুন্সিবু মাঙহনগে খল্লকপা মীকুপ অহুদা মরুপ হাৎপগী পাপ পুগদবনি।

"রাজেনগী রাহৈ খরা অসিনা পুন্সিগী অনৌবা মঙাল অমা ফংবগুম হিংবগী আশা অমদি উরকই।

উমেশকী অনিংবা অপাম্বা হকচাংগী ফিভম ইহুনা লৈমদা খঙ-হনগ্রে। ঙসি হোস্পিটাল থাদোকপা মুমিংনি। রাজেনসু অমুক্কী হকচাং শেংদোকপা চংখ্রি। Washman না চিঠি অমা পীরম্বদা ঙাইরি। মমানা থারকপনি হায়বা খঙলে। ঙাইঙমদনা কোভর শেগায়হুনা পারকই। অম্নমা ইরম্মী।

ইমানা করিবু হায়ন হায়রসিগে। ঐগীদি নঙনা থরায়নি। ঈশ্বরগী নোংদম্নবু কনানা খঙবা ঙমলুগনি। ইমাগী পেন্দবা মুংঙাইতবা করিসু লৈতে। ঈশ্বরনা ইচাবু কনবীরবনি। সংসার অসিদা শোয়নাইবা শোয়নাইদবগী খেন্নববু করিনো। অহিংবা খুদিংমক চপ মান্নৈ। ইমাগীদি নহাক্কী থরায় হিংহৌবা অসিদগী হেন্না মমল য়াম্বা অতৈ লৈজে। হৌজিক নিংহম্নবা য়াবা মতম নত্তে। নত্তোন্দা ঐগী আশা পুম্নমক থম্লিবনি। নঙনা মতম পুম্নমক্তা নিংশিংগদৌবদি নমা মতোমক্তা লৈহৌই

হায়খসিনি। অহুগা মরুপকী তৌবীমল কাওয়োইদবনি। নওগী অয়াংপা পুন্নমক ইমা লৈরি। নংখোয় অনিমক ঈশ্বরনা খোজানবীবা ওইসনু।

—লৈমা।

উমেশকী মীৎলুদা নিক-নিক লাওনা লৈরিবা পিশিং অহু থাওবা ৱারছুনা মাংদা পোপ-পোপ তারকই। রাজেন্দ্র চংলকপগা মপা চায়হুনা হায়রকই— হেরা, মুপা মান্দবা।

"রাজেন, ঙসিদি ঐ হায়খম খঙদনা মুংঙাই। মুংঙাইবগী পিনি ঙসি ঐনা তারিবসে।"

রাজেন্দ্র অচোৎপা শমহু টারেলনা কংনবা তৈথোক্লহুনা হায়রকই—'ইমাশিনা থারকইরা?"

উমেশনা চিঠিহু রাজেন্দা পী। রাজেন্দ্রা ৱারোল পারে অদুগা হায়রকই, উমেশ নওসে তশেংনা লাইবক ফব মীনি। ইমাশিগুম্বী অমবু নওগী ইমা ওইনা ফংজবা অসে। তশেংনা চাওথোকচনিংঙাইনি।

"অহুগা মচা অমা ওইনা ঐদি মতিক চাব্রবনি।"

"অহুম্না রাহৈ খুদিংগী হায়গদবা লৈরবদি, ঐ ৱারী শাররোই। রাজেন শাওব্রে খঙহুনা হায়রকই, ঐ লাল্লে, মহৌশা ঐবু অসুম্না ঙাক্নু লমব্রনে? মতুংদদি ঐ অমুক হন্না নঙনা পামদবা য়ানিংদব্রা মতৌ উৎলরোই। মতম ঙাইবা ওইনা ৱারী শান্নসি। ঙসিদি নঙখা ৱারী য়াম্না শান্ননিংই।"

"রাজেন্দ্রা মোকফেৎ তৌনা, করিগী ৱতাংদা শান্নসিগে?"

"অমা হেক্তা। খরা মুংঙাইগদবা ৱারী।"

"নঙ অমুক্তা ছোদোরকউদনা।"

"নঙনা ঙব্রাং ইরিবা চিঠি অহু কনাগীনো?" কনাদা ইরিবনো হায়বা হায়রগ্তি খঙলবনি অহুবু অশেংবহু রাজেন্দ্রগী ঙানিংহুনা হংলকপনি।

"মতৌ অহু রাজেনসু খঙলে। থৌশাদবা শাহুনা খুমলকই—'আ রোমীতাদা' থাখিসিরা হায়না ইবনি। থারুহুরা!"

লোইশিল্লকপা মাহৈ অহুদা রাজেন্না মরৌ লৈনা নোকফেৎ তৌ-খিবহুদা উমেশকী অরোনবা থম্মোয়গী পাওথুম লাইনা পীথোকখ্রে। মোমোন নোক্লুরে।

রাজেনগী চলাক অহু মহাকসু খঙই, তপ্না খুম্মী— "নহাক্না চিঠি থাবদা ঐনা থিংবগী হক লৈতেনা।" নঙগী কুশি তৌ।

"হুম! মসিমদি কুশি তৌবা য়াদবা। নঙনা য়াত্রবদি ঐনা করিসু তৌবা ঙমদে। রোমীতাগা য়,নৈ হায়হুনা ঐবু মরুপ নত্তে হায়বীরবদি লোইরেদো।"

উমেশ মোমোন নোক্লকই, "ঐবু অহুক তমথিনা থল্লিবা করিগীনো? নথোয় মশেন্দি হান্নদগী য়াম্না য়ানজবদাইনে। ঐ ইতোমতা তোঙান্না তাহনবা নত্রো?"

"মতাং চাদনা নবুক ফত্রবদি তোঙান্না তাজবা তাবনি।"

"মীচংগীদমক য়াম্না কন্না রানোমত্রবা জাৎনিদনা।"

"অহুনবু মাগী মী ঙাক্লা ওইব্রিবনিদনা। ইমাশি ফাওবা নঙগী মীচংদা লেপ্লোই।"

"অহুদি ঐসি তশেংনা ফত্তবা মী তারেনে।"

"অহুদা নত্তে নঙগী নুরালদি মীবুসু তশেংনা ওৎপা মীনি।"

"রাফমহুদা নঙগী থাজবা য়াবা করি লৈবগে? ঐদি মহু থাজদে। মহাক্সু ঐবু থল্লমগনি হায়বসি হান্নদি অচেৎপা থাজবা লৈরম্মী। হৌজিক্তি ঐগী থাজবা মাংখ্রে।"

"করে রাফমহু চুম্লিত্রা? মহাক্না করি থল্লিবগে হায়বসি খঙ-দোক্লবা ঐ মঙান্দা চিঠি অমা ইরগে। মহাক্না করিঙম্না চিঠি অহু হক্লক্লবা, নঙবু তশেংনা থল্লি হায়না লৌরসি।"

"অহুগা পাওখুম অমুকহন্না লাকখিত্রবদি -- - ?"

"মহাক শোয়দনা হল্লকনি।"

উমেশ পাওখুম পীরুদ্রে। রাজেন্না অপান্থত্থ ভৌরসন্থ খল্লে। অহুবু মুংশিরবন্থ ফিভম অসিদা ভিক্ষা ওইনা নিনিংদ্রে। থম্মোয়না ইয়া য়ানিংদবা অমদি ফাওরি।



## মাপলশুবা

মখোয় অনি দিল্লীদগী রুরকীদা লাক্লে। নোংমা নিনি উমেশকী ভৌবা য়াবা, পাংবা য়াবা মতেং পাংহুনা উমেশতা মথা শাবা থবক অমত্তা লৈহদ্রে। রাজেনদি হনথ্রগে হায়বনি। উমেশনা মুমিং খর-নিদংগা লৈথনবা হায়বদগী নোং-নিনি লৈরে।

রাজেনদি অরাবা পুন্নমক কাউথোক্লুনা মপুং ফানা তূম্লি। অহিং অদু উমেশতি মীৎ উইশিল্লু য়াদ্রে। লাপথোরক্লবা অসিদদি হেন্না নিংশিংলক্লে। থোদোক খুদিং অমমমতা ওইনা মীৎতা উরকই—"অহানবা থেংনবা মুমিৎ অদুগী থোদোক! লৈহুনা য়েংলকখিবা মীৎয়েং অদুনা মহাক্কী থম্মোয়দা কাউবা ঙম্লরোইদবা অনৌবা দাগফম অমা হকখি।" মথং মথং নিংশিংলকপদা রাহে অমথক নিংশিংলুবদা শাওনিংবনা ভৌফম খঙলক্তে। অদুবু শকফম অদুদি থম্মোয়দগী লাপথোকউ হায়বা থক য়াখিদে।

রাজেন্না য়াওল্লকপদা মঙ কায়খ্রে। হৌজিক ফাওবা তূমদনা লৈরম্বা অদুদা ওল্লা ঘড়ী য়েংই। অহিংগী শুং ২ তারম্লে। হংলকই, "করি ভৌরে তূমদ্রবদি?"

"তূম্বা য়াদ্রে। ঐগী পোলোয় অহুগী পামজবা পম্থং অদো ফংগনি থাজরকদ্রে।"

"অমুক হৌরক্লব্রা ?"

"মীওইবা খুদিংমক মশাগী ওইজবা খিনৈ। ঐনা ঐগী শুংশিরবু মমল লৈহন্নিংলুবা, হৌজিক্তি ওইজবা থিবা ওইনা তারগনি।"

"নঙনা খল্লিবা খুদিংমক চুম্মী. মী খুদিংগী অহুম্না খল্লমগনি হায়না খনবসু হাল্লি। অহুগী.সু মথক্তা রোমীতাদি ইচম চম্বী গুপী নস্তে। মহাকী রাখলদি ময়ামদগী তোঙান্না উবা কংই।

"নুমিৎ অদো হায়ফম খঙদনা মহাকী মফমদা শাগুনিংখি।" হায়ফম খঙদে। হায়নৈ, অশেংবা শুংশিবদি কল্লকপা মীহৌবা পোকতে। অহুবু ঐদি মাগী রাঙাং, মাগী খোঙথাং খুদিং কল্লক মীহৌখি। হায়জসনু ঐবু ওইজবা থিবা শুংশিবা শাবনি হায়না।

খঙদবা মীগী মীৎয়েংগী রানি। মহুসু হেক্তা হায়রগা চুমগদবা নস্তেদা। নঙগী শাক্তিদি ঐনি। হয়েং ঐনা হনথগা নঙগী অশেংবা রাখলহু ফোংদোক্লসু হায়বরো ?

"অমুক কুইনা ফোংদোক্তনা লাক্লগা ফিভম অসিদা নংহৌরোই-দবগুম — — মহু ঐ পামদে। ঐগী ইহৈ তম্বসি লোইহনা মায় পাক্লা হল্লকপা মীকুপ অহুদা থম্মোয়গী রা পুন্নমক মফমদা ফোংদোক্লগে। মসি ফাওবদি ঐ তুমিন্না লৈরগে। মতম অহুদা মহাকী খুমনিংবা পাওখুম অহুসু মনিংতম্না পীরকসনু।"

"নঙগী অপাম্বদা য়ানিংদবা করিসু লৈতে। মসিদি নঙগী রানি। নঙগী উইল কনবহু য়াম্না ফৈ। ফরেনে তুমথরসি, নোং ঙানগদবা কুইরম্নরাই।"

রাজেনসু য়ুমদা হনখ্রে। মহাক লৈরিভৈদদি মতম লেনফম খঙ-লম্বনি। হৌজিক্তি মতোমতা ঙাইহৌরে। করি তৌসিগে খল্লি। নিংশিংলক্লে, ওরাং রাজেন্না শারম্বা চিঠি অহু য়োন মথাদা অহুম লৈরি। কনাগীনো হংবদা মীগীনি হায়বদগী হেন্না পাওখুম ফংখিদে। রাজেনগী

মতৌ অহুদা মথা তানা হংবা ইকাইহুনা তোকখিবনি। চিঠিছু হাংহুনা পারুকই,—

তামো রাজেন,

থাজদনা ঐবু নিংশিংবীরকুনা পাওহু হায়বীরকপগীদমক করিনা লমন শিংগনি। য়াম্বুং করিস্থু থোইদোকপা তৌত্রে তাবদা য়াম্না সুংঙাই অহুবু থোঙগী ফিভম অহু অশেংবা উত্রিবনিনা লৈতাকমদি খঙদে। ইমাশিগী আশ্রম শাবগী থবক অহুস্থু লোইশিল্লক্লে। লমদম অহুগী মীওইশিংনস্থু হয়াও-হয়াওনা মতেং কয়া পাংবীরকই। ইমাশিগী আশাস্থু য়াম্বুংনা থরায় হকচাং য়াওনা থবক অসিদা মায় ওনশিনবহুনি। ঐস্থু অওম্বা মতেংদি পাংই হায়ববু কয়া মায়পুননা হোৎনবদি ওমত্রে। ইমাস্থু নাবা কুইরে। থোইনা ফগৎলকপগী ফিভমস্থু উত্রে।

অহুগা তামো রাজেন, ঐদি থোইনা লানখিদত্রা হায়না খল্লি। ঐনা ইচম চম্না হায়খিবা রাহৈ অহুদা য়াম্বুংনা য়েনা শাওখি। মহুগী-দমক ঐনা লাল্লে হায়জকম থোক্লিত্রা? অহু য়েনা লাম্না লৌরমগনি খঙলম্নবদি রাহৈ অহু হায়রম্লোই। মীওইবা অমা ওইনা মীগী অরাবা তাবদা সুংঙাইতবা কাওবা অসিস্থু করেম্নবা ওইনা ক্লোকম থোকপ্রা? হায়নিংবদি য়াম্না লৈরি অহুবু লোইশিল্লগে। অশোয়-অঙাম য়াওদনবা ঈশ্বরদা নিজরমগে।

রোমীতা।

চিঠি অহুগী রাহৈ খুদিং তানিংনা থোকখি। পারুবদা পুক্লিং হকচাং তয়াং-তয়াংনা সুংঙাইবা কাওখি। মকা লায়বা মায়থোং অহু রাখল মচা অমথক থনবগী মখি তারকই। মহুগা মতম শাংনা লৌত্রে, লাইস্নিক পুথোকুনা মথোঙা পুক্লিং হেন্না চংঙ্খে।



# তরাশুবা

য়েংজনিংবা মচাগী মুংঙাইরবা মুমিৎ অহু উবা ফংদনা, অরা-মুংঙাই পুম্বা থাদোক্লগা অশেংবা পম্থংফম অতুদা রাণী চৎখ্রে। মমুং মতম চাদনা মম্যানা লৈখিদবা অসিদা রোমীতাদদি থাংকম খঙদবা চৈথেং অমনা য়ৈররে। ঙাওনা চেম্থরকপা ঈচেলদা তাওথরকপা কাওশিংগুম পল্লেপফম খঙদনা চেম্থরকখি। লৈমনা মহাক্কী পুন্সিদা অচৌবা পল ওইনা থিংহনা লৈখ্রে। পুন্সিবু কনবা ঙমগদ্রা খন্দুনা লৈমগী খুদাং পায়হনা য়াম্নজখি। মমাগী তৌফম থোকপা পুম্নমক লোইরগা লৈমগা আশ্রমদা লাক্লে। মসিন্না মহাক্কী পুন্সিবু অনৌবা থরায় অমা হাপ-পীগনি খল্লি। মপানস্থু মচাগী মতৌ য়েংবা ঙমদবদগী লৈমনা শিনবা খুদিংমক য়াখি।

অনৌবা খুৎশেংমগী হৈরাং লৈরাংশিং অহুস্থু মপুং ফাগৎলকলে। মহৌশাগী শংবাম্নরবা চীংশাং অহুগী ফজবনে মফম অদে। রাখলতা নত্তনা পূক্লিং ফাওবা ঈংখ্রে। মফম অসিদা রোমীতাস্থু চাশিন্নরা লেল্লকই। মহৌশাগী হৈনিংবা পুম্বা মাঙখ্রে। মশাগী পামজবা শিনফম থাদোকখ্রে। ‘প্রেস কনফরেন্স’ য়াওথিখ্রে। মফম অসিদা লৈবদগী রাজেনগস্থু হেন্না নকশিন্নখ্রে। রাজেনগী হৈশিংলবা রাহৈ কয়ানা মহাক্কী মুংঙাইতবগী চাং নোংম-নোংমগী অস্থুম হস্থহনখ্রে। মবুং অমগুম করিগুম্বদা পেন্দবা কয়াগী রাকৎফমস্থু ওইরকই। মহাক্কী চিরবা মতম অসিদা হেন্না পুক্লিং থৌগৎপীরিবদি রমানন্দনি। মহাক্কী তৌবীমল অসে রোয়ীতাগী পুন্সিদা কাউগদবা মান্দে। ইয়া য়ানিংদনা পুখিবা রারোইপোৎনি। মুপা অসিগী ফজবা লমচৎ, ব্যাবহার, ধর্ম্ম মীস্থুংশি ময়াম অসিন্না তপ্পা তপ্পা মহাক্কী পুন্সিদা নকশিল্লকখি। হান্না শাওনিংলম্বা লৈমস্থু হৌজিক্কি নক্করবা তিম্নরবদগী পুম্নমক মাঙখ্রে। লৈমনা খ্বায়দগী পামজবা, য়াজ-নিংবা মীশক ওইখ্রে। রোমীতানা মুংঙাইজরিবস্থু লৈমগা মত চাশিন্নহনা

আশ্রমগী মতাংদা তাথোক-তাশিন তৌবা সিদনি। মথোয় অনিগী মরি অহু নাথৈননা থমখ্রে। কাউনবগুম তৌরে। মরূপ অমগুম অরাং-অপা তাথোক তাশিন তৌহুনা লেপ্লক্রে। রমানন্দসু নোংমগী নত্রবসু নিনি হুম্নি মরক্তা আশ্রমদা হেক-হেক য়ৌরকই।

নোংম-নোংমা হৌখিহুনা চহি কয়া হৌখ্রে। রোমীতাগী পুন্সিসু তপ্পা তপ্পা মখম অসিদা চাশিন্নরক্লে। অকাউবা হায়বা অসিমক লৈরম-জবদি মীওইবা খুদিংমক হিংবা ঙম্মলোই। মুংশিরবা ইমা-ইপা, ইচিল ইনাও পুম্নমক তপ্প-তপ্পা কাউশিল্লকই। রোমীতাগী পুন্সিসু অসি মঙাই, মমাগী পোৎলোইবা মুমিং অহুদদি মৈনুংদা ফাওবা চোংশিনবা ঙমগ-দৌবা মাল্লি। হিংদবদি য়াদবনিনা মতম্না অহিংবা ঐখোয়গীসু অকাউবা হায়বা থৌনা অসি হাপ্পীরম্লিবনি। য়ুমদা অমুক হন্না হল্লরোই খল্লুরবনি। অহুবু মপাবুংগী খল্লুবদা রোমীতা কুইনা লৈথোকপা ঙমখিদে। মচা-নুপীগী রাখল অহুসু মপা খঙই। মহাক্তি য়ুমদা অয়াম্বা লৈতবনিনা লৈমগী মনাক্তা মচানুপী লৈবনা হেন্না ফগনি খল্লে।

ঙসি পাঙথোক্কদৌরিবা চাওরবা থৌরম অসিগীদমক ময়াম পুম্নমক পুমলাং লাংই। অঙাং অহল, মৌ নহানচিংবা থবক নোম্বগী চৎথোক-চৎশিনগী পুমনিল নিল্লি মখম অহু। রাজেনসু মতম চানা থরা ঙম্না থুংলরে। মহাকসু পুলিশকী সার্ভিসতা চংপ্রবনিনা তোয়না লাকপা ঙমদে। আশ্রম অহুগী মওং-মতৌ উরুরগা লৈমবু হন্না হন্না থাগৎলকই। লুপ্রাবীমক ওইরবসু লৈমগী রাখল লৌশিং অসি থাগৎনিংঙাইনি। পুম্নমক অসি উরুরগা উমেশপু নিংশিংলকই। মহাক্তুংগা রাওরবদি রাজেনগী পেঙবা হায়বত্থু ওইগদবনি।

রোমীতা থরাম য়াওনা করিদা শোইখিগদগে হায়হুনা কোয়চেন চেম্বুনা হোৎনজে। তোগদবা থৌদাংনা হেনমনখিবনা মশাগী অরা-অনা কয়া তুংওইননা থমখ্রমানে, মায়থোংহু তরং-তরংনা মোমোন নোকনা

উরে। ভসিগীদি য়াজেনগা কম্মিয়হনা বারী-মাতাই তৌবা শংনজ্রি। হাইক্ৎ কৌনরয়দগী হেন্না। লাণ্ডরু। কম্মহনা তৌরিবা লাংলিবছ য়েংলি। ভসি উ.রিবা য়োমীতাগী শককম অহু মহৌশাগা মাহ্ন:দ। পুক্নিং হুনা নিংথিজে। লাইগী পুজা তৌরুবগী শৌরুনবা ফিজোল অদো মঙোন্দা হেন্না পকচনা থোকখ্রে। কোয়দাননা শাংতক ভ.বা নাতোন অহুদা হাপ্লিবা চন্দন অহুনা মায়থোংগী ফজবহু হেন্না য়াশি হাপকৎখ্রে। ফিভম মুর্ত্তি চারবা শাবান অহুদা চোইজাইননা নিঙহু য়ৈনা তারিবা অমুবা শম্নাংশিং অহুনা অউবা মীগী মীৎফম চোইহনবা ভমথিদে। তাইবং মীবু শারকপা ঈশ্বর মহাক্ন। ফজবা পুন্নমক তাশিল্লগা শারব্রা হায়না খল্লি। অহুবু উমেশকী য়াখল অহু নিংশিংলকপদদি য়াজেনগী য়াখলস্থ চন্নেরকই। শোর অমা লুম্না হোন্দোকই। থংনবা মীকুপ্তা রমানন্দবু নিংশিংলকই। লৈবাক মচা তাবা মাগী লিচৎ-শাজৎ অহুনা খুদিংমকপু মায়থিবা পীরকত্রা হায়বগী চিংনবস্থ ফাওরকই।

পামজরুবনরা লৈমগী থৌরম-থৌরাং কয়াদা রমানন্দনা অচৌবা থৌদাং লৌখ্রে। অরাৎপা লৈরকপদা শেলগী মতেং কয়া পাংলকই। ভসিগী থৌরম অসিগী অথোইবা অতিথি ওইবীনবা লমদম অসিগী এমঃ এলঃ এঃ বু হায়জরুবনি। অহুবু অরুবা থবক অমা চংথিদবগী দিল্লীদগী হল্লক্তি হায়বগী পাও ফংলে। থৌরম অসিদি য়েথোকপগি য়াররোই। লৈমা য়াখল তৌরগা রমানন্দবু ওইহল্লগে হায়না লেপলে। চহি থরা নৌজরবস্থ লৈমনা য়াজনিংবা তোপ-তোপ্পা গুণ থরা মঙোন্দা লৈ। রমানন্দদি মসিগী লৌশিং য়াখল করিস্থ খঙদনা কম্নবনি। খঙ-হৌদনা হায়রকপা অসিদা য়ানিংদবা উৎলবস্থ ওইরিবা ফিভম অহুদা খন্থরকই।

অয়ুক্তা চাবা থকপগী থৌরাং অহু লোইশিল্লে। মরাম পুন্নমক থারিবা রুক্ষম অহুদা চংহনা কয়খ্রে। রমানন্দস্থ তোঙাম্না থান্নিবা রুক্ষ অহুদা চংহনা ফমথরে। লৈমস্থ ফম্নে। লময়হুগী মচিন চৎপা মীওই

অমি অহুম মথং মথং রা ভাংনখ্রে। ভাংখিবা থুদিংমক লৈমবু থাগংনখিবা ভাক্তনি। অসিগুম্নবা মমল ম্নাম্নবা থুদোল অমা মীয়ামগীদমক মরু ওইনা থুক্কং অসিগী প্রজাগীদমক তম্নীবা অসিদা অপেনবা কোভদোক্লখি।

শান্তিনা শিন্দুনা রোমীতাবু রা ভাংনবা কৌশিল্লক্লে। মীয়াম তিনবা, মিটিং, কনফরেন্স য়াওখিদবা কুইরবনি। হৈনিংবসু যাওঞ্জবনি। ভাইহাক্তি ভকচান্নে। শান্তিগী থোরাংনি হায়না খণ্ডবা কুইনা চংখিদে। তম্ভাইকদনা রোমীতা হৌগংলক্লে। তিল্লিবা অহলশিং অহু থাজদনা রোমীতানা রা ভাংগনি হায়দুনা হৌগংলকপদুদা অমতা ওইনা য়েংলকই। রোমীতা মোং-হাদনা চংলক্তুনা তপ্না ভাংবা হৌরকই— ভসিগী থৌরম অসিগী অথোইবা অতিথি ওইবিরিবা শ্রীরমানন্দ অমদি আশ্রম অসিগী থৌবু ওইবীরিবী শ্রীমতি লৈম্না দেবীবু অগানবা ওইনা ইকাই খুম্নবা উৎচরি। অতুগা তিনবীরিবা মুংশিজরবা থুক্কং অসিগী অহল-লমন অমদি মক্লপ-মপাং পুম্নমকপুসু ভক নোক্লরি। ঐথোয়গী "লৈম্না সেবা আশ্রম" অসিবু অম্নম্না ওইরক্লবা হোৎনবদা মতেং পাংবিরকখিবশিংগী মফমদসু ইকাই খুম্নবা উৎচরি।

আশ্রম অসিগী মপুং ওইবা পান্দমদি থুক্কংগী অভাংশিংবু মহৈ নিংথিনা তম্নীহনা সহরদা লৈরিবা অভাংশিংগা থাক মান্ননা থম্না অসিনি। মমা-মপা লৈত্রবা পীক্লিবা মখোয়বু চংজফম পীবনি। অতুগা কনা লৈজদ্রবা মুপীশিংবু চংজফম পীহনা মখোয়বু সমাজ অসিদা হিংবগী মহাও ফং-হনবনি। মখোয় মশা মশানা শুজ-নোমজহনা মুপী ঐখোয়সু ইতোমতা হিংবা ভম্মী হায়বহু সমাজ অসিদা উৎসি।

মুপা-মুপী লিংজেন মান্ননা শুমিল্লরবতদা চাওখৎপগী থাক অমা ভসিগী সমাজ অসিদা পুরকপা ভমগনি। পুম্নমক অসি ওইনবা হোৎনবদা মীয়ামগী মতেং নম্ভনদি পাংথোকপা ভমলোই। চাওখৎপগী থৌরম কয়া আশ্রম অসিনা লৌজরকপদা মীয়াম্না অভম্না মতেং পীবিনবা হায়জরি।

আশ্রম অসিনা মীয়ামগী সেবা তৌবা ওমহবীয়ু। অসি হায়গা ময়ামদগী বিদায় লৌজরি।

মীয়াম পুম্নমক খুবাক খুনরকই।

অমমম অনি হন্নখিহুনা ভিল্লম্বা মীয়ামহু কায়নখ্রে। আশ্রমগী ওইবা মখোয় খরভা ঙাইহৌরে। রমানন্দস্থ অচিনবা থবক অমা লৈহৌই হায়হুনা হনখ্রে। হৌজিক্তা ইচিক চিক্লে। লোইশিনবা য়াবা থবক অয়াম্বদি মুংশিরৈনা তৌখ্রে। মুংশিরৈ লুপ্রাবীনি। মাগী নি হায়বদা কনাস্থ লৈজদ্রে। মহাকস্থ মফম অসিদা লৈরিবনি। ময়ামদগী খরা হৈখোই-শিংখোইবা হেল্লি। থবক শুবদস্থ অরা অনা থিদে। মাগী হৈশিংবনা লৈমগী মনাক্তা হেন্না নকশিনবগী তঞ্জা ফংজে। লৈমস্থ মাগী মতেং হেক পাংহন্নিংলকপদা মুংশিরৈগী মীং তোইনা শিজিন্নৈ।

রোমীতাস্থ হৌজিক্তা খর হোন্দোক্লি। শান্তিবু চৈগে খল্লিবনি, থেংনদ্রি। গুলাপ ফজবা অমা পায়হুনা মোন্দা মুংঙাইনা ঈশৈ ঙংহুনা চংলকই। নোক্লহুনা, "ওসিদি মুপীমচা অমগী মগুণ খঙলদনা।"

"ঐনা হেক তুমিন্না ফমহুনা লৈথোক্লবদি মগুণ খঙলমগনি।"

"ঐগী মায় ঙাকনি খঙহুনবু কৌশিল্লিবনিদনা।"

"নঙসিদি য়াম্না তৌওম্বা জাৎনিদনা। মতুং মনাওদি কায়ন তান্নকো।"

"ইবেম্মা, য়াম্না পকচৈয়ে ঙাংবা শকপদে। অহুগুম্বা গুণহুবু মী খুদিংমক্তা লৈয়ু য়াব্রনে। নঙনা অহুম্না তৌবদে ঐনা য়াম্না পামজবা। খঙলেদনা।

"অহুবু হায়া খিতং ওইরবস্থ হায়রবদি ফৈদনা।"

"অহু ওইরবদি নঙনা য়াবীগদ্রে?"

"অহুদি নফুদা হেক্তা, ঐবু ঙাংহনবনিনে।"

"ঐখোয়না তৌগে নিংগ্ৰবদি খঙলেদনা। শান্তিনা খরায় জানা নোকই।"

কৈ, কৈ অহুবুদি। হায়রগা য়েংখোকখিবদা রাজেনহু ল'কপা উই। নংহৌরয়োইদবগুম কৌরকই, "তামো রাজেন সোমদা অমুক্তা চংবীরকউ।"

শান্তিনা ওক্না হংলকই, "কৈদোদোইনো? করিগীনো?"

"নঙ য়ুমদা চৎনিংই হায়বদায়নে। থিলহল্লমগে তৌবনি।"

রাজেন খোঙথাং থুনা থাংলহুনা— "করি তৌরবগে?"

শান্তিদি ঐ ঙয়োইকো হায়রগা চেম্বোকখ্রে। থোংজিন্দা রাজেন্দা থেংজিনগে তৌই। রাজেন থৈদোক্লগা লেপই। য়েংশিনখিবদা রোমীতানা থরায় তানা নোক্লিবহুগী অর্থ হৌজিক্তা খঙলকই।



## তরামাথোইশুবা

অয়ুক্লগী লৈমা মশা ঙমদে হায়হুনা মপান থোকখিদ্রে। হন্দক্তি মশা থরা শোম্বুনা উই। মচাগী মশক্না উদবা কুইরকপনে মপা চাশিন-নখ্রে। রোমীতাসু মপাগা রা থরা তায়দবা য়াদহুনা ময়ুমদা চুমিং থরনি লৈরুরে।

থবক মথং মথং লাক্তুনা লৈমগী মনাক্তা ঙসিগী ভাইহাক্তা চংবা শংখ্রি। অঙাংশিংগী মহৈ তম্বীবগী ভারস্তু মহাক্লা হৌজিক্তি পুরিবনি। অহাংবা তঙ্গা য়েংহুনা লৈমগী মনাক্তা চংলকই।

"ইমাশি ঙসিগী করিমত্তা চাদ্রিবরা?"

"খঙদেদা চানিং-থকনিংববু ইফাও ফাওদেদা।"

"করিনো থরা চাশিন্দ্রবদি সুম শোম্বহুনা লৈরনি। থরা চানবা তৌসি। ঐ শেয়কে।"

"য়ারে, য়ায়ে। চানিংলবা কান্দা মুংশিরৈদা ঙইরবসু হায়রগে। নঙসু য়ায়া রারে। ওজা অমদি থিরকউ হায়ত্রবনি। চৎলো চৎলো থেংগ্রনি। করি করিনো শিন্নুরো।"

রোমীতা চৎত্রে। মহাক্না চৎখিবা অত্থবু মুন্না য়েংলগা তুমিন্না হিপহোরে। হন্দক লৈমগী রাখল ইমুং মুংঙাইত্রিবসি রোমীতাগী মঙৎ মতৌদা অহোংবা থরা উবদগী ওইরম্বসু য়াই।

রোমীতাগী মম। লৈখিদ্রবা মতুংদগীদি রমানন্দগা মংখায় অনি থরা নকশিন্নবা উই। করিগুম্বা থোদোক অমা থোকপদা রমানন্দগী মমানসু ইমুং-মনুংগুম য়েংথোক য়েংশিন তৌই। নোংমা নত্রগা নোংমদি রমানন্দগী মমাক্তা মহাক চৎত্রগনি খল্লুবদা লৈমগী হৈনিংবা হেক হেক মাংখি। ঐগী হায়বা অসিমক লৈরমত্রবদি লৈমদা অম্মুমা কাওরমদবসু য়াই। রমানন্দবু মুংশি অত্থবু মংখায় অনিগী হেন্না নকশিন্নবা মরি অসি উরগসু খোইরাং খোইশাওনবা হেল্লি।

পুর্ণিমা মতুংগী থাবলসু মুৎশি-মুৎশি থোরক্লে। রাওথাংনরবা লৈচিলগী মরুমদা অমুক লোং অমুক ঙান তৌরিবা থাজ মাগী মতৌ অদো থোংনাওদগী য়েংলম্বনি। রাখল অমথক্না হৈনিংলমত্রু মাংহনত্রে। হৈনিংবা রাওদনা ফমুংদা ফমথরকই। রমানন্দগী রাফম হেক নিংশিং-লুবদা লৈতাফম খঙদবা অমা কাওই। করম্বা লম্বীদনো মহাক্না থৈত্থনা চৎকদোবা। নিংশিংবা থোক্তে। লম্বী খুদিং খিংখিবগুম তৌই। অমা-রোমদা মহাক আশ্রম অসিদগী হেন্দোকুনা মফম অমত্তদসু চৎনিংদ্রে। পুন্সিগী অরোইবা মীকুপ অত্থু কাওবা মফম অসিদা ওইনিংলে।

শান্তি তপ্না চৎলক্লগা, "করি খল্লিবনো?" ঐদি তুমখ্রমালে থক্ক্রে।"

রোমীতানা খুম্মকই, "পঙথৎ থেংলমখিরোইদা।"

"হন্দক্তি মহোশাগা ইমান মান্নদে। মফম অসিদা লৈখসিবু রান্না মুংঙাইত্রবরো?"

"ঐবু করি তৌরবগেনে? মফম অসিদগী হেন্না মুংঙাইবা মফম অমা কদায়দা লৈরমখিগনি।" ঐগী ইকমদদি মফম অসে তাশোনা ফর্ক-শুমবনি। ইমাশিগা নহাক্তা থেংনরমত্রবদি ঐ হিংবা ঙামলোই, শান্তি।"

"অহূন্না খল্লগা করিগী নুংস্নুক-নুংজানরিবনো ?"

"ঐবু য়েংবা যাম্না নুংঙাইত্রবরনে ?"

"মাম্নথোং অহূদা মরি অহূ তাহল্লিংদবগী রানিদা।" ওসাই লাক্লম্বা অহূদা করি হায়রম্লবগে ?

ইন্দক্তি রোমীতাহূ নোকফেং তৌনা খুম্লকই, "করি হায়নি হায়-বগেনে। করিস্নু হায়রমদেদা।"

ইন্দক্তি অরুবা কেশ অমা পায়রুহূনা খরা চিল্লি হায়রম্বা অহূদা থাজদনা লাক্লম্বা অহূদা হংবনিদা।

"মহূদি মাগী হৈনবীনি। মফম অসিদা লাকপবু — — ।"

শাস্তিনা নোক্ল-নোক্ল কেথরহূনা, য়াইয়ে, য়াইয়ে। অহূদা তাম্মোনা তোইনা লাকপা উরগা ইমাশিনা মখায় নুংঙাইজহ্রিবা — অহূগী রানিদা। রাহৈ অসি রোমীতানা পুরিবা অর্থগা পুমখেন খেল্লবনি। শাস্তিদি হায়গে য়াওনা হায়রকপনি।

"ঐঙোন্দদি করিস্নু ফাওরম্লোই হায়না খনব্রা ?"

"নঙোন্দস্নু শোয়দনা ফাওরমগনি। অহূবু ইমাশিদা ফাওবগদি খেন্নগনি।"

"মাম্নকম থোকই। ঐ খঙই, ইমাশিগী রাথলদা ঐবু মনাক্তগী লাপথোকখ্রনি খল্লুবদা নুংঙাইতবা ফাওবনি। অহূগা ঐস্নু মফম অসিদগী খোঙ লাম্মা ফাওবা থাংদোকনিংদে।"

"অহূদনি ঐনা খেম্নে হায়রিবসে। করে মসিগী রাসি তোক্লসি।"

"শাস্তি, ঐগী পুন্সি অসিদা খুরো অসিমতং চেল্লমজ্রবদি ঐসে কয়াগী মতিক মন্নিং তমজরমগদবনো।"

"অহূবু তাম্মো রমানন্দনদি নঙোম্না অখিংবা স্নেংপা করিস্নু লৈহন্দেনা।"

অথিংবা অহুমক মহাক্লা পীদে হায়রহুনস্থ চংনবী অহুগী য়াংমদা চংনবগী হক্‌তি মহাক্লা পায়শিনখ্রে। নঙগা ঐগা খোঙথাংস্থ হৌজিক্তি খেন্নরে।

"মসিদি মুপী খুদিংমক্তা থোকনি। নঙ নতোম্নতগী নত্তে।"

"অহুবু ঐদি য়াখল, খোঙথাং, মনিং তমনিংই। মওং অসিদি ঐনা তশেংনা পামজথিবনি।"

"অহু ওইরগা লুহোংবহু থুজিল্লোদনা। অহু ওইরবদি মওং অমদা ক্রি ওইবস্থ য়াই।"

"মহুস্থ ঐ পামদে। মফম অসিদা ঐগী চাওরবা থৌদাং লৈরি ময়ামসি মপুং ফাহন্দনা ঐ হন্দোকথিবা পামদে। ইমাশিগীস্থ ঐ খল্লি।" তশেংনা হায়রবদি য়ুম্বানবগী মরি অসিদা ঐগী হৈনিংবা অমত্তা য়াওদে।"

শান্তিনা হাংলিবা থোংনাও অহু লোনশিল্লহুনা হায়রকই, "হৈনিংদা-হৈনিংদা নোংমদি চংখিবা তাবনিনে।" থেংলেশে তুম্নসি।



## তরানিথোইশুবা

অয়ুক্তা রোমীতানা চা লোল্লগা লৈমগা মথোয় পুন্না থকমিন্নরি। রোমীতানা চা শেম্লিবা অহু মুন্না য়েংলগা লৈমনা হায়রকই— "অস্নুম্না কয়াম কুইনা চা-কা লোম্নুনা পীথকখিগদৌরিবনো খঙদেনে।" রোমীতানা চা পীনা পীনা মোমোন নোকই। মতৌ অহুদা লৈমহু ইপেন পেন্স্র-মানে অমুকস্থ হায়রকই— "ঐনা শিবা ফাওবতং ইনাক্তা লৈহুনা সেবা তৌবিরবদি কয়াদা মুংঙাইনা শিগদবনো-সে।"

পীক্তক তাবী চিম্বাল অহু হাইকেংতং মৌরুহুনা — "হায়হৈদবা রা ঙাক্তা। শিবকা য়াখিরোই ঐদি ইমাশিগী নাক্তগী মুকচং চংলরোই। মুম লৈরগদৌবনি।

লৈমনা য়রৌ লৈনা য়েংলহুনা হায়রকই, "শোইক্লেদনা—! থিজা য়সিনা ভাংজশারিসে।"

লৈমগী রাঙাং অহুদা রোমীতাহু থরা ইকাই। অহুগা অশেংবা অহুদি করিনো থওদে লৈমগী অর্থ চেন্নবা রাঙাং অহু শান্তিদি ওসাইনা ভাব তারে। চা'হু য়োৎশিল্লগা কন্তরা হায়রকই—"চাসে হাওখ্রেদা।"

"নঙদি হাওনি?" লৈমনা শান্তিদা ওনশিন্দুনা হায়রকই।

"অশেংবগীনি। রোমীতানা লোনবা চাসিদি—।"

রোমীতানা হৌগৎ-হৌগৎনা হায়রকই, "ঐবু থাগৎশিন্নরগা নশা কোমথোকপদি য়ারোইনা ··।"

"ভাইথোনে। রারী থরা শান্নগদৌবা লৈরিনে।" লৈমনা হায়রকই।

"ইমাশি থুনা লাক্কে। থুরা য়াইমগী চা পীরুখিগে।"

লৈমনা চেপথহুনা য়েংহৌরগা হায়রকই— "কয়া মুংশিল্লবনো?" মীগী ওইখিগদৌবা পাম্মুখ্রেদা ··· ।

"অহুবু হৌজিক্তি মীগী ওইখ্রে।"

"লৈমহু থর অমতং হোন্দোকই। মহুদনিনে ঐনা রা ভাংত্রিবসে। মমাগী রাহৈ অহুমতং পুখরমত্রবদি লাইবক য়েংলগে থনবনি।" করি হায়না থনখিগদগে থল্লিভৈদা পুন্নমক হৌখ্রেদনা। শান্তিসু উমেশকী রাক্মহু হৌদোকহৌরসিরা থল্লি। অহুবু ওইথোকপা য়াররোইদবা রাক্ম অহু হৌদোক্তুনা লৈমগী থম্মোয়বু হেন্না নিংতমদবা পোকহনবহু পামজ্রে।

অহুবু রা অমদি থেৎলকই, "ফরেদা, য়াম্মুংনসু য়ানিংলোই।"

লৈমনা মতক অহু হাইরপ ইল্লহুনা, "এ, মরাইবক্তুম কবন্নিনে।" ফরে ভোক্লসি। মহাকসু লাক্লে।

রোমীতাসু চংলক্তুনা কয়থরে অহুগা হংই—'ইমাশি করি রারীনো?'

"শিনি। কি-রোল শাবা অমদি তুনবগী মেছিনসু লৈগদবনিনা পৈশাগী মতাংদা থল্লসি হায়বন্দিদা। অঙাংশিং অসিগীসু থরা চেকশিন্না

য়েংশিন্নিংই। অরাৎ-অপা ময়াম অমসু লৈরি। লৈরবা মখৈসু অয়াম্বনা চংশিনখ্রে। অচুনা ইখোলচু য়োম্থোক্লগে খল্লে। নহাকী পাবুংগসু ৱারী শান্নখ্রবনি। ইখোল অচুতংদি শোক্লোই, অহল-লমনশিংগী নিংশিং থুদমনি খনবনি। অচুবু কয়মদি তৌনি। ঐগী পান্দমসু য়ান্না ৱাৎলি। ঐগী আশা অসে মপুং ফাদনা তোক্লগদ্রা হায়নসু ৱায়।

রোমীতা তুমিন্না লৈখ্রে। লৈমগী ৱাহৈ অচু তশেংনা মহাকী থম্মোয় শোকখি। মশামকী য়ুম ইখোলগুম মহাক্লা মুংশিজখি। অতোপ্পগী মরল ওইখিবতা নত্তনা অতোপ্পা মী অমা চংলক্তুনা মফম অচুদা লৈহন্-নিংখিদে।

শান্তিনা হায়রকই— "য়াম্মুংগী ৱা অমতংদি লৌনিংই।"

"মতোন্দসু হায়গনি। অচুবু নঙগী য়াম্মুংগী ৱাদি অপাম্বচু অচুম তৌ হায়রক্কনি।"

"হোয়দা, মচুনা ফরেদা। য়ুম অচুদা কনানবু লৈবীগনি? ইমাশি লৈতবা মফমদা য়াম্মুংনা লৈবীয়ু হায়বসু য়াগদোবা লৈতে।" শান্তিনা হায়রকই।

"মুন্না খল্লুরবদি ঐগী হায়বা অশেংবা ইরনবু করিনোদা।"

রোমীতা ঐনা হায়রিবসে চুমদ্রনে। নঙগীসু করি মত লৈ হায়য়ুনে।"

"ইমাশিনা খল্লিবচু অচুম্বা ভাক্তনি। অচুবু য়ুমচু থাদোকপগী মতাংচুদি হাথু হাথু তৌবদি পামদে ইমাশি। শেলগীদি তামো রমানন্দ-নসু পুরক্কনি হায়রম্মী।"

"মাগী মতেংসে লৌমল্লনে। অচুদা হায়বনিদা। ফরে, মহাক লাক্লগসু ফগদবচু তাম্নরসি।"

হিংবগী আশা উরমদ্রবা হিংনবগী উপায় লৈজদ্রবা মীশিং অদো ভসিন্নি আশ্রম অসিগী মপান্দগী মখোয়গী পুন্সিবু অনৌবা মপোক অমদা হিংহনবীরে। অয়ুক মুংথিলদা মাগী মান্না মখৌ শুনক্নগা মুখিদান্দা

মখোয় পুন্না হেক হেক ফম্মিগ্লৈ। রোমীতা নক্সগা শান্তিনা "গীতা" পাহুনা তাহল্লি।

লৈমস্থু পোখারি। নুংশিরৈনা লৈমগী সেবাদি য়াম্না লুনা নিংথিনা তৌজে। পোকমিন্নবা মচেশুম লুনা নিংজে। হৌজিক্কা থাবলস্থু ময়েক শেংনা থোরক্লে। ঙসিদি অতিয়া অ:স তরু-তরুনা উই। গাড়ী অমা খামখিবগী মখোল তাই হায়রুনা রোমীতা মপান্দা থোরকই— খুত্তা খাও অচৌবা অমা য়াল্লহুনা রমানন্দ চংলকই। অমুক থেংনা হায়রুনা ঙাইহাক ঙকচাম্নরিঙৈদা চিং লেম্বা খোঙ্গেলদ হায়রকই, "রোমী-রা?" মহাক্তা নুংশিনা কৌজবা মিংনি।

"মানি।"

"পুং ৪ হেক তাবগা গাড়ী থৌরকপনি। লম্বীদা গাড়ী য়াদহুনা থেংদোকখ্রে। ঐদি ঙসিদি লম্বীদা লেকপা তারে খল্লুরবনি।"

"শান্তিস্থু গাড়ীগী মখোল অমা তাখি হায়রুনা মপান থোরকপদা রমানন্দ ওইরবহুদা ঙক্তা— "তামোরা?" অমুক থেংনা কদোমদগীনো?"

"লম্বীদা গাড়ী য়াদহুনা থেংদোকখ্রে। খাওহু শীরহুনা হায়রকই— ইমাশিগীনি। মখোয় অহুম তুংথ-মাংদ চংমিন্নরক্লে।

মহাক উবদা লৈমস্থু ঙক্লে— "অমুক থেংনা কদায়দা চৎলুরিবনো, নঙবু?"

"ফমথরহুনা— ইমাশি নায় হায়বহুদা লাকপনি। ওফিস ছুটি হেক লোয়বগা লাকপনি। লম্বীদা গাড়ী য়াদহুনা লৈকরে।"

"ফরে, ফরে অশোয়-অঙাম য়াওদনা য়ৌরক্লিবহু।" শান্তিনা খাওদগী পোৎশিং অহু লৌথোক্লগা লৈমগী মাংদা থম্মী?"

"করিগী অমুক য়াম্না লৈরক্লিবনো?"

"ইমাশিনা চাববু য়াগঞ্জা খঙদে।"

"মন্নাম অসিবু লোইনা চারবদি ইমাশিদ্দি হয়েং নোং ঙানবদৰ্দি লমজেনবু য়াঙবা য়ারনিনে।" শান্তিগী য়াহৈ অহুদা পুন্না নোকই।

থেংলবন্নিনা চাক চাপ্লো হায়ছুনা রোমীতা মখোয় অনি চানবা শেম্বা চংপ্লে। লৈমনা ইখোলগী য়াকমছু হৌদোরকই। য়াকমছু মমাংদসু য়াখিত্রবনি। দরকার লৈবা শেলফমছু কোম্না শিংলবসু মহাক্না পুরকে হায়ছুনা য়াপ্লে।

"লৈমনা তপ্পা হায়রকই— নঙনসু মতেং ময়াম অম তৌগ্রবনি। মীঙোন্দগী লৌরকপা শেলফমনিনা নোংমদি শিংদবা য়ারোই। ঐনা নিংলিবসি মতুনসু কোম্নরোইনে। ঐনা খল্লিবা অসিনা হেম্না ফরোইদ্রনে।"

"অতুদা ··· ইমাশি ···।" রমানন্দগী হায়নিংলিবছু মহাকসু ভাব তাই। চুমই নঙনা খল্লিবা অছুসু। অছুবু ঐঙোন্দদি খুদিংমক চপ মান্নে। আশ্রম অসিগী ফনবনি হায়রবদি ইশাগী ওইবা পাম্মুবা লল অমা ঐঙোন্দা লৈতে।"

রমানন্দ মুন্না খল্লকই। অছুগা তপ্পা হায়রকই— ইমাশিনা পাম্বছু তৌসি, করিসু কায়দেদা। য়ারীছু অমুম্না লোইশিল্লে।

রমানন্দ চাক চানবা ফমথরে। অমুক কুইনা হিংলকপগী মমুংদা ঙসিগী মুমিৎ অসিনা খ্বাইদগী হেম্না মমল লৈরবোই খল্লি। রোমীতাগী য়া ইঙাং ঙাংদবা মতৌ অছুদা হংলকই— "হকচাং ঙমদ্রব্রা ?"

"ঙম্মী। রোমীতানা শম্না খুম্মী।"

"ইমানা নঙবু হংলকপনি।"

"অনা-অয়েক য়াওদে হায়বিয়ু।"

"ঐগীসু হায়নিংবা য়া খরা লৈ। অছুবু ··· ···।"

"হায়বিয়ু।"

"অমুম্না কয়াম কুইনা লৈখিগে হায়রিবনো ?"

"য়াম্না তঙাইফদবা লৈত্রবদি, ঐহাক মতম খরদি—।"

"মহাক্না অপাম্বা ঐ মুম্না খঙই। অছুবু ইমাগীসু খরা খলহন-নিংই। ইমাগী হকচাংগী ফিভম অছুদা মথায় মুংঙাইতনবা তৌবসু পায়মে। মখোয়গী অপাম্বা অসি পাংথোক্লবা মতুংদা নুপাকপু যুবানবরী

লম্বীদা অফা অপুন অমত্তা লৈহল্লোই। ইমাগীদি ইতৈমস্থ লৈরি। অচুগা ইমাস্থ নঙগী পুক্লিং তশেংনা খঙলবনি।"

রোমীতাগী হোয়-মাই হায়রবা পাওখুম অমা হায়রকখিত্রে। রাখল অমদা উংগ্রে। মানা তৌরিবসে য়াম্না ফজত্রবা হায়না খল্লকই। অমরু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ উমেশ হল্লকপা ফাওবদংদি ভাইখিগে খল্লি। চাওরবা থৌদাং অসি মফম খঙনা শিন্নরম্ব পাম্মী। পাওখুম ফংত্রবদা রমানন্দ হৌগৎগ্রে রোমীতা মতোমতা ফমহৌরি।



## তরাহুমদোইশুবা

খরা কল্লিভৈদা বৃন্দাবন অমুক্তা চৎকে হায়না খল্লকপা কুইরবনি। তৌগদৌবা মথৌ য়াম্মনখিবনা খোঙ থাংদোকপা ঙমদনা লৈরকপনি। ঈশ্বরনা থৌজানবীরে, চমিং অদো লৈমগী মফমদস্থ থুংলরে। অয়ুক্তগী মথাম ইরাং লাংই। মুংশিরৈস্থ লৈমগা লোয়নননা চৎকদৌরিবনি। তীম্না লৈগী মনাক নক্লগা ঈশ্বরগী খুয়া য়োৌবগুম, মীয়াম্না লুপ্রাবীনি মহাক্কী কনা লৈজত্রে হায়না হস্থনা য়েংবীরবা মুংশিরৈহু ঙসিদি লৈমগী মনাক্তা লৈবদগী পুণ্য চেনবী অমা ওইরে। মসিদগী হেম্না মহাক্কী পেঙবা অমা লৈখিত্রে। লৈমগীদমক মহাক্কী পুন্সি কথোক্লবস্থ পাম্মুবা অমুক লৈত্রে।

গাড়ীস্থ লাক্লে। খোঙবু ওইমিন্নগদৌরিবা মীশিংস্থ লাক্লরে। লৈমনা হল্লক্তিবা ফাওবা আশ্রম অসিবু য়েংশিনবীনবা রাজেন অমদি রমানন্দদা শিন্নরে। লৈমনা নোক্লহুনা ফাগী ওইনা রাজেন্দা হায়রকই,— "ঐনা হল্লক্লগা শান্তিবু লুহোংবীগনি। মমা-মপানা রাজবস্থ ঐ লৈরি।

রাজেন হরাওনা মোমোন নোক্লকই। ইকাইবস্থ পোকই।

শান্তিনা সনা হান্না উপুহু পুরক্লগা— "ইমাশি মশাং ওরবরা য়েংঙু-সে।"

হাইরপ য়েংলগা, নঙনা গুরে হায়রবদি য়ারে। মফম খঙনা থমজিল্লু। ঙকশমদগী লিক অহু লৌথোক্লগা— ইহে! সিল্লু ... ... লৈমনা লিক অহু পায়রবা রোমীতাদা হায়রপ য়েংই অহুগা রোমীতাগী ঙকশমদা শিজিনবীরহ্বা হায়রকই— "ঙকশমহু ইহাং হাংলে। য়েংবা মুংঙাইতে হায়না কয়ারক হায়গ্রবনি। করিমত্তা শিয়ু চাও য়াদে। ঐনা হল্লক্লি্বা কাওবা লৌথোক্লব্বা য়াদে।" লৈমগী মফমদা ঙস্মোই হায়নবগী মতম তঙ্গা ফংখিদে। তুমিন্না লৈবা তাখি। মমা লৈখিদবদগী লিক-কোল পুন্নমক শিখিদ্রবনি। শিনিং-চানিংবস্তু পোকখিদে। হিংলিবা অসি ফাওবা দন্তি ওইনা শিবা ঙমদবদগী হিংলিবনি। লৈমনা মহাকপু কয়াগী মতিক মুংশি-চান্না তৌবীবা। মহাকী পুন্সিদা মমল লৈনা ফংলবা মীমুংশিনি। নাদ-য়েক্লনা লৈরম্নবা হায়রম্লগা বৃন্দাবনগীদমক খোঙশানখ্রে।

লৈম্না লৈত্রবস্তু রোমীতা অমদি শান্তিনা আশ্রমগী অশোয়-অঙাম য়াওদনা য়েংশিল্লি। রমানন্দগা রাজেনগস্তু অঙম্বা মতেং পাংই। মতম মতমগী থোক্লবা ইরাং অমদি থবক থৌরম কয়াদা লৈমগী মহুৎশিন্দুনা য়াওবা চৎলি। আশ্রমগী থবক্তগী হেন্দোক্তুনা লমদম অহুগী চন্নরা-শিংগী সংস্থান শেমগৎপা হৌদোকই। থুনা জ্ঞান তাবা রাৎলবস্তু অমুক অনীরক রাপ্পী শান্নবদগী মখোয়গী রাখলস্তু হোংলকখি। রোমীতাগী মতুং ইন্দুনা মশাগী রাইট খঙনা থবক-থৌরম কয়াদা শরুক য়ারকই। ময়ামগী থবক্তা হেন্না মায় ওনশিনখিহ্বা করিগুম্বদা মাগী মওং-মতৌ অসি রমানন্দনা য়ানিংলম্লোইদ্রা হায়হ্বনা খল্লক্লবদি নত্তে। অহুবু মহাকী পুন্সিদি ময়ামগী থবক্তনা হেন্না পেম্লোকচবনি।

রা য়ায়া ভাংত্রবস্তু রোমীতাগী রাখল, খোঙথাংদি রমানন্দনা মুন্না থঙই। মহাকী নিংহন্নবা থাংলকপা খোঙথাং অত্রবু হেন্না খৌনা হাপ-লকই। রোমীতানা য়ানিংখিবস্তু অসিগুম্বা মহাকী পুকচেল অরিথক্লনি। নোংমা চিং-লেম্না হায়খি— "রোমী, ঐগা মরি অমথক থম্মী হায়হ্বনা

নঙগী রাখল অহু চিংননা খোঙ থাংবহু ঐ পামদে। নঙনা চুম্মী খন্না মীয়ামগী সেবা তৌবহু ঐনস্মু হেন্না পাম্মী। নঙগী পান্দম, নঙগী অপাম্বা মশক মুন্না থঙলগা মরি অহু থমখিবনি। ঐনা কৈদৌঙৈদা নঙগী অপাম্বদা অয়েৎপা পীরোই।

মুমিৎ অহুদগী রোমীতানা মহাক্না পুকচেল ময়েক শেংনা খঙবা ঙমখি। য়ানিংদ য়ানিংদনা মুপা অসিগী থম্মোয় অহুবুদি ইকাই খুম্নদবা ঙমখিদে।



## তরামরিশুবা

উমেশনা পারকপা মহৈ তম্বগী পনথৈ অহু ফংলে। ইউনিভর্সিটি অহুগী ওইনা M.E. গী পরিক্ষাদা মহাক্না মকোক তারে। মুংঙাইরবা আশাগা লোয়ননা উমেশকী মায়থোং মোমোন নোক্লকই।

উমেশ য়ুমদা থোক্লবা পোৎ-চৈ লোয়শিল্লি। মতম অসিদা মপান্দগী Knock তৌরকই— উমেশ মনুংদগী, "Yes please come in" মোহন চংলকই। মফম অসিগী নৌনা থেংনবা মরুপনি।

"পেক তৌবা লোইরেদনা।"

"হোয়, লোইরে। মরুপতি লৈবীহৌখিবা তারি।"

"লৈহৌখিবা তারে। মণিপুরদা থোক্লগা অহানবা তৌবীগদৌরিবহুবু করিনো? হায়বদি থবক হায়না থিবিগদৌরিব্রা নত্রগা অমহু হায়না — —।"

উমেশ হায়রপ নোকই অহুগা— থবকুদি হায়বা ঙমদে। ঐগী লাইন্ অসিদা ইমাগী অপাম্বগদি থেয়প্রে। কনানা ঙম্বা হায়বহু মণিপুর থোক্লগা খঙবা হায়বহুদা তারে।"

"অহুগা অমহুদি — —?"

"মহুস্ন ঐগীদি প্রোব্লেমনি। মশা হাম্না খঙহনবা অমা চংলি।"

"হায়রিবসিবু ... ...।"

"ঐগীসে। মশা খঙদনা চহি মরি/মঙা মরী লৈনৈ হায়বহুনি। মরূপ। মখোয় অনি পুম্না নোকমিন্নৈ। নোক্ন-নোক্না হায়রকই।

"মীগী ওইরম্নগদ্রা হায়হুনা পাখংলিবনিনে।"

"মরূপা খঙ্গোয় শেংনা মুংশিরবনিনা মহাকসু শোয়দনা খঙ্গোয়দদি ফাওরমগনি। মুংশিবদি মাংবা য়ারোইদা। মীগী ওইরমদবসু ওইসনু। All the best।"

"নোক্নগা .. Thank you।"

"ওসিগী ডিন্নর অসিমদি ঐনা ওফর তৌড়রগে।"

"অহুদি most welcome নিনে।" য়ুমদা থোরকপা মতমদা ঐগী আশ্রম অহুদা লাকপীদবা য়াদেকো।

"শোয়দনা লাকচনি। অদুগা 'রেডিং কার্ড' তি য়ৌহনবীরকউকো।"

"ওকচায়না কনাগী ... ...? জ্ঞান তারক্নন হৌনা থবায় তানা নোক্নকই।

মুমিদাংবাইরমগী শনজেনবা কারকপা মতমনি। তারমদাইগী ভুঙান্নবা কোরৌ মশেক্না য়ৈবদা শংবান্নরবা চীংশাং অদো মনা মচুগুম তঙাং-তঙাংলে। লিরি হুন্নিবা মালংবসু মুমিদাংবাইরমগী, চীংমুংদা লোম্না শাৎচবী লৈরাং কয়াগী লৈনম পুদুনা ভাইবং মীপুম খুদিংদা লোম্না লৈরাং লৈনম য়েল্লি।

গাড়ী মমুংদগী প্রকৃতিগী নিংথিজবা শক্রোন কয়া অসি মীৎ কুপ্তনা য়েংলি। মী চিক্লবা চীংয়া অদুদা মুংশিংকী মাং থাদুনা গাড়ী অহু চেল্লি। পুক্নিংদা লাংতক্নবা ফাওরকই। আশ্রম অহুগী ওইবা রায়ী কয়া মমা অমদি শান্তিদগী তাগ্রে। হেম্না উনিংবা অমা ফাওরকই। মমাগীদমক থঙ্গোয়দা চাওথোকচবা অমা কাওই। গাড়ী থামথিবা

খঙহৌগ্রে, ড্রাইভরনা য়ৌরমালে হায়রকপদ: হঙ্গৎনা য়েংলুবদা "লৈমা সেবা আশ্রম" হায়না থারিবহু উরকই। গাড়ীদগী পোং:চৈশিংহু থাংথহৌরে।

মুমিদাংরাইরমগী মমলি-মমলি তৌবহুদা খুত্তা অচৌবা ত্রিপ কেশ পায়হুনা উমেশ গেট্ হাংহুনা মহুং চংলক্লে। শকখঙদবা মশক-মতৌ ফজবা মুপা অমা করিস্নু হঙ্গোইদনা চঙলকপহু উবদা মথৌ শূরবা ময়ামহু লেপখৎতুনা য়েংলকই। কনানা পাও পীরুবনো শান্তি থুনা চেম্বোরকই। থংনবা মীকুপ্তা শান্তিগী শকফম হুনজিনখ্রে। চৈশু পায়রিবা উমেশকী খুত্তা মীৎয়েং তাক্লরে। খাম্বা ঙমদনা শান্তি মখোল থোক্না কপ্লক্লে। "শান্তি ইমুংদা ওইনা চঙলশি।" নাকন ওইরপনা রোমীতানা হায়রকই। উমেশ লৈহুনা রোমীতাদা য়েংলকই। মীৎয়েং অহু খঙশিন্নদনা ত্রিপ কেশ অহু পায়খৎলহুনা মাঙ থাহুনা ইমুংদা চংখ্রে।

আশ্রমগী মী খুদিংমক অমমমতা ওইনা উমেশকী মনাক্তা চংনরক্লে। থরনা লৈমবু হন্না হন্না থাগৎলি। থরনা উমেশপু আশীর্ব্বাদ তৌরকই। ময়াম অহুগী হরাওজবা মতৌ অহু উবদা উমেশকী থম্মোয় হায়নিংঙাই লৈতনা পেনখ্রে। তশেংনা পোকপগী মহৈ য়াল্লে হায়না খনজৈ। অহল অমনা হায়রকই— "নম্না-নচা কুইনা পুন্সিয়ু:কা।"

উমেশ মোমোন নোক্লুনা — মফম অসিদা লৈরিবশিং অসিনা ঐগী ইমা-ইপা অমদি ইচিন-ইনাও ঙাক্তনি। ময়ামগী সেবা মতম শাংনা তৌবা ঙম্বা হায়হুনা ময়ামদগী নিজরি। ঐবু নচা শক্লা ঙাক-শেনবীয়ু। উমেশকী য়াহৈশিং অহু তাবদা অহলশিং অহু মপি তৈথোক্লৈ। উমেশপু বর কয়া পীরহুনা মকোক্তা নাম্বীরল্লগা হন্নখ্রে।

উমেশ মশা-মউ শেংদোক্লরে। শান্তিনা চান-থক্লবা লাংহুনা থম্মী। শান্তিগী মুংঙাইজদবা মতৌ অহুদা মোমোন নোক্লুনা হায়রকই— অহুক য়াম্না মুংঙাইত্রিবা করিগীনো? হৌজিক্তি নখোয়দগী খৌনা কবা, অথাং কনবা পুকচেল চাওথোকপা অহুতা উনিংই। নখোয়না অহুনা তৌরবদি

ঐগী থৌনা হনখিগে তৌই। শান্তি-না ঙাংদনা উমেশতা মুন্না য়েংলকই। মহৌশাগী উমেশ অহুদগী থরা মথৈদি হোংলে হায়বা খঙই। থোইনা অরাম থৌরাংবদি পোকত্রে। মমাস্ন বৃন্দাবন চৎখে হায়বা খঙলে। মমাগী মশক উরক্রবা কুইরবনি। উনিংই হায়দুনা করি উপাই লৈরি। মতম থরদি য়ানা ঙাইবদা তারে।

মীশক অমথক চংলকপ্রা হায়না হন্ন-হন্না থোংলোমদা মীংয়েং থন্নকই। মহৌশাগী অহুগুম্না হৌজিকস্ন মহাকপু শাওরমখিগত্র। খন্দুনা থৌনা কনা রোমীতাগী মরম হংবস্ন ঙমত্রে। অহুবু তপ্পা হংলকই, "রোমীতাদি উদেনা।" থাজদনা হংলকপা অহুদা শান্তি থরদি ঙকপা পোকই। তপ্পা খুম্মী, "হৌজিক্তি অঙাং লাইরিক তম্বীরমখিনি।"

ঙক্লা হংলকই, কনাগী অঙাং! কদায়দা!"

"আশ্রম অসিদা লৈরিবা অঙাংশিং অসিনি।"

"ঙ, মীদি কনা য়াম্না লৈবা মাল্লিনে। চাব-থকপগী মওংনা করম হায়না তৌই।"

"মী খুদিংমক হাংনা অমত্তা লৈতে। মশা-মশাগী থবক লোইনা শূনৈ। ইস্কোল শূবশিংনা চানবা মনা-মশিং য়াগুনা পুথোকই। লৌবুক চৎপনা লৌবুকী থবক শূই। অতৈ মুপীশিংনা ফি শাই। ইস্কোল অসিদগী হৈ-য়া, মনা-মশিং য়োন্নবদা অহুম লাইনা কোয়ে। হৌজিকীদি করিস্ন য়ানিংঙাই লৈতে।"

"অহুবু ওইরবদি য়াম্না ফৈনে। ঐদি করম্না ময়াম অসি পুগ-দৌরিবনো থনবদা য়াক্লরবনি।"

"অহুদা ইমাশিনা মফম অসিদা 'নস'শিং হোম' অমদি শানিংই হায়। মরুওইনা লমদম অসিগী মুপীশিং অসিগী য়েংহুনা। ভাস্যো রমানন্দস্ন অঙম্বা মতেং পাংগনি হায়রিবনি।

"কনানো রমানন্দ হায়রদি?"

"ইমাশিগা য়ানজবা মচামুপা চাওপোক অমা লৈ।" 'এডভো-কেটনি' মী অমা ওইনা য়াম্নস্থ কৈ। অত্থগা য়োমীতাগস্থ হায়ন-শিংনবা লোইখ্রে।"

উমেশকী থম্মোয়দা মচিন তুম্নবা পোংশক অমনা খিনবগুম থাং-ডমদবা চৈনা অমা ফাওরকই। শাগৎচরম্বা মঙলানগী ফুরা অত্থ শান্তিগী য়াহৈ অমথক্লা মকুপ মকুপ তাম্না কায়হনখ্রে। হোল্লিবা খর ফাওবা লেপখি:গ তৌরে। ময়াম্মুংগী চৈনা অত্থ শান্তিস্থ থঙদবদি নত্তে। তুংগী ওইরক্কদৌবা মওং অত্থ য়েংলগা হান্না হায়হৌবনা ফরে খন্নুনা হায়-খ্রবনি। উমেশ ৱা মখা তানিংদ্রবনি। অত্থবু তপ্না হংলকই— "কয়াম য়াংলিবা?"

য়াহং অত্থ শান্তিস্থ তাবা ডমখিদে। খঙদদা, য়োমীতাগী মওং অসিগা। মখোয়গী ইমা লৈরিডৈদা য়ারোইপোত্তি পুখ্রবনি। লুহোংবা অসি মশানস্থ ইয়া য়ানিংদবা অসিদা হুমিত্তি লেপখ্রিমানে। শান্তিস্থ চাক থোংনবা হৌগৎখ্রে। উমেশ মপান্দা থোরকতুনা থাবলদা তুমিন্না ফম্নরে।



## তরামওাশুবা

মহৌশাগী মখোয় অনি কৌন-ডাংনদবা অত্থদি নত্রে। পুম্নমক কাউখিনবা হোৎনহনা তরাম-তরাম্না য়ারী-য়াতাই শাম্নবা মওংহৃদি ওইরে। ফনা কোইনদবা শাজরবস্থ মরাল লৈরুরবা থম্মোয়নিনা য়াহৈ অমদা য়াঙাং অমদা মত্থগী মমিস্থ হেক তারক্তবদি নত্তে। উমেশস্থ মফম অসিগী মীওই খুদিংমক শক খঙনরক্রে।

মমশিল্লকপা অত্থদা য়োমীতাস্থ অঙাংশিংগী মনাক্তা চৎনবা থোরক্রে। তপ্পবা খোঙ্গেল অমথক তারকই— "অঙাংশিংগী মনাক্তরা?"

থোইনা ওকপা তৌদনা খুম্মী— "হোয় যানি।"

"ওসিদি নহাক পোথারো। ঐ ওইনা চৎলগে।"

রোমীতা থাজদনা য়েংলকই অহুবু উমেশতি পম্বা তৌদনা ওপ্পা চৎপা হৌরে।

মহৌশাগী উমেশ অহু হৌজিক নত্রে। তশেংনা হোংলে। মহাকী মায়থোংদা তাবিবা পেন্দবা নিংওমদবগী মমি অচুদি ফনা নোকুনস্নু লাইনা কাবা ওম্মী। মসিমদি তশেংনা য়েংবা মুংঙাইতে। অয়ুক্তা নোং চুথিবগী লৈবাকস্নু ইনাল নাল্লি। শুমাংদা চেও চারিবা থুমু অহু কাগে হায়ত্না তায়রুবদা ওটগী খোঙ অহু লৈথেকপ্রে। করিস্নু তৌরোইদ্রা খল্লহনি অহুবু মুমিদাং অসিদদি চিকপনা খাওফম থঙত্রে। অহল ওইরবা য়াইমনা মহাকস্নু খোঙ-খুৎ তেকপদি শম্মা হৈ হায়ত্না লৈথোক-লৈশিন তৌহুনা শেল্লবদগী খরদি করে। শান্তিস্নু নোংমা-নিনিদং ময়ুমদা চৎখ্রি। রোমীতাগী হৈনদবী হায়বহুদা য়োরে। উমেশকী সেবা অমা য়াও-শিল্লকপা অসিদা তৌফম অম্মা খঙত্রবনি। তঙাইফদনা রোমীতানা তৌবা তাবনি। চিকপা ফনবনি হায়ত্না য়াইমনা উরি অমা তাকুনা ফুৎলগা থোম্নবা হায়রম্মী। "য়াম্মুং, উরিসি থোমসি। চিকপহু খরা ফনবা।"

উমেশ না ভাংদনা অশোকপা খোঙহু তপ্পা তিংথোকই।

রোমীতানা হিদাক্তু খোঙহুদা নিংথিনা য়েমশিল্লহুনা হায়রকই— "হয়েংদি ডাক্তরদা য়েংহল্লুসি।"

"য়ানি ঐ ডাক্তরদা চৎলোই।"

"নৌরিঙৈদা য়েংহৌবনা ফয়োইদ্রা হেনজিনপ্রবদি ...... ।"

করিদগীনো খংহায় হায়দোকখি— মহুগীদমক রাবীকম থোক্কে।

রোমীতা ওল্লপা য়েংখৎলকই।

উমেশনা মখা শমথরকই— "ঐখোয়সি অকবা মীসি হায়বদি য়াদেনে।"

রোমীতাহ্ নোক্লিংলুরমানে হায়কেংতং নোকই। উমেশকী রাখন্দি রোমীতানা হেন্না থন্নায় রাহ্না নমহ্না চংনবা রাহৈ থরা হায়রকনি থল্লুবনি। মাগী নোককেং তৌনা লৈথিবা মতৌ অহুদা হেন্না শাওনিংবা পোক্লকই অতুগা হায়রকই—"মীঙোন্দা অসুক য়াম্না য়েংলিবা মীশিবু কৈ হায়বা য়ারিত্রনে।" পাওথুম পীরকপগী মহুত্তা কাগী চায়রিবা পোংশিং অহু মফম চানা লোয়শিন্দুনা লৈ। মতৌ অহু রা ঙাংদনা উমেশ তুম্মিন্না য়েংলহুনা হিপলি। কন্নিগুম্বা অমত্তা হায়ররোই, ফোঙ-দোক্লরোই থল্লবসু কন্নিগীনো। রাহৈ থুদিং মফমদা ওইননিংবদি ফাওরি। অমুকসু হায়রকই,—"ঐনা নাবসে নঙোন্দদি শোয়দনা রাই চিল্লমগনি।"

হন্দক্লি নোক্কনা তপ্পপা থুম্মী—"নাবা হায়বসিবু কনানা পায়বগে। নাগে হায়না নাবসু নত্তনা কন্নিগী য়েংপনি হায়না লৌগনি।"

পাওথুম থরদি পীরকনি থনবনি। রোমীতানা য়েংলকপদদি কক-লাংলোমদা মায় ওনশিল্লগা হিপত্রে। রোমীতাসু কাহুদগী মপান থোরক্লে।

অয়ুক্তা য়াইমা চংলকুনা হায়রকই—"ইবেম্মা, কনা কনা য়াওগ-দবনো? গাড়ীগীদি থোরাং লোইরে।

রোমীতানা পাওথুম পীত্রিঙৈদা উমেশনা হংলকই—"থুরা, কনা কদায়দা চংনবনো?"

"ইবুংঙো হোস্পিটালদা চংকনি হায়বদাইনে। ইবেম্মা রোমীতানা হায়রবহুদা ··· —।"

"থুরা ঐগী ওইরবদি চংত্রবসু য়ারনি।" কন্নিদগীনো অহল অহুদা থোল থর কনথোকখ্রে। য়াইমহ্ তৌকম থঙদনা রোমীতাদা হাইরপ য়েংলম্লগা থোকখ্রে।

হৈ-শিংলুবগী মহাকসু ইকাইবা নঙলে। কা অতুদা মী অনি লৈরবসু ইচিক চিকখ্রে।

ঙোংঙাল্লগা ঙাইহাক তুম্থরুরমানে, কনা থেংলমলে। ওরাং মানা ঙাংল্লিবহ্ কন্নিনো হায়না মতোমতা থম্বরক্লে। কন্নিদগীনো রোমীতানা

হায়বা রা থুদিংদা ইশাও শাওনিংবা উৎলুই। মহাকপু কৌহনগে খল্লি অহুবু মনাক্তা মী অময়া লৈবা উদ্রে। হৌগৎকে খনবনি অনাবহু চিকমনখিবনা হৌগৎপা ঙমদ্রে।

খঙহৌদনা শান্তি কুৎ কাওরকলে। লাকপগা মথোং-মরম খঙদনা ঙাংবা হৌরকই— "ডাক্তরদা চৎলুরবদি হেক কগদবা। মাম্মুংস্থ অনিং অনিংবা হেক্তা তৌই।"

"মা লোইত্রিঙৈদা— নঙনা হৌজিক্তা লাক্লগা ইচে শাবিররিব্রা?"

উমেশকী মঙুণ চপ চানা খঙলবী শান্তিনি। মা মথা তারুদ্রে। ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা ভপ্পা হায়রম্মী— "রোমীতাগী পাবুংস্থ য়াও-রকই।" উমেশনা হিপলিবা কা অহুদা ধনচন্দ্র চংলকই, "নঙবু করি ওইনা ঙমদ্রিবনো?"

"মামোদি থাজদনা ... ... লেঙশিনবীয়ু মামো।"

"শান্তিহু ঙরাং থেংনৈ। মাস্থ নহানমথৈ মুমদা লৈ। হয়েংদি মকমসিদা চংকনি হায়বত্তুদা ঐস্থ য়োদবা কুইরে হায়তুনা ইপা-ইচা লাকমিন্নবনি। চংলকপদা নঙস্থ ঙমদতুনা লৈ হায়না য়াইমনা তস্মীনে।"

"কম্না ঙমদবা নত্তেদা। নহান খুম্ন তান্নরুবহুদা খোঙ অসি লৈ-থেকগ্রমানে, হৌগৎ হৌদ তৌবদা খরা নাবহুদা শুম হিপ্লম্বনি।"

"ইহে! কদায়দা তান্নরুরিবনো? ডাক্তরগদি য়েংহনজরো? অনাবা লিশিনবা ফজবনিনে। খোঙ হায়বসিদি মীওইবগী থরায়নি হায়নরিবনি। য়ায়া চেকশিনগদবনি।"

"য়ায়া থিনা শোকপা নত্তেদা। মতোমতা ফজখিগনি।"

"মহু য়াদে, মহু য়াদে। লৈরিবা ময়াম অসিনা থৌরাং অময়া তৌদবনিনে।"

রোমীতা চংলকপদা মপানা হায়রকই—"নথোয়দি লোইদা পংশিন্নুনা লৈরবোইরে। ডাক্তরদা চৎনবা থৌরাং তৌবা য়াদ্রে।" মাহে অনিজদি

মপাদগী তাৱগনি হায়বা খঙলবনি। করি উপাইদি লৈরি। রোমীতা ফলপা উমেশতা য়েংই।

অদুবু ওয়-তৈনবা মওংদা উমেশনা হায়রকই— "খঙদেদা। মামো, ঐখোয়গুম্বা মীসিদি হিংলুহুনবু করি তৌনগনি। অশেংবা অমুম্মা মীওন্দা ওংকদবগী শরুকপুদি শিখিবনা হেন্না ফরবনি।"

কনাদা হায়রিবনো রাহৈ অদু ওখোক্লা পেন্না থোক্লকই। "হায়হৈদে, হায়হৈদে।" করিগী শিরুগদগে। পুন্সিগী অর্থদি থোদোক কয়া অন্নাবা মুংঙাইবা কয়া পুনশিন্নগা হেন্না ফজবনি। পোকওমদনা পোকপা মীওইবা মপোক্নি। মামোখোয়দি কুইনা হিংনিংলি।

"মীমান্নদবা হায়বা অসিমক্তবু পুকচেলস্থ হেক হেক পীকশিন্নকই। ময়ামগী মীংয়েংস্থ খেন্নবা য়েংলকপগুম উরকই।

"মহুন্না খনবা য়াদে। মীওইবা খুদিংমক চপ মান্নৈ। কনাস্থ শোইরোই-তারোই হায়নিংঙাই লৈতে।"

উমেশকী রাহৈশিং অদু রোমীতাগী নাকোংদদি হন্ন হন্না তারকই।

"নঙগী হান্নগী অশোকপা খোঙ অদুদি করিস্থ তৌরেদনা?"

"হৌজিক ফাওবদি করিস্থ থোইনা তৌরে। থা ৬ খুদিংগী চ্যোক্ অপ চৎকদবনি। মখোয়না পীরিবা নিয়ম অসি ঙাক্লা চৎলবদি চহি খরগী মতুংদদি চৈগু য়াওরবস্থ চৎপা ওমগনি হায়রি।

"কৈ, কৈ চেকশিনগদবনি।" পুন্সিগী পান্দমদি মী খুদিংমক্কী লৈনরিবনি। পাংথোকপা ওন্নদবতনি। থৌনাগা লোয়ননা পান্দম অদু য়োনবা হোৎনগদবনি। মীওইবা ওইনা পোক্লগা ইশাগী ইথৌ অদু পাংথোকপা ওমৱবদি অশিবগা মান্নরবনি। ঐস্থ তৌগদোবা থবক কয়া অমা পম্বহুনা লৈরিবনি। রোমীতানা মুপা হেক ওইরম্নবদি মুংঙাই-গদবনি। ফনা হায়মুনস্থ মুপাগা মুগীগা খেন্নবদি লৈরি। মহাক্কী মাখলসি ভোপ তৌপই। ময়ামগী থবক্লা পুন্সিগী অশেংবা মুংঙাইবনি হায়না খল্লি। মন্নামগী চানবীবা মুংশিবীবা অসিদা মকম অসিদগী

হেন্দোকনিংঙ্গে হায়বা ঐস্থু খঙই। অতুদা ঐগীদি করিস্থু য়াবা য়াদরা লৈতে। মমাগী অয়োইবা অপাম্বা অতুদি ঐনা থুংহন্নিংই।

অহল অমুনা লৌথুপ-লৌকোয় লৈতবা মওংদা হায়রকই, "হন্দক্তি য়ংখোয়স্থু কয়া তকশিল্লক্কে।"

উমেশ য়ারী তারম্বগী থম্মোয়মুংদা অকনবা চৈফু অমনা খাঙফম খঙদনা চৈনা খাঙলি। তাবদা য়ারবস্থু হৌত্থনা চেলবদি য়াদবনিনা অহুম তাবা তাবনি।

"মতম ফরিঙৈসিদা লোইশিনবা পাম্নবনি। ঐস্থু চহিসি লোইশিল-লকপদদি মপানগী লমদা চংপা তারি। কয়াম কুইনা লৈথরকনি অয়েপ্পস্থু খঙদে।"

তুমিন্না য়ারী তাবসি ফজদে হায়বা খঙলবস্থু থোনা ফনা য়াহৈ অমা ফাওবা থেংপা ওমজন্ত্রে। অস্থুম্না খল্লকই—"মতাং অসিদা য়ারী অসি লোইশিনথবদি ফগনিদা।"

"মচাস্থুপীদা ওনশিল্লুনা হায়রকই— নঙস্থু কৈদৌঙৈনো য়ুমদা মতম থরা লৈরুবনদি ফবনি। নশা য়াওদনা থবক তৌবা য়াদবনে। নমাশি অতুতংগা য়াওবা নুংলবদি হায়দুনা খনবনি। খঙত্রে ঈশ্বরনা করি ভমলিবা।"

য়ারী অসিদা মহাক শুকহৈ হৈনত্রে। মরাল লৈজদবা অহল অতুগী য়াহৈশিং অদো উমেশকী থম্মোয়দদি খোই মহুমদা চৈনা থিনবঙুম থোকখ্রে। মচাস্থুপীদা য়া কয়া শিন্নরম্লগা অহলহু হনখ্রে।

অহিং মুংথিল অনিমক্তা পোখাকম খঙদনা ভমলিবা মৈরিসে ... মুথুংনবা য়াহৈ অমা ফাওবা লৈররোইত্রা। পুক্রিং অনি লোংদনা মুংশিবগী দমক কথোক্রবা পুল্লি অসিনা য়াহৈ অমা ফাওবা কোংদোক-নবগী তঙ্গা ফংখিদবনা হায়নিংঙাই লৈতনা পুন্নিবু ওন্ন-তৈননা খল্লক্কে। তৌফম খঙদবা উমেশকী মতৌ অতু য়োমীতাগী মীংয়েংদগী নাম্মোকপা ভমখিদে। থম্মোয়দা লোম্না হংজখি— "ঐবু অচুক য়াম্না মুংশিবিরগা

করিগী থম্মোয় অহুনা ঐবু লাপথোক্লিংলিবনো ? মসিগু নহাকী নিতি নিয়ম অহৃদা য়াওব্রা ?" ভাইহাক্তি কাহু ইচিক চিকখি। রোমীতানা মনাক্তা লেপ্লগা— "য়াম্মুং মলম তৈরমগে।"

"য়ারনি।"

উমেশকী মতৌ অহু রোমীতাসু খঙই। মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই— "নাবসু ফজ্রিঙৈনা করয়া য়াগদৌরিবনো ?"

উমেশনা ভাংবদা অসুয়া চিন্দা-পাউদানদুনা অমুক্তা ভাংলেখিত্রি। মতৌ অহুদা উমেশদু হেন্না শাওনিংলক্লে। "য়ানি হায়রবদি য়ারে।"

মোমোয়রবী মারথোং অহু হাল্লগী মওং কায়দনা হায়রকই— "শাওগৎলগবু অনাবা হেক্তা ফরদ্রনে ?"

"নাবা তারবসু ঐনা নাজগদবনি।"

"চৈনানা অতোপ্পদা পীবা।" বাহৈ অসি মশা খঙজদনা চিন্দগী থোকখিবগুম তৌই। মশাগী অশোয়বহু চিংনখিদনবা করিনো অমা তৌহুনা চয়া খনখিনবা হোৎনরকই।

অহানবা ওইনা রোমীতাদা মমায় থাঙৎতুনা য়েংলকই। অহুবু ভাংথোকখিবা বাহৈ অহুগা শকফম অহুগনা মহাকপু হেন্না চিংনবা পোকহল্লি। মীৎমেং অহু য়ুমগী শিল্লিংদা থম্নদুনা করিগুম্বা অমথক থল্লকই। রোমীতাবু মুংশিজরবসু "মুংশি" হায়না চিন্না নত্রগা পাম্বে অমনা কোৎদোকপা ভমুত্রি। কোঙদোক্লে খল্লকপা মীকুপ্তা মশা মতোমতা বারোজবনা থম্মোয় থুক্লৎলকই। মুংশিবদবু অসুক য়ান্না বারৌরিবা করিগীনো ? মসিবু হৌনব্রা ? উমেশকী চিন্দগী থঙহায় হায়দোকখি।

"ভসিদি য়ান্না হরাওবা মাল্লিনে।"

"উম, য়ান্না নুংঙাই।" মোমোন নোকখি।

পাওগুম অহুমক খুমকনি হায়না খল্লদবনি। অহুবু কয়া লাইনা, ইয়াং য়াম্না খুমদোকপ্রবনো ?

হন্নক্তি মীংয়েং অহু খানা রোমীতাদা য়েংলকই। রোমীতা খৌশাদনা উপুদগী মলম অহু লৌখোল্লগা উমেশকী খোঙদা তৈবা হৌরকই। উমেশ রা ঙাংদনা অশোকপা খোঙহু তপ্না থাংজিন্নহনা মযায় লৈখোল্লগা হিপথগ্রে। রোমীতা তৌকম খঙদনা মায় ঙাংনা কয়াম কুইনা লেপখিবনো ? শান্তিনা য়াম্বং তুমখ্রবা হংলকপদা খংলগা খুত্তগী হিদাক লিক্লীহু মথোল হৌনা লৈমায়দা তাখি। শান্তিগী রাহংগী পাওখুম অমুক পীরুব্রে। ওইরম্লিবা ফিভম অহুদা শান্তিসু মখা তানা হংলুব্রে। অনৌবা মওংসু নত্তে। রোমীতা কাহুদগী থোকখ্রে। য়মশিল্লকপা অসিনা কাপ্পী মৈ থাল্লমগা শান্তিসু রোমীতাগী মতুং ইন্নগ্রে।



## তরাতরুকঙবা

মপান্দা পানখৎলকপা থাগী মঙালনা রাওরি রাওরি ঙাল্লরে। রোমীতাগী থম্মোয় হায়কম খঙদনা লৈতাকম খঙদবা অমা ফাওররে। ঙসিদি উমেশপু খঙমুং মুংশিবা পোল্লকলে। করিগুম্বা মুংশিবা অসিনা থম্মোয় থুমহৎলক্লবদি রোমীতাগী থোংথাং কদোমদনো ? মীওই কয়াগী অরেম্বা অপাম্বগী মওংদা মতম চংনা শাগৎলকখিবা ফুরা অদো মপুং ফাহন্দনা মথোং মরম খঙহন্দনা হুমদোকহনখিবদা তারিব্রা ? অমরোমদা রারৌ পুকলৌ লৈত্রবা চম্লবা রমানন্দগী থম্মোয়! করম্বা খোঙফমদা কনাগী মায়কৈদা রোমীতানা লেপকনি। অহুবু মুংশিবদি তোঙাল্লি। রমানন্দগী মফমদদি ইচম চম্লবা মিহুংশিতনা থল্লবা থম্মোয় অহুদা থম্মোয় অমনা তৌবিমল উৎপা অহুনি।

অহুগা উমেশকী মুংশিবদি তাইবং ফনা খঙদনা থম্মোয়গী কাচিন্দা মচু তারেংনা য়েক্লুনা থমগ্রবনি। কৈদৌঙৈদসু কোল্লরোই। তৌকম খঙদনা হায়দোকফম খঙদবা চৎনবা স্বর অমথক হোন্দোকখি।

উমেশস্থ হোৌগৎপা ওয়ে। য়োম্মীতাবু মীকুপ অমত্তং উদবদা লৈফম খণ্ডদবা অমা ফাওরক্লে। য়োম্মীতা চৎপ্রবা মতুংদা কনাগীদমক করম্না হিংহৌগদগে হায়না হেক খল্লুবদা তৌফম খণ্ডদনা হিপ্নম্বদগী কুক হৌগৎলি। অহুগা থংনবা মীকুপ্তা খম্বরকই— ঙসি ফাওবা মংঙান্দা থম্মোয়গী ওইবা রাহৈ অমত্তা হায়খিবা ফোংদোকখিবা লৈখিদ্রি। করম্না মহাকপু ঐগীনি হায়হুনা কনশিল্লিবনো ? থম্মোয় অনিগী মরি অসি থম্বদা 'রাহৈ' অসিমক হায়দবা য়াদবা জাৎলা ? অহু ওইরবদি করিগী মাগী লিচৎ শাজত্তা মুংশিবগী ইঙ্গং লোয়নরিবা করিগীনো ? ঐগী মীয়েং, ঐগী রাখলনা হেঞ্জিম্না খনবা ওইরব্রা। থম্মোয় অসিনা অস্তুক রারৌরিবনা করিগীনো ?

গাড়ী থৌজিল্লকপগী মখোলদা উমেশকী রাখল কায়খ্রে। য়েং-থোক্লবদা রমানন্দা চংলকই। উমেশনা লাকপা কুইত্রিষ্ণেদা নোংমা লাক্কুনা শক খণ্ডনপ্রবনি। মহৌশানা চিংলেম্নবা মায়থোং অহুদা মোয়োন নোকপগী মমিগা লোয়নন্না— "নমষ্টে, উমেশ বাবু।"

উমেশস্থ নোক্লগা তরাম্না — "লেংশিনবীরকউ।"

"খোঙ শোকই হায়বহুবু খরা ফবিরত্রা ?"

"হোয়, ফরে।"

'য়ারিবমথৈদি খরা কেয়ার লৌবিবনদি ফবনি।" মহাকী চম্না ঙাংথোরক্লিবা রাহৈ অহুনা উমেশপু করেম্নবগুম খল্লকই। ফাওরক্লিবা অশাওবা অহু ফাথরহুনা নোক্লবা হোৎনরগা হায়রকই— মীমাম্ত্রবা শোয়নায়রবা অসিদা কেয়ার লৌবা লৌদবা থোয়না খেৎনবা লৈত্রেদা। 'নন্দা বাবু।"

"করিগী অহুম্না হায়গিবনো ? মীওইবা কনাবু শোয়নাইদবা য়াঙ-বগে ? মপাম্বোংগী ওইনা উরিবা খোঙ-খুৎ তেকপা, মিৎ-ডাংবা অসিত্তনা শোয়নাইবা নম্বে হায়নিংই। ঐগী পুন্সি অসিমু শোয়নাই-রবা মীওই অমনি। মপাম্বোংদা উদবত্তনি।" উমেশ ওক্লা রমানন্দদা

য়েংলকই। য়মানন্দনা মথা তাখকই, ঐগী 'কিডনি' অমা কনাগুম্বী অমগীদমক দান তৌথোকপ্রবনি। নোকফেং তৌরদুনা, মপাম্মোংদা উদে হায়রদুনা 'সোদি ফিট' নি হায়রনা লৌবদি য়ারোই।

উমেশ অঙকপা মীৎয়েংগা লোয়ননা অমুকস্মু য়েংলকই। মীৎয়েং অহুগী অর্থ খঙবগুম মোমোন তৌরহুনা — "থৌদোক অহু ঙক্কা থোকখি অহুগা ঙক্কা লোয়খি।"

"করম্বা কয়া য়াম্না নক্কবা তঙাইফদবা মফমদা তৌখিবা দাননো?

থৌদোক অহু ঐনা ছাত্র ওইরিঙৈদা থোকখিবনি। কদায়দগীনো ইশানা ইয়া য়ানিংদনা কলেজ লোয়শিল্লকপগী অহুরাইদা ইমায়বা ময়াম্না নমহুনা ঐবু ভোং লেপহনখি। মখোয় ময়াম্না হোৎনহুনা ইরা রাদনা ভোংস্মু কাখি। ভোং কাবগী হরাওবা মুমিৎ অহুদা ঐগীদমক্তা থ্বায়দগী থম্মায় য়াওনা হোৎনবীখিবী করুনা গাড়ীনা শোকখি। লায়রজরবস্মু মমা মপাগী অমত্তা পোকপীনি। থৌদোক অহুনা মমা মপা অনিগী নিংবা কায়নবা মরম ওইখি। এক্সিডেন্ত অহুদগী মহাক 'পেরেলাইশিশ' ওইখি। অহুগা মহাকী কিডনি অনিমক ফেল ওইবা য়ানা লৈখি। ঐগীদমক্তা ওইখ্রিবা ফিভম অহুদা ঐহাক থম্মোয় শোক্কা মুংঙাইখিদে। পেরেলাইশিশ ওইবা অহুবুদি তপ্না তপ্না ফরকপা য়াবগী থাজবা ডাক্তরনা পীখি। লুরিবদি কিদনিগী রাফম অসিনি। মহাকপু তশেংনা হিংহন-নিংখি। মহাকীদমক্তা কিদনি অমা পীগে হায়না য়াখি। লাইবক ফবদগী মহাকা ঐগস্মু রুদ চাম্নরমখি। অহুবু ঐগী পুন্সিদা অসিগুম্বা অমুবা দাগ অমদি লৈয়ু হায়না তম্নমলে। কিদনি শিন্নবা মতুং চহি কাদনা করুনা সংসার থাদোকখি। ঐগী হোৎনজরুবা খুদিংমক অরেম্বদা তাশ্রে। মুংঙাইতবা অসিমদি পুন্সি অসিদা কাওবা য়াদনা অস্মুম নিংশিংলি।

রারী তানা তানা উমেশস্মু রারী অহুদা থম্মোয়বু অনৌবা চৈনা অমা ফংহনবগুম ভাইহাক মংলাক্লরে। তপ্না হায়রকই, তশেংনা রারী অহু তাবদা থাংঙমদবা অমা পোকই।

"অহুবু রোমীতাগা শকখঙনখিবা মীকুপ অতুদগীদি ঐগী অবাবা মুংঙাইতবসে খরা মখেদি হল্লখি। অমুকস্তু খল্লকই মহাকপু মনিং থুংহনবা ঙমদনা ঐ চৎখিবা তারব্রা ? খর মচা অমতং হোল্লগা লৌথুপ লৌকোয় লৈতনা হায়দোকখি। রোমীতাগী মীং পল্লকপদা উম্বেশকী শকক্ষম খঙহোং হোংখি।

রমানন্দনা মখা তারকই— অতুগা ঐনা য়াম্না মুংঙাইজরিবনা ইমাশি থেংনবা অসিনি। ঐদি ইমাশিগী রাখল্লোন অসিবু থাগৎলিবনি। অসিগুম্বা থবক থৌরমশিং অসিদি ঐখোয়নস্তু পুক্লিং থৌগৎকম থোকই।

"অতুদা ঐনা চিংনজরিবনা, করিগুম্বা লমখাংদা হৌদি হৌজিল্লুরগা ঙমদহনা মাংখিগব্রা হায়বসিনি। অহুবু হৌজিক্তি মতুগী অকিবা অহুদগী লাপ্না লৈরব্রা হায়না লৌজে।"

"মসিদি তশেংনা মায় পাক্লবনি হায়না লৌবা য়াম্নে। ঐখোয় ময়াম লৈনা লৈনা করিগী মাংহল্লুগদগে। ঙমলিবা মখৈ হোৎনগদবনি।"

"মরুপ্না হায়বিরিবা অতু ঐখোয়গীদি লাইবক য়াম্না ফরবনি। অহুবু মীওইবগী পুক্লিংবু কনানা অরেপ্না হায়বা ঙম্নবগে। নোংম্না মরুপস্তু মরম অমদগী মফম অসিদা খোংদাবা ফাওবা ঙমখিদবা য়াই। আশ্রম অসিগীদমক থরায় য়াওজরম্বা মখোয়শিং অহুনা অস্থুম্না লৈখোকখিবা মুমিৎ অতুদদি আশ্রমগী মরাইবক অসে করম্না লেপকনি হায়বা লুনা থোকনি।"

"অতৈনা পুক্লিং হোংশ্রবস্তু ঐ অমদি রোমীতাদি আশ্রম অসিগীদমক পুন্সি ফাওবা কখোকে খল্লিবনি। লুহোংবা অসি পাংথোকশ্রবদি মাস্তু ঐস্তু তৌনিংবা থবক্তা নে না তানা পাংথোকপা ঙম্নি। ঐগীবুদি থোয়না অকায়বা লৈতে। অতুদা অহলশিং অসিদি ঙাংনবস্তু রাবঙম তৌ, মখোয়বু ভাব তাহনবা য়াম্না লুই। ঐদি মহাক্তী পুক্লিং খঙই। মহাক্তি ময়ামগী থবক্তা থরায় হকচাং হেন্না য়াওজবীনি। লুহোংলবস্তু মহাক্তি আশ্রম অসিদগী হেন্দোক্লোই হায়রিদে।" মোম্লোন লোকখি।

মীনোক অহ্ উমেশ জ্ঞান তাদে। অতুবু মখোং মরম খণ্ডবা শাওনিংবা অমদি পোল্লকই।

"ইমাশি লাক্লগা অমুক করি করিনো থরবা হায়বতুনি। অতুদি ঐসু অমুক য়োঞ্রগে।"

"কনা 'মত্তগা উন্নররোইত্রা।"

হৌগৎলগা — "উন্নররোই। ঐদি মরু ওইনা মরূপ উন্নবা লাক-চবনি।"

উমেশ হোয় মায় হায়দনা তুমিন্না ফমতুনা লৈহৌরে। রমানন্দনা থোরকপদা শাক্তিগা থেংনৈ। ভক্লা হংলকই — তামো লাকই হায়বদি ঐখোয়দি খণ্ডে। চৎলদোইরা ?

"উম, চৎলগে। ভাইহাক ওইরে লাকপা।"

"রোমীতাসু খণ্ডলমলোই। থবক শুকমদা চংখিবনি।"

"খণ্ডত্রবসু য়ারে। উমেশ মখোং শোকই হায়বতুদা হংবা লাকপনি। করে চৎগ্রগে। থোংথাং লূন্না থাংলতুনা থোকথিবতু মুন্না য়েংহৌরগা লেপহৌই। ★

## তরাতরেৎশুবা

উমেশ ফমুংদা হিপলি। তুম্বদি নত্তে। ওশাই রমানন্দনা হায়রম্বা রাইহৈশিং অহ্ নিংশিংলি। মশাগী পুক্তিবুত্ত খন্থরকই। ঐসিবু তশেংনা ওইজবা থিবা মীশক অহ্ তারত্রা ? ঐনা মহাকপু মুংশিজখিবনি, মঙোন্দা অয়েৎপা পীবা ওইনা থোক্লত্রা ? মহাকা করি মরিয়ু লৈনকম থোকপগে। ইমানা মাবু লুনা তৌজবনি। অতুগা ঐনা খল্লিবশিনা ... ... — নত্তে ঐ মাবু অমুক হন্না খল্লরোই। মহাক চৎত্রসু।

অতুবু থৌদোক খরতু নিংশিংলকপদমি পুক্তিবু ফাথবা ওক্লত্তে। মহাক্লা নাখিবা মতমদা তৌথিবা সেবা মথং মথং নিংশিংলকই। অমুকসু

থল্লি — অমুমা তরাই তরাই পাংদবগী মতৌগুম করিসু হায়হৌদনা চংখিবদা তারব্রা ?" ইমাংদা তারিবা মনি অহুবু ঐগী নত্তে হায়হুনা মপু লায়কপা ভাইখিগদ্রা ? মাখল অমথক্লা ফুক হৌগৎতুনা উমেশপু রোমীতাগী কা তম্মা পুরকখি।

.... অমুক কুইনা লৈমিন্নবা অসিদা নোংমংমু মহাক কা অসিদা চংখিদে। রোমীতা তুং ওম্থোকুনা করিগুম্বা অমা কন্না ইরি। রোমীতাগী মনাক্তি য়োরক্লে অহুবু মহাক করি হায়গদবনো হায়ফম থওদ্রে। থাওমৈগী মঙাল অহুদা লুকথরিবী রোমীতাগী শকফম অহু মিতানা য়েংলহুনা লেপলি। শান্তি মংথোয় অনিতা লৈবনিনা কা মমুং অসিদা লৈবদদি থোয়না ফিরোল অহুক চেকশিন্না লৈতে। মুনা শাংলবা শময়ামশিং অহু চেকশিন খোমজিনবা য়াওদনা ইচায় চায়না থাদোক্লি। থোংনাওদগী নারোন্দা হুমজিল্লকপা মুংশিংনা লমহেন্না তনৌরবী মায়থোং অহুদা শন্না থরা চায়থোক্লা তাহল্লি। ইনবোই য়ানবোই তৌরিবা ফি অহু অয়াম্বা শরুক্তি খুদাংদা হায়থঞ্জে। ইরিবা অহুদা পুক্লিং চংখিবনা উমেশনা লেপলিবহু মহাক থওদ্রি। খুং ওইনা শন্নাংশিং অহু চাওথোম্ন খোম্নগা নাকল অমদা থম্লে। শম খোমগৎখিবগী হাংহুনা লৈহৌরিনা ওকশমগী অঙৌবা শরুক অহুদা উমেশকী মিং থমফম ওইরুরে। থিংবা ঙমদ্রবা অপাম্বা অমনা লমজিংহুনা মশা ফাওবা থওজদনা চংশিল্লকুনা ফি থুংদ্রবা হাংলবা হকচাং অহুদা চিনবালগী পোথাফম থিরকই। রোমীতা খংবগুম মমায় ওম্থোরকপদা উমেশ ওইরম্বা অহুদা ওকমনগ্রহুন্না হৌগৎলকই। তুংদা খোংফম অমা অনি হন্দোকই। অহুবু চেংনা পায়খিবা মহাকী খুৎপায় অহুনা রোমীতাবু লাপ্না হন্দোকপা য়াখিদ্রে। রোমীতা ওকপদা নত্তনা অ্যান মাংখ্রে। অহুবু খংনবা মীকুপ্তা হংলকই. "য়াম্মুংনা খল্লিবা অসিবু করিনো ?" খুংতি থাদোক্তে অহুগা লুকথরহুনা হায়রকই— "রোমীতা, ঐ নওবু থাদোকপা ঙমলোই। খনবা মথৈ খল্লবা মতুংদা ওসিগী ফীরেপ অসি লৌরবনি। ঐ নওবু থম্নোয় শেংনা মুংশি .... ... ॥"

হন্দক্তি অশাওবগী মীংয়েংগা লোয়ননা হায়রকই — "মুংশিবা ! য়াম্মুংগী মুংশিবগী অর্থ ওসিদি ঐ খঙলে। অহুবু ঐনা খঙজরম্বগী য়াং-মদনি।" রোমীতাগী মীত্তা শীগী ঈরা হৌরক্লে। অহুবু মতাং অসিদা মফম অসিদা মহাক্কী শী অসি লোৎনিংলে। শী অহুনা মহাক্কী অশো-নবা থম্মোয় অহু মুপা অসিগী মমাংদা উৎথোক্লিংঙ্গ্রে। তপ্পা হায় — "ঐগী য়ারীস্থু লোইনা খঙলম্লগনি হায়না খল্লি।"

"ঐ খঙই। অহুবু নঙগী চিনদগী ঐগী পাওথুম পাম্মী।"

"ঐগী অতোপ্পা পাওথুম লৈতে। অহলশিংসিনা শিল্লিবশি ঐগীস্থু অপাম্বনি।" তশেংনা মহাকপু মুংশিজরবস্থু পাওথুম অসিমদি পেম্মা পীখিবনি।

"ঐবু মীমুংশি খঙদনা অমুম্মা ওৎলম্বদি য়ারোই "

"ঐগী ইয়াল করিনো ?"

"ফারে, নঙগী নরাল লৈতে। নঙবু ঐনা থম্মোয় শেংনা মুংশিজখি। মতম অমথক ঙাইরুবনা ঐগী অচোবা ইয়াল ওইরে। মসিস্থু ঐ য়াই। খঙনা উনা নঙস্থু নরাল লৈতবা শাহুনা চৎখিবহুরা নহাক্কা পাম্লিবসে।"

"ঐগীদি লেপখিবদা য়াহৈ অনি সুনবা লৈজদে।"

"রোমীতা, ঐহাক য়াম্না শাওগনবা থম্বগন্দবা মীশক অমনি।"

"ঐস্থু খঙজে।"

"অহুদি নহাক থম্বরগা খুমলকউ।" মহাক্কী য়াহৈ অমদা মচি লাংথোক্লগদবা রোমীতাগী থম্মোয় অদো মহাক্কী লিচৎ অমথক্কা অশাও-বদা ওম্মোকহনখ্রে। ফনা মুংশিজরবস্থু থোক্লকপা য়াহৈ খুদিং ওমনা থোকখ্রে। থোল কস্তুক্কা হংলকই – "করম্বা তৌবা ওম্বা থৌনা অমা উৎকদবা য়াংলিবগে ? উমেশ হায়রপ লুকথখি। "ঐগী খুং থাদোক-পীয়ু। শাক্তি চংলক্লবদি য়াম্না ফজদনা উথিনি।"

"মহুগীদমক্তা পাথৎকদবা মীশকু ঐ নত্তে।"

"অহুগা এদি লুহোংগদৌরবিনি। এগীদি মাংজবা য়ান্না লৈ।" শাওনিংবা পোক্লবসু, মোংহাদনা ঙাংলকপা ব্রাঙাং অসিনা উমেশপু ইকায়বা পীররে। পাররম্বা খুৎ অহু তপ্না তপ্না কোমথোরকখি। রোমীতা রা মখা তায়মদনা কা অহুদগী মপাল থোকথ্রে। মাইথিহৌরবা মীশক অমগুম ইকায়বা, প্যাংদবা অনি পুন্দুনা মকম অহুদগী খোংকম অমা ফাওবা লেংবা ঙমখিদ্রে। রোমীতা মাগী কাদগী থোকথ্রগা শাস্তিগী মনাক্তসু চৎলুদ্রে। করিনো হায়কম খঙদবা কপনিংবনা মশা অহু ফুনগৎলকই। মীৎকুপ খরা অসিদা খুদিংমক ওন্নন উথ্রে। ইংনা চিক্লা লৈজরম্বা মহাকী মুংশিবা মকম খঙদনা মাংথ্রে। মতম কুইনা লোৎতুনা থম্নকপা মুংশিবা কোবা অহুনা হুগী মতৌগুম হকচাং পুম্বা চাক-থেকখিগদৌরে।

পুন্সিগী অহানবা থেংনখিবা মীৎকুপ অহুদা রোমীতাগী খম্মোয়বু ঈথক হৌনা ময়ায় কাহনখি। অহুদগী নোংমা রাহৈ অমথক্তা খুদোং-চাবা লৌহুনা মহাকপু য়ানিংদবা উৎলকখি। শাঙনা চৈখি। অহুবু চৈরি ঙাংলিবা খুদিংমক খম্মোয়নদি য়ানিংখি। খম্মোয় অহুবু থাক ব্রাংনা থমখি অমদি ইকায় খুম্নখি। খুদিংমক মীৎকুপ খরা অসিদদি অরেম্বা তাথ্রে। রোমীতা মীৎ চেৎনা উইশিল্লগা কি-শাকম অহুগী শাঙ মচি অহুদা ফম্নরে। ফাথবা ঙমত্রবা খম্মোয়গী মীহুল অহুগী খোংজেল হেন্না য়াংনা চেংকই। অসুম্না কয়াম কুইনা কমখিবনো খুব্রা য়াইমনা কৌরকপদ্দা মশাবু নিংশিংজরকই।

"ইহে, ইবেম্মা নঙদি নতোমতা কম্লিবরো?"

"খংবগুম খুমখি, অহোই খুরা। চংজরনি।"

"ইবেম্মা শাস্তিনসু ঙশায় রাই থিরম্বনিনে।"

"এ খরা কুইরমাল্লে ফম্লিবসে। চংলগে খুরা।" রোমীতা হৌগৎ-লগা লাক্লে অহুবু কদায়দসু মহাকী খোংথাং অহু হৈনিংবা য়াওদ্রে। কা মসুংদা চংলকপদদি শাস্তিনা মাবু ঙাইহুনা লৈরমলে। রোমীতা

রা ভাংদনা হিপথক্রে। শান্তিনা ঙক্সা হংলকই —

"চাক চাররোইব্রা ?

"উম, চাররোই।" শম্না খুমই।

শান্তিহু রা মখা তারুক্রে। ঙসি ঙরাংতা লোয়নরকপা রোমীতা নত্তে। করিনো অমা শোয়দনা লৈরম্বা য়াই খল্লি। শান্তিম্মু মাগী কমুংদা হিপলি। কা অহুদা মী অনি লৈরবম্মু ইচিক চিকই। হিপ্পা হিপ্পা রোমীতাদা য়েংলকই। অহুবু মহাক্তি মচি লেংলকখিব্রে। মহাকী ঙসিগী মতৌ অসি করিনো হায়বদি শান্তিম্মু খঙনিংলম্মী। তপ্পা হায়রুকই— সন্ধ্যাগী অহুবাইদা ঐ নঙবু থিরম্বগি।

মমায় লৈথোরক্লনা খুম্মী — "খুরা য়াইমনা হায়রকই।"

"নঙবু করি তৌরবগে ?"

পাওখুম ফাওবা পীনিংব্রবনি। শান্তিনা করিনো অমা খনখিবা তারে খন্দুনা মায় লৈথোররুগা খুম্নকই— "করিম্মু তৌদেদা ... ...।" মুম খল্লুবদা রাথলসে মুংঙাইকম অম্না খঙদে।

"করিদনো ? ঐঙোন্দদি হায়বা য়াইদনা।"

"নঙোন্দা হায়ব্রবদ কনাদা হায়রুনি।" নোক্রবা হোৎনরহুনা খুম্নকই। হায়ফেৎ খল্লগা মখা তারকই— "থবক খুদিংমক ইহিং হিংলি। মুমদা নোংমা নিনিদং লৈরুরগা বাবাগা তাথোক তাশিন তৌশিরা খল্লিবা। ঐগীদি হৈনিংবা অমত্তা পোক্তবনি। বাবাগী য়েংহুনা খোং অসে থাংগদোরিবনি। পুল্লি অসে অফা-অপুম্না হিংবসে ঐদি তশেংনা পামদবনি।

"অহুবু নঙগীদি নথস্তনিনা মহুম্মু হেক য়াদেনে। কৈ, নঙনা অহুম খল্লগা তৌ।"

"অহুদি হয়েংসি মুমিংস্মু য়াম্না কৈ। হয়েং ওইনা চৎলগে।"

"হয়েং, ... ... হয়েংমক ! ঙক্সা হংলকই।

"উম, হয়েং ওইনা।"

চৎনবসু অমুক থুনা চৎপদি মহাক পামদবনি। করিদগী অমুক থুনা লেপ্পমলিবনো হায়না খনখি। করি হায়না খিংলুগনি মহুসু মহাক হায়কম খঙজে। শাস্তিদি তুমথশ্রমালে রা অমুক হন্না ঙাংলকখিজে। অহুবু য়োম্নীতাদি মিং উইশিল্লু হায়বা য়াজে। তশেংবগীদি মহাক মফম অসি থাদোক্তুনা চৎনিংদবনি। লৈমনা হল্লকপা ফাওবদি মহাক লৈনিংবনি। অহুবু মহাক চৎখিবনা হেন্না কৈ খল্লক্লে। মহাক্না মতম কয়া চংনা শাগৎচখিবা উমেশকী মুর্ত্তি অদো চুন্না কজবা মচুনা য়োম্বা তমথিরবা শকফম ওইরম্লে। কুয়োমশিং অহু মচেৎ মচেৎ কেনখিবগা লোয়ননা অশেংবা শকফম অহু উরক্লে। কল্লক মীহৌ চাওরবা চরাম্নরবা নোংশা ওইনা উরকই। মমল লৈতনা লৌরম্নবা মহাকী মুংশিবা অহুবু খল্লুবদা থম্মোয় ফাথবা ঙমদনা কপখি। অহিং অহুমা। ✱

## তরানিপালশুবা

অয়ুক অহু উমেশ তৌফম অমা খঙজে। ঙরাংগী থৌদোক অহুগীদমক য়োম্নীতাদা লাল্লে হায়জরুশিরা খল্লি। অহুগা মহাকী থোইচৎনবা য়াঙাং অহুদা ঐনা অমুক হায়জফম থোকপ্রনে। ঐনা মহাকপু মুংশি হায়বসিদা লানবগী মরমবু করিনে? ঐ ঙরাং মঙোন্দা থরদি লানপ্রমালে। য়াখল অসি লাকপদা মায়থোং অহুদা তৌফম থঙদবগী য়মি অমা তারকই।

মেমচানা হাথু হাথু চংলক্তুনা হায়রকই— "ইবুংঙো, অশোমদা অমুক্তা লাকপীয়ু হায়রকই।"

"করিগী ওইরবনো ইচে?"

"ঝিশাবীশিং অহুগীসু লং য়াংলে হায়রৌই, অহুগা লৌউবা অহল অনিসু লাকল্লোই। মখোয়গী হায় য়াৎপগী ওইরমানে।"

"ইচে অচুগীদি রোমীতাগা শান্তিগা মখোয় অনিনা তৌবদ্রাইনে। ঐদি করিস্তু 'মত্তা খঙদে।"

"শান্তিস্তু লৈহৌদে রোমীতাদা হায়রুবনি। অচুপা ইবুংঙোদা হায়য়ু হায়রকইনে।"

"ঐঙোন্দা! ঙক্লা খুম্নদোকখি। মওং অসিদি ফজদমানে থন্দুনা তপ্পা খুন্মী — ইচে চৎপীরম্লো ঐ লাক্লগে। মেমচা চৎখ্রে। রোমীতাগী মওং অসি করিনা হায়না খল্লি। উমেশ খোংথাং থুনা থাংলহুনা কা অচুদগী মপাল থোক্লকই। রোমীতাগী থোংজিন্দা লেপ্পগা হায়রকই— "ইচে মেমচানা হায়রিবসি করিনো?" রাহং অসি হংদোকপ্রবস্তু রোমীতানা তৌরিবা মতৌ অচুদা উমেশ বা মখা তাবা ঙমদ্রে। রোমীতাগী পুগদবা মফি ম্রোঙ্গ লোইশিন্দুনা লৈরি। তারবস্তু উমেশকী পাওথুম পীরুদ্রে। শান্তি চা পুরগা চংলকই। "য়াম্বুং চা ... —।"

"ঐ থক্লরোই য়ারে। ইচে মেমচানা ঐগী নাক্তা লাক্লগা হায়-রম্লিবা অচু করিনো?"

"ঐদি খঙদেনা? ঙক্লা খুন্মী।"

"শোনা নখোয়না পায়রগা ঐনা করি খঙগদৌরিবনো?

"য়া ভাংদনা মোন মথাদগী শোচু রোমীতানা শান্তিদা পিরম্মী। শান্তিস্তু মখোং মরম অম্া খঙদ্রে। চাচু থম্লগা হায়রকই — ঐস্তু ভাব অমা তাদ্রে, মরমছুদি খঙবা য়াইদনা?" শান্তিগী রাদা কনাস্তু থোয়না চংনখিদ্রে। উমেশনা চিংলেম্বা খোঞ্জেলদা নমহংতুনা হায়রকই, "ইমাদগী মশানা শো লৌহৌবা মীচুনা ইমা হল্লক্তি ফাওবা পায়গদবনি। ঙম্মোইদবা লৈরবদি দায়ত্য অস্তুক চাওনা লৌহৌরিবা করিগ্নিনো?" মথা তারকই — "শান্তি নঙস্তুনি।" থুনা মকম অচু থাদোক্লগা চৎখ্রে। মশাগী কা য়োৗরকপদদি উরুরিবা দুর্শ অচুনা থৌনা লৌশিং লোইনা হম্বহনখ্রে।

মনিং মমাং ককপা রাঙাং অচুদা রোমীতাগী শুমকম অমা অমুক লৈখিদ্রে। হৈনিংবা রাওদনা কমথরকই। অচুগা শান্তিনা হায়রকই—

ইচে মেমচা লাক্লম্বনি। নহাক অমুক্তা চংশিল্লগেরা? শান্তি পাওথুম ওইনা শো পুত্থনা থোকখ্রে। তশেংনা চংলগে থল্লকপা মীৎকুপ অসিদদি মহাক খেংও থাংদোকপা ওমদ্রে। য়ানিংনা ওইরবস্থু য়ানিংদনা ওইরবস্থু মহাক মফম অসিদি নোংমা থাদোক্লম্বা তাবনি।

মেমচানা মথুংতা চিঠি অমা পায়রহুনা উমেশকী কাদা লাকই। থোং লোল্লম্বা অতুদা তপ্পা কৌহুনা "থোং লোনশিল্লবদি করি তৌরেং ইবুংঙো। ইমাগী চিঠি ওইরমালে, চিঠি অমা পীরম্মীনে।" উমেশ থুনা হৌগৎতুনা থোং হাংদোকই। চিঠি পীনা পীনা হায়রকই — ওসিদি হৈ হেকপা চংলুনি। নওগী অরাথবী শওমুম্নবত্থু থল্লকে।

নোংমা নিনি কান্নরগা হৈকোলদা হৈ হেকপা হেক হেক চংলি। মহুদা উমেশনা মাগী হৈ তপ্পী, মসি মাগী হৈনবীনি। অহুবু ওসিদি হরাওদবা মতৌদা থুম্নকই — "ইচে মেমচা চানিংববু ফাওদ্রেদা।" মেমচাহু তুমিন্না থোকখ্রে। করিগুম্বা মমাগী চিঠি ওইরমদ্রবদি উমেশকী থোং ওসিগী ওইনা হাংলকখিদবস্থ য়াই।

ফমুংদা ফম্থরহুনা মমাগী চিঠি অহু পারকই —

নখোয় পুম্নমক অনা অয়েক য়াওদেদনা। ঐখোয়স্থ হৌজিক ফাও-বদি অশোয় অওাম য়াওদরি। য়োমীতাগী লুহোংবগী মতম লেপ্লগ্রব্রা? কল্লক মীহৌবা তায়বসিনা ঐগী থম্মোয়বু লৈতাহনখিদবনি। হৌজিক্তি ঈশ্বরগী থুয়া ফংজরবা অসিদদি অচুম্বা অশেংবা মশক থওবা ওমলে। রমানন্দদি ঐগী অনিগুবা ইচানি। উমেশকা মহাকা খেন্নবা ঐগী ইকমদা হৌজিক লৈব্রে। ঐগীদি আশ্রম অতুনা থরায়নি। আশ্রম অহুগীদমক মহাক্না হোৎনবিখিবশিং অহু ঐনা করম্না কাউগনি।

ঐখোয় খুদিংমক নোংমদি লোয়না চংনখিগদবা ওাক্লনি, চপ মান্নবা পম্বুং অহুদা। ঐনা থরা হেম্না য়ারিবদি উমেশকীদমক্তনি। চংলবনিনা লাইফমশিং মশীং গুনবা য়োক্লগে হায়না থল্লি। নুখোয় ময়াম্না নিংখিনা য়েংশিল্লম্মু। লোইশিল্লগে।

— লৈমা, হরিদ্বার।

চিঠি পাবা লোইরে। করিনো হায়ফম খঙদবা খাঙবদা রারবা চৈনা অমা ফাওয়কই। মহাক্কীদমক রাজরবী মমাগী দমক মহাক্কা করিস্থ তৌবা ঙম্নরোইদ্রা হায়না রাজখি। অহুগা খম্বরকপদা ঙাইহাক্তং পায়-রম্বা থরায়না পামজবা পোৎশক অমা মপু লাকুনা থুৎতগী মুনখিবগুম উপায় লৈতনা য়েংলগা লৈহৌবা তাখি।

খঙহৌদনা রোমীতানা য়ুমদা হনগ্রগনি তাবদা মফম অহুদা লৈবা মীওই খুদিংমক মুংঙাইতনা শোয়রকই। হিংবগী অ:শা য়াওদ্রবা মখোয়দা অনৌবা থৌনা কয়া হাপ্নীথিবনি। করম্না কাউগনি। লৈমা লৈত্রবস্থ রোমীতা উবদা ইপেন পেম্নরিবনি। অহুবু কনানস্থ থিংঙুবা ঙমদ্রে। রাহৈ অমতংদি উমেশতা হায়রমশিরা খল্লি। হায়ফমদি থোকপনি। মহাক্কা হায়রকপা রাহুগী পাওখুম ওইনা পীরগে হায়না লেপ্লে।

শাস্তিনা হায়রকই— "ঐস্থ য়াওনা থিল্লুরা?"

"খুরা য়াইমনা গাড়ীদা থিনগদবনিনা য়াওদ্রবস্থ য়ারেদা।"

"ঐস্থ থবক্কী মওং য়েংলগা লাকে।"

রোমীতা খুমলুদ্রে। লাংতক্কনা কনাগুম্বা অমখক রনা ঙাইরকই। অহুবু লাকপগী শামিন ফংথিদ্রে। মখোয় অনি কাদগী থোরক্লে। শাস্তিনা হায়রকই— য়াম্মুংদদি হায়রম্নরোইদ্রা?

"হায়রমখিগদ্রমে? ঐনা চৎখিবসি য়াম্মুংদি শোয়দনা শাওনিং-লমগনি। হায়রম্নরোইদা।"

"অহু ফাওবদি খঙলিদনা।" শাস্তিস্থ হায়গে য়াওনা হায়রক্পা মাল্লি। অহুবু রোমীতা পাউখুম পীরুদ্রে। শাস্তিদা রা মথং মথং শিন্নরকই।

"ঐঙোন্দা লোয়না তাহৌরবনিনে। ঐদি নঙদোনা হৈথোই শিং-থোইবস্থ নত্তে।

উমেশক্কী কা মপা য়ৌরকপদা হায়রপ য়েংশিল্লুই। অহুবু থোং লোম্বুনা লৈরম্লে। শাস্তিনা অনি অহুমলক কৌবদা খুম্নকখিদ্রে। কাহু

লাম্বোক্তুনা লাক্লে। ৱাহৈ অমা অনি হায়রকুনা চৎখিগম্বু হায়না খাম-লকত্রা খল্লস্বা অহূগী ওয়বদা হূন্না ফাওবা য়েংলকখিত্রে। রোমীতাগী পুক্সিদা অস্তুক মুংঙাইতবা ফাওবশিন্দি অমুক্তা খোকখিত্রি। তায়াইমনা ঙাইহূনা লৈরম্লে। গাড়ী মনাক য়ৌরকপদা হায়রপ লৈশিন্দুনা উমেশকী কাগী খোংনাও অহূদা কল্লপ্পা য়েংলুই। হাংদোক্তুনা লৈরম্বা খোংনাও অহূ তপ্পা থিংজিনখি।

গাড়ীদা কাখৎতুনা ফমগ্রে। শান্তিনা হায়রকই — নঙ ম্যাওদনা ঐদি কল্লিস্থ খঙদে। লূহোংবা হেক লোয়বগা সিদা তামোগা লোয়ননা লৈরগদবনি। য়াত্রবদি ঐস্থ ... ... ... শান্তি নোক্লগা ৱা লোইশিন-খিত্রে। ইমাশি লাক্লগা মফম খঙনা রারেৌহল্লগে। রোমীতাবু নোক্লবা কন্না হোৎনৈ অহূবু নোকউ হায়বা য়াখিত্রে। গাড়ী থৌখিহূনা অহাংবা লৌবুক ময়াইগী লম্বী অহূ তাগ্রে।

শান্তিনা মায় লৈশিল্লকপদা উমেশনা খোংনাও ময়াদা ফম্বহূ উখি। রোমীতাগীরা মবুংগীদমক্তা শান্তিস্থ নুংঙাইতবা ফাওখি। মুংঙাইত্রবস্থ মুংঙাইতনা রোমীতানা চৎখিবা অসিনা উমেশকীদমক্তদি ফরত্রা হায়নস্থ খল্লকই।



## তরামাপলগুবা

কুইনা থাদোক্লম্লবা য়ুমনিনা ইহৈ কৈনত্রে। মপু লৈবীত্রবা মাগী কাহূ উফূলনা থাগৎলম্লে। থনম্বা পোৎ থুদিংমক্তি মচি লেংলমত্রি। কম্বোক খোক্তোক্তুনা শেংদোক্লে। মহাক্লা পামজন্না তমলুবা জনে ল্লিজমগী লাইরিক ময়াম অহূ উরুবদা পুক্রিং মুংশিরকই। মতম অহূগী মনিং তম্বা অফা অপুন লৈতবা পুন্সি অহূবু নিংশিংলকই।

য়ুম অসিদা লৈহৌরিবশি মপাবুংগা মাগী গাড়ী থৌবা তোম্বগা মখোয় অনিতনি। ধনচন্দ্রস্থ গৌহাটিদা তোয়না চৎপনিনা তোম্বনা য়ুম

শংলিবনি। তোম্বগী ইমুং-মনুং, অথাম্বগী মরি মতাগী মীওই খরস্থ থবক নোম্বগী লাক্নুনা লৈরম্মে। ময়াম্মা তৌরিবহু অপাম পামদা অফ-কত্তা হায়রুদনা তুম্বিন্না হিপ্ত্না লৈরে। তোম্বদা চা অশাবা অমতংদি চায়খিমাম্মে। তোম্বা চা পিনা পিনা হায়রকই— "ইচে লাক্লবনিনা তাথোক তাশিন তৌবা মুংঙাইরনি। ইচেনা কৈ ফত্তে হায়বহু অহুম হায়বিরকউ।"

"নখোয়না তৌরিবহু য়াম্মা ফরে। ইচেগীদি অপাম পামদা করিস্থ হায়রোইদা।"

তোম্বহু হরাওনা থোকখ্রে। লাপথোক্লকপসিনা হেন্না অরাবা অমা ওইররে। কাউথোকখ্রো হায়বা য়াদবা মখৈ উমেশপু হন্না হন্না নিংশিং-লকই। হৌখ্রবা থৌদোকশিং অহু মথং মথং নিংশিংলকই। মথং মথং নিংশিংলকপদা ওরাংগী থাজব্রবা থৌদোক অহু ... ... ...। লোইবা নাইখিদে। চা থকে হায়হুনা তৌরুবদদি চাহু পুম্নমং ঈংলম্মে।

অহল অমা অনি পুন্দুনা লুহোংবগী মুমিৎ অফ-কত্তা খন্নরি। রমানন্দগী মমানা হায়রকই— "হন্দকী থা অসিগী মমুংদা নত্রবদি অমুক কুইথখিবা তাবনি। মথংগী থাস্থ ইচান্নুপাগী মপোক থানি। মথংগী থা অহুমদি থবক পাংথোক্লিংদে।"

মুন্না খন্নরবা মতুংদা পানথংলকপগী তরানিথোইনি পানবা মুমিৎ অসিদা লুহোংবা হায়না লেপ্পরে।

রোমীতাদি মুমিৎ অসি থুমনখ্রে হায়না খল্লি। অহুবু অহলশিং অহুগী মমাং থোক্নুনা অপাম-পামদ হায়রুবহুস্থ তৌনিংখ্রে। মুমিৎ অসে য়োরকনি খনবদা হৈনিংবস্থ হেক হেক মাওখিবনি। অহুগা মুমিৎ অসি লাম্বোকখ্রগা মহুগী রাই শংবহু পামখি।

মুমিৎ অসিদগী মহাকী পুম্নিগী খোওথাংস্থ হোংলগে হায়না খল্লকই। পুক্নিংগী অপাম্বা, রাখলস্থ হোংখ্রগে। খুদিংমক থাদোক্নুনা ইনৌ নোবা পুম্নি মরেল অমদা হিংলগে খনখি। অহুবু লমী অহুদা চৎপা ওমগত্রা ওমলোইত্রা হায়বসিনি চিংনরিবা।

উমেশ তৌফম থগুদনা রোমীতাগী লুহোংবগী হুমিং মশিং পায়কই। তৌফম থগুদনা ইমুংদা হঙ্গং হন্দা চৎপহৃ শান্তিস্মু থগুই। অহুবু রা অমত্তা হায়রক্রে। কব্বিদগী নো ইরাই লাইনা রাকম অসি লুশিনখি। মখোয় অহুম্মক অমনা অমগী রা হৌদোকুবা হঙ্গোয়নখি।

হৈজিংপোৎ পুগদবা মুখিংস্মু কুইশিল্লক্তে। উমেশকা শান্তিগা ঙাইহাক্তুং চৎলুশি হায়হুনা শেম শারি। শান্তি হাথু হাথু চংলক্তুনা — "য়াম্মুং গাড়ী থৌদোক্লে।"

অহুবু উমেশতি মচি লেংদনা তুমিন্না হান্নগুম ফমহুনা লৈরমলে। হায়রকই — "নখোয় কনা কনানো চৎলুরো, ঐদি চৎলরোই।"

"ঙরাং অহুক ফজনা হায়নরগা ... ... । ঙাইহাক্তংদি য়োরুশি। রোমীতানস্মু য়াম্না মুংঙাইররোই।"

উমেশ খোল কল্লগা হায়রকই — "মহাক্কী মুংঙাইনবরো ঐনা চং-কদৌরিবসে। মঙোন্দা য়াম্না ইম্পোরটেন্স পিবা ওইরবদি ঐ স্নুকচৎ চংলরোই। মাম্মোগী য়েংলগা চৎশিন্না থল্লগনি।"

মরম চাদনা থগুশাও শাওগৎলকপহৃদদি শান্তিস্মু ঙক্লে। খুম্নকই— "অদো চপ মান্নদ্রে।"

উমেশ পাউথুম পীরকখিদ্রে। মতৌ অহুদা ফনা হায়রুরবস্মু য়ারক্লরোই হায়বা থগুহুনা খোরক্লে। চৎনা চৎনা থল্লি — "রোমীতা চৎখিবদা থরা মথৈ মুংঙাইতবা ফাওরবস্মু উমেশকী থম্মোয়দা অসি য়োনা শোক্লমগনি হায়বদি থাজরুদবনি।"

শান্তিনা য়োরকপা মতমদদি ফনা থেংলে। ইমুং অহুস্মু ইচিক চিক্লম্মী। লেপ্তনা চংশিল্লক্তুনা রোমীতাগী কা য়োরকপদদি ঙকচান্নবা খোংথাং তপথদ্রে। চংশিল্লক্তুনা মুর্তিগুম কমহুনা লৈরিবা রোমীতাগী মনাক্তা ফমথরকই। চিংননা হংলকই — কম্বি তৌরবগে রোমীতা?

ঈপাল থাগী ঈচেলবু থিংগে হোৎনরুবা মরু য়াঙত্রবা পল অহু

নমথারহনা থিংবা শুমত্রবা ঈচেলনা ভাওনা চেম্বয়কপগুম অরেপ্পা লৈতনা রোমীতাগী মীৎলুদগী পিরাং শিন্থরকই।

মতৌ অতুলনা অমুকস্থ হংলকই— "করি তৌরবগে অমুক্তা হায়মুশে ?"

ঙশাইমখৈ পাওদমফম লৈরমদবা থম্মোয়গী ওইবফম অমা ফং-লবসিদদি থম্মোয় হিক্রা হায়রকই — "ঐহাক্ন মপোক থিবা অসিবু লৈরিব্রনে ? সংসার অসিদা লৈরিবা অরাবা, নিংবা থুংদবা ময়াম অসিনা পুনশিল্লগা শেম্লকপা ঐগী মপোকনি। খোংথাং অমা ফাওবা নোক্লগা থাংজবা ঙমদবা মপোক অসিবু করিনো ?

"অহুবু করি তৌরবগে হায়্যুবা।"

রোমীতাগী পাবুংস্থ হল্লক্লে। শান্তি উবদা থরদি হরাওজে। "এ, ইচা য়োৌরক্লেদনা।"

"পাবুং করি তৌবা য়াওরবগে ?"

"চংলুবগী খর হোন্দোকপা ওইনা ফমথরহনা — অ। — রমানন্দহ ঙরাং মশা ইমুং মুংঙাইত্তে হায়রহনা চেম্বরদগী ঙম্মা হনখিবনি। অহুগা নুমিদাংহ ডাক্তরদা পুখৎলে হায়রহনা ভাইহাক য়োৌরুবনি।"

"করম হায়না তৌরিবনো পাবুং ?"

"খঙদেনে, হৌজিকপুদি জ্ঞান তাহোরে। মতম থরা হোষ্টপিতা-লাইজ তৌবদা তারে। খঙত্রেনে তৌরিবসে, শোমদা হৈজিংপোৎনি হায়রহনা লাংশিল্লবগুমস্থ তৌ। মমা অহুস্থ মুংঙাইতবনা লোইরবনি।

"হৌজিকপু করি হায়না থম্নরিবগে পাবুং।"

হৌজিক্তি থম্নরগা য়ৈথোকপনা ফগত্রা থল্লিনে। মুমিৎ খুদিংগী অশোয় অভাম থোক্লনবা নিজববু অয়েৎপা অকায়বা অমা হেক্তা লাকই।

"পাবুং, য়াম্না হেন্নস্থ থঞ্জিনবীরুমুদা।"

"হোয়দা, ইচানা হায়গুম্মদনা। ঐ-ঐগী লাইবক্তা অমুম থোকঈ হায়্রুনা ইপ্রবনি। নঙস্থ নোংমা নিনিদি লৈথোকখো। ইপাস্থ ভাই-হাক্তা পোথারুগে।"

ধনচন্দ্রসু ইমুংদা চংখ্রে। হৌজিক্তা রোমীতাগী পিগী মরম খঙলক্লে। রোমীতানা কপ্পিবা অহুসু মুপগী লুহোংবা কায় নত্রগা রমানন্দগী ভাক্তা খল্লগা কপখিবা নত্তে। মশাগী নোংদম থিনা তন্নরুবা লাইরক অহুবু মতোমতা নিন্দা তৌজবনি। শান্তিনা তপ্পা থেমজিনবীরকই, "রোমীতা করিসু মুংঙাইতবা তৌরুরনুসে খুদিংমক ফজরকনি।" ✶

## কুনগুবা

নোংমা নিনি লৈরগা কখিগনি খল্লম্বা রমানন্দগী অনাবহু তপ্পা তপ্পা অমুম লুশিল্লকখি। ইকন কম্না নাবিবা অনাবহু মপাম্বোংগী মীনা য়েংবদদি থাজবা ঙম্লোই। হায়গনি তশেংনা নারত্রনে। লুহোংবসু য়ৈথোকখ্রে। লুহোংবহু রমানন্দদি তশেংনা য়ৈথোকহন্নিংখিদবনি। অহুবু অহল মশেল ঙাংনবনিনা অহৈ অপা শাবহু মহাক হৈনখিদবনি' রোমীতাদা করি হায়না ফাওরমগদগে হায়বহুদি মহাক খঙই।

শান্তিসু রোমীতাগী য়েংহুনা মুমিৎ নিনিদি লৈরে। য়ুম অসিদা মহাক মতোমতা তৌহৌগদবা মওংহু খঙহুনা শান্তিসু থোঙ থাংদোকপা ঙমদ্রিবনি। মতম থরা আশ্রমদা লৈরুশি হায়বনি অহুবু রোমীতানা য়াখিদ্রে। তশেংনা চংনিংদবদি নত্তে। আশ্রমদি মহাক্কী থরায়নি। মফম অহু থাদোক্লম্বা মুমিৎ অহুদগী মহাকী পুন্সিসু ইহাং হাংলিবনি। অহুবু করিদগীনো মফম অহুদা চংলরোই হায়না লেপখ্রে।

"নতোমতা য়ুম অসিদা করম্না লেমগে হায়রিবনো?"

"ঐ প্রেসতা চংলবসু চংকনি। ঐগীদি করিসু খল্লহু। অহুগা নহাক্না য়ুমদা লাক্লবদি ঐগী নাক্তা ঙাইহাক্কং ওইরবসু চংলকউ। আশ্রমগী পাও তানিংই।"

"শোয়দনা চংলকনি।"

"অহুগা য়াম্বুংগী খোঙগী চ্যেকপ চৎপহ্ নঙনা তৌহুনা খরা নম নপ্পহুনা চৎলুকো।"

শান্তিনা খর অমতং হেন্দোক্লগা হায়রকই — "রোমীতা, ঐ য়াম্বুংগী মতৌ অসে য়েংবস্থ ঙমদে। করিদগী নখোয় অনিনা অম্বুক নক্লা লাপ্নখিবনো? ঐ য়াম্না মুংঙাইতবা কাঙই।"

"অহুবু ঐগী ইরালদি নত্তেদনা শান্তি।"

"হোয়, অহুবুদি চুম্মী। অহুদা নঙদি লাপথোকপা ঙম্বগী থৌনা লৈ অহুগা য়াম্বুংদি ... ...।"

"নঙন্না ঐসিবু তশেংনা থম্মোয় পান্দে হায়না লৌরিব্রা?"

"রোমীতা ঐ করি হায়গদবনো হায়কম্ম খঙদ্রে। নঙবুস্থ মুংশি অহুগা অমরোমদা য়াম্বংনা অম্বুন্না লেনখিবা হায়বসে মচল অমা ওইনা ঐনা করম্না য়েংহুন্না লৈয়ু হায়রিবনো?"

"শান্তি, রারীহ্ হৌজিক শান্নবগী মতম হেনগ্রে। নঙস্থ মতাং অহুদা রারীহ্ থুপচিল্লো। ঐবুস্থ খাঙবগী থৌনা অহু মাংহনখিগনু।"

শান্তিহ্ পেত্রমালে মখা ভারকই — য়াম্বংদি রা ঙাংগন্দে হায়-খসি নহাকস্থ খঙলিবনি। নহাকপু কয়াগী মতিক মুংশিজবগে হায়বসি নঙস্থ খঙফমদি থোকপনি। এগীসে মতাংদি চাত্রে হায়বা খঙই অহুবু পেন্দবা অসিদি ফোংদোক্কে হায়না খল্লে।

রোমীতা রারোনা হায়রকই — ঐদি মুপীনি। ঐগী মুংশিবহ্ ফংনবগীদমক মহাক্তী মখোংদা তুরুবা অহুদি ঐহাক পামদে। মুংশিববু অহুক মমল য়াওদনা লানথোকত্রা? ঐ মহুদি পামদে শান্তি।

[illegible]স্থ খঙদবদি নত্তে। অহুবু য়াম্বংনা রা ঙাংগে হায়হুনা য়াক্লাথোরকপা মতমহুদদি তামো রমানন্দ নখোয় অনিগী রারীহুনা রা মখা তাবা ঙম্বখিদবনি। য়াম্বংবু লান্না পংখন খনবহুস্থ খলহল্লিংদে।"

"তোক্লসি শান্তি, ঐগী ফাজিনপ্রবা থম্মোয়সে নৌহোনা অমুক ...।

শান্তিস্থ হায়নিংবা ঙাংনিংবা পেন্দবহ্ কোংদোক্লগা আশ্রমদা হনগ্রে। রোমীতা তুমিন্না লেপ্লহুনা চিক্লবা যুম অহুদা লৈহোরে।

আশ্রমদা য়ৌরকপা মতমদদি মুমিং তাগদৌরে। শান্তি চংলকপা উবদা উমেশ হৌগংতুনা পুম্নি মপাললোমদা থোকয়্রে। শান্তিনা তম্বগদৌরিবা পাউ অদু মহাক তশেংনা তানিংদে। পাউ অদুনা মহাকপু মৈরি থোকনা চাকথেকহনবা নত্তনা অনৌবা ঈরিক খিকপদি ওইরম্লোই। মৈশা অদু অমুকা হেন্না হাপকৎহল্লিংঙ্রে। মহাকী মুংশিবদা কল্লক মীহৌবা অসিমক লোয়নরম্ম্রবদি থাওবা থরা মথৈম্ তম্নম্বা য়াবনি। মসিনা মহাকী মুংশিববুম্ মশক খিহনখিব.নে। মুংশিবগী.দমক্তা কথোকপা মহাক কৈদৌমুংদা ওয়্লোই। মশাগী শোইনাইবা অদুনা মহাকী থম্মোয়-বুম্ হেন্না পীকশিন্নবগী মরম অমা ওইখ্রে। রমানন্দগা আশ্রম অসিগা মরি লৈনরমদবা থোক্লবদি মশাগী য়াথলম্ম্ মনিংতম্বা ফংজরমগদবনি। অম্মা হেক হেক ফাথজক্লবনা হেন্না মতোমতা শাওজনবগী মরম অমা ওইরকই।

সন্ধ্যাগী থবক লোয়শিল্লগা ইমুং চংলকপদদি উমেশতু মাগী কাদা উত্নে। হৌজিক ফাওবা পুম্নি মপান্দা কম্নি। তয়াইমগা ডাইহাক য়ারী শান্নরম্বদগী তায়াইমদি থবক লৈ হায়দুনা হৌগংঞ্রে। উমেশকী য়াহৈ মতেক মতেকগী য়াইমম্ হায়রপ চিংনবা ফাওরকই। হন্দক রোমীতানা চৎখিবা, অদুদগী উমেশকী মওং মতৌদা লাক্লিবা অহোং-বসি অহল ওইজরবম্ থরা মথৈদি খওবা ওয়্নে। য়াইমা নংত্রবদি উমেশকীম্ য়ারী শান্নকম লৈতে। চোকশিনহৌদবা মতাংদা রোমীতাগী মীং পনখিবম্ম্ য়াওরকই।

ইমুংদা চংলক্লুনা মমানা গুরম্বা চে চাংদু পুথোক্লুন য়েংই। শান্তি চেপথদুনা য়েংলম্মী। থরায় চংনা চে গুবদুদা অপনবা পীক্লত্রে। থবক পুন্নমক লোইরদুনা উমেশকী মনাক্তা চংলকই। লাইরিক অমা য়াংদা থম্নদুনা কম্নি। হাংদোক্লবম্ পাবদি নত্তে। শান্তিম্ য়ারী থরা শানিং-বনি অদুবু হৌদোককম খওত্রে। হৌদোকলুরগা য়া লোইত্রিডৈদা হৌগংতুনা চৎখিগদ্রা, নংত্রগা মঙোন্দা হেন্না মুংঙাইতনা থোকলুগদ্রা।

উমেশকী ইচায় চায়না লৈরিবা লাইরিকশিং অহু য়কম চানা লোই-শিনবীরতুনা হায়রকই — "তামো রমানন্দহু নহান ঐনা চৎখিবা অহুদা ডাক্তরদা পুথৎলি হায়তুনা তৌরম্মী। হৌজিক ফাওবা হোষ্টপিতালদা লৈরি।" চাওফাক ফাল্লম্বা লাইরিক অহু লেপখি। মথা তানিংনা ঙাইখি। মসিসু মঙোন্দদি য়াম্না ঙক্পা থৌদোক অমনি। "অনাবহু খল্লা লুবা মাল্লি লুহোংবসু য়ৈথোকখ্রে।"

য়ারী শান্নরিবা অনিহুগী মরক্তা পাওথুম নংত্রগা য়াহং অমত্তা হংলক্তে। অমনা পাউ তম্বনি, অমনা চুম্না তাবতনি। অহুবু তারিবা মী অহু হায়দগী ফিভম খরদি হোংখিমানে। খর লুম্না হোন্দোকখি। অহুগা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা হংলকই — "মহাকপু অহুম্না হায়সু নাত্রনে?" খোম্থোক অহু মীওইবগী চৎন-লোনচৎকী মঙংদা হায়রকপনি।

"হন্দক্না অহানবা ওইরমালে। মী লোইনমক ইঙক ঙক্লে। রোমীতাহু ঐগা লোয়ননা সিদা চৎসি হায়বনি। য়াহৌদে।"

"ঐখোয়সু চৎলুবদি চুম্মীনে।"

"য়াম্বংগী চ্যেকপ চৎপগী মতমহুসু হেল্লমনি।"

"হোয়নে। ঐদি কাওরে, চৎলরোই তায়না খল্লবনি। করিব্ তৌগদৌরিবনো। হিংবদা অসুক তল্লবসিদা।"

"রোমীতানা য়াম্না চ্যেকশিন্না শিন্নরকইবনি।"

"য়াফম অহু হৌজি ফাওবা নিংশিংলম্বগী থম্মোয়দদি পেনখি। চ্যেকপ ফাওনা চৎলরোই খল্লম্বা অনাবহু হৌজিক্তা চৈনা ফাওরকপগুম তৌই। মৈচাক থাংবা য়ারবসু খল্লা ইংথরগদ্রা খল্লম্বা থম্মোয়সে হেন্না লৈতাফম অমা খঙহন্দ্রে। মচিন মৌপুবা তান্নতুনা হয়েংশি রমানন্দকী অনাবা হংবা চংপদা লেপ্লে। *

# কুনমাথোইশুবা

অয়ুক্তা অনাবা হংবা চৎপগী রাফমদু ভাইহাক কাওথোক্লক্লে। খুদকী ওইবা অচিনবা অয়া লাকপদগী থেংদোকখ্রে। চৎতবা য়াদে খন্দুনা নংনবদি হোৎনরি।

শান্তিগা মখোয় অনিনা হোষ্টপিতালদা য়ৌরকপদদি অয়ুকী পুং ১০ হেল্লে। রোমীতাসু মপাগা লোয়ননা অনাবা হংবা লাক্লম্বদা ভাইরি। ভাইহাক কয়য়গা কোট ফাওবদং য়োরুখিগে, হল্লকপদা মচাহুপীবু লৌরগে হায়রম্লগা থোকখ্রে। রমানন্দগী মমাসু অহিং কয়া তুম্লক্তবগী মশাদু চোকথনা উরে। রোমীতানা হায়হুনা ভাইহাক পোথাক্লনবা য়ুমদা চৎখ্রে। হিদাক কাপ্লম্বগী হৌজিকসু মীকপ থোক্তি। লোইশিনবা য়াবা থমলিবা হিদাক, ফিরোল লোইশিল্লি। সুইপয় কৌহুনা কাদু তনাল তনাল ৱাই শিক্তোকহল্লি। ধুপ অমা থাহুনা তশেংনা য়েংবদা তনাল তনাল্লে। হৌজিক্তা রমানন্দা মীকপ থোরক্লে। কা'হুদা রোমীতানা লৈরম্বহুদা ভাইহাক্তি ওক্লরে। অদুবু তপ্না হংলকই —

"কয়াম কুইরে লাকপা?"

"হৌজিক্তা লাকপনি।"

"পাবুংদি।"

"কোট ফাওবদং য়োরুখিগে হায়হুনা চৎখ্রে।" ঘড়ী য়েংলগা পুং ১০ দা চাগদবা হিদাক্তু লৌথোকুনা পিজে। হিদাক চাবা লোইরগা হংলকই — "ইমাদি।"

"য়ুমদা চৎখ্রে। চাকম থককম খংদ্রবনিনা ইমাদু য়াম্লা চোকথনা উরে। মুম্বিদাংবাইরম ফাওবদি ঐ শিলহোরগে হায়হুনা য়ুমদা পোথাক্লনবা হায়খ্রে।

রমানন্দা তুমিন্না লৈখ্রে। হায়কম খওদনা রোমীতাবু থাগৎনিংই। হায়কেৎ খন্নরুই, 'মুপী হায়বশিং অসিগী থম্মোয়সে তমজনকম ভাক্তা

ওইবা জাংলা।' রাখলগী লোইশিনফম খণ্ডিস্রিভৈদা ডাক্তর লাকুনা অনাবগী মওং য়েংলম্লগা চংখ্রে। রমানন্দনা তপ্না রারী শারকই —

"খণ্ডেদা রোমী। মহৌশাগুম কনখৎলকখিনি হায়বা থাজদ্রে। হুকচাংসে হায়ফম খণ্ডনা চোকথবা কাওই। থাজব্রনে অসুম্না ওই-রকনি হায়বসে। মীওইবগী পুন্সি তপ্না ভমদেকো।"

"নারগা পুক্নিং হুম্বরবদি থুনা ফগদবা অনাবসু মতম শাংনা নাহল্লি, হায়নবা অমদি লৈবনিকো। ঈশ্বরদা থুনা ফররুবা নিজরিবনি, হেন্না খল্লিনবীরসু।"

শর অমত্তং হোন্দোক্লুনা — নহাকপু য়াম্না মুংঙাইহনগে হায়না খনবনি অহুবু,… ইমাশিনা আশ্রম অহুদা মুপীশিংগী খুদোং চানবা নস'শিং হোম অমা শাবা পাম্মী। খুঙং অহুদদি ডাক্তরগী খুদোংচাবা রাৎপনিনা মরুওইনা মুপীশিংদি অরাবা মাইয়োক্লে। মফম অহুদা নস'শিং হোম অমা থম্বা হায়মসে য়াম্না কৈ। মীয়াম্নসু হরাওনগনি। ঐগী লৈজবা পুম্নমক কৎথোক্লুনা মহুম্বদি ভম্নবা তোগে হায়না খল্লিবনি। অহুবু করি তম্লিগদবনো লাইবক্তা খণ্ডে।

"থম্মোয় শেংনা তোগে হায়না খনখিবা অহুদি ঈশ্বরনসু শোয়দনা থোজানবীগনি।"

"ভসিগী চাওখৎলবা সাইন্স, কম্পা়ুটরগী যুগ অসিদা লাইরিকী মঙাল সুককং ফংজ্রিবা মফমসু লৈরি। শম্না, খুঙং অহুগী মীয়াম মঙাল অসে ফংহন্নিংই। তোগে খনবা থবক্তি য়াম্মী। পুন্সিনা তেনবগী রাভনি। ঐনা খল্লবদি ইমাশিসু হল্লরুনি, অহুগা তোগদোরিবা মীটিং অহু উমেশ ঐখোয় অনি চংহুনা থোরাং ফজনা তোগে নিংলম্বনি।"

"মতম য়াম্না লৈরি। থুনা লাবা ফগৎলগা লোইনা নংনিদা।"

"য়াওববু ভমগত্রা? নঙদি চংকনিদনা।"

"হোয় চংকে হায়নদি খল্লি। শোমদা খুদোং চাদবা লৈরবদি চংলরোই হায়না খল্লি।"

রমানন্দনা থুনা খুমকই— "হয়, নওদি চত্তবা য়াদে। থবক অদো ঐদি ঐগীমক্লি থল্লিবনি। অহুগা থৌরম অহুদা নহাকপুস্থু য়াওহন্নিংই।"

"পাবুংনা করি ...।" রোমীতাগী রা মপুং কাল্লিজৈনা রমানন্দনা থংলকই —"পাবুংনস্থু শোয়দনা য়াগনি। নওগীদি শিরকয়নি। অহুগা নওনস্থু পামজবনি। নহাকপু কাজিন্দুনা থস্বা ঐ পামদে। নওগী পুন্সিদা লৈহাও লৈনা চোংথংলক্লিবা ময়োল অদো থুদেকপা পামদে। মীয়াম-গীদমক মরুওইনা মফমহুগী মীশিং অহু ভাব তানবগ্‌দমক নও রা ডাংদবা য়াদবনি।"

"ঐবু অহুক য়াম্না থাজবীরিবা করিগীনো?"

হন্দক্তি রমানন্দগী শোকচিন্নবা মায়থোং অহু হায়ফেত্তং নোকপগী মমি অমা শন্দোরকই। তগা হায়রকই — "ইশাগী অমাবু থাজত্রবদি সংসার অসিদা কনাবু থাজরুথিগনি।"

অওকপা রাঙাং অহুদা রোমীতা মমিং মনা লাওথোকুনা মুম্না য়েংলকই। অহুবু থংনবা মীকুপ্তা ওকচায়বা অহু অচম্বা মীনোক অমনা থুনা য়াংহনখি। মথা তারকই— "নহাক্না লুহোংবসি য়েস হায়রকখিবা মীকুপ অহুদগী নওবু ঐনা থাজখ্রবনি। ঐগী পুন্সিদা অহানবা ওইনা নওগা থেংনখি। অরোইবস্থু নহাক্লি হায়না খনখি। ঈশ্বরনা থৌজান-বীহুনা ঐখোয় অনিগী লৈপুল শেম্বীরকপা মীকুপ অসিদা ঐগী লাইবক্না ওইবা তারে অয়েৎপা অমা পীরক্লিবসে।"

রোমীতা রা ডাংদে। পাওথুমস্থু পিকয় থওদে। তুমিন্না মুপা অসিগী কজবা পুকচেল, শাজৎ অসিবু হন্না হন্না থাগৎলকই। তক্না তক্নগা সনাগী অশেংবা মগুন থওলকপগুম্ মনাক নক্না নক্নগা মুপা অসিগী অশেংবা মশক হেন্না থওলক্লে। যুগ অসিগী মী মাল্লক্তরে। অস্নুমতা হায়রকই — মুপীবু কজনা চুম্না খনবীবা মীদি ওসিগী সমাজ অসিদা তাংনা খোকই। মুপীনা তৌবা থুদিংমক লাম্না উবস্লে মুপা ওইবশিংগী হোৎনশানি।

"মহুদা ঐদি য়াওদেকো।" রমানন্দগী খোমোন নোকপা রাহৈনি।"
পাওখুম ওইনা য়োমীতাসু হায়কেৎতং নোকখি। রমানন্দনা হায়রকই—
"ঐগী মোংতি মুপাগা মুপীগা রাখলদা লৌশিংদা অঙুন চপ মান্নে।
অহুবু অয়াম্বনা মশাবু হম্বনা, ঐখোয়সে মুপাগী মপালতমা হিংলিবনি
হায়না খল্লে। মসিদি তশেংনা খলহল্লিংদে। পৃথিবীদা খোক্লিবা থৌদোক
খুদিংমক হায়নরি, মুপীতনা থোকহনবনি। অহুগুম্বী মুপী অহুনা সমাজ
অসিবু কন্জবা অওনবা থাক্তা পুরকপসু মখোয়তনা ঙমগনি হায়না থাজে।
অহুবু অওনবা অমা পুররকদমক্তা লুচিংবী অমা লৈতবা য়াদে। মুপী
অহু নহাক ওইহল্লিংই।

থম্মোয়দদি রাহৈ অহুনা পুমপেন পেনখ্রে। পাওখুম ওইনা খুম্নকই—
অহুবু ভাব তাবা রাংপা মখোয় খরগী মীৎয়েংদদি লুচিংবী অদো শোয়দনা
তৌ-ঙম্বী, হায়বা ইন্দবী, মনিং তৌবী ওইনা উখিগনি।

রমানন্দনা তপথনা অঙৈংবা খোঞ্জেলদা— লুচিংবী হায়বা অসিদি
মীয়ামগী মীনোকসু নংগনি, খোঞ্জিসু তাগনি। তৌবতবু পম্বং অহু
য়োক্লিফাওবদি খাঙবা কনবা তাই। থবক অহুগী ফলনা মীয়ামগী
চিংনরম্বা অহু শোয়দনা কোকখিগনি।

"ঐগীদমক্তদি রাহৈ খুদিংমক মমল য়াম্লবা পাওতাক ঙাক্তনি।
ইহে, রায়ীদা কাউরুরে। হিদাক চাবগী মতম হেনখিদদোরে হায়দুনা
রমানন্দবু হিদাক পীজরে। অহুগা নোককেৎ তৌনা হায়রকই—ইমানা
অনাবগী সেবা তৌহৌত্রা হায়রবু অনাবা হেক্তিল্লয়ে হায়বা তারে।"

"হায়রোইদা। ইমাদি নঙবু য়াম্না য়াজবনি।" ইতিং তিংবা
রাহৈনি। "সেবা য়াম্না হৈ অনাবা খঙক ফরমলে হায়রনি।"

অহুম্না হায়বীরবদি ফৈদো। হায়রগা নোকই। নোকপগী হম্ব-
রকপদা উমেশকা শান্তিগা চংলকই। য়োমীতানা মকম অসিদা লৈরম্বসে
উমেশতদি হায়কম খঙদনা খোইরাং-খোইশাওনবা অমা কাওই। মীনোক
অহুনসু থম্মোয়দা মচিন তুম্নবা পোৎশক অম্না থিল্লকপগুম চৈনা কাওখি।

মুপীমক ওইরম্নবদি খুদক্কা মকমচু থাদোকুনা হনগ্রপদবনি। অচুবু মুপাগী মগুণ ভাকপা ওইনা কাথচুনা রোমীতানা কম্নবা টিংশিল্লক্লিবা কন্দম অচুদা হম্না য়েংলুদনা কমুংগী মচি অমদা কমথখি। শান্তিমু চংশিন্দুনা রোমীতাগী মনাক্তা লেপ্লি। তৌরিবা মতৌ অচু অহম্মক ভাব তাদৈ। চমজরিবদি রমানন্দা মক্তোমতনি। রমানন্দনা তরাম-তরাম কৌই—“লেঙশিনবীরকউ।”

“ঐখোয়না রারী থুগায়বা ওইনা খোক্লত্রা খঙদ্রে।” কনাগুম্বী অমবু শিংনচুনা মোমোন তৌনা হায়রকপনি।

“ওম্বোকপা! শেরায়না লৌবীয়ে। ঐখোয় মীনা তাবা মাদবা রারী ওইরবদি মকম অসিদা শায়জরোইদা।” মোমোন তৌনা খুম্মী।

রাইহেচু উমেশতদি হায়গে য়াওনা হায়বা মায়া থোকখি। ভাই-হাক্লি রা ভাংদনা শাওনিংবচু কাথজৈ।

শান্তিনা রা থৎপা ওইনা হায়রকই— তা্যমা ইমাশিমু ঙসি হয়েং অসিদা থুংঙরনি হায়না পাও ফংই।

“অচুদি মতাং য়ায়া চান্নরেনে। খোইরমচু মপুং ফানা পাঙথোকপা ঙমলগনি।”

“তামোম্ মচু নংনবা ফগত্তবা য়াদে।”

শান্তিগী পাওখুম ওইনা মোমোন নোকখি। চংলকপদগী হৌনা উমেশকী হৈনিংবা মাঙগ্রবনি। ফজদে থম্দুনা রারী শাবা হৌই—“হকচাংদি করি মুংঙাইতবা কাওরিবগে।”

“হায়কম্ খঙদে, উমেশ বাবু। কাওরক্তবা কাউথোকপা মীৎকুপ অসিদদি অহিংবা মীগুম্ম মযামগা রারী শায়রিবা অসিনি। হোৎরক্লগনা অশিবা মাবু কোন্দুনা য়াতাখিবা। অনাবা হায়বা অসিগী মগুণসে অমুকী মতিক পোংনা চাওনা লৈ হায়বসে হন্দক্তা খঙই।”

“ডাক্তরনা করি লায়নানি হায়বগে।”

"মখোয়স্থু অশেংবা হায়বা ওয়ত্রি। ঐগীসিনা অহানবা থেংনবা ওইরমানে। রড তগী মথং মথং ওইরকখিত্রা হায়না চিংনবা কোংদোকই।"

ওগ্রা অসিদা ডাক্তর প্রমোদ চংলকই। ময়াম থোকখিগে তৌব-মক্তবা হায়রকই— ময়াম লৈবীরবস্থু করিস্থু কায়দে। টেষ্ট তৌনবা ঈ খিত্তং লৌগদবত্তনি। ডাক্তর প্রমোদ হন্দক্তা খঙনবনি। ডাক্তর অমগী গুণ চেনবতা নত্তনা য়েংবদা য়াম্না ফবা মী মান্নি। হঙোইদনা হায়রকই— মিস রোমীতা পাম্বোমসিদা কম্না অমুক্তা পায়বীয়ুকো। রোমীতা চংশিল্লক্তুনা রমানন্দগী পাম্বোম ডাক্তরনা হায়বা মওং অহুদা পায়। উমেশ হৌগৎখ্রে। য়েংনুত্ত্রবস্থু রোমীতাদা শাহুম অহুদি খঙই।

"য়ারে থাদোকপীরো।" ডাক্তরগী রাহৈ অহুদা খংলপ্না থোকখি। হন্দক্কি অশেংবা রিজল্ট অমা শোয়দনা খঙলনি। করিস্থু খনবীরুম্নুদা। শোয়দনা ফগনি।

"ঐহাক করিস্থু হেন্না খন্দেদা। ডাক্তর, মীগী লাইবক্তা তম্নকপবু ডাক্তরনা কনবা ঙমত্রনে? ময়াম্না থরায় য়াওনা হোৎনবীবা অসিদি ঐ কৈদৌঙৈদা কাউজরোই।"

"No... No-... মসি দি ঐখোয়গী ইথৌনি।" ডাক্তর থোকখ্রে। উমেশ ঙাইহাক মপান্দা লেপলুরগা চৈত্ত অহুগা তপ্না অমুক চংলক্লে। রারী অতৈ শানিংঙাই লৈতবনিনা আশ্রমগী মরমদা শান্নরকই। হন্দক পাংথোকদৌরিবা থৌরম অহুগী থন্ন-নৈনরকই। ময়াম্না ঙাংবহু মুম্না তারগা উমেশনা— "মিটিং অহুদা অদোম্বু য়াওহন্নিংবনি।"

"অহুবু ঈশ্বরনা থোজানবীত্রেদনা।" মোমোন তৌনা খুম্নকপনি।

শান্তিস্থু পাংশিল্লকই— "তামো হেক য়াওব্বদা থৌরম মপুঙ ফারোইদৌরিবনি।"

"ঐবু য়াম্না নুংশিবীবনী রানিদনা। অহুবু য়েংগে, নোংম-নিনিংদা থরা ফগৎলক্লবদি গাড়ীদা ঙাইহাক য়োরকপা ঙম্বরা হায়না।"

"তৌবগীবুদি অনাবা হায়বসিদি সেবা নিংথিনা তৌরবদি ফগৎপদি লাইনা ওয়বনি। ঐখোয় সার রমানন্দগীদি লেবাদি মতিক চানা ফংলম্ম-গনি হায়না খল্লি। অহুগা রোমীতাসু অনাবগী সেবা তৌবদি য়াম্না হৈবনি।"

রাঙাং অহুদা শান্তি রোমীতা খঙহৌদনা মীৎচানরুই। রমানন্দনা য়েংলম্বা অহুদা নোক্লীংদনা মো:মোন নোক্লুই। মী খুদিংমকপু ফনতা উবা অচম্বা থম্মোয় অদুনা উমেশকী রাহৈ অহুবু লাম্না খল্লুবা তৌখিদ। হায়রকই, অচুম্বনি হায়বিরিবা অদো। রোমীতাদি শক্ত নত্তনা পুকচেলসু ফজবীনি। মহাকী গুণ অসি খঙহুনা ইমাশিনসু লুনা তৌজরিবনিদা।

"ঐবু য়াম্না থাগৎপিখ্রেদা। গুণ-না রাংলে। মসিগীদমক ইকাইবা পোকই।"

"নন্দগুম্বা মীওই অমনা ঐখোয়বু থাগৎপিরক্লবদি অরাৎপা হায়বদো লৈররোইদ্রা হায়না থনগনি।" ফজবা শাহুনা ঙাঙলিবা রাঙাঙহু রোমীতাদদি করেম্না তাখি। অহুগা রমানন্দদি ইতিং তিংনা নোকখি।

খুম্ররোই থল্লম্বা রোমীতা তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্ক্রে। মরো থাংনা ঙাঙলিবা রাহৈশিংসে অহুম্মক মরাল লৈরবী অমগুম তুমিম্না তাহুনা লৈহৌরগদ্রা। প্লেটতা হাপলিবা চানবহু পীনা-পীনা ফাগী ওইনা নোক-লহুনা— থাগৎপদা মতিক চাবা ইগুন্দি লৈতনা, থাগৎপীরে হায়হুনা মতোমতা হরাওগনবীহু ঐদি ন:ত্তকো।

পীরক্লিবা প্লেটতু শোক্লুবা তৌদনা ফুক হোগৎলগা হায়রকই, শান্তি ঐখোয়সু চংনবা তৌসিনে। রমানন্দদা ওনশিল্লগা অহুদি অমুক য়ো-জগ্রগে। থুনা ফগৎপা ওইবীয়ু।

উমেশ কিবদগী তপ্লপা রোমীতাদা পাঙথোকদৌরিবা থৌরমহু লাক্লবা হায়রম্মী। চৎখিবহু য়েংলগা চোকথরবা রাখল অমনা থোংবাদা হায়রপ ঙাথখিমাম্নে।

"নহাক থেংখিরোইদ্রা ?" রমানন্দগী রাহৈ অহুদা মঙফাওনরকখি। মায়থোংগী কিডমহু উত্তি উৎনিংদ্রবনি। কাগী চায়রিবহু হায়রগ লোয়-শিন লোয়শিন্না থুমই। "পাবুং লাকখিনি।"

ডাক্তরদগী উমেশ য়াম্না শাওনিংনা হল্লকই। করিগীনো খঙদে উক-তাকবা থুদিংমক শাওনিংনবতা ওইখি। ফনা কন্না কাথনবা হোৎ-নবনি ওমখিদে। গাড়ীদগী থুনা কুমথরদুনা চৈগুহুগা চংখি।

শান্তি চংলক্লবদি রোমীতাগী মরমদা চৈনিংবা ওাংনিংবা পুম্নমক ওাংগে হায়দুনা ওাইরি। অদুবু শান্তিদি চংলকখিদ্রে। থোংনাও মপাদা য়াইমহু মথুত্তা ঈশিং চায়নবা পেরে অম্না পায়দুনা হঙং-হন্দা চৎলি। "তা-য়াইমা।" থোঙ্কেল তাবতদা য়াইমা চপ লেপই। "মচা ইবুঙো" নও খুয়া লৈ। য়াইমনা মুংশিনা কৌজবা উমেশকী মিংনি। উমেশকী মথোগী মতমদগী মখোয়গী গাড়ী থোদুনা ইমুং মনুংগুম লৈরক্লবনি। য়াইমনা হৈনিংবা মুমিত্তা মিঙ্গৌ অসি হায়দুনা হেক-হেক কৌই। মিঙ্গৌ অসিমক মচামপাদা কৌবা তাবদা লৈমনা লোন্না মথম্মোয়দা চাওথোকচৈ। পীশক পীক্লিভৈদগী উমেশপু য়াইমনা য়েংশিন্দুনা লাকখি। য়াইমা পুন্সি চুপ্পা ব্রহ্মচারীনি। অঙাংবুসু লুনা তৌজবা মীওইনি। উমেশপু মুংশিমনবদগী পামজনা মীং অসি থোনখিবনি।

অমুকসু হংলকই — "তা-য়াইমা, থবক য়াম্না চিল্লিব্রা ?"

"করি তৌসি হায়বনো। মচা ইবুংঙো, নঙগী তায়াইমদি চিনগে হায়রবদি হেক্তা চিনবা। কোমগে হায়রবসু থবক করিসু লৈতবা মীনিদা।

"ওসিদি রারী য়াম্না শান্নিংই। তায়াইমা নত্তনা কনাসু লৈত্রে"

"এ, শারগা লোয়রেদনা।" য়াইমগা লোয়ননা পুন্সি মপান্দা ফম্নরে। য়াইমনা নিংশিংলকপগুম খঙহায় হায়রকই — ইবুংঙো রমানন্দহুবু থরা ফহৌরব্রানে ? ঐদি তাবদা কয়া মুংঙাইদ্রে। মুপীমচা রোমীতাহুসু ময়াইবক থিবা হায়বহুনি। পুন্সিদা অমুক্তং মুমিৎ থা য়েংহুনা লুহোংবগী

পুংফম লেপ্পরবনি। মহু শোয়বা হায়বসে অফবগী খুদম নত্তে। যাত্রা কায়বা হায়বহু থোক্লবনি। তাবদা মুংঙাইতেনে।

খরা ফগত্রা হায়হুনা থোরকপবু হেন্না মথোই হাপলক্লে। য়াইমগী পাউখুম পীদনা হংলকই— "তা-য়াইমা, মুপীগী থম্মোয়সে থোংলি, নৌই হায়বদাইনে?" হংগে খন্না হংখিবা য়াহংদি নত্তে। তৌফম খঙদনা পুক্লিংগী অনিংবহু চিন্নালদা থোকখিবতনি।

তায়াইমা চম্না খুম্মী— মচাইবুংঙো। য়াহংহু নঙ খুরাদি লায়রুনি হায়না খল্লি। মুপী হায়বসিগা অথোংপা, অমেংবা পোৎশক অহুগতা চাংদম্নরুবসু য়াদেদা। ঐদি মথোয়সে শক্লোন পুবী নোংমৈমন্নি হায়না লৌবনবু চুম্মী খল্লি।

"অহুগা অমুকসু হায়নবদায়নে। মুপীদি মমাগী শকলোননি। মথোয়গী থম্মোয়দি মীমুংশিতনা খল্লি হায়না। মসিবু কয়া য়াম্না চুম্নবা জাৎনো? অশেংবা অমদি খঙনিংই।" লুকথরপ তৌনা হাম্ব-রকপনি।

তায়াইমা ইত্তিং তিংনা খুম্মী— য়াহৈহুনা মুপীশিংবু ফজহনবগী য়ানি। মচা-মরা লৈরবী মুপীনা মচা-মরাবু থওইদনা ইরাই হেক্‌ লাইনা অত্তোপ্পা মুপা অমদা ময়ুম পানবা ওম্নরি। মথোয়হুসু মুপীনি হায়হুনা মমা হেক কৌরত্রা?"

"অহুগা করিগীনো মথোয়না সমাজ অসিদা মরাল শুক্লে লৈত-বদৌনা নুপাতদা মরাল থংজিল্লিবা। মথোয় অসিবু মথল কয়া শুবা জাৎনো? 'মাডর টেরেশা, ঝাঁনসিগী রাণী', মথোয়সিনা মুপী মথল করম্বনো?"

মহৌশাগা মাম্নদবা য়াঙাং অসিদা তায়াইমহু উমেশকী মমায়দা মুম্না য়েংলকই।

পানথংলকপা থাগী মত্তাম ইথোক থোক্লনা অতিয়াদা থোরক্লে। উমেশ তশেংনা থম্মোয় শোক্লে। থাজরুদনা অম্নুক মুংশিরকনি খল্লুদবা

মহাকী মুংশিবনা মশাবু হয়া হয়া ওৎপা হোয়রক্লে। থম্মোয়গী কাচিন্দা লুশিন্না তাশিনথ্রবা শক্তম অহুবু য়াথলনা নৈথায়হুনা শক্তম ওনথিনবা হোৎনরুই। মুংশিরগীদমক পুন্সিনা মশক মওং ওন্দুনা হিংব'হুম্ন সমাজগী মমাংদা ইকাইবা ফাওই। পাংদবা অহুম্ন উৎথোক্লিংদে। য়েংবা ক্সাইদনা মুপা অমগী থাওবা ওম্বগী পাজল-শক্তি অহু।



## কুন্নিথোইশুবা

থাজদনা রাজেম্না উনিফোর্মদা গার্ডকা লোয়নদা গাড়ী থৌজিল্লকপা অহুদদি ইওক ওক্লরে। খুলগী অহল থরদি করি তৌরগে হায়হুনা হংবা ফাওবা লাক্লরে। রাজেনগী মশক উবদগীদি চিংনরম্বহু কোক্তনা হয়থে। হুমিংনা খিত্তং লৈথরকপদা আশ্রমগী ফজবহু হেন্না ময়েক শেংনা উহল্লে।

শান্তিগা হান্না কোক থেংনরুরে। ফনা কুইরে উম্নথিদবা। রাজেনগী মথৌ চিনবনে, শান্তিনা আশ্রম থাদোকপা য়াদবনে। উম্নথিদবা চহি ফারকদোরে। অহুবু থম্মোয়দদি নোংমতা কাউনথিদে। রাজেনগী মোমোনতা নোকপা মায়থোংহু মহৌশাগুম ওসিন্ন হোংলমত্রি। মা অরংবহু উৎলহুনা—

"লৈদি লৈরমলিদনা।"

"করিবুনো ?"

"নওবুনিদনা।"

"হুম! নিংদি নিংশিংলিদনা।"

"কনাবুনো ?"

"ঐবুনিদনা।" হায়রগা কন্না নোকথোকই। নোকপা ফারগা হায়রকই, "ঐদি মী ফাবা লাকইবোই নিংলুরেদনা।"

"ঙসিদি মী অমা নমহুনা কাগে হায়হুনা লাক্লিবনি।" নোক্লগা খুম্মী।

"ওয়বদি কৈ। করিগুম্বা ওমদবা থোক্লবদি পায়রিব: ফমহু মগুণ হম্বজনি।"

"য়েংসিরো।" হায়রগা রাজেনহু শান্তিগী মনাক নকশিল্লকখি।

তপ্পাহু আশ্রমগী মীশিংস্থ চৎথোক-চৎশিন তৌরি। রাজেনগী ইকাই-ইকি খঙদবা মতৌহু শান্তি কাউদে। থুনা হায়রকই—

"নঙগী গার্ড ময়ামসে লোয়না য়েংলক্লে।"

"য়েংজশল্লু।" শকফম হঙ্গিন্না হায়।"

"ভাওশিন্নসুকো।" তুংদা খরা হন্দোকই।"

"রাজেন হৌনা নোক্লগা, মশক অসিগা ক্রিবস্থ কিরিনে? ঐবু অঙাও-অফেদোনা? নুপীনা মুক্লকন্ন হায়রিবসিনি। নয়ুমদা লৈরি হায়দুনা ... ...।

"এ য়ান্না অকাওবা শারেদা"

"পাউখুম ওইনা নোক্লদুনা, হংলকই - "সনা ইবুংঙোহু কদোমদা লৈহৌই।"

"য়াম্মুংদি মাগী কাদা লৈহোবনি। ওয়াংদগী চাকম্ম চাত্রি।"

"করি তৌরগে মাবো?"

"ওরাং তামো রমানন্দগী অনাবা হংবা চৎলুই। হল্লকপদগী রা অহুম ওাংলকখিত্রে।"

রাজেন পম্বদনা উমেশকী কাদা চংগ্রে। শান্তিনা চা পুহুনা লাকপা মতমদদি মখোয় অনিগী রারীহু য়োনরমানে খোল্ল কল্লখা ওাংনল্লকই।

"ন:খায়না মঙোন্দা অমুক কয়া তোংলিবসিবু করিগীনো? মানা তৌবা খুদিংমক লোয়না ফনা উয়ে শিনিনে।"

"অহুবু মহুদা নঙনা অহুক লায়া উরিবগী মরম অহু করিনো হায়য়ুদনা।"

"নখোয়স্নু হায়বদায়নে। নুপীগী কজবা ঙগদি লিরি-খোইম্নিবা, ঈং-তম্না, চিংলেম্বনি হায়না।"

"অহু করি তৌরবগে।"

"মানা তৌরিবহু ফজরিবরো? হেক লূহোংবমক্তি নৎত্রিব্না। ইম্যাগা মহাক্না মরি অমত্তা লৈরমত্রবদি ··· ···।"

"মহুবু কৌই, মুংশিবগী হেন্জিনবা মীৎয়েং।"

"ঐনা মাবু কল্লকুনা হায়রিবনি সিরা? শাওরপ তৌনা হায়রকই। নোক্লগা— 'নত্তে নঙনা মাবু তশেংনা মুংশি অহুননি।"

শান্তি চা থনম্লগা খোকখিগে তৌই। উমেশনা হায়রকই—"নঙনা ঙরাং রোমীতাদা করি হায়রম্মীনো?"

"করিস্নু হায়দেদা।"

"চৎলমদাইদা নঙনা মুরুম মুরুম শোল্লম্নিবহুদি।"

"অহুদি মিটিং লাক্লবা হায়রম্বনি।"

"মহাক য়াওব্রবদি মপুং ফাররোই অসিরা?"

"অহুগী নত্তেদা।"

"মহাক য়াওরবদি লোইনমক শুপ্লে। ঐ য়াওব্রবস্নু য়ারেদনা।"

শান্তি রাজেন্দা কল্লপ য়েংলগা থুনা খোকখ্রে।

রাজেনা তপ্না হায়রকই— করিনো নঙনা ঙাংলিবহুবু। রোমীতানা আশ্রম অসিগীদমক কয়া রাখিবা মশাগী মথৌ ফাওবা থওইদনা করিদা শোয়খিগদগে হায়হুনা হোৎনখিবনি। আশ্রম অসিগী থৌরম থুংদিংমক্তা মহাকপুস্নু য়াওহনবদি চুম্বরা খল্লি। মসিদা নঙনা য়ানিংব্রগদি it's O. K. য়াহৈ অমা হায়রকদা মহাক্না মশানা থঙনা লাপথোকচখিনি। মহুরা নঙনা পাম্লিবসে।

উমেশ তৌকম খঙদনা লুকথখি। ফিংগৎলম্বা পুম্নমক কাথরহুনা হায়রকই— "রাজেন, ঐ তৌকম অমা খঙব্রে। রাখলসে খজিক্তা চাঙথোক্লা খম্বু হায়বা য়াব্রে।"

"উমেশ থম্মোয়বু কাথনবা হোৎনৌ।" হৌঅবা থৌদোক্তি কাউনবা হোৎনগদবনি। নঙস্থ অনৌবা লম্বী অমা থিবা তাবনি।

"ঐদি পাংদবনি। মুপা থোক্কবা মীনি।"

অহুম্মা থনবা হৌনদে। নঙনা অনৌবা লম্বী অমদা হরাওনা নোক-তুনা চৎখিবহ্ ঐ উনিংই। মহুক্নী দমক নঙনা পাংঙু হায়বা মতেং ঐ পাংগে। নঙ মাবু কাউথোকপ্রো উমেশ।

উমেশ তুমিন্না তারি।

রাজেন্না ঐস্থ থেংলে য়ৌপ্ৰগে। মতমগা ফত্তবনিনা থুৎলাই য়াওরগা চৎপসে কিনে।

"মিটিংদি লাকনিদনা।"

"শোয়দনা লাকবা তৌগে। চৎলে।"

"ফরে।"

"রাখল হেজিন্না থল্লুম্নকো।" রাজেন চৎপ্রে।

উমেশ তুমিন্না তারগা লৈহৌরে।



## কুনহুমদোইশুবা

ইথা থাজদনা অয়ুক অহুদা লৈমগী বৃন্দাবণ চৎলুবা পাটি অহু থুংলরে। ময়াম ইরাং লাংই। থুলগী অহলশিং অমা লাক, অনি লাক মীনা পিক থল্লরে। ঈশ্বরগী নির্মল্য থিত্তা ফংজগে, কনানা গঙ্গাজল নিরকই। থল্লনা বৃন্দাবনগী ভালভুগ নিরকই। পুমলাং লাংই।

ময়ামগী পেন্নবা, নিংবা থুংনবা লৈমনা পুরকপশিং অহু শান্তিবু য়েনহল্লি। নিংবা থুংলবা অহলশিং অহুনা লৈমবু থাগত্তনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নপ্রে। লাইবক ফবগী পাপ চেন্দবগী ঈশ্বরগী দর্শন ফংজরুবনি।

ঐখোয়দি পাপ চেন্নুনা মফমদু য়েৌবা ফংজত্রিবনি। অসিনচিংবা রাহৈ হায়দুনা অহলশিং অদু লম্বী তেন্নখি।

ময়াম হন্নত্রবদা শাস্তিনা রারী পুন্নমক লিহুনা তয়ে। পাও অহুদা লৈমসু ইদুং মুংঙাইত্রে। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মহাকীদি হোৎনদবা য়াবা নত্তে। ওসিদি য়েৌরকপগী পোখারগে। হয়েং ঙাইহাক হংবা চৎনবা শাস্তি মখোয় অনি লেপ্লরে।

ওসি আশ্রম অসিদা চাওরবা থৌরম অমা পাঙথোক্কদৌরি। অয়ুক্তা ময়াম পুন্নমক পুমলাং লাংই। লম-তু শেংবা, খোঙ্গান্দা লফু য়ুংবগী, লম্বী ঈশিং চায়বগী। মীয়াম পুন্নমক মথৌ অমত্তা হাংনদে। খুলগী পাখঙ-লৈশা, নহা-অহল খায়দনা চংলক্তুনা থবক নোম্বা য়াওরৈ।

ময়াম্না থবক নোম্বগী লাংলিবা অদু উমেশ ফমুংদা তাই। মাগী মাগী খোইনা চন্নফমসু লৈতে। চংলক্তুনা সুম হিপথবতনি। নিংশিং-লকই নোংমা—ছুটি চংলমদাইদা নোংমা-নিনি মশক উরক্তবা অহুদদি অমুক্তংদি উনিংলকখি। চোকথবা ফাওদনবা মায়খোং অদো উনিংখি। শুমাংদা মরম লৈতনা হঙ্কৎ-হন্দা চৎলহুনা য়ুম অহুদা য়েংশিল্লুই। ইচম চম্না চংলবসু য়াবদু করিগীনো মতোমতা মরাল লৈজখি। উপাই লৈতনা ইমুং চংলকপদা শাস্তিনা হায়রকখি—"য়াম্বুং, রা অমা হায়বীয়ুরা।"

"করি রানো?"

"নহানদি হুরানবা ফাবগী রানিদা। নোক্লহুনা তম্বী। য়াম্বুংগী ফোটোদু লোন্না য়েংলম্বগী রানিদা। ঐনা উখিবহুদা মহাক তশেংনা ইকাইখিবগী রানি।

"নঙনা হায়রিবদু কনাগী রানো? খঙশিন্নদনা হংই।

"রোমীতাগী রানিদা ... ...।"

"শাওশিন্নহুনা কনানা পীরিবা ফোটোনো।" মখোয় থৌরম রারেম য়াম্না তৌমুকো। ঐ ঙাইহাক্কা পোখাগে।"

হরাওগত্রা থল্লমহূ ওম্ন-তৈনবা পাওখুম ফংলবহূদদি শাজিহূ শাওনা থোকখ্রে।

মপাগী রালেট-তা হাপলিবা রোমীতাগী কোটো অহূ লোৌথোক্লুনা য়েংই। কমুংদা লোংনা হিপথরহূনা শক্তমহূ মীৎমাংদা থম্নহূনা মোমেন নোকচখি। অমুবা শক্লাং মরক্তা মচেং থরতা উরিবা মায়থোং অহূ শুমচৎলি। উনারক্তগী শরতগী থাজনা য়েংলকপগুম্মী ... । নিংশিং-লুবদা উমেশ মতম অহূ মীহৌজখি। রাজেনগী চরাংনবা থোঙ্খেলদা মণ্ড কায়খ্রে। "হৌজিক ফাওবা লেংখৎত্রিবা ওইরে।"

"রাম্মা ওম্না য়োরকইনা।"

"ঐথোয়দি থবক খুদিংমক্তা মাওজিন থাদবসে হৈনদেনে।"

"ঐথোয় ইমাগী মচাসি নঙ্‌হেক ওইরম্নবদি কয়াদা পেঙ্গদবনো।"

"অহূ ওইরবদি ইমাবু মুমিং খুদিংগী মখোঙদা লৈ কক্লা ধুপ থাহূনা লাৎকনি।"

লৈমাহূ মপা চান্নবা চংলকই। রাজেনগী রাঙাং অহূদা নোক্লহূনা হায়রকই— "ইচা রাজেন্না হেক ঙাংথোরকপসিদি, মুংশিত্রবসু হেক মুংশিগদবা মাল্লিদনা।" নঙগী মরূপ অসিদি, খঙজদেদা। মানা থল্লিবসিনা করিনো? ইহে, নঙবু রোমীতাগা থেংনরকপ্রনে?

"ইমাশি ঐ মহাকদি উম্নজরক্ত্রে। লাকত্রা হায়নদি খল্লি।"

লৈমনা মথা শমথরকই— হোয়নে, মহাক য়াওরবদি ঐনা হেক পেঙ্গরিবা। কদায়দবু থেংনকরিবনো ওম্থোক্লা মুংশিজখ্রে। উমেশ হৌগৎ-লগা থোকখ্রে। মতৌহূদা রাজেনসু মীৎনা ভায়হূনা য়েংখি। লৈম্মা শর অচা অম্মা হোন্দোকখি। লৈমনা হোন্দোকখিবা শরগী অর্থ খঙবরুম তুমিন্না লৈখি।

রোমীতাসু মপাবুংগা লোয়নননা য়োরক্লে। লৈমগী থাজবগী রাংম-হল্লি। থনচন্দ্রবুদি লৈমনা ব্যাবহার তৌনা চৎচবনি। ওমিগী থোরম অসিদা মপা-মচা অনিমক লাকপসিদা পেনখ্রে।

শান্তিন্‌ হায়রপ রোমীতাদা নোক্নবগী হেন্না কন্নীরহুনা রারী শাবা শংদে। ধনচন্দ্রন্‌ শিল্লি-লাংলিবা অহুদা চংরে। রোমীতা মতম কুইনা য়ুমগুন্না লৈরন্নবন্‌ ইকোই কোইবগুম তোরে। মশানা পুকচেল মাঙজক্‌বগীরা নন্নগা হেন্না খঙিল্লুবগীরা ? অওনবা অমদি লৈরে।

রাজেন্না কৌরকই— "ঐখোয়দি লাক্‌রোইদ্রা হায়দুনা রানক্‌রেদা।"

"ঐনা হেন্না লাক্লিংলিবনিদা. তাযো রাজেন।"

"রমানন্দদি খরা করব্রা ? ঐসু লাকে খনবনি হেক্তা শংদে।"

ইরাই লাইনা খুম্বা য়াবা পাওখুম অসিদা উমেশকী মীৎয়েং অমথক মীৎচানরুরে। পাওখুম পীবদা ইফা ফাজিল্লকই। তপ্না খুমখি – "উম।" রাহৈ অসিনা হেন্না রমানন্দবু মহাক্না নকশিন্না উহনখ্রে।

গুসাইদগী রারী শাবা য়াওশিল্লুদবা উমেশতু হন্দক্তি হায়রকই— "অনাবা মতোমতা থন্নম্বা অসিসু খ্বায়দগী অশোইবনি।" পাওখুম পীরক্রোই খন্না হায়খিবনি।

অহুবু রোমীতানা মোং-হাদনা থুম্নকই— "সেবাগীদি ইমাসু লেংদনা অসুম লৈহৌই।"

রাজেন ওক্না অনিগী মতৌহ্‌ য়েংখি। উমেশ রা ঙাংদনা মখুৎতা পায়রিবা চুরুট উপু অহু শ্রু শ্রু নৈখায়রকই। মহাক্না হায়নিংবা মখৈ, ঙাংনিংবা মখৈ ঙাংবদি করিসু খঙ্গদে। অতুগা ঙাংলিবা অতুগী পাওখুম ফংলবদি মহাক মতোমতা শাওনিংবনা তৌকম খঙদে।

মীপুম খুদিংমক তিল্লরে। লমদম অসিগী মপু ওইরিবা বীরবাবুসু লেংলক্লুনা খুজং অসিগী অরাং-অপাসু য়েংশিনবীগনি খনবদা থোইদোক্না মুংঙাইজে। বীরবাবু, লমদম অসিগী মীয়াম্না মহাকপু লখা য়াওদনা এম: এল: এ:গী কম ওইনা থাদৎখিবনি। মহাকসু ঙম্লিবমখৈ খুজং অসিগী লম্বী-থোঙ চাওখৎনবা হোৎনজে। অহুবু অহাংবা লৌবুক লম্জাংনা হেন্না কোন্নখিবনা থুনবা শেমলুবদি ঙমদ্রি। হন্দক লৈমনা আশ্রম অমা খুল অসিদ্রা লিঙ্খৎতুনা মীয়ামগী মতেং পাঙ্জকপা অসিদা হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙাইবা ফাওই।

মন্ত্রিসু য়েৌরক্লে। হরাওনা লৈ পক্সেং হুক্লুনা ওক্লে। অহুবু খ্বাইদগী খুভাইবা য়াওনা ওক্লিবদি ডাক্তর প্রয়োদনা থাজদনা লাকপা অসিদনি। মহাকপু উবদা মখোয় অয়াম্বনা ওক্লখি। লৈমগী নজসিদি মণিপুরগী কাচিন-কোয়া থুংবা লৈবক্তাংনিদনা। বৃন্দাবনদগী চলকপনা হরিদ্বারদা থেংনরকখিবনি। মমাগা লোয়ননা লৈখিত্রবা মপাবুংগী দমক ঈশ্বরগী থুয়াদা শান্তি পীবিনবা খুরুম্বা লাকখি। অহুগা হন্দক রমানন্দগী মনাক্তা চৎলুবদা থরায় য়াওনা রমানন্দবু লায়েংলম্বা থেংনখি। লৈমনা ওসিগী বার্ত্তন তৌরম্বনি। লাকনি হায়নদি থাজখিদবনি।

ময়ামগী ওকচান্নবহু থুনা মাংখি। মোমোন নোক্তুনা মুংভাইবা ফোঙদোক্লখি।

মন্ত্রি মশামক্না অথোইবা অতিথি ওইহনা কয়ে। লমদম অহুগী মীয়ামগী মহুৎ শিন্দুনা মুপা অমনা ভাংখিবা অহুদা লমদম অহুগী অরাৎপশিং অহুদা মন্ত্রিবু পুক্লিং চিংশিনহনথ্রে। অরোইবদা লৈমনা তৌরিবা মরুওইনা মুপীশিংবু অনৌবা মঙাল অমা পীবিবগী দমক অপেনবা ফোঙদোকখি।

মথং মথং ভাংনবা লোইশ্রবদা রোমীতাবু বা ভাংনবগী দমক কৌ-শিল্লক্লে। পুম্নমকপু ইকাই খুম্নরবা মতুংদা অম্নুম্না ভাংবা হৌই।

তশেংনমকীদি "লৈমা সেবা আশ্রম" না তৌজরিবা সেবাদি মুপগী আশ্রম অসিদা লৈরিবা মীওইশিং অসিগীতা নত্তে। খুঙং অসিদা অমদি ঐখোয়গী লমদম অসিদা তোম্বনা মশাবু মীখা পোল্লে থম্মুনা মশাগী হক তাপ্রবা ওমদনা লৈরিবা মুপীশিং অসিবু অনৌবা মঙাল অমা পীবনি। মুপী-মুপা রাইট্ মাক্সয়ে হায়রগম্বু মুপীবু হম্বনা য়েংবা অসিদি ওসিম্বু অম্নুম চৎনরি। মুপী হায়বসিদি ইমুংদগী হেন্দোকলোইদবনি। মচা য়োকুনা, মপুরোইবগী অপাম্বা বাহৈগী মথাদা হিংগদবনি। মুপানা ওৎ-নৈরবম্বু থাংগমদবনি। মহুক্তা অশেংবা সত্তিনি হায়না শিংথান্নগনি। থজিক্কুং মশাগী অনিংবা অপাম্বা ফোঙদোক্লবী মহাক অহুবুনা তৌবা

গুৱাংশি হেক মহায়বীবা। মপুরোইবা শিগ্রবী নুপী অমা নত্রগা হল্লকুনা লৈরবী নুপী অহবুদি সমাজ অসিদা ভোংভানবা মীৎয়েংনা য়েংবীরি। মখোয়গী অধিকার পুম্বা সমাজ অসিনা মুনবীবগুম তৌরি। নুপানা নুপী লোনববুনা করিস্থ হায়নদবা। চৎনবী ওইনা থনবা। মসিনি ঐখোয়গী সমাজ অসিগী চৎনবী।

অহবু ঐখোয় শোম্বহুনা লৈবা মতম নত্রে। ঐখোয়স্থ নুপাতগী মপাল তাংদনা হিংবা ওন্মী হায়বসি সমাজ অসিদা উৎকদবনি। নুপা ওইবশিংবু ইকাই খুম্নবা অতুদি ঐখোয়দা লেংদনা লৈ। অচুগা মতম পুম্নমক্তা নুপী হায়বসিদি নুপাগী মথা পোম্না হিংগদবনি হায়বসিদি য়াজনিংদে। খুদম ওইনা মপুরোইবা ডম্না কায়নথ্রবী নুপী অমনা মচাবু মী ওইনবা শেমহুনা লৈবাক্তী ফম্নাইবা ওইবা কয়া য়াওনখ্রে। অহুগুম্বী মম্বা অহুগী থোনা লিংজেলহু নুপা অমগা চাংদম্নবদা করিস্থ তাথরোই। শম্না হায়রবদা ঐখোয়গী খুম্নাই অসি কনবদদি নুপীগী থোদাং চাওনা লৌবা ওন্মী। অচুগা নুপাদি ... খুম্নাই অমা মাওনবগী মরুদি নুপা মখোয়তনা হুনবনি। মখোয়বু হাম্না ভাব তাহনবা অমা চংলি।

রোমীতাগী রা ভাংবা লোয়শিনখ্রে। মন্ত্রিস্থ মাগী ভাষণ মতেক অমা মীয়ামগী পুক্লিং পেম্নবা পীখ্রে। অচুগা মকম অসিদা নর্সিং হোম অমা শানবগীদমক মশামক্তা যাত্রা হুনখ্রে। মন্ত্রিস্থ থৌরম লোইরহুনা হনখ্রে।

নুপী ময়াম অচুনা রোমীতাবু থাগৎনরকই। মহাকস্থ মোমোন লোকচখি। শান্তিদা হংলকই—"য়াম্না শোয়রব্রা?

"ঐদি য়া কাহুনা তারবনিনে। কদায়দগীনো ওস্নোক্না হৈখ্রেনে।"

"ঐনা চোম্নসে নঙদি য়াম্না নুংঙাইহ্রিনিনে?"

শান্তি নোক্লগা— হোই, নঙনা ইকাইহুনা মায়থোংগা ভাংতক তৌবদো য়েংনিংবা। অহবু মীয়ামদি থাগৎনখ্রেদ্রা।

রাজেন, উমেশ, ডাঃ প্রমোদ রারী শাহুনা চংলকই।

শান্তিনা— "ময়ামস্থ খুত্নীয়ুনে। ভসিগী রোমীতাগী রাভাং অহুদা অশোয়বা য়াওরনে।"

উমেশ নত্তনা খুন্নকই— য়াম্না ফজপ্রে। অহুবু নুপা ঐখোয়দদি খরা শোকইকো। রাজেন্না ফাগী তৌহুনা হায়রকপনি পুন্না নোকমিন্নে।

"অহুগা য়ানিংদবা হেক্সিনবস্থ য়াওদবনি নত্তে।" উমেশনা কমথ-কমথনা হায়রকই।

রোমীতাগী নোঙ্গম্বা চিম্বাল হঙ্গিনথি। "য়াম্বু নথস্তা ওইরমগনি।" শান্তিনা খুমখি।

"হোয় অহুনবু ভাংলিবা খুদিংমক লোয়না চুপ্নে হায়নদি হায়গম্থ।"

রাজেন্দদি নৌনা থোক্তে। ডাঃ প্রমোদতি অনৌবা দিস্কসন্ অমা ওইনা য়াম্না নুংঙাইখি।

"নুপানা নুপীশিংবু হন্থবা মীৎয়েংনা য়েংই হায়বা অহুদি য়ানিংদে। মহুদি মখোয়না পুক্লিং শোম্বজবগী লান্না খনবা রাখলনি।" উমেশনা মরৈ ওইনা হায়রকপনি।

রোমীতা তুমিন্না লৈবনা হেন্না ফৈ খনপ্রে। মরৈ অসিদা মহাক্না ভম্মী হায়বগীস্থ থোইনা নুংঙাইবা ফংগদৌবা মান্দে।

ডাঃ প্রমোদনা তপ্না হায়রকই— হোয়, মরুপ উমেশনা হায়বিরিবা অহুস্থ অচুম্বদি য়াওরি। অহুবু রোমীতানা ভাংথ্রিবশিং অহুদি তশেংনা অচুম্বনি হায়নিংই।

সমাজ অসিদা মতু শোনবা, খজিক্তং হন্থনা লৈবা নুপীশিংদা নুপাশিং অসিনা য়েংলিবা মীৎয়েং অসে ঐখোয়না চুম্না য়েংবনদি অশেংবা মশক খঙবা ঙমলোই। য়াবিনিংব্রা ? উমেশ।

"হায়বদি নুপা খুদিংমক শা ওলে, হায়বীনিংলিব্রা ?"

প্রমোদনা মোমোন নোক্লুনা— ফজবা হায়বা অসিগী মঙগসিস্থ চাওথ্রে। অকবা চাম্মগী মনুংদা মখোয় মরি মঙানা খুদিংমকপু চেম্বহনবা

ওম্মী। হোসপিটাল অসিদদি মীৎনা লোইনমক উবা ফংই। মৌজরিবী কয়াগী পুন্সিবু খোঙনা শ্রু শ্রু নৈখায়বীহুনা হন্দোকপীরব্বা মখোয় কয়াগী মীৎকপ শোয়দনা তাবা ফংবীগনি। অহু ওইরবদি রোমীতাগী রাঙাংদা ঐখোয়না ককনিংঙাই য়াওহ্রব্রা হায়না খল্লি।

ডাঃ সমাজ অমগী অওনবা পুরকপা হায়বসিদি মতম চংনা মীয়াম পুম্নমক চপ মান্নবা ভাব তানরবা মতম অহুতদা ওইরক্কনি হায়না খল্লি। অহুগা অমরোমদা সমাজগী সেবানি হায়হুনসু পৃথিবী শিন-থুংনা ফাও-রিবা মৈতৈ মুপীগী ফিদম, লিরি-খোটরিবা মৎং অহু মাঙহল্লগদ্রা। ঐদি য়াজনিংদে। হীরম খুদিংমক্কা শোথরিবা ঐখোয়গী লৈবাক্তা থাক য়েনা রাংনা চাওখৎখ্রবা 'আমেরিকান রবুইমেন' শাবদি পামদে। মসি ঐগী মতনি।

"মীয়ামগী সেবা তৌরগা নুপীশিংগী ফিদম মাঙখিগনি হায়বা অসিমদি য়াজনিংদে। ঐনা থাজে, রোমীতাগুম্বী রাথল মান্নবী মৈতৈ মুপী ১০/২০ দং ফংলবদি লৈবাক অসে খরা মখৈদি অহোংবা থাক অমদা পুরকপা ঙমগনি।"

রোমীতা ঙাংনরিবহু মুন্না তাবা নত্তনা মশাগী মত চায়রুদ্রে। ডাক্তরগী রাঙাংহুদা খুন্নকই— "ডাক্তরনা পংহায় হায়হুনা থাগৎপীরে। ঐগুম্বীদি করিসু নত্তেদা।"

"ঐনা থাজবা লৈ। হোসপিটালদা অদোমগী মওং-মতৌ ঐ মুন্না য়েংজরিবনি। তংশংনমক ময়ামদগী তোপ-তোপ্পা গুণ অমা য়াওরি। অনাবগী সেবাদসু লৈরিবা নসশিংনা তমজনফম্লি।"

রোমীতা মোমোন নোকখি। থম্মোয় য়েনা নোকখিবদি নত্তে। মী অমগী থাগৎ রাহৈদা ফজদে খন্দুনা তরাম্না ওকপতনি।

উমেশ তুমিন্না উংবগুম রা ঙাংলকখিদ্রে। রাজেন্না হৌগৎলসি হায়হুনা ডাক্তরগা রাজেনগা থোকখ্রে। উমেশতি পোথাহৌরগে হায়না মাঙ্গী কাদা চংখ্রে। ডাঃ গা রাজেনগা রারী শাহুনা লাকপদা ডাক্তরগী খোঙথাং লেপখ্রে।

পুঞ্চি মনাকী লম্পাক মচা অহুদা অঙাং খরা চেন-চোংহুনা শান্নরি। তশেংনমক শান্নরিবহু মনীং তম্মী। সংসারগী অরা-অনা চংলমখিরোই। নীংতম্বা হায়রবদি মখোয়গী চঙি মতাং অসি ওইবা তাই। লম্পাক অহুগী মতাই ওইরম্বা হৌরিবা উ অমগী মখোঙদা অঙাং অমদি তুমিন্না ফম্লি। অঙাং অহুদা ডাক্তরগী পুক্নিং চিংশিনখ্রে। ঙাইহাক্তং অহুদা ফাওরকখি থম্মোয়দা,— মমা-মপা লৈজদবা হায়বসে অম্মুম্না তুশোন মানশোন্নবা জাংলা? করম্বা খোঙথাংদা অঙাং অহুগী মনাক য়ৌরকপনো খঙহৌখ্রে। মমাগী তম্পাক্তা ওন-থোইনা, মমাগী মীন্নুংশি মথাদা লৈ-জগদৌবা নৌরিবা অঙাং অহুনা ওইনফমসু লৈতা নাপী মথক অহুদা ফম্লিবা মওং-মতৌ অহুদা ডাক্তরগী থম্মোয়দা মীন্নুংশিগী ঈছল অমা ঈহৌরকখি।

অঙাং অহুগী মনাক্তা ফমথরহুনা হুংশিনা হায়রকই— "করি তৌরে, নঙদি শান্নবা য়াওম্রবদি?"

অঙাং অহুনা মখুৎ মচাহুনা মপি তৈথোক্লহুনা হায়রকই— "বোল অসিনা ঐগী কোক্তা থোম্লকইবনিনে।"

অঙাং ময়ামহুসু শকখঙদবা মশা নানবা মী অমা উবহুদা শান্নবা তোক্লগা লেপ্পুনা য়েংলি।

ডাক্তরনা কপ্লিবা অঙাং অহু থেম্বা ওইনা হায়রকই— "করি হান্নবা নঙগী মীং?"

অঙাংহুনা কপ্ন-কপ্না খুম্মী "রাজু"।

"নখোয় কনানা রাজুদা বোলনা থোম্মী।"

অঙাংশিং অহু চংশিল্লক্লে। খরা শিংবা লাঙম্বনা হায়রকই, "থোম্বা নত্তে। বোবোনা অরাপ্পদগী বোল লংঙকপদা পানখিবনি।" বোবোদি কিজহুনা মরাম অহুগী তুংদা লোৎপা হোৎনরি। লাঙম্বনা চংশিন্নহুনা রাজুবু খেমজিন্নবীরি। তৌরিবা খুদিংমক ডাক্তরগী মঙমদদি নৌনা থোকপগুম ইন্নুংতা হুংশিখি।

ডাক্তরনা হায়রকই - নখোয় পুম্না শান্নমিন্নপক্নোবনিকো। শোয়-থবদি শোয়গে হায়গদবনি। মথং লাকপদা নখোয়গী শান্নপোং অন্নোবা য়াম্না লৈবীরকনি।

অঙাং অমনা মরোল শেংফাত্তুনা হায়রকই— "মাদি য়াম্না কপ-কনবনি."

ডাক্তর নোকপা নত্তনা মতৌশিং অহুদা করিস্থ হায়ব্রে। অঙাংশিং অহু শান্নবা লোইরহুনা চংনখ্রে। ডাক্তরদি মচি লেংদনা হৌজিকস্থ ফমহুনা অঙাংশিং অহুবু য়েংহৌরি। রাজুগী মীৎয়েং অমথক্না ডাঃ বু ফম্ন ফম্না মঙলাক্নখি।

পুম্নমক হম্নখ্রে। মুমিদাংগী থবক লোইশিল্লুরগা চংলকপদদি উমেশকী কাহু ইমম মম্না লৈরমলি। শাম্ভি চংলক্নুনা মৈ থাঙ্গৎলে। উমেশ অমম্বা অহুদা মচি লেংদনঃ ফম্লম্মী। মৈগী মঙাল অহুদা মঙ-ফাওনরকই। লাইবক্তা তোংলিবা মপুক ৫ম্না ঈ থক্লবা কাওগী চৈনাস্থ ফাওরক্লে। শাফু কম্না থাজিন্দুনা হাৎলবা কাও অহু উমেশকী খুনাক্তা ঈ মরক্তা তিংনা শিবা নত্তনা নানথোক্লবগী তঙ্গা ফংখিদ্রমানে। মসিবু কৌই, লাইবক্ত তম্লকপা।



## কুনমরিশুবা

ডাক্তর প্রমোদকী ইমুং অসি ঈংনা-চিক্না পাঙবা ইমুংনি। অহুবু লাইবক থিবা হায়গত্রা ইমুং অসিদা অঙাংদি য়াম্না তাংই। জোইন্ট ফেমিলি ওইরবস্থ মতিক চাবা ভাক্তা ওইবনা মনা মনিল নাইদনা ঈংনা পাম্লি। খ্বাইদগী ফজবা নিত্তি নিয়মদি মচিন-মনাও অহুম্মক হুংশিনন্না লৈমিন্নবা অসিনি। মচিন-মনাও অহুমগী মসুংদা প্রমোদনা ইভোন

তোদববনি। ময়াম্বা অহংলদি আর্মিনি। মুপীমু অহুম লোল্লি। অহুবু মচাদি অমত্তা পোক্কে। ময়াম্বা ময়াইমহুম্মু এয়ার ফোর্স-কী থবক তৌই। মুপী খিবা চহি তরুকী মতুংদা মচানুপী অমথক তাংনা পোকই।

তক্ষাসনানা নুংঙাইজদবদি মুপা অমত্তা য়াওদে। শাগে মুৎপা তারব্রা অসিনি খল্লিবা। উমাগা প্রমোদকা লুহোংবমু চহি অহুম/মরি হায়জিল্লক্লে। অহুবু ঙসি ফাওবদা অঙাং অমত্তা য়াওদ্রি। তৌবগীদি উমাগী মরাল নত্তে প্রমোদকীনি। মেডিকেল রিপোর্টকী মতুংইন্না প্রমোদতা অশোয়বা লৈরমলে। প্রমোদ মপা ওইবা ঙম্মরোই।

উমামু হৌজিক্তি পুক্লিং ফাথবা খরা খরা ঙমলক্লে। অরাৎপা লৈত্রবা উমাগী পুন্সিদা য়াৎলিবা হায়ববু অঙাংগী মীনুংশি অহুত্তা ঙাইরে। মনেম অমদি মপুরোইবগী চানবীবা মীনুংশি মখাদা মহাকনা মোমোন নোকচবা ঙম্লিবনি। উমাগী অরাৎপবু মপুরোইবনা অমনা নত্রগা অমনা পেন্নবা হোৎনজে। প্রমোদকী অচৌবা লমন অমদি উমানা শিংবা ঙমদনা লৈরিবনি। নোংমতা কাউদে মহাকী পুন্সিনা করি ওইরম্বগে হায়বা। "মৈ চাকপগী থোদোক অমদগী উমাগী মমিৎ তাংখি। মপা-মমাগী তাংনা য়াওজবী মচানি। মচাগী মীৎ অহুদবু ফগনি হায়-রবদি মমল লৈখিদে। মপালগী লমদ লায়েংবা চংখি। আশা মাংখি, মীৎ অনিমক শিনবা নত্তনা অমুক হন্না উনবগী শক্তি মাংখ্রে। নোংমা খঙহৌদনা উমাগী মপাগা ডাক্তর তম্বা লোইহনা য়ুমদা থোক্লকপদা প্রমোদকা থেংনখি। মপাগী থম্মোয় শোকপা ৱারীদগী প্রমোদমু অঙম্বা মতেং পাংগে খনখি।

লাইবক ফবদগী **eye bank** তগী মীৎ দান তৌবা থেংনহনা উমাগী পুন্সিবু অমুক হন্না মঙাল ফংহনখি। পেন্নবা মপানা অথাকপা লৈতনা মচানুপীবু প্রমোদতা শিন্নখি। উমাগী ৱাহৈ অমা ফাওবা হায়নবগী তঞ্জা ফংখিদে। মসিতনা প্রমোদকী লমন শিংলবনি হায়না খনখি।

প্রমোদকী গাড়ী মখোলদা উমা মণ্ডকাওনরে। নহান মখৈগা য়ান্নদবা মৃওংদা প্রমোদ সোকাদা ফমথখি। উমা খরদি ওকচারে। উমানা গেট হাংজিকাওবা নোংমতা গাড়ী থৌজিল্লক্তবনি। উমানা তপ্না চংলকুন্না ওাথন্নিবা কোক্ত হায়রপ পায়। হংলকই—"করি তৌরবগে? হকচাং ওমত্রবরো?"

"ওম্মী।" অশম্বা পাওখুম্নি।

উমানা খোংজুপ লোথোক্লে। অদুগা হায়রকই— 'চা শেম্লকউরা?'

"য়ারে।"

ফনা কুইনা ফম্নবা ফাওবদস্মু রা অমত্তা ওাংলক্ত্রবদুদদি রারোবা পোক্লে। নহান মখৈদি হেক হল্লকপগা মরি লৈনবা লৈনদবা রা ময়াম অমা ওাংহুনা উমাবু মনাক্তগী হেন্দোকহন্দবনি। ওসিদি উমানা ওাংলবা ফাওবদা পাওখুম মতিক চানা ফংদ্রে।

মহৌশানা পংজবী উমানি। মীগী মীতেক-মীরো খওজদে। খিত্তং ওাংবদা রারোবনা হেক্তা হাল্লি। প্রমোদ রাখল খন্না ওাইহাক উই-থরুরে। মমাগী মখোল তাবদা মণ্ডফাওনরে।

"করি তৌনরে, মুপা মচা?"

প্রমোদ মমাগী রাহং অদুদা ওক্না মীৎ পাংলকই। মুপীমচা অসিনা কপ্ত্রনা লৈরিবসি কয়াদি কুইরে। তৌমু তৌমু। লৈরবস্মু য়াবা লৈত্রবস্মু য়াবা অওাংগীদমক্তা ইমুং ইরাং হৌগমু। ঐনা হেম্না ইশু উনিংলিবনি। অদুবু লাইবক্তা তম্নমত্রবদি কনাদা তাইনরুনি। অমুক্তা তৌদবা মওংদা নওনা ওসি তৌরিবসি করিনো?

প্রমোদ তপ্না খুমজ্জে— "ইমা ঐ করিস্মু তৌদে। কনাদা করি হায়খ্রবগে"

মচানা হায়বা তাদে, ওাংনা-ওাংনা খোকখি। মমৈ-মকোক শম্নদবা মমাগী রাহৈশিং অদু হৌজিকস্মু তাব তাবা ওমজ্জি।

হৌগংলকপদদি অয়ুক্কী ফনা থেংলম্লে। ময়াম ব্রেক কাষ্ট লৌবা লোইনরম্লে। অয়ুক্কী ব্রেক ফাষ্টতদি মচিন্-মনাও অহুম্ব হেক হেক পূনবনি। অমা হেক য়াংপদা মথং-মথং হংনরকনি। মচিন মনাও অহুমগী অচেৎপা নুংশি লিপুন অসে লাক্লিবা মৌশিং অহুনা থদৎপম্ন ওইথোক্লে। অহুবু মী খুদিংমক্কী রাখল মান্নদবনিনা করি থোক্লগদগে হায়দুনা মমানা হেক রাজৈ। লোইনা চৎথোক্লবনিনা খংননবগী মতম ফংদবনা ওইরম্লম্মু য়াই। য়ুমদা লেংদনা লৈরিবা হায়ববু মমাগা উমাগতনি। খংননিংলগদি ইমুংগী মীনাইশিং অহুদা হৌবা তাবনি।

ময়াম্বা য়াইমনা খবর অমা পায়ৎদুনা থোংজিন ময়াদা হায়রপ লেপ্লগা হায়রকই— "ঙসিদি থেংইদা প্রমোদ।"

"হৌগৎলে। তামোয়াই। হায়দুনা ফমুংদগী খোঙ থাংথরকপদা প্রমোদ ঙকপ্লে। উমানা পেরী-পেরী তৌরদুনা উপুদগী মাগী ফিরোল-মখৈ লৌথোকলি। মতৌদু ঙাইহাক য়েংলগা হংলকই— "অহুদি করিগীনো ?"

পাওখুম পীরক্লে। খুৎ লেপ্তনা ফি লোইশিল্লি।

"করি তৌরবগে অমুক্তদি হায়য়ুদনা।" ঐবু ভাব অমা তাম্রে।

"মীগী পুক্লিং পেলহনবা ঙমদ্রবী ঐসে লৈরুবগী করি কাম্নরিবগে ? য়ুমদা হনজগ্লগে।"

প্রমোদ, উমাবু চিংশিন্দুনা ফমুং মচিদা ফমথংলগা হায়রকই— "মহুবু হেক্তা য়াত্রনে ?" কনানা করি হায়রবগে ?

উমা পুক্লিং মুংশিনা হায়রকই— "ঐ খঙই নঙনা ঐবু মহৌশাগুম মুংশিরক্লে হায়বা। ঐনা করি লানগ্লবগে ?"

কনানা নঙবু হৌজিক মুংশিল্লে হায়রবগে। লাল্লিবদি ঐনি। ঐনা নঙবু ফাজিল্লিবনি। নঙদি ঐগীদমক ফথোক্লিবনি। অহুগা নঙনা লায়া খল্লিবা করিগীনো ? অহুবু অঙাং য়াওদে হায়দুন নঙ-ঐগী মরি অসিবু তরাইনা হেক থদৎপা য়াগত্রনে ? হায়য়োবা। অহুগা রা অমদি

লৈ, নঙনা হেন্না মুংঙাইগনি ফগনি হায়রবদি নঙনা ঐবু থাদোক্লম্বদা ঐ নঙবু রারোয়োই। রাহৈ অসি প্রমোদকী মচিন্দমী হায়নিংদনা হায়-দোকপ্রে। মখা তারকনবা খুৎশা অহুনা প্রমোদকী চিন মেনপ্রে। প্রমোদকী মথানুংদা মায় লোতু্না ওইনবগুম পেন্না কপ্লকই। ভাইহাক কপ্লগা হায়নরুবা তৌদনা লৌথোক্লবা কিশিং অহু অমুক হায়মী মকমদা হাপচিনপ্রে। প্রমোদ মোমোন নোক্লকই।

"ওরাংদমী ইমাগা নখোয় অনিনা তৌরিবসে ঐ ভাব অম তাদে। ওরাং শাওরিবহুনা করিগীনো ?"

"ঐ শাওবম নত্তনা।"

"অহুদি কনানা শাওরিবা।"

"তামোচানা ঐভোন্দা হান্না শাওরিবহুদি।"

"ঐনা !"

"ঐনা ভাংবা শকপা অমত্তা খুমত্রিবহুদি ?"

প্রমোদতু হৌনা নোক্লগা হৌগৎপ্রে। চংলকপদদি উমাগী মায়থোংহু উবদা ঙকপা পোকই। ভাইহাকী মমাংদা কপথি হায়বগী মমি মচেৎ অমা ফাওবা উবা ফংখিদ্রে। অয়ুকী লিক্লাদা শাৎকায়রকপা নোক্লিবা গুলাপনি।

প্রমোদকী মাংদা লেপ্লহুনা তৈথোকপা শেংদ্রিবা ঈশিং মরিকশিং অহু টাবেল পায়হুনা তৈথোকপিরি। মায়থোং মকা লান্না হায়রকই—"ঐ রা অমা হায়গে য়াবীগেরা ?"

"হান্না হায়খোদনা।"

"অভাং অমা লৈতবসে মৃতম লেনফম খঙদে। সিবু মুংঙাই-বিরিব্রাও ?"

"অহুবু নৌনা অমুক হায়রিবরো ? উপায় লৈত্তে।"

"অদো অমদি লৈহনসি হ.য়বা।"

প্রমোদ নোক্লগা নঙসিদি জাং-জাং হায়রকখিগদৌ রাংলমখিগনি। "টেষ্ট ট্যুপ বেবী" ওইনা শেমসি হায়রবস্থু নঙনা য়াদে। পাম্মীলা পামদ্রেগা, কিজ্জেগা কিজদেগা।" মসি নঙবা করি উপায়নো?

"ময়ামদু অমত্তা নত্তনা ইনা য়াদনা লৈহনসি হায়বনি।"

"করম্না? ভক্ল। হংই।"

"মমা মপা লৈজদবা অঙাং অমুক য়াম্না লৈরিবসিদি। অমা য়োক্‌সি হায়জবনিদা।"

'মীগী মচা য়োকপা?"

"করি তৌই হায়বগে?"

"উমা খেন্নবা লৈরক্কনি।"

"মীগী মী চপ মান্নে। থম্মোয় পানবা ঙাক্কনি।"

"অহুদা ... ...।"

"ফজনত্তা শেম্বীরগা লোইরে। ঐনা থাজবা উগী মহৈদি ঐনা চাজবা তাবনি।"

"অহুগী নত্তেদা। রা য়াম্না লৈ।"

"হোয় হায়না অমুক্লা হায়বীয়ুবা। অঙাং অমা য়োক্লসে।"

প্রমোদ পাওথুম পীবা লুনা থোকই। তশেংনা অঙাং য়োকপা অসি মহাক কয়া পামদে। অহুগা য়াদে হায়রুরগম্মু রা অমদি কায়-গদৌরি। থংনবা মীকুপ্তা নিংশিংলকই— "আশ্রমদা লৈহৌবা রাজু অদো।" খুর অমা শাংলপা হোল্লহুনা হায়রকই —'অঙাংস্থু লৈরত্রো?"

"য়োক্কে হায়রবদি শোয়দনা লৈগনি। হয়েং তুংদা অমুক হন্না য়েংলক্রোইদবা 'ওরফান হোম' নত্রগা আশ্রম অমদগী ওইনা য়োকসি।"

"নও তশেংনা অঙাং অমগী ভার খুদিংমক পুবা ঙম্লিক্কো। হয়েং মীগী মচাহু য়ুমসিদা পুরকউগুমম্মু তৌ... অহুগা।

উয়ানা পৈরপা হায়রকই— "মমানা মচাবু য়োকপা রারে ওমজত্রে হায়হুনা লংথোক্লবা য়াওপ্রবরো?"

প্রমোদ উমাগী অশেংবা থম্মোয় শ্রশক থঙলে। মহাক্না অঙাং য়োক্লিংলবগী থাকমদি, উমাদি অপংবীনি। হায়রি হায়ক্লোই থঙদবীনি। অঙাং অমা য়োক্লরগা মহাক্না মঙং মতৌ অহুনা অঙাং অহুদা কীহুংশি উৎপা ওয়ক্তুবদি মতুগী শাগদবা মাথা অহু প্রমোদনা উমা ফংলে। "হোয়নে নঙনা পায়বদি য়োক্লগা লোয়রেম্দনা।" প্রমোদনা পুক্লিং থোপৎপা ওইনা হায়রকই।

উমা হয়াওবনা পাও তয়গদবগী মনেমগী মনাক্তা চেনখিগে তৌই। প্রমোদনা মখুৎ পায়হুনা ফারগা হায়রকই।

"রা লোইত্রিনে। কদায়দনো? ফম্মুসে।"

উমা ফমথরে। প্রমোদনা হায়রক—"ঙরাং ঐ আশ্রম অমদা চৎলুই। মকম অহুদা অঙাং অমথক উরুবদা ঐগী থম্মোয়দা অমুক্তম্ন ফাওখিত্রবা মপাগা মচাগগী ওইবা মরি অমথক থঙহোদনা ফাওরকখি। ঐ থোঙ থাংকম থঙখিদে। ঙরাংদি ঐ তশেংনা য়াথলনা চোকথহুনা হল্লকখিবনি। ঙাইশাক্তং পোথারিঙৈহুদা··· নোক্লগা, নঙনা শেয়াম্রনা··· ইমানসু চৈবা য়াবা চৈহল্লেদনা। নঙনা।

উমানা নোকফেৎ তৌনা—"ঐনা লাল্লেদনা। অদো অঙাংদো ঐথোয় য়োক্লসে।"

"ঐসু থল্লিবনি।"

"অহুদা য়ারকরনে?"

"কনাননো?"

"অঙাংহু পীয়ু হায়বা।"

"মী অমা ওইনবা মহাকপু শেখীপদোরিবশি। মথোয়গী পান্দমসু মতুলি। য়াকম থোক্লই।"

"ইমাগী রা অমদি ভাখিশি।"

"হোয়নে। ইমাসু ভায়রো। অঙাং অহু নহু উরুবদি মুকথা থাদোক্লিংলোই।"

উমাগী মায়থোংহু হক্নাও ভয়াদবগী মরিনা থন্না তায়ক্লে। মোমোন লোকুপা থোকক্লে।

প্রমোদ মীৎ কুপ্তনা থম্মোয় মকা লায়া উমাবু য়েংহৌই। মতোমতা হায়দোকখি — "কপচেৎপিজিজি।"



## কুনমঙাশুবা

ঙসিদি য়োমীতা মতোমতা অনাবগী মনা ক্না লাক্লে। ধনচন্দ্রস্থু হুমিৎ খরনিগী ওইনা গৌহাটিদা চংখ্রে। অমুকস্থু থহে ঐনা তৌরিবসিবু মীগী মীৎয়েংদা য়ায়া কজরয়:রাইদ্রা? অহবু মসিদা লায়া থয়বগী মরমবু করিনো?

রমানন্দ মতোমতা মেগাজিন অমা য়েংলগা লৈরম্মী। য়োমীতা উবদা হাইফেত্তং নোক্লকই। মীৎয়েংহু হায়ঙম মেগাজিন অহুদা থমখ্রে।

"হকচাংহুবু হায়দগী খরা নুংঙাইত্রা?"

"হায়কম খঙদে। ঙরাংদগী খরসি হোনবা নুংঙাইতবা অমস্থু য়াওরক্লে।"

পাওথুমহুদা থঙলে। হায়গী ফিভমদগী করিস্থু ফগৎপা নৎতে হায়বা। লায়না অসি করিনো হায়বদি ইমুংগী মীস্থু অনাবা মশা-দগীস্থু ভাবা কংদে। ডাঃ প্রমোদতা হংলবস্থু অনৌবা লায়ওংদি তশেংনা হায়বা ঙমদ্রি। করিস্থু নুংশা থিনিংঙাই ওইদে রাহে অসিগী হেন্না তাবা কংদে।

ঙাইহাক ভুমিন্না লৈরগা রমানন্দনা হায়রকই — "মহাক লাক্তবা কুইরমালেকো।"

"নহাক্দি পাবুং চৎপগী লাকপা ঙমহৌদ্রে। অহুগা ঙন্নাংনা য়োল কনফরেন্স অমা য়াওরুরে।"

"হুমিং মিনিখক্তা ডাইরিনে। ঐদি নঙনা লোংমতং লাক্তবগে য়াম্না কুইরবোই হেক্তা খল্লি। নংাক লাক্লগা পোথাকম খঙই। হিগুরেতা লৈরবনিনা রাখল অসিস্থ জাং জাং খল্লকই।"

"করি করি খল্লিব ? মোমোম্নবা রাহুংনি।"

"নঙসে কয়াদা রাররুবনো। ঐগীদমক্তা নঙবু ফাজিন্দুনা থম্নরোই খল্লিবা।"

"ঐবু করম্না ফাজিল্লিবা ?"

"রোমী, নঙগীস্থ অনিংবা অপাম্বা কয়া লৈরম্নগনি। করিগুম্বা ঐনা অস্থম — ··· হায়বদি অস্থম্না অস্থম্মক লৈথিবা তারবদি নঙবু এগীনি হায়হুনা অস্থম কনশিন্দুনা থম্বা তারিব্রা ? মহুমক্তি ঐ পামদে। থরায় হকচাং য়াওনা নঙবু ঐনা মুংশিজখি। নঙগী থম্মোয় অহুবু ঐনা কল্লক-চখি অহুবু ··· ··· ।

"নোংমা নিনিদং নাবদা অহুম্না থম্নরবদি পুল্সি চুপ্পা লায়না চেন্দুনা লৈরিবা মংখোয় অহুদি হিংগ্রবস্থ য়ারেন। রাহৈশিংদো হায়বদা পকচদেদা, মোমোন নোকপা মহাক্কী রাহৈ অহুনা শোন্থরুরবা রমানন্দগী হকচাংহু ইতেক তেকখৎলকই।"

ডাক্তর অমা চংলকুনা Body চ্যেক তৌরম্নগা থোকপ্রে। ইকান কান্নদনা ডাঃ প্রমোদ চংলকই। "হাই, রোমীতাস্থ লৈরম্লিদনা।"

"হোয় ডাক্তর।"

"মরুপকী Arrange পুম্নমক ঐনা শিল্লরবনি। ডাং ৫/৬ অনিসিদা চৎপিবা য়াররনি।"

"মকমদি কদায়দা ?"

"মরুপকীসি Kidney গস্থ মরি লৈনবনিনা 'AIMS' তা ওইনা চৎপীবা তারে।"

"য়াম্না মুংঙাইজরে।"

"অহুগা অদোমগী লাইরক কবা অমনা ঐখোয়গী ডাইরেক্টর সারসু মুন্নিং থরনিদ্রি মফমহুদা লৈগনি।"

"অহুদি লাইরক য়াম্না ফবগী রানিরে।"

"য়ুমনগী চংশীগত্রা নত্রগা মফম অসিদগী অসুম্বক চৎশীগত্রা ?"

"মফমশিদগী অসুম চৎলগে।"

প্রমোদনা নোক্তুনা — **Please don't worry, get well soon.**

**"Thank you very much. Docto."**

প্রমোদ থোকখ্রে। শান্নরিবা রাত্রী অহুদা রোমীতা চঙকখ্রে। রমানন্দগী মায়থোংদা মুম্না য়েংলহুনা— "করিনো হায়রিবা অসিবো?"

মোংহাদবা পাওখুমদা — "ঐ AIIMS তা ওইনা মথা লায়েংবা তারে।"

অরুম্বা পোৎশক অমনা কোক্তা থাদরকপগুম চৈনা যাওই। কনবা লায়েংলিবনি হায়বা কাউখ্রে। ওয়রোই খন্দুনা লাপ্পা থারিবনি থলুবদা পুসিবু হুম্বনা য়েংলুবদা অভোবা ফিজোল শেৎলুই। রোমীতাগী মীৎতা ঈরা হৌরমলে।

"নহাক য়াম্না হুংডাইত্রবা ?"

মীৎতা ঈরা চেল্লহুনা হায়রকই— "ঐভোন্দা অসুক চাওনা লোৎপিরিবা করিগীনো ?"

"ঐসু ওরাংতা খঙই। হায়গদবসু নঙদি ওরাং লাকখ্রে।"

"কনাগা চৎপা তারবগে ?"

"ঐখোয়গী তামোগা চৎলগে। থুনা হল্লকনিদা। করিসু হেন্না লুবদি মান্দে। মফম অসিদদি থুৎলাই মতিক চাদবগী ভৌবনি।"

রোমীতাগী পুক্নিংদদি মীকুপ অসিদা থনখি— পুন্সিগী অরোইবা মীকুপ অহুবনা করি ইহিরা। পুন্সিবু কপহনগদৌরিব্রা নৎত্রগা নোকহনগদৌরিব্রা ? পুন্সি লদেলু লম্বাং অসিদা লম্বাংলেরে।

রম্মানন্দগী শকফমহু হন্দক্কি খিত্তং হোংবগুম তৌই। মুংঙাইতনা হায়রকই — "রোমী। ঐনা নঙবু মীয়ামগী মীৎয়েংকম্ ওইনবা শিনবা ওইনা থোকখে। মসিগী থমুবদা নঙমু থাদোক্তুনা চংগা অসে ঐ ভশেংনদি পামদবনি। চংভবদি য়াদ্রে।"

"অহুগীদমক্তদি ঐ করিস্থু মুংঙাইতবা তৌদেদা। লুহোংবা য়ৈথোকপবু ঐখোয়না অহানত্রা?"

"হোয় অহুবুদি। অহুদা করিনো হায়না হায়নবা অমদি হেক্তা লৈদনা। মহু থোকহল্লিংদবগী য়ানি।"

মম্মা চংলকপদা য়ারী লেপত্রে। হায়নিংবা য়াহৈ থরদি ফোঙদোকপা ঙমহৌদনা রোমীতাগী থম্মোয়দা তুমিন লৈহৌরে।



## কুনতরুকশুবা

মিংশেল অচৌবা অমা মাংদা থম্মহুনা লৈমা চন্দন থিল্লি। চহি মতাং তখাই চনশিনখ্রবস্থু মায়থোং অহুদি তনৌ তনৌরি। শম্মা অমত্তা চোইহন্দনা খোমগংতুনা হাংলবা শমশিং অহু তুংদা শম্বুল চাওরপ পুল্লি। পীক্তক তৌবা চিম্বাল অহুদা মতপ চাওরপ্পা চারিবা কা অহুনা চিম্বাল অহুবু তঙাংনা উহল্লি।

উমেশ হিপ্লগা মমাগী মতৌ অহু মুম্মা য়েংলি। মপুক্লিংদদি পেঞ্জবা অমা পোক্কই। ইমানি হায়বদা। মপা মশক খঙহৌত্রবা উমেশনা পীক্লিতৈদগী মমাগী চেকশিন মীৎয়েং মখাদা চাওরকখি। নৌনা লুপ্রাবী ওইহৌরবী মমানা থম্মোয় শুহুম চন্দুনা মীনা মীৎয়েং কায়ন চলহনবা ঙমদনা হিংলকখি। কদায়দা কম্মি শোয়মিবগে হায়হুনা মিংশেল্লা লৈথচেপথ তৌহুনা য়েংলি। অহুগা হংলকই—

"রমানন্দগী চিঠিকা লাক্তবরা ?"

"লাক্কে, ঐস্সু মাগী চিঠি ভাইরিবনি।"

"করিস্সু লুবা অনাবা নত্তেদি হায় অহুগা কয়া কুইরবনো মফম অহুদা লৈরিবহুনা। ঈশ্বর অসিস্সুনে অফবা মীতমক থল্ল থল্লগা হেক নাহল্লি। অরুবা হায়বসিদি ঈশ্বরনস্সু পাম্বা জাৎনিদনা।"

"ঐদি ডাক্তরস্সু রা থরা লোৎপ্রা হায়না থল্লি"

"অতৈনা লোৎলবস্সু প্রমোদনদি ঐঙোন্দা লোৎলোইদা। অনাববু লোৎশিল্লগা হেক ফরজ্রনে। করিস্সু অরুবা ওইমলোইদা। ফবু ফগনু হায়রবদি ফুত্রি অমদগী লায়না ওনবা ওল্লিবনি। মহাক লৈরবদি শারিবা শঙ্ অসিস্সু থরায় য়াওনা হোৎনরদোবনি।"

"ঐবু করিস্সু অমত্তা ইমাগী মতেং পাংজ্রবরনে ?"

"ফনা হায়হুনস্সু হীরম অসিদদি থরায় য়াওবা রমানন্দনা য়াম্না হেল্লি।" লৈমনা মঙক অহু হাইরহুনা হায়রকই।

মমাগী মত্তৌ অহুদা নোক্লিংলক্লে। নোকফেৎ তৌনা মুংশিরৈ চং-লকপা উবদা—"ইচে মুংশিরৈ, ইমানা হায়রিবসিবু য়ানিংজ্রনে ?"

"ঐদি তাহৌদেনে। করি মতাংগীনো ?"

"ইমানা ঐসিবু হায়ন-তানবা য়াদে হায়. চুম্রনে ?"

"কদায়দগীনো ? ইচেমশিনা হেন্না হায়রেদনা। ইনাওদি মচে ঐনা য়াজপ্রপোৎনি।"

"উম নঙ মঙাইরি ··· ··· ? ফরক তাবা মাম্নৈ অহুনা য়াজরমগনি। পুন্সি মপান্দা ফজবা গুলাপ অম্না শাৎহোবনি, হেক্লকউ। উমেশ মোক্লগা লৈহৌরে।

মমানা হায়রকই—"মা অমত্তস্সু নিংথিনা ডাংনবা য়াদবা নত্তবু।"

"অহুদি ঐসে ইমাদদি করিস্সু কাম্নজেনে ?"

লৈমনা য়ারোনা হায়রকই— "ঐনা তৌরিবা মমাম অসে নঙগী-দমক্তনি। মিংচৎ হায়বসে হেক ফংবা ঙম্বা নত্নেনে।"

"ঐগীদমক্কা ওইরবদি ঐ ওক্নে। ইম্বা পোত্থাবীরো। সিদগী হেন্না করি অমুক তৌখিগে হায়রিবনো।"

মীওইবগী সেবাবু লোইবা নাইত্রা? ঐদি পেন্ত্রি। ঐনা খল্লি-বসিগা খেন্নখ্রেদা।

"অদু ওইরগনা ইমাস্থ ভোট অমুক্তং লেপসিদনা। অদু ওইরবদি মীয়ামগী সেবা নিংবা থুংলনি।"

"ফৈরেং তুরেং ভাংগমদ্রদা। ওইগদৌবা রা ভাংভু। হয়েং মীগী মমাংদা ঐবু চোপহনগনুকো।"

"উমেশ ওক্সা— "কনাগী মীনো?"

"ওসি হায়া মশক য়েংলুখিগে। হয়েং লাকউ হায়রমগদৌরিবনি।"

"করিনো ইমানা হায়রিবনুবো?"

"লয়সিং এম: এল: এ: বীরবাবুদো মাগী মচান্নুপী অনি লৈ। মশক য়েংলুরাও হায়রম্মী। য়েংলুগে তৌরিবনি।"

"কনাগী — —?"

লৈমনা হায়রপ য়েংলগা, নওঙীনিদনা। মোমোন নোকই। অচৌ-অশাংগী মচা মগু ওইজরবস্থ লম অসিদা পোকপা চাওবনিনা য়ান্না ঙংই ওন্নী, হৌনলোনচং খওই হায়রিএ।

"ইমা মীগী মচাহু মাংনবনি। ইমাগী বাথলহু নচা য়াজনিংদে।"

"করিনো নওনা হায়রিবা অহুবো? মসিবু হৌনদবা তৌনদবা থবক্কা? মমাবোক অহনা শীগে হায়রম্বনি। ঐখোয়না হায়া হেক্ক হৌ-দোকলুবস্থ নত্তেদনা।"

"অহুক লুবা রাকমহু ইমানা ঐগী মত অমত্তস্থ লৌবীদনা লাইনা খনবীরিবা করিগীনো?"

"ঐনা শিনবা অসিদা নওনা হন্নিংদবগী রাক্কা?"

"মহু নত্তে ইমা।"

"অহু ওইরবদি য়াকম থোকইনা। নওগী অনিংবা লৈরগনা হায়রো। মতম চারে খন্দুনা রাকম অদি হৌদোক্লিবনি।"

উমেশ তুমিন্না লৈরে। পাওখুম পীবা ঙমদ্রে। মমানা মথা শম-থরকই— নঙগী অনিংবা অপাম্বগী মতুংইন্না ঐনা খোঙ থাংগদৌরিবনি। নশাগী অরেম্না অশাম্বা লৈরবদি ইমাগীদি করিস্থু অয়েংপা লৈতে। হায়রো কনাগী মচা মওনো ?"

উমেশ পাওখুম পাক পীদে। তপ্না খুম্নকই— "ইমা ঐ লুহোংগে হায়না খল্লে"

রাহৈ অসি লৈমদা থম্মোয় শোক্লা থোকখি। মচাগী পেন্দবা অমা লৈরে হায়না খল্লি। মমাগী রাখলদি মচাবু শোয়নাইরবা অমা ওইনা উবা ঙমখিদে। অতুবু মচাগী রাহৈ অসিনা মীকপ থোকহল্লে। ফনা ওইহনস্থু মচাবু পুক্লিং হেম্না শোম্থহনগদবী অমদি নত্তে। মচাগী রাহৈ অহু ককথংলহনা হায়রকই— "করিগী হোংলোইদৌরিবনো ?" নঙগী করি অরাংপা লৈহনা ? মহবু রা ওইনা হেক্তা হায়দোকপা য়াব্রা ?"

উমেশকী রাখলগা মমাগী রাখলগা ফাংনা তোঙাম্না চংনশ্রে। মমানা লূনা চান্না তৌহনস্থু রাকম অসিমদি কৈদোঙৈদা উমেশকী মেচিন-দগীদি হায়ররোই।

মুংশিনা পোমশাংনবা গুলাপ অমা হেক্লকুনা লৈমগী শমজিদা থেংচিল্লরে। মফম চানা লৈ অহু শেমজিল্লহনা হায়রকই— "মাইমহু গাড়ী থোদোকউ হায়য়ু ।"

উমেশ লোংনা হিপ্লহনা অশাংবা খঁর অমতং হোন্দোকখি, 'সংসার অসিদা ঐগী অরাংপা অসিবু মেনশিনবা ঙমগদবা লৈরমখিগস্রনে ?"

রাজুবু ডাঃ প্রমোদনা মচা শক্লা যোকচরগে হায়হনা লৈমদা লাকুনা হায়জররে। খঙ্খবা মতুংদা লৈমস্থু অয়াবা পীথোকখ্রে। রাকম অসি উমেশতি ইয়া য়ানিংদে, মমানা হান্না য়াথোক্লমবনিনা কম্না য়েং-পহন্সু মহাক য়েংথ্রে। রাকম অসিগী ওইনা মমাগা মরৈ থরদি য়েংলখি।

শান্তিনু লৈয়গী মায়কৈদা লৈল্রে। মহাক্না খ্বাইদগী লাওথিংলিবদি য়োম্নীতাবুনি। মহাক্না শিন-লাংহুনা তৌরিবনি খল্লি।

মরামদা রাখল, মত তিন্নদব ঐদি তোঙাম্না লৈকগে খন্দুনা তায়গী য়ুম অহুদা নোংম-নি নি লৈক্লে। অহুবু মহৌশাগী য়ুম অহুদা ফংখিবা মুংঙাইবা, হরাও ভয়াম্বা পুন্নমক লোইনা মাংলম্রে। অচিকপা নত্তনা য়ুম অহুদগী উমেশপু লৈতাহন্নব মফম অমত্তা ফংখিল্রে।

য়ুম অহুদা মহাক লাক্লুনা লৈররে হায়বসি রোমীতাম্তু খঙলমদবা য়াই। নোংমতা মশক উগে হায়বা ফংদে। পাও খঙহল্লুগদবসু হল্লোইবা কাওই। অমুকসু খল্লি, করি থোক্লহুনা মঙোন্দগী মতেং লিক্লগনি। অহুগীসু মথক্লা মহাক্তি লুহোংগদৌরবীনি। পুন্নমক অসি খঙলবসু রোমীতাগী মকমদা মহাকী অচৌবা হক লৈবগুম তৌই অহুগা থৌনা ফনা হক অহু তাল্লুনবগী থৌনাসু লৈত্তে। অচিকপা মফমদনা মহাকী রাখলবু হেন্না লৈতাকম খঙহনত্রে। অশেংনা মহাক য়ুম অহুদা লৈবা হৈনরকত্রে।



## কুনতরেৎশুবা

নিংথমথা চংলকপগী লৈচিল থাংবা হৌরক্লে। ফি অথাবা ইল্লবদি ঙাংলে। ওইরমগনি তৌরমগনি খনবা অহুমক থোক্লমলে। য়াজু ডাঃ প্রমোদনা মচা শক্লা য়োক্লবগী পুখিরল্লে। মপাং কায়নরবা অঙাংশিংহু তুফক-তুফাই চল্লা লৈহৌরে। পীক্লিবা মখোয়গী থম্মোয়দা অসুম্না কাও-য়থসু য়াই— "হয়েংনা ঐখোয়গী মরক্তগী কনা চংখিগনি।"

শান্তিগা খরা লাওনরল্লগা উমেশ অঙাংশিংগী লৈকম তম্না লাক্লে। অঙাংশিং অহু অমত্তা লাংবা তাদে। থোইনাওদা চংশিন্দুনা য়েংই। খরনা হিপ্লি, খরনা কপলি অহুবু মখোয় অমত্তা য়াম্নী শায়দে। মরামদগী

হান্নবা ইনবা, মরম ওকপা লাওবগী মহৌশাগুম লাইরিক পারমল্লে। মথুদা খদাং মচাহু শৌহনা কমলি।

কনাদনো ভাইনকম খওদনা শাওনিংলকখি। উমেশনা মমুংদা চং-লকপদা নখোয় অমত্তা ওইনা মত্তোন্দা য়েংলকই। উপাই নৈত্তনা পুক্কিং হুংশিবগী মীৎয়েংনি। মমীৎতা ঈন্না চৌই। উমেশ তৌকম খওল্লে। অহুবু অঙাংশিং অহুদা হংলকই— "করি তৌরে?" ওসিদি নখোয় অমত্তা লাইরিক পাদ্রবদি?

অঙাংশিং অহু লুকথরহনা মথুৎ মচাশিংহনা মপি তৈথোক্লগা কিরগা য়েংলকই। মহৌশাদগী উমেশপুদি য়াম্না কিনা চৎচব'ন। খোইনা চৈ-থাংলুবগী রাম্মু নৎতে। অঙাংশিং অহু থেমজিনবীরম্লগা উমেশ থোরক্লে।

ওসিদি শান্তিহু রাখল মুংঙাইনা থরায়না তাজবা ঈশৈ অমা ওংনা ওংনা চাক থোংলি।

ডাইনিং টেবল মনাকী চৌক্রি অমা চিংথোক্লুনা উমেশ বা ঙাংদনা ফমথে। ফনা কুইনা বা অমত্তা ঙাংলক্তে। শান্তিমু মথৌদা পুক্কিং চংলি। শান্তিগী ঈশৈগী মরক্তা খাবৈ চেগপকী মখোলদি তাই।

শান্তিগী হরাও তয়াম্বা মতৌ অহুদা হায়গে খনবা রাহু হৌদোকপা ওমদবা ওইবমু য়াই। শান্তিনা হরাও হরাওনা হায়রকই—"য়াম্মুং ওসিদি এঙ্গাংসি হাওগদৌরিবা জাৎনি।

হায়রকইবহুগা মরি লৈনদনা খোন কলগা হায়রকই— "নখোয়না তৌরিবসি করিনো?"

ঙংলম্বা ঈশৈ লেপখি। কদোমদগী নোংহৌনো খওহৌদনা মমশিল-লকইবসিনা। মরী মখোং খওদবা রাহংহুগী পাওথুম থিবা হোৎনরি।

উমেশনা ঙাংথরকই— "নখোয় মঙাইরেনে? মীয়ুংশি চাওবা দান হৈম্নিবগে? য়োকপা ওয়োইদবা অঙাংহু করিগী আশ্রম অসিদা 'টিলজেন হোম' থম্মিবনো? অঙাং য়াম্না হেক লৈবমু নত্তে। অঙাংশিং অসে 'নিলাম' ওইনা লাওথোক্লোদনা।

হৌজিক্তা শান্তি ভাব তারকই। উষেশনা শাউরিবহু ডাঃ প্রমোদতা রাজু পীথোকখিবগীনি।

শান্তিগী পাওখুম ঙাইদনা মখা তারকই – "মা ঙাইরেনে শঙ, মীয়ুংশি লৈরিবসে। সমাজ সেরানিনে? মচা পোকবা মমামগী অঙাং থরকমো মকম অসিবো?" হায়রকম থোক্লু বসু, রোমীতাবু শাওনিংবদগী হায়খিবনি।

"অহুবু রোমীতাগী মরাল্লনে?" কিনা খুয়কপনি।

"নত্তদি। মহাক্না পুশিল্লক্লিবা নত্রো?"

"অহুদি চুয়া লাকমিন্নবগী য়ানি। ইমাশিগা হায়নরগা পুখিবহুবু, মঙোন্দা ঙাইনবীরিবা করিগীনো?"

"ঙাইনবা ঙাইনদবা ·· ··· মহাক্না লোইনমক শিল্লেনে? ইমাসু নত্তসু মহাক্না হায়রবদি পুন্নমক য়ারে। পুন্নমক।"

শান্তিহু হন্দক্তি থরা শাওনা খুম্মী– "ঐ য়াওজদে, ঐঙোন্দা হায়বীরকনু।"

"নত্তসু য়াওরিবনি ···।"

"অহুবু করি কায়বগে? অমরোমদদি ডাঃ প্রমোদকুম্বা মীওই অমনা রাজুবু য়োকপীখিবা হায়বসে ঐখোয়গীদি লাইবক ফবনি। অহুপা হাংলবা মখোয়গী থম্মোয়দা অচৌবা দান অমনি।"

"ইস! দান তৌবা হৈরেদা। দান তৌহুনা পুন্ন ফংনিংলিবদো মহুগী মহুত্তা অঙাংশিং অসিনা মুংঙাইত্রিবসে মসিগী পাপতি নত্তসু ফংগদবনি।"

"শান্তিহু মথায় মুংঙাইত্রে। খোম্থোক লুয়া শাওনিংনা হায়রকই, থরা লৈরগা কাউজখিগনি।"

শান্তিনা শাওরিবহু লাওহুংলহুনা হায়রকই– "অহু অদা থঙকে, অঙাং পুহনখিবসি য়ামা চুমদে হায়রিবসিনি। অঙাং মরামা মুংঙাই-ত্রিবসি কোকহনগেরা নত্রগা রাজু লৌরুগেরা অমা তৌ।"

"ঐখোয় খঙদে। হায়বীরকহ্।"

"নঙস্থ্ চেনবা য়ারোই।" অঙস্বা মকমদা তাইনরকই।

"লৈমা চংলক্লুনা হায়রকই— "চাক চাবদবু অহুক করা লাওনব্রো ?" লৈরম্লিবা মওং অহুদা হংলকই— "করি তৌরে ?"

মাগী মিচং অমা কংলবগুম শান্তিনা কপ্লিং কপ্লিং তৌনা হায়রকই, "ঐ খঙদে হায়রেদনা। করিস্থ্ য়াওজদবা ঐঙোন্দা ঙসাইদগী ঙাং-লিবনিনে।"

"অহুবু করি মরমগীনো হায়বা ?"

শান্তিনা শাওনা— "হংঙু।"

মমানা হংব্রিঙৈদা উমেশনা হায়রকই— "ইমাহোয়না তৌবা থবক অসিস্থ্ থরা থরা খন্থবীরগা তৌবনদি ফবনি।" রোমীতানা করি ওই-রিবগে ? মহাক্না কুশি অস্থুক য়াম্না তৌরিবসিবু।

মমানা নোকফেং তৌনা— "মানা করি তৌরবগেনে ?"

"ইমাস্থ্ মহাক্না হায়রবদি য়ানিংদবা লৈব্রেনে। ইমাস্থ্ মঙোন্দা ঙাওরে।"

লৈমহ্ শাওবগী মহুত্তা নোকফেং তৌনা হায়রকই— "উম ঙাওরে, ঙাওরে। কুইরেদা ঙাওবা। কায়ব্রে খন্দুনা ঙাওবা তোকপগী য়াতনি।"

মমাগী য়াহৈ অহুদা কায়ররোই খন্দুনা হৌগৎলগা খোকখে। লৈমগা শান্তিগা য়েংনরগা নোকফেং তৌখি।

*

অমুক্তা মম্মাগী হিসাব শুরি। শান্তি চা পীরম্নগা থুন্না থোকখ্রে। রা অমা হংগে খন্দুনা শান্তিহু কৌই অহুবু খুম্নমদনা থোকখ্রে। হৌজিক্তা নিংশিংলক্লে. শুরাং মখোয় অনি খরা লাওনখি হায়বা। শান্তিহু শুরাংদগী শাওবা ফংত্রিম্নানে।

ভাইহাক রাখল তৌতুনা ফম্লে। পুক্রিংদা হজিন হজিন খল্লি। চৎসিরা? চৎকুমসিরা? অহুবু অকনবা লিচিং অমনা হৌগৎতুনা ফি শেৎচিনখ্রে। মুংশিনা হংলকই— "ইবুংঙো কদায়দা চৎকদৌরিবনো?"

"থবক অমা চৎলুগে। ইচে, ফুরিৎ খুদাং শেম্না শেম্না খুম্মী। মুংশি চৎখিগে তৌবমক্তদা হায়রকই— "ইচে মুংশিরৈ খুড়া য়াইমহু গাড়ী থোদোক্লো হায়বীরম্মু।"

ইকুই কুইদনা য়াইমহু ছো পুহুনা লাক্লে। অমুক শুমা কদায়দা চৎসিগে। মচাইবুংঙো।

"খুড়া চৎথোকদোবা লৈবীব্রা?"

"ঐগীদি লৈতে। ইতৈ'ইবেম্মনা হেক চৎসি হায়রকব্রা? অহু মশাইরে।"

"ইমা'দি থোইনা অরাপ্পা চৎকদৌবা লৈরম্লোই।"

"অহুদি মারেনে। উমেশ মখোয় অনি থোরক্লে। মমাগা শান্তিগা শুকচাম্নমা য়েংই। লৈমনা হংলকই— "মাইমা কদায়দনো?"

গাড়ী থোদোক থোদোক্না খুম্মী— "ঐসু খঙদে ইতৈম'বেম্মা। মচা ইবুংঙোনা থো হায়বা মকমদা থোগদৌরিবনি।" গাড়ী য়াংনা মকম-হুদগী থোদোকখ্রে।

উমেশনা হায়হুনা অরিবা যুম অহু শুমা থোরক্লে। অহুবু থোঙ্গাঙদি ওম্মনা থোজিল্লে। য়াইমহু রোমীতাগী যুম য়োবহুদা মুংশাইবা পোকই। কুইরে উথিদবা, য়াইমনা লূনা চাম্না তৌজবনি। থাজদনা চৎলক্লিবা

মীওই অনি অছু উবদা রোমীতা ওকপনা খম থেংলে। অতুবু মোমোন নোকুন। তরাম্না কৌশিল্লি। উমেশ ব্রা ঙাংলনা ফমদবা য়াদবকী খওংদা ফম্লি। য়াইমদি কুইনা উন্নরুদবগী হৌনবী রোমীতাগা ব্রারী কয়া শান্নখি। রোমীতাসু অমত্তা চিংথদনা আশ্রমগী ব্রান্নী হংলি। শান্নরিবা ব্রারীছু উমেশ্ন থোইনা পুক্লিং চংদে। য়ুম অসিদা মহাক চংনিংনা চংলকপা নত্তে। ডাঃ প্রমোদকী এড্রেস খঙদবদগী হংবা চংলকপনি।

য়াইমনা হংলকই—"কৈদোরে ইবেম্মা। নন্নাং অতুক য়াম্না কংলবদি?"

"খঙদে খুড়া। ফনস্থ য়াম্না চাম্নিবনি নোয়বা সুঙম ঙমদে।"

উমেশতু হন্না কাওবা য়েংলক্লে।

"য়াইমনা, নঙগী খুচা ঐ খঙই, নিংথিনা চারম্লোই। নথম্তা ঙাইরে শোইদনা চাবা থকপা থওইরম্লোই। য়াম্না চেকশিনগদবনিনে। ন্নাখি-নিকো, তুম্বা চাবা মতম নাইয়ুকো।"

পায়রিবা খবর অছুদা মীৎয়েং থন্নহুনা উমেশনা হায়রকই—"খুড়া চৎশি।"

চা অমমমদি থকখিসি। ঐ থুনা শেমজরক্লে। চংলকপদগী অহানবা ওইনা রোমীতাদা ব্রা ঙাংলকই— "চা থকপা লাকপা নত্তে।" ব্রাহৈ অসিগা লোম্ননা হায়রপ য়েংলুই। অতুবু নক্বা উবা মহাকী মায়থোং অদো মহৌশাগী রোমীতা ওইরমক্রে। অহোংবা অছু ময়েক শেংনা উরক্লে। মোমোন নোকপদা পকচরমবী চিম্বাল অছু তাইফেং তাইক্লে। কোয়রাওনরবী মীৎ অতুসু অব্রাবা কয়া খাংলক্রবগুম লুরুক্না য়েংই। ঙাইহাক চঙরুনা মহাকপু য়েংলি। থংনবা মীকুপ্তা শাওনিংবনা মশা মত্তোমতা তৌফম খঙলক্লে। থল্লকই— "রমানন্দগী দমক অব্রাবা মুং-ঙাইতবা শক্লোন পুত্থনা ঐঙোন্দা লেন্নরিব্রা?"

রোমীতানা মোংহাদনা খুম্নকই— "খুড়া য়াইমদি চা থকপিখোকো। অসি হায়রস্নগা রোমীতা চংগ্রে।"

উমেশতু শাওনিংবনা কুক হৌগৎলি। মাগী অসিগুবা খঙশিন উশিন্নদবা মওং মত্তৌ অসিনি উমেশনা খাইদগী শাওনিংলিবসে।

য়াইমনা – "ঙাইহাক্তং ফম্বখিসিদনা। চা থক্তনা চৎপ্রবদি ইবেম্মা রোমীতনা য়াম্না নুংঙাইরোই।"

উমেশ অমুক ফমথরে। রোমীতাগীদমক থল্লগা ফমথরকপা নত্তে, অহল অহগী য়েংলগনি। রোমীতা চা গ্লাস অমি পুথোরকুনা য়াইমদা পীরে। উমেশতসু, য়াম্বুং চা ··· ···। হায়রগা থম্মী। উমেশ মীৎচিন ফাওবা য়েংলুদে। থবর অহদা মুম্না থরায় য়াওনা য়েংলি।

য়াইমনা রমানন্দগী মরমদা রা কয়া হংই। রোমীতাসু উমেশকী মমাংদা হায়ফেৎ হৈনিংদনা খুম্মী। করিসু মরি লৈনদবা উমেশকী মমাংদা রোমীতাগী থোনা মাংখিবগুম্ তৌই।

য়াইমনা চা থকপহু লোইশিল্লগা হায়রকই—"ইবেম্মা ডাঃ প্রমোদকী এপ্রেস অহু অমুক্তা ··· ···।

"ওক্লা, ডাঃ প্রমোদকী? করিগীনো খুড়া?"

"মরম হায়ত্ত্রবদি পীবা য়াদবগী রারা?" উমেশকী কপ্পা করম্বা রাহৈনি।

রোমীতা প্রমোদকী কার্ড অহু পুথোকুনা পীরে। অহুগা তপ্পা খুম্মী— "থঙনিংহুনা হংবনিদা।"

পম্বদনা খুড়া য়াইমা চৎসি হায়হুনা ফুক হৌগৎলগা থোকখ্রে। রোমীতা চিংনবা ফাওরক্লে। তাম্নহুনা হংই— "খুড়া ডাঃ প্রমোদহোয়দা করি তৌবনো?"

"ঐসু থঙদেনে। মচা ইবুংঙোন্না চৎসি হায়বহুদা গাড়ী থোদোক্লগা লাকইবসিনি।" য়াইমগী ইশেং শেংবা পাওখুমনি।

রোমীতানা উমেশতা হায়রপ য়েংলগা, য়াম্বুং ··· ···।

রোমীতাগী রাহং মপুং ফাত্রিঙৈদা উমেশনা কম্তক তোন্না খুম্লকই— "মীঙোন্দা দান তৌথোক্লগা ইশাবু চরা হেক্কনবা শিনবা মীহু ঐদি নত্তে, থঙহু। খুড়া গাড়ী থোরসি।

য়োমীতাগী মীৎয়েংগী য়াংবা লানথ্রে গাড়ী অহু। অহুবু মহাক্তি হৌজিক কাওবা তুমিন্না লেপ্‌লে। লৈহৌরি। অম্মুক কুইনা অসে উমেশনা তৌবা থককা য়োমীতানা থোইনা য়ারোৌবা তৌখিদববি। ওলিদি উমেশপু য়ৌনা য়ারোথ্রে। প্রমোদ অমদি উমাগী মকমদা ওহোক্না ইকাইখেদা।



## কুনমাপলওবা

ডাঃ প্রমোদকী য়ুম থিবদা থোইনা য়াত্রে। য়াইমদি চুরূপ লৈহৌ-থিগে হায়হুনা হুকান অমদা লৈহৌরে।

য়ুম অহু য়েংবদা তরু তরুনা উই। হৌজিকী সমাজ অসিদা মীনা সম্মান তৌহনা হিংলিবা পুন্সি হায়বদো মসি ওইরমগনি। হৌজিকা মশাগী ফিভম অহু ইকাইরক্লে।

মীদি লৈবা উদে, অহুবু মমুং অহুদদি য়াম্না লাংলি। মপানগী ফম্নবা থারিবা ফম্ফম অহুদা ফমথরে। পুক্লিংগী অচেৎপা ফিরেপকী খোঙথাংহু থঙহন হম্হথিবগুম্বা অমা ফাওরকই। কোল্লিং বেল'হু ফাওবা নমগনি কাউরে। ইমুং মমুংদগী লাংবা অহুদি লেপ্তনা তারি। মমা অমগা অঙাং অমগনি হয়াও তয়াম্বা ওইনজবগী খোঞ্জেলনি। উমেশ জ্ঞান তানা থস্বরকই— অম্মুক মুংশিননা, হয়াও তয়াম হিংলিবা পুন্সি অসিবু ঐনা থুগায়বা তারব্রা? ঐগী য়াথল অহুনা কদায়দা মাংব্রবগে। অম্মুমা থল্লিঙৈদা য়াজুহু নোক্লগা শর থবেৎ থবেৎ হোল্লহুনা মপান্দা চেল্হোরক্লে। উমেশ উবদা হয়াওনা চেনশিন্দুনা কোনথ্রে। উমানা য়াজুবু লমহেনবগী তাম্নরকপদা মপান্দা উমেশ লৈরম্বা উবদা ওকপনা খোঙথাং লেপখ্রে। "মসিবু ওইথোকপা য়াত্রনে!"

য়ুমগী হুপী অমগী মত্তোওম কোক শুম্না খোয়াক্লিবী মহাক অহুবু উবদা উমেশ মঙগা চপ মান্নখে। মতম কুইনগী মমাংদা কায়নখ্রবী

শাগৈগী মৌ ওইগ্রে হায়বদগী মরা মপাউ অমুক হয়। তাবিথ্রিবী মহাক অহুনা মাংমক্তদা লেপ্লরবা অসিদদি থাজবা, সুরুক্তম ভমখিদে। খশাগী কিন্তম অহু খনুরুরগা ইকাইবনা হৌতুনা চেন্নিজা হায়বহু চ্রৌরে।

পুস্লিগী অহানবা সুংশি শৈহেক্তা উমেশকা কলেজগী পুস্লিদা শৈশক তম্মীন্নরকখি। সুংশিবা করিনো খণ্ডজদবী ইণ্ডাও-ণ্ডাওনা হৌজরকপী উমাবু মমান্নবীশিংনা নমহুনা উমেশকী পুস্লিদা চিংশিনবীখি। মহৌশানা মা ইণ্ডাং ণ্ডাংদনা লৈজবা উমেশ শিনবা হৈবা মমান্নবশিংনা নমহুনা উমাবু মণ্ডোস্দা লংশিল্লকখি। করিস্সু লানজদবী সুপীমচা অহুগীদমক খল্লগা মায় ণ্ডাকপা তাখি। উমাগী পুস্লিদা অশেংবা সুংশিবগী মশক খণ্ডলকখি। থৌরাং খুদিংমক মায় পাক্লবা মমান্নবা মমান্নবীশিং অহুনা হয়াণ্ডনা মখোয় অনিবু য়েংলগা নোকখি। মতম অহুদা ফাওখিবা হায়কম খণ্ডদবগী ইকাইবা অহুগা ণ্ডসিগী অপিগা কয়াদা খেন্নরবনো? অহুগী তুংদা নোংমা থাজদনা উমাগী চিঠি অমা ফংখি। মতমহু উমেশকী B. E. তম্বগী অরোইবা পরীক্ষা পীবা মতমনি।

চিঠিগী মরোলদি—

"বাবানা ঐবু সুপা অমদা থাজগ্রে। নহাক থুনা থোরকউ। ঐগী উপায় অমা লৈত্রে।" তেম্না ইরকখিবা চিঠি অহুগী পাওথুম অমুক হয়া পীরুদ্রে। মমাগী থৌদাং অমনা উমেশ উপায় লৈখিদে। ছুটি থোরকপদা উমাগী মারী লোইনা তাখি।

মাখলনা উংলবা উমেশকী মায়দা মাজুনা তপ্না নাল্লহুনা হায়রকই—"কাকা, ঐগী ইমানে।"

উমেশ হৌজিক্তা মণ্ডফাওনরক্লে। মাজু থুনা উবাগী মমাক্তা চেন-শিনখিহুনা ফিজি পায়হুনা লেপ্লুরে। উমাস্সু হৌজিক্তা ণ্ডাব ণ্ডান্নক্লে। প্রযোদনা তোইনা পম্দুনা মারী শাই। অহুবু অমুক্তা খজিহুদে। মহাক ণ্ডইরমগনি হায়বা।

উমেশকী ফিজম অহু উবদা মপি ঈশ্বা হৌরমহুনা তায়রকই— "উমেশ, ঐবু ঙাকপীয়ু।"

"উমা নহাক মুংঙাইরিদনা।"

উমা থুমদনা লুকথখি। "ঈশ্বরনা নঙবু কমবীরবনি।"

"ঐদি ইশাগীতা মুংঙাইনবা থিবী মুপীনি।"

"কয়িগী অহুম্না হায়রিবনো? নহাকপু মতম চানা লাকুনা ঐনা নঙগী ননিং থুংহনবা ঙমখিদবনি। মশাগীতা খল্লিবদি ঐনি।"

উমা তপ্না খুম্নকই— "ঐমুক পংবী মুপী অসে মালেম অসিদা অনি শুরম্লোই।"

"অহুম্না হায়গদবা নত্তে। নঙমুক লাইথক ফবী মুপী কমা লৈরম-খিগনি।" ডাক্তরগী মফমদগী ফংলিবা মুংশিবা, থৌজানবীবা, অপেনবা থুদিংমক অসি ঐনদি পীবা ঙম্লোই। ঐ মসিমদি তশেংনা হায়বা ঙম্মী। নঙনা ঙসি মোমোন নোকুনা লৈরম্বসি উবদা ঐ তশেংনা মুংঙাইরা পোকই। ঐ য়াম্না মুংঙাই। শাওনিংবনা থুমহংখিহুনা অকাউবা-অমদগী নঙগী মুংঙাইববু মুনগে খন্না ঐ লাক্লরে।

"উমেশ, নঙনা ঐগী অচৌবা অম্রাংপা অমা পীনবীরে। নহাকী থৌজাল অসে ঐনা পুন্সিদা কাউরোই। মসিগী মহুৎতি ঐমা নঙোন্দা করিম্নু পীবা ঙমদ্রে।

"মবাইবক থিরবা ঐগী অঙাংশিং অসিবু নঙনা মীমুংশিগী থৌজাল পীহুনা নথাহুংদা চেংনা কোনবীরম্বসে মসিদগী চেম্না ঐগী অপেনবা লৈত্রে। উমা। রাজুবু মী অমা ওইনবা নঙনা শোয়দনা শেম্নকনি হায়বসে ঐগী থাজবনি। ঐগী ইফমদগী নহাক্না অপাম্বা অমথক লৈরম্বসে ঐ য়াম্না পেল্লি। নঙগা অমুক হন্না উন্নবা ফংলিবা অসিম্নু রাজুগী মপান্দগীনি।"

"উমেশ, রাজুবু নঙনা হন্নাওনা পীরকপা খুদোললি খন্না লুনা চান্না য়োকচগে। নহাক্না পাম্লিবা অহুমক য়োবা ঙম্নবা মহাকপু শেমগন্নি।

"করে। য়ায়া মুংঙাইরে। নত মুংঙাইনা লৈয়ুকো। এম্ব অমুক চৎশগে। য়াজু, কাকা চৎশগে। নত ইমানা হায়বা ইমুকো। য়াজুহ্ তভক তভক্লা উমেশতা য়েংলি। মঘাগী মনাক্তা লৈবনা হেন্না পোৎসবা য়াই, উমেশকী মতুং ইন্দুনা চৎনিংবগী ইঙ্গিৎ উৎলক্তে।

"উমানা থুনা হায়রকই— করিগী অমুক থুনা হনবীগদৌরিবনো? করিগুম্বা অমত্তা চাদনা হনবিখিবা য়ারোই। ঐ থুনা শেমজরকে। মহাকম্ব উরবীখো। নাইট ডিয়ুটি তাথি, হল্লক্নি।"

"ওসিদি হনশগে। নোংমা উররগে। ঐ লাক্লম্মী হায়বীয়ু। অতুগা তাঃ গা পুন্না আশ্রমদা অমুক্তা লাকউ।"

"লোয়দনা লাকচগে। য়েৌবীবা তারেনে।"

অরোইবা ওইনা য়াজু অমদি উমাদা য়েংলম্নগা খোঙ থাংদোকখ্রে। গাড়ী কাখৎপমক্তদা মমা মচাগী হরাওনা নোকপগী খোঞ্জেল তারকই। নোকপগী হন্নরকপদা উমা য়াহং অমথক হংহোদবগী মুংঙাইতবা কাও-রকই— "হৌজিক ফাওবা মহাক লুহোংখ্রিবা করিগীনো?" য়াহং অসিমদি কাউহোরে।

য়াইমহ্ মখোয়না চৎলিবহ্ প্রমোদকী ময়ুমদনি খঙলকপদগীদি হৈ-দিংনা লৈথহোবনি। হায়রবম্ব চাওরাকপা অমদি খঙই। মীয়ী ইমুং অহ্নদা উমেশনা তৌরুগদবহ্ অহলহ্ খঙই, থিংলুনবগী থৌনাদি লৈতে। অহ্না মতোমতা চোপ্রহ্ য়াওনিংদহ্না চংহনখিবনি। চুরুপ লৈগে হায়হ্না লৈহোবনি। অহুবু থোরকপদদি য়াইমহ্ ওকখ্রে। "থৌবদা থোক্লবা পৈশা তোনখিবা থৌরুবদ। পীরকপদা ওইবা মায়থোংগী মক্লা লাম্বহ্নি, উমেশকী মায়থোংদা ওইরিবহ্।

পাড়ী থৌনা থৌনা হংই — "য়াজু পুরকত্রবদি করি তৌরে।"

"অহুক মুংঙাইনা লৈজরিবা অতাহ্ করম্না মুম্বনা পুরকদৌরিবনো? খুড়া?"

য়াইমহু য়াদি ঙাংদনা, হৌজিক্তা অচুম্বা শানা ঙাংলিবা মুপা অহুম্বী মমায়দা মুম্না য়েংলকই।

"ঐদি চৎলবদি মুন্দুনা ওইরবস্থু ঙমবা পুরকহল্লিংবা।" মতৌ য়েংনিংহুনা য়াইমনা হায়রকই।

"খুড়া, মহু হেক য়াবা নত্তে।" জ্ঞান তানা খুম্মী। মতৌহুদা য়াইমহু নোক্লিংলক্রে। অহুবু থোঙ্গেল থোক্লদি নোকলুত্রে।

ঙরাং ঙাংনখিবা অহুগা ঙসি উমেশনা চৎখ্রিবা অসিগা করিস্থু হায়-রমত্রবস্থু চাওরাকপা মরম অমদি শান্তিস্থু থঙলে। করিগুম্বা ডাক্তর প্রমোদকী য়ুমদা চৎপা ওইরম্লবদি করি থোক্লমগদগে থন্দুনা সুংশা থিজৈ। রাজুবু মহাক্না ঙমহুনা পুরক্লবদি ডাঃ প্রমোদ অমদি উমাগী মমাংদা ওন্থোক্না ফজররোইদা। মংখায়না করি থনগনি? অস্থুম্না খল্লিউৈদা গাড়ী মখোল তারে। শান্তি হৈনিংদনা চৌক্রিদা ভেক ফমথে। উমেশকী খোঙথাংগী মখোল নত্তনা রাজু য়াওরকপগী শামিন্দি ফংদ্রে। থোং-নাওদা য়েংই, খুড়া য়াইমহু গাড়ী থম্কমদা গাড়ী থৌজিনগ্রে।

মীৎ উইশিন্দুনা ঈশ্বরবু নিংজরকই – "হে ঈশ্বর!" শান্তিনা মীৎ পাংথোরকপগা য়াইমনা থোক্লকপগা মপা চান্নহুনা থোংনাওদগী খঙনবী ইঙ্গিৎনা হংই। য়াইমস্থু মখোল থোক্তুনা ইঙ্গিৎনা খুৎ হাইহুনা পাওখুম পীরকই। হৌজিক্তি তশেংনা রাজু য়াওরকত্রে হায়বা খঙলে।

উমেশ ম্যাগী কাদা চংগ্রে। হংলুগদবস্থু ঙরাংদগী রা ঙাংনত্রি। শান্তিস্থু করিগুম্বা থরদি হায়রকপা য়াই থন্দুনা থরক তৌশিন্নহুনা ঙাইরি। উমেশ লোংনা হিপ্লহুনা মোমোন তৌনা সুংঙাইবগী শর অমা হোন্দোকই। অহুগা হায়রকই— "শান্তি, ডাঃ প্রমোদকী মুপীহু হান্না মশক খঙনত্রা?"

"উম খঙই।" শম্মা খুম্মী।

"য়োমীতাগস্থু — — ?"

"মাগস্থু খঙবৈ। অহুগা ডাঃ প্রমোদকী মুপীনি হায়রবদি খঙলুদে।"

"কদায়দা খঙনকৃরিবা?"

উমাগী পাবুংগী ফার্ম অহু য়োমীতাগী মবোকহোয়গী মনাক্তনি। নোংমা মখোয়গী মবোকখোয়দা চংলুবদা থেংনখিবনি। মতমহু উমাসু লুহোংবা কুইত্রিমানে। ফার্মহু য়েংবা চংলুবদা শক খঙনয়কপনি।

"মাস্মুং চংলুত্রা ?"

"উম চংলুই।" হয়াও হয়াও থুমকই।

পাওথুম অহুদা হেন্না ওক্র্রে। অহুবু মহাক্না খল্লবা অহুগা ওন্না থোক্লকপা অহুদা খয়া হয়াওজয়ে। মখা তানা হংই—"য়াজুহুবু করম্না লৈহৌবগে ?"

"য়াম্না ফুংঙাইনা লৈহৌই। মমাগী মীনুংশিপা লোয়নন্না মমাগী তম্পাক্তা নোক-খেহুনা শাময়হৌই। ঐ য়াম্না পেল্লে, শান্তি। ওসি অমুক ফুংঙাইবা হুম্বিং অমা ঐগী পুন্সিদা লাকখিত্রি।"

শান্তি মমীৎ-মনা লাওথোক্তুনা উম্মেশতা য়েংলকই। অহুবু ওসি মহাকী মবুংনা থম্মোয় পেঙ্গনা হয়াওরিবা অসিগী মরমদি শান্তিগী রাথলনা লাম্বা ফংবগী রাংমদনি। অমবু ওইয়ে, অমবু ওইয়ে য়াজু পুরক্তবা অসিমদি শান্তিগী খ্বাইদগী ফুংঙাইবনি।



## কুহ্রাঙবা

থবক অমা চংলুবদগী মহৌশাগী য়ুম অহুদা ঙাইহাক্তং চংনিংতুনা চংলকপনি। ফনা থাদোকে খল্লবসু অহল লমনগী নিংশিং থুদম ওইরবা শিরবা য়ুম অহু হেক্তা ফুংশিবা কাওরকই। পুক্রিংদদি থল্লি উম্মেশলদা ময়ুম মকৈ পাল্লগা য়ুম অসিদা লৈহনগে হায়না।

"নর্শিং হোম" অমা শাবগী পান্দমদা রমানন্দনা হন্না হন্না য়ুম অসি লোয়রো হায়রবনি। অহুবু শেলগী মতেংদি মহাকসু ওক্লিবমথৈ পাংলকই। অহুগা য়ুম অসিবুদি শোকউ হায়বা য়াক্লে।

য়ুম ইথোল শংবগী ওইনা অহল অম। লৈরিবহু নত্তনা য়ুম অচুদা কনাস্থ লৈব্রে। লৈমা ভাইহাক কোয়চৎ চৎতুনা ইথোলগী অকোয়বহু য়েংলম্লগা য়োমীতাগী মনাক্তা লাক্লে।

ধনচন্দ্র মমাংদা অথাবা লাইব্রিক খরা চাইখায়রবহুনা অথাবা আনোকী মিংশেলছদগী করিগুম্বা অমা মুন্না থিরি।

"ইনাওদি থবক্তগী পোথায়বা ফাওবা কেশসিদি থাদোকপা য়াব-পোৎ নত্তেনে।" লৈমনা লেপ্তুনা মাঙোল কাখৎ কাখৎনা হায়রকই।

থাজদবা খোঙ্গেল অচুদা ওক থাঙংতুনা য়েংলকই। লৈমা ওই-রম্বছদা হরাও তরাম-তরাম কৌশিল্লি। "ইতৈমশি, লেওশিনবীয়ু। ওসিদি থাজদনা ... ... হায়, য়োমীতা নমাশি লাক্লিনে।"

মহৌশাদগী কেবদা পকচবী লৈমনা ফিজিছ খোমজিন তাশিল্লছনা ক্মথরকই, "ওসিদি য়ুমনে খওনিং হেক নিংশিংলকই। নখোয় ময়ামগস্থ উয়খিদবা কুইরে। থবক চিনবনিনা ইনাওস্থ তোয়না আশ্রমদা লেও-লক্কেদো।"

"হোয় ইতৈমশি। হন্দকসি খরা চৎথোক চৎশিন তৌরিএ। হৌজিকস্থ চৎকদবা ময়াম অমা য়ৈথছনা লৈরিবনি। য়োমীতাগী মশা ইওম ওমদবা অসিদা ঐস্থ খোঙ হেক থাংদোকপা ওমত্রবনিনে।"

লৈমনা ফিংলপ তৌনা হায়রকই— "অচুগা নখোয়দি তুমিন্না পাওস্থ অমত্তা হায়ননা লৈথোক্লিবা করিগীনো?" ঐনা হন্দক মরকসে মঙদা তোয়না উই হায়না খল্লিনে। করি ওইনা ওমজিবনোনে? লৈমগী মুংশিবা য়াহংনি।

"কম্না হেক ওমদবদি নত্তে, চৎ-না হায়বহু তারে। মাগী প্রেসকী থবকসি খরা লেপখো হায়রবস্থ য়ুমদা তৌফম খওদে হায়রছনা হেক্তা চৎখি।

"য়ুম অসিদগি হতোমতা। কদায়দগী মথায় থুংঙাইরদিগে। রমানন্দগী পাও অচুনা করি হাশরে? কুইরেনে তাথিদবা। ধনচন্দ্রনা আনোক

অহু থয়গা হায়রকই—করেদি হায়। থোরক্লগনি হায়মানে। ময়াখদি ওসি মরিনি মঙানিগী ময়াংদা থুংলরে। রমানন্দহু লম থরা য়েংহৌখিগে হায়দুনা লৈহৌরিমানে। মথোয় অনিগী থৌরম অসিমতং লোয়শিন-ববদি ঐ শাস্তি ফংলনি, ইতৈমশি।”

“হোয়নে।”

রমানন্দগী মমাসু ভাইহাক্তী মমাংদা হনখিবতা ভাইরি। মহাক্সু নোংমগী রোমীতাবু য়েংশিনবীবা লেপ্লা লৈতে। ইতৈমশিংখোয় ময়াম্না সুংশিবিরিবসে ঐগীদি লাইবক ফরিবনি।

রোমীতা থোরকুনা লৈমগী থক-চানবা পুথোরকই। অদুবু মহাক্তী মায়থোংদা অমুক্তং য়েংলুবদদি লৈমগী থম্মোয়দা মুংঙাইতবগী চৈথেং অমনা থম্মোয় শিন থুংনা চেনশিল্লকখি। তশেংনমক মহাক্তী মায়থোং অদো হোংলম্লে। ভাইহাক্তী মমাংদা মপানা চৎ-না নায় হায়বহুগী ওন-তৈননা উররে। তাইফেং তাইরবা মায়থোংদো মমায় মমীৎ ভাংনা ইপোম পোমলি। রাখল লৌশিং লৈবী লৈমনি। রোমীতাগী থম্মোয়বু হায়ফেং নৈনদুনা য়েংই। তশেংনা রোমীতাহু হিংবা তল্লবা মীশক্কি। করিগী অস্তুম্না অমুক থম্মোয় শোক্লা মহাক্লা খল্লিবনো খনখি।

“লৈমনা মুংঙাইতনা হংলকই—“করি তৌরে? রোমীতা নঙদি?” লৈমগী রাহংদু মঙোন্দদি পুক্লিং মুংশিনা থোকখি। অমুক কুইবা মতম অসি অস্তুম্না কনাগী মচিন্দগী তারকখিদ্রি।

নমা নচা রারী শামহৌখো হায়দুনা ধনচন্দ্র হৌগৎঞ্জে।

লৈমনা মখা তানা হংলকই—“নঙনা নখায় অমুক মুংঙাইতনা লৈরম্লিবসি করিগীনো?”

রোমীতাহু লুকথরদুনা তপ্না খুম্মী—“ইমাশি, ঐ হিংনিংদ্রে মীওইবা অমা ওইনা হিংবগী মুংঙাইবা হায়বহু ঐগী ইকমদদি থুংবীরমদ্রবানে। ইমাগী মতুং ইন্দুনা ঐসু চৎচরম্ববদি ভসিগী পুন্সি অসে মশক খঙলম-লোইদবনিকো।”

লৈমনা থোজানবীবা থম্মোয়গা লোয়ননা রোমীতাবু মথাদা চেৎনা কোয়রহুনা— "হায়হৈদে, হায়হৈদে।" ঐখোয় অমুক য়াম্না জৈরিবা অসিদি। সমাজ অসিগী মুপীশিংগী লুচিংবী অমা ওইহুনা ময়ামগী থৱায় হাপ্লিবী নঙনা অহুম্না হায়বা হৌনদে। লৈমগী মথাদা মমায় লোৎতুনা থম্মোয় পেম্না কপচরকই। খোজেল অতুদা হায়কম থঙদনা থম্মোয় শোকপগী খোঙ্গোক অমদি লোয়নরি।

লৈমনা রোমীতাবু থেমজিল্লি, অহুগা হায়রকই—"ঐগা আশ্রমদা চৎলি।" নঙ নতোমতা মফমসিদা লৈরবদি য়াররোই।

রোমীতাগী অয়া-য়াদ লৌজিনৈদা তোম্বা কোয়হুনা হায়রকই—"নফেগী শেৎন-চানবা ফিরোল থরা হাপচিল্লু।" তোম্বহু হোয় মায় হায়দনা চৎখ্রে। লৈমনা পীথরকপা য়াথংদা ইমুং অসিগী মীনাইদি লাইরদনা ধনচন্দ্র কাওবনা ইন্দবা ওমথ্রিবনি।

ধনচন্দ্র থোরকপদা হায়রকই - রোমীতাসে ঐগা মতম থরা লৈমিন-নরুগে। মসিদা মতোমতা লৈরবদি অনাবা লোয়গ্রগনি। কাগী কাগীদগী নাশিনখিহুনা তোরুনি। রাখল হায়বা অসিমু য়াম্না লুবনি।

লৈমগী রাকম অহুদা য়াদে হায়বমু হায়বা ওমত্রে। অহুবু অমুন্না হায়রকই— অহুদা মহাক্লা আদা লৈপ্রবদি সোমদা থরা কায়রকত্রা হায়না থনবগী রানি। ওসাই লাক্লম্বা অহুদা মমানমু লুহোংবগী রাকমহু থরা থুজিনবা হায়রম্লিবনি।

লৈমনা থৌনা কনা হায়রকই - মখোয়গী থবক্তা লোইশিল্লু হায়যু ঐখোয়গীদি করিমু পুথনিংঙাই লৈতে। ঐগী ইনাক্তা লৈরগা হোংলবমু য়াই।

লৈমগী রাকমহু ইয়া য়ানিংদনা— অহুদা ... ইতৈমশি, মমানা কয়া হোংনবমলিনা মুম অসিদগী ওইনা ... ...।

"নঙনা অপাম্বহু অহুম তৌদা। মতম অমা লেপত্রিতৈসিদি ঐগী ইনাক্তা লৈজসমু।"

ধনচন্দ্রহু অপায় পামদা কোংদোকখুত্রে। লৈমনা মচাহুনীগী মমক খঙবহু মহাকসু খঙই। হোয়, ইতৈমশি মশানা কৈ থম্লবদি ঐগীদি কৰিসু হায়জেদা। মহাক্না অপাযহু ত্তো হায়রিবনি। ঐঙোন্দদি তপ মাথৈ।

ঙাংলিবহু মুম্না তারগা মপানা মহাকপু কয়া চৎহনবিংত্রিবহু খঙই। তপ্না খুম্মী— ইমাশি ঐ সিদা সুম লৈগেদা। প্রেসকী থবকসু খরা চৎশিন্না আদা লৈবহু খুদোং চাগদবা মাঙ্গে।

"নশক নশা অহু য়াত্রেনে। নঙগী প্রেস অহুনা লুবা নত্তে। ঐগা চৎসি। আদদি শান্তিসু লৈবনিনা নহাকী রারী রাতাই শাফমহু লৈদনা।"

য়োমীতা লোন্না মপাবুংগী ইঙ্গিৎ য়েংই। ধনচন্দ্রসু ফরে খন্দুনা য়াবগী ইঙ্গিৎ পীথ্রে। য়োমীতানা পোৎ-চৈ লোইশিল্লিঙৈদা মখোয় অনিসু রারী রাতাই শ্যাহুনা তাথোক তাশিন তৌনৈ।

য়োমীতাগী থৱায়দি আশ্রমনি। অহুবু মহাক মফম অহুদা লৈর-য়োই হায়না খনগ্রবনি। মফম অহুদা লৈরগা মহাকী থম্মোয়না লৈভাকম খঙলোই হায়বসি মহাক থাজে। অহুগা চৎসি হায়রগসু তশেংনা চৎলোই হায়বসু ঙমদে। করিনো মশক খঙদবা মরি অমথক্না মহাকপু আশ্রম তম্না কম্না হেক হেক চিংবগুম তৌই।



## কুহু মাথোইগুবা

য়োমীতানা আশ্রমদা অমুক লাকপহু উমেশতদি ঙক্না থোকই। অসুম্না মহাক্না অমুক হম্না লাকখিগনি হায়বসিদি মাগী থাজবগী মাংবদনি। লোংমা মহাক য়োমীতাগী মফমদা খম্না লানখ্রে। মহুদগী থুনা য়োমীতা য়ুমদা হনখি। থামনিংলবসু মহাক্না থামখিদে। হুনীদা থোইনা

খেয়-নৌরুবগী অপাম্বা মহাক্কী লৈতে। উমেশকী রাখলদি ; ঐনা নওবু মুংশি। মসিগী নওনা খনকম থোকপা উংকম থোকপা মওং অহু উংলু অসিনি। অহুবু ওইবা য়ারয়োইদবা মীগী মরলবু কয়া মীহৌরুবা পাম-লুবগী মওং অমদি হেক হেক কাওরক্তবা নত্তে। অহুগা অসিনি হায়জনস্থ খম্নোয়দগী মীকুপ অমা কাওবা লাপথোকউ হায়বদি য়াথিত্রে। মসিনি মহাক্কী থ্বাইদগী অয়াবা।

য়োমীতাগা মখোয় অনি থোইনা কৌন-ডাংনরুবা তৌ:ত্রে। শান্তিগা লোয়নবা অসিদা য়োমীতাগী মুংডাইতবা রাখল তত্থায় অমদি হন্থত্রে। উমেশকী কা হেয়া থোইচংনবা মওং অসি উরগদি পুক্কিং লৈতাকম খওদবা হেনগংলি। মহৌশাগা মান্নদবা য়োমীতাগী মওং মতৌ অসি শান্তিনা মীকুপ নাহুম শিংনা শেয়ে। মহাক্কী খম্নোয়মুংগী মুংডাইত্রিবত্থু করিনো খওনবা হোৎনৈ। অহুবু থিবদা রানা থোক্রে।

থবক লোয়রগা মখোয় অনি র'য়ী শানরি, থোংনাও অহুম্থ লাওনা হাংলি। নিংথম থাগী হুমজিল্লক্লিবা মুংশিং অহুদা শান্তিদি ফি অথাবা ইন্দুমা ডাকথোক্লবা হোৎনরি। য়োমীতাদি ঈংলিবত্থ খওইদবগুম উই। য়োমীতা মাগী ডাইরী পুথোক্তুনা করিগুম্বা খরা ইরি। শান্তিনা শারিবা য়ারী:হু তুমিয়া তাবা নত্তনা পাওখুম্ পীরক্তে। হংলুবা য়াহং খুদিংগী "উয়" হায়বা অসিদগী অনি মুদে। খুমলোইদবা মতাংদা অম্নুয়া খুম-লকপগী শান্তিনা হৌনা অমুক অমুক নোক্লকপদা মশাগী অশোয়বত্থ খওজরকই। রমানন্দগী মতাং য়োরকপদা য়োমীতাগী শকফম খংহোং হোংখিবগুম তৌই। মথায় চংনা ইরম্বত্থ তপথরকখি। কলম খমহুনা থোংনাওয়োয়দা য়েংথোক্লবদা অঙৈবা মুংশিংনা মায়দা খওয়ৈ য়েরকপদা রাহৈ অমথক নিংশিংলকই। খল্লি—"করি মরমদগী মহাক্কা অম্নুমনা ঐত্তোন্দা হায়রক্লিবনো?" খল্লুবদা ময়া থোকই।

শান্তিনা ডাইরক্লিবা ওয়াস্থ অসিনি। হায়রকই—য়োমীতা নও ঐত্তোন্দা রা খরদি লোৎলে। ঐ খওহন্নিংদবা নঙী করম্বা রাকম লৈয়রবগে।

"নঙান্দা ঐদি করিস্থ লোংখিদে, শান্তি। মতাং চাদবদগী হায়খিদুবা, য়াওয়মবদি য়াই," রোমীতান। তম্বা খুমী।

"নঙগী মওং মতৌসে মহৌশাদগী য়ায়া হোংবা উবে। ইমাশিনস্থ ঐঙোন্দা তম্মী। করি মুংঙাইতবা লৈবগে হংঙু হায়।"

"ঐগীদমক্তা ইমাশিনা অস্থুক মুংশিবীরিবা অহুগা নঙনস্থ অস্থুক য়ায়া তেংবাংবিরিবা অসিদা ঐগী করি অরাংপা, মুংঙাইতবা লৈখিনি।"

"রাহৈদো নোক্লগা হায়বা ওইরম্বদি ঐস্থ মখা তানা হংজরমলোই, ঙসিদি নঙনা লোংকে খল্লবস্থ য়ায়োই। নোং ঙানত্রিফাওবা পাওখুম ঙাইগদৌরিবনি।"

মহাক্না শান্তিদা থোইনা অয়োন অথুপ্তি থমগে হায়না খনখিবা লৈত্তে। রাফম অসে মতোমতা খম্বরগা ইকাইবা পোক্তুনা হায়দোক্কবনি। শান্তিনা কয়া তকশিল্লক্লবদি মহাক্না হায়দোক্কবস্থ ঙমোই। রোমীতাহ মমায় লুকথরপ তৌনা হায়রকই – "শান্তি মী অয়াম্বনা মশানা লাইবক শেমজহনা অফবা লম্বী য়েংহনা চংনৈ। অহুগা ঐদি লাইবক্না তয়কপহ ঙাই ঙাইহনা চংপনি। মসিনা ঐবু য়ায়া রাহল্লি। শান্তি। ঐগী থৌনা লৌশিং উৎথোকপা ঙমদে।"

"করিনো নঙনা হায়রিব হুবো?" শান্তিনা ওক্লা হংলকই।

"থেংনরবদি থাজত্রবা থৌদোক অহু অশেংবনি।" কনাবু থাজ-গদৌরিবা? কনাবুনা লায়া উগদৌরিবনো? মসিমদি খনবদা লুকা রাকল্লি। ঐনা খ্বাইদগী থাজনা, ইকাই খুম্মহনা খল্লিবা মহাক অহুনা ঐবু থাজদনা লাপথোকহনবীরে। মসিবু কনাদা তাইনকপগে? হায়দু রোমীতাগী মায়থোং অহু কপ্লিংবগী ইজিংকা লোয়ননা মীং উইশিনখি।

শান্তি ওক্লা রোমীতাদা মুয়া য়েংই। অস্থম্না হায়দোকখি—"তামোনা? তামো রমানন্দনা?"

রোমীতাহ পাওখুম পীরকল্লিদে। লুকথরগা লৈত্রে। শান্তি ওক-পগা লোয়ননা অমুকস্থ হায়রকই— তামো ··· ··· ইমাশিনা হায়বদি

ইকুই কুইক্রিঙৈদসু তামোগী ইমানা লুহোংবসি খরা থুজিল্লবা হায়রম্মী হায়না। অহুগা … … ।

"শান্তি, ঐসু মগুণ্ডমা থোকই। ইমাগী অপাম্বল্লি থল্লগা ঐনা পুম্নমক কথোকখিবনি। অহুগা বাহৈ অদু করিদগী মহাক্কী থম্মোয়দগী থোক্লকখিবনো? ঐ হৌজিকসু থাজবা ঙমদ্রি শান্তি।"

"করি হায়না হায়রক্লিবনো? অমুক্কা তাগেদনা।"

রোমীতা বা ঙাংদনা রমানন্দনা ইরকপা চিঠিদু শান্তিদা লৌথোক্লুনা পী। শান্তি ঙক্লা চিঠিদু হাংহনা পায়—

রোমী,

ঐহাক নাবা ফরে। য়াম্মা লুগন্ত্রা থল্লম্বা অনাবদু করিসু লৈতবা ইচম চম্বা লায়না ওইরম্লে। মফম অসি য়োরকপদগী ঐগী রাখল পুক্লিং হোংঙ্খ্রে। নহাকসু থাজরমদবা য়াই ঐহাক ইশা ফাওবা থাজবা ঙমদ্রি। রোমী, পুন্সিদা অহোংবা লাকপসিদা থোইনা ঙক্লিংঙাইবুদি ওইদেদা। মসিদি হৌমশানি। অহুবু ঈশ্বরদা মসিমতংদি হংনিংই—"মীওইবা ওইনা পোক্লগা করিগীদমক্তা শুঙমদবা দণ্ডি অসি পীবিরিবনো? ঈশ্বরগী দণ্ডি হায়বসে পাপ তৌবা মীসু তৌদবা মীসু লোয়না ফংগদব্রা? অদু ওইরবদি সংসার অসিদা অফবা মী ফত্তবা মী হায়বসিগী থেঙ্খবসিবু করিনো?

ঐগী থঙহৌদবা অরানবা খোঙথাং অমদা নঙবু ঐগী ওইনা থগ্লখি। মীয়ামগী মমাংদা নঙবুসু ঐনা ফজদবা হায়বদু ওইহনখ্রমানে। মসিগীদমক নঙনা ঐঙোন্দা পীরকপা শাপ নত্রগা দণ্ডি ঐ হয়াওনা লৌগে। হৌজিক্তি নঙনা ঐঙোন্দগী লাপ্পা হন্দোকখিবদু ঐ পাম্মী।

অহুগা রাকম অমদি— ইমাদা ঐনা লুহোংবা অসি পামজ্রে হায়বা অসিমতংদি ঐনা থোরক্তি ফাওবদি থঙহন্নিংদে। পুম্নমক অসিগী দায়তা ঐগী ইথক্তা হৈথরক্লগনি। নঙনা ঐবু থাদোকপীরম্লবদি পুম্নমক অসিদগী থরা থৈদি ইশাবু কনবা ঙমগনি খল্লি। নহাকপু ঐনা য়াম্না থাজখি। নঙনা ঐবু মুংশিবীবা মুংশিবীদবা মতুংগী থোইনা ঐনা খল ঙম্বুবা লৈখিদে।

নওগী তৌথোরকপা লিচৎ-শাজৎ থুদিংবক ঐনা পেনখি। পুন্নমক হৌ-জিক্কি থাদোক্লে। অহুবু নওবু থাজখিবা অসিমদি থাদোকপা ওমগনি থাজগ্রে। মসিগু অওনবা মতম মানা তপ্পা তপ্পা মাওহনপ্রসন্নু।

— রমানন্দ

দিল্লি।

চিঠি অহু পাবা লোইরগা শান্তিহু রা পাক ওাংলক্তে। থোক-লকনি থাজদবা থৌদোক অমা মাংদা শংশংনা থোরক্লে। অহুবু করিগী-দমক্তা রমানন্দনা অসুম্না ইরক্লিবনো? নাবা ফরগা মহাক্না হৌজিক কাওবা থোরক্লিব্রা অসিনা করিগীনো? অহুগা রাকমসি মমাদা খও-হল্লিংগ্রিবনা করিগী? রাহং কয়া থোরকই অহুবু পাওথুম পীবিনবা কনাগু লৈতে। রোমীতাসু রাহং অসিমক্লি হংলিবা।

ওাল্লিবা থাজহুসু থোংনাওহুগী মথক লানথ্রে। মওাল অহুতা ওাই-হৌরে। অহিং অহুগী অচিকপহু হেন্না ময়েক শেংলকই। শান্তিনা কুইনা খল্লবা মতুংদা হংলকই। "হৌজিক নহাক করি খল্লিবগে?"

হায়গুম মমায় লুকথরতুনা খুশী— "রাফম অসিগী মতাংদা ঐওোন্দগী পাওথুম লৈতে।"

"অহুদি নও তুমিন্না অসুম লৈশিল্লগে হায়রিব্রা?"

"মহুসু ঐ হায়বা ওমদে। মহাক থোরক্লবদি গুপ্নগী রাহং অম-থক্কংদি হংগে খল্লি।"

"করিগুম্বা নহাকী পাওথুমহু তাম্নোনা পীরক্লব্রদি — —।"

"অহু ওইববদি ঐনা মহাকপু থাজক্লবগী ইকাইবা নওবা তারেদনা। মহাক শোয়দনা পীরকনি।"

শান্তিহু রা মথা তারকখিজে। ইল্লিবা ফিহু খরা হেন্না তাশিল্লতুনা তুমিন্না লৈরে।

*

# কুহ্‌ৰানিথোইশুবা

অয়ুক্তদি চা থকপগী হেক হেক পুল্লি। আশ্রমগী ওইবা খন্নিংবা তান্নিংবা লৈরবসু চা থকপগী কম্প্রিনবা মতম অসিদা খুদোংচাবহু ফংই। টেবল অমগুদা কোয়না ফম্মিন্নরবসু রোমীতাগা উমেশকা বারী অমুক্তা শান্নত্রি। মখোয় অনিগী ইঙ্গিৎ অসি লৈমনা থাজরুদবনন্না লান্না উখিবা য়াওত্রি। উমেশকী অপাম্বা অসি মমানা খজিক্কং ওইরবসু খঙলম্নবদি অচোবা অহোংবা অমা লাক্লম্লসু য়াই।

রোমীতা হন্দক্তি মখায় ইঙ্গুং মুংঙাইতে হায়বসি খঙই অতুনা বা ইঙাং ঙাংত্রিবনি খল্লি। উমেশতি মহোশাগী মহৌশানি।

ঙাইহাক ফম্বদা করিগুম্বা অমা পারগা ফম্বসি মাগী হৈনবীনি। মসিনা ময়ামগী বারী শান্নবদা য়াওশিল্লুদনবনী অচোবা উপায় অমনি। মমাংদা লাইরিক অমা হাংলতুনা উমেশ চাহু মহাও লৈনা চিংই।

লৈমনা হায়রকই—"রাজেনহু থবক চিনগ্নমানে। হন্দক্তি ইব্লাক লাকখিত্রেনে।"

মমায় হঙ্গত্তনা থুম্মী — "করি থবক লৈবগে? পাও চেনখিবা য়ানি।"

য়াম্না লৈরে। মহাক য়াওত্রবদি থবকসে ওইথোক্লরোই হায়বা ঐ খঙই।"

"করি থবক্কো?" জ্ঞান তাবা শাহুনা হায়বা ইনবগী মতৌগুম্না হংই।"

"নঙোন্দা হায়বদা য়াত্রহুনা রাজেন ঙাইরিবনিনে।" রোমীতাদা ওনশিন্দুনা হায়রকই—"নখোয় য়াম্নুংসে নঙনা খরা অমুক্তা ভাব তাহল্লু। মচা অমগী খোদাং হায়বহু খঙত্রিব্রা? খঙশিন্নত্রিব্রা অমা তৌরিএ।"

রোমীতা পাওথুম পীদনা মোমোন নোকই। লৈমনা মখা তানা ঙাংথরকই— "মীগী মুপীমচাহু য়েংলুরে। হোয় মায় হায়ত্রবদি করি থনখিনি। ঐদি ফনা ফত্রা হায়না খল্লিনে।"

"কনানো ইমাশি।" য়োমীতাগী ঈংনা হংবা রাহংনি। খোঞ্জেল অহুগা লোয়নরিবা রাহৈন্থু উমেশকী নাকোংদা হুৎতুনা চংখি। অহুবু য়েংলিবা লাইরিক অহুদা পুক্লিং চংলি।

"হেরা। এমঃ এলঃ এঃ বীরবাবুগী মচানুপী অহলহ্নে। মমাবোক অহুনা পীগে য়েংলুরাও হায়না হায়া হারম্মীবনে। ঐদি নঙগা শান্তিগম্মু শক খঙনবা ওইনা অমুক্তং য়েংলু-চৎলু হায়রিবনিনে।"

"অহুদি য়ায়া কৈনে, ইমাশি।" তপ্পা মোং হাদনা খুমলকপা পাওখুম অহুনা উমেশকী থম্মোয়দা মৈ হৌহন্নবা ওইনা থোকখ্রে। মা ঙাংলক্ত্রবম্মু শাওবগী ইঙ্গিৎ অমা মায়থোংদা তায়।

"অহুনিনে। মসিগী মীশিনা মা ঙাংনবা য়াদবসিদা ... ... অকবা হায়বসিবু পংনা হেক থোকপ্রা?"

শান্তি মা ঙাংদনা অহুমহুগী মাহু মুমা তারি। লৈমগী অপাম্বা অহুদা য়োমীতাগী মুংঙাইতরবদি লৈ অহুবু মগাকী অচেৎপা ফিরেপ অমথক্র। মুংঙাইতবন্থু খাংবা তাখি।

উমেশনা শাওনিংবন্থু ক্যাথরহুনা— "ইমানা কৈ হায়রিবা অহুবু মপা এমঃ এসঃ এঃ নি অসিরা? মথংগী টার্মদা ভোট কাত্রবদি মহাকম্মু ঐখোয়গা চপ মাগ্নে।"

"অহুগী নত্তেনে। মপানা মন্ত্রি ওইরগা ঐনা লৌরুবা য়াত্রাও। মুপীমচা অহুগী গুণহুগী রানিনে। মরলগী ওইরবদি ঐখোয়গী লৈবাক অসিদবু মুপী মাৎকত্রে।"

উমেশ চিংলেম্না খুমকই— "ইমানা অহুক য়াম্না কৈ খল্লিরা মুপী অহু ঐঙোন্দা লুহোংহুনা মপুন্সি অহু মাঙহনবা পাম্মুই। শোয়নাইরবা মী হায়বসিদি মীগী মতেং লৌহুনা শোম্বনা হিংনৈ। অহুবু ঐদি মীগী মতেং লৌহুনা তোম্বনা মীগুম হিংলোই। খোঙ ভেকপা, শোয়নাইরবা মীদা কনানা মীমুংশি থম্কম থোকপগে।

রাহৈ অসি হায়রগা অহানবা ওইবা রোমীতাদা হায়রগ য়েংলগা চাহু চিংগ্রে। মহাকী রাহৈ অহুগা মীৎয়েং অহুগনা রোমীতাবু ইকাইবা পীররে।

লৈবা হৌদোক্লক্লা রাদা মায়থিরহুবা শাওনিংনা হৌগৎগ্রে। অহুগা হায়রম্মী— "নঙন্না ঙাংবা ঙাক্তনা চুবা য়াবা নত্তেদা।" কয়হৌরিবা অহুম অহু রা ঙাংনদে। পাওথুম পীরুবা য়াদবা উমেশকী রাহৈ অহুনা রোমীতাগী থম্মোয়বু হুন্না হন্না ওৎলরে। থক্লিবা চাহুগী মহাও কাওখিগ্রে।

ঙাংনিংবা মওংদা মীগী থম্মোয় না-নবা রাহৈ থরা হাঁয়রিবহু মঙোম্মদি তশেংনা পেঞ্জবা য়াল্লি। রাহৈ অহুনা মীঙোম্মা কয়া য়ান্না মুঙাইরম্লোই হায়বদি মহাক থম্লুদে। করিসু থৌশাদবগী মতৌগুম লাইরিক্তু চেনা হাইদোক্তুনা পুক্লিং চংনা য়েংলি।

মায়থিবগী মওংদা রোমীতা লুকথহুনা ফল্লি। অহুগা উমেশতি মায়থোং মকা লান্না ফল্লি। অনিমকী মওংহু শাস্তিনা য়েংলি। রা ঙাংনক্রবসু উমেশকী মরৌ লৈবা মীৎয়েং অমথক্তি নারোম্মা উহৌই।

"ঐদি নোক্লিংলিবনিমে ··· — ম'রি লৈনদনা উমেশনা ঙাংলকই। লাইরিক অসিদসু মুপী হায়বসিদা হেন্না ইম্পোরটেন্ট পীল্লি। ঐদি মসি য়ানিংদে— "ঐদি মুপী হায়বসে 'হু' নি হায়গনি। মখোয়না মাঙহন্দববু করি লৈরিবগে? মসে ইতিহাসন শাক্লিনি।"

রোমীতাহু খুমদনা তুমিন্না লৈবা ঙমকত্রে। পাওথুম ওইনা তপ্পন্না খুম্মী— "মুপী কয়ানা থৌনা কনা চোংথোক্তুনা মশাগী লৈবাক কনখিবা ঙমত্রগনা মৈয়ুংদা চোংশিন্দুনা শিজবা। মুপীগী থৌনা, মসিসু ইতিহাসনা শাক্লিনি।"

"অকবা অম্মা অনিগী মীং লৌহুনা নখোয়না চাওথোকচবনি। মৈতৈ মুপীনি হায়হুনা লিম্বোই ওন্নী লোইনমক ওইবা নত্তে।" মখোয়না কনবা শেম্মদগীদি মাঙহনবনা শরুক চান্না হেল্লি। মখোয়না ঙমদবা লৈতে।

"মশাগী অশোনবন্থ মুপীদা তাইশিন্দুনা মরাল পীবনি। তশেংন-মক্তীদি মুপা হায়বসে মাল শোন্থবা জীবনি, অদুনা করিগুম্বা কান্দবা মুপীশিংনা মখোয়বু লাইনা লৈতুনা পুবা ওয়িবনি।"

উমেশ শাওনা ফুক হৌগৎতুবা হায়রকই— নখোয়না হায়বা য়াগ-দোবা অশোনবা মী থিতুনা নখোয়গী খুদোংচাবা লৌবনি। অদুবু মুপা খুদিংমক নখোয়গী অপাম্বগী মথাদা থম্বা য়ারোই। অদুনা উমেশতি মুপীনা শেম্বা আইন, মুপীনা ভোবা থবক থোরংদা ইন্দুনা চৎলোই। অসি হায়রগা মখোল হোনা চৌক্রিদু ইথোক্লদুনা থোকখ্রে।

য়োমীতা শাস্তি মুন্না য়েংহৌরগা কমহৌই



## কুহু নিথোইশুবা

রমানন্দগী মুমদা মমান্ন থোরাং পুম্বা লোইশিল্লি। অমুকস্তু ময়াম্বদা ওাংবোই চৈবোই তৌনা হায়— "মানা লৈহৌথিগে হায়রগা নওনা হেক মাবা অদুস্থ চুমদবনি। লুহোংনি হায়দুনা মুমিৎস্থ লেপশিল্লুরে। থোরকপ্রা য়েংই থোরক্লে। মীগী মচামুপী অদুদি কয়াদা রাই চিলহল্লবনো? অদুগীস্থ মথক্তা ফজদবা অমস্থ ওইদ্রিবনি। অমুক্তা কৌথোকউনে, নওবু মমাদা অমুক্তস্থ হুঙনা খুমদবা বীমোলদু হন্দক্তি অস্থয়া হায়রকই— "রমানন্দস্থ অওাং নত্তেদা, ইমা। অক-ফক্ত থওবা ওয়িবদি। ইমানা থরায় কা হেন্না য়াওশিনবস্থ অচুম্বা ওইরোই থল্লি। মশা থোরক্লগা অরেম্বা অমা হায়জনি।"

মচাগী রাহৈদ মমাদু ওকপ্রে। মতম থরা লায়েংবনি হায়দুনা চৎপ্রগা পুম্নমক ইহোং হোংনা উবসিদা করিনো হায়নদি থল্লি। অদুবু হায়রকই— মসিবু ওসি ওরাংতা লেপ্পবয়ো? মশাগী অয়াবগী মতুংইন্না ঐনা থবক অসি শিনবনি।

বীমোলচু মমাগী মমাংদা লেপ্ত্রে কুইনা য়ারী শান্নবচু পায়ত্রে। মশা লৈথোকখিনবা অস্কুম্না হায়রকই— "মহাকী লুহোংবগী মতাং অসিদা ঐবু য়াম্না য়াওহনবীরম্নু। ইমা। মহাক থোরক্লগা মশানা অপান্বচু হায়রগন্ন।" বীমোলচু কুইনা পম্বরম্বদনা থবক চংনবা থোকখ্রে।

মমানা মচানুপা অহলবু য়ারোনা য়েংহৌই। থোদাং লৌনিংদত্তুনা লৈথোকপা হৌরেন্দনা থলহৌই। অসুক থুনা মচিন মনাওগী অক্নি লাপথোকখ্রিবসি কন্নিননো থক্লি।

মপুরোইবগী মহৌশাগা মান্নদবা মতৌ অসিদা মীরাম্নু ইচিং চিংনৈ। রমানন্দগী য়া হংলুবদা থোইনা হরাওবা উৎলক্কে। হংদা হংজিন্নুরবম্নু মানা থোকপা অমা তৌত্তুনা পাওথুম পীরম্নদনা চংখি। মনাওবু নীংজবা লূনা তৌজবা ময়াম্বনি। কন্নিদগীনো হন্দক্তি হোংনা উরে। মমা অমদি মাগী মুপীন মীংয়েং লাল্লিত্রা?

মমৌম্নু মচানুপাগা য়াখল মান্নরম্নদবা অসিদা মমাম্নু থর হরাওজরে। মমৌদা হায়রকই— মুপীমচা ঐথোয়ম্নু থবকসি লোইশিনবা য়াবা মথৈ লোইশিনশি। নও ঐ নত্তনা মপুং ওইনা শিনবীনবা কনাম্নু লৈতে। মতম হায়বসে হেক্তা খওহৌরোই। ময়াম্বম্নু হন্দক্তি কন্নিনোমা তৌখ্রে।

"ইমা ঐম্নু মথোয় তামোগী মতৌসে কন্নিনো হায়বা খওদে।" আদা রমানন্দগা মরৈকা য়েংনত্তুনা ··· ···।

"হুম, ঐ থাজদে। ঐগী রমানন্দনা ময়াম্বদা কৈদৌউদা হঙ্গৎনা থুমলাই।"

"অচুগা ··· ···।"

"নথোয়গী কোনচু অমুক্তা তৌনে।"

"ঐ ওরাংদম্নু তৌত্তুনা য়েংবনি। ফংনদে ইমা।"

মমানা শর অমতং শাংনা হোল্লত্তুনা— ঐগী রমানন্দনা হন্দক তৌন্নিবসে মঙওম্বনিনে। ময়াম্বনদি অনাবচু কন্নিম্নু ওইরমখ্রে। ইচম চম্বা অনাবনি হায়রবদায়নে।"

"ঐঙোন্দগী অহুম্মা হায় ইমা।"

ইমা থনকম অমা খঙজ্রেদা। হন্দক্তি মগুদা য়োমীতাগী মমাম্বু ঙোইনা উই। নহাক নোংমগী মঙ্গলদি কয়া মুংঙাইতনা উরম্লে। "ঐগী ইচাম্নুপীসে মগুনা নচা শরুকা য়োকলি হায়রুনা লোহৌরগা নঙদি মাবু হন্দোকপীরবোইরে। নঙনমু হায়া ইচা পীম্মু হায়না নিখিবা মন্না?" মাহে অসি হায়রগা কপ্পা কপ্পা হেক হনখিবা। ঐনা কপ্পা কপ্পা ভারবুবু... মগুদা কম্বহু ভাইবংদম্বু কপ্পমলেদনা। নঙনা হৌদোয়কত্রবদি ঐ অহুম কপখিনি।

"হোয় ইমা, ঙসি হয়েং অসিদা ইবুংঙোহু লাকপ্রা য়েংলশি।"

"নঙনা খরা শিল্লুনে।"

"ইমা পোত্থাবীয়ু। নমৌনা ফনবা শিঙ্গগে। মনেমহু থম্মোয়গী লায়না লৈবনিনা ভপ্পা থেমজিনবী।

মীরা মাগী কাদা চংহুনা ডাঃ প্রমোদতা ফোন তৌহুনা মরম পুম্নমক হংই। অনাবগী মরমদি চপ মান্নবা পাওথুম্নি। অহুগা অনৌবা পাও অমদি ভাবা ফংলে— "রমানন্দহু হয়েং অথেংবগী ক্লাইট তা থুংলরনি হায়বা খঙলে।

পাও হেক তাবগা চেন্দুনা মনেমদা ভম্ন্বরে। অনাব থাংহুনা হিপ্পম্বা মমাহু অকনবা শাহুনা হৌগৎলি।

মচানুপা হল্লকপদা মমানা হরাও হরাও পাওহু তম্মী। অহুবু বীমোলদি ইহাও হরাওদনা করেদমক হায়রম্নগা ইমুং চংখি। হন্দক্তি মমাম্বু তশেংনা রারোরে। ঙাংহৌই— নঙনা য়াওরোই হায়রবম্বু কন্নিম্বু অকায়বা লৈতে। মপা শরুকা নহাক্না য়েংশিনবীগত্রা হায়ববু কন্নিগী মঙং মতৌনো। নখোয় কনাম্বু য়াওবীনু।

ঙাংলিবহু কি হোংনা হোংনা বীমোলম্বু মীরাম্বু তায়। মীরা মপুরোইবদা য়েংবদগী হেন্না রাহং অমা হংলুদে। মমাগী পেন্দবহু হং-লুগত্রা খল্লগা বীমোলদি চংশিন্দুনা হিপম্লে। মীরা রা ঙাংলমদনা মনেম্বু থেম্বা থোকম্লে। ★

# কুম্ হুমদোইগুবা

অমুক্তা লৈমা, রোমীতা, শান্তি পুন্না থবক অমগী চৎখ্রে। শাগ-দৌরিবা Nursing Home অদুগী চাওরাকপা ড্রোইং অমা য়েকলি। মহৌশাদগীসু উমেশতি য়েকপা খোৎপদা হৈনজরকপনি। মুংশি লাকুনা গোডাউনগী ছো পীয়ু হায়ররে। ছোদি শান্তিনা পায়বনি। শান্তিগী কাদা চংহুনা ছো থিরুবদা রোমীতাদা রমানন্দনা ইরকপা চিঠিহু থেং-নরুরে। শান্তিনা ওরাং পারম্লগা মোন মখাদা থম্লম্বনি। ওাইহাক লেপ্লুনা পাশিরা পাশুমশিরা রাখল তৌই। করি হায়না ইরক্লিবনো হায়ব'হুমদি খঙনিংলে। অদুবু পারুবা মতমদদি, মরোলদু তাবদা উমেশ হায়কম খঙদনা চমম্লবা অমা পোক্লে। হায়গুম থমলম্লগা মাগী কাদা তুমিন্না ফম্লরে। মুংশিনা ছো হায়রকপদা খঙনিং নিংশিংলকুনা ছোদু পীখ্রে।

খলহৌই— করিগী রমানন্দনা রোমীতাবু থাদোকপা পাম্লিবনো? মহাক্কী রাখলদা মখোয় অনিগী মরি চিংনরবা জাৎলা? ঐনা রোমীতাবু মুংশি হায়বগী চিংনবা য়াবা খুদম্সু করিনো? করম্না মহাক্না খঙগনি? ঐগী মুংশিবদি থম্মোয়থক্তুগী মরিনি মসিদা ঐগীসু অচৌবা ইরাল অমা লৈরব্রা? অদুগা রাফম অসি শান্তিসু য়াওনা ঐওোন্দা লোৎলিবনা করিগীনো? রমানন্দনা অমুক লাইনা মরি অসি থদৎলোই। মহাক্কী করম্বা অনৌবা খোঙথাংনো? মদুবু য়াব্রনে? মহাক্কীদমক য়েংলগা ঐনা মুংশিববু থাদোকে খনখিবনি। অমুক ফজদবা লিচৎ অসি রোমীতাদা উৎলবদি মহাক তুমিন্না লৈথোকপা ওয়্রোই।

তঙ্গা য়েংহুনা শান্তিদা মরোলদু খঙনবা হোৎনৈ। শান্তিসু ফনা কম্না লোৎপনি অদুবু ওমখ্রে। রাফম অসি রোমীতানা কনাদসু খঙহনবা পামদে হায়রুবদগী উমেশ তুমিন লৈখ্রে।

ইলেক্সনসু থক্তিক্তা ওাইরক্লে। হন্দক্তি লমদুদা বীরবাবুগী লাম্বা ওইনা মুপী অমা চোংথোক্লি। তশেংনমক্কীদি মেমচৌবীনা মীরেপ অমা

ওইনা চোংথোরকপশি মীয়াম্না যানদে, মুপী য়ানা করি তৌগদৌরিবনো ? খুল অদুগী অহলশিংগী রাহৈনি। ঙসি তৌগদৌরিবা মহাকী মিটিং অসি য়াম্না মরুওইবনি। মসিদা মীয়াম্বু ভাব তাহনবা অমা পুরক্কদৌরিবনি। মুপী মীরেপ ওইনা চোংথোরকপা হায়বসি মুপীশিংগীদমক্তি য়াম্না চাও-থোকচনিংঙাইনি। রোমীতা রা ঙাংনবগী বার্তন ফংই। উমেশস্মু ইন-ভাইটিজ ওইনা চৎকনি। লৈমনা চৎকদবদু লৈমদি নোং-মিনিগী ওইনা থবক অমা চংগ্রে। তশেংনা উমেশতি চৎনিংদবনি। অদুবু মমাগীদমক খল্লপা চৎনবা শেম শারি।

ঙসিদি উমেশ য়াম্না তনান্ তনাল্লি। মহৌশাদগীস্মু ফিরোল শেৎ-চাবদা থ্রি মমি তাত্রবদি শেৎলক্তে। শেৎলিবা সুট অদু অমুবনি। মনুংদা চেক হায়রপ চৎপা শংবান্নবা শার্ট অমা লিৎলি। শান্তিনা হায়দুনা শম নাম্না কক্তুনা য়েংবদা চিং-লেম্না উরে।

অস্মুম্না তৌথিদবা কুইরবনি। মুন্না য়েংলগা শান্তিদু মোমোন নোকচৈ। হায়রকই— "ঙসিদি য়াম্বুংসে চিং-লেম্না ফজখ্রে।"

ফুরিৎ খুদাংদু হায়রপ তাথৎলদুনা খুম্মী— "নহানমথৈদি য়াম্না থিরম্মবরো ? ঐবো ?" কোট লিৎলবস্মু খুদাং থরা তাথৎপীসিদি মাগী হৈনবীনি। মহাক্না তৌবদা পকচবশিদা কনাগুম্বনা মতৌ তম্নবস্মু য়াওদবা নত্তে।

"ঙসিগী অসিগদি য়াম্না থেন্নবা। ইমাশিনা উরবদি কয়া হরাওজনি" নোক্লদুনা— অসি ওইরবদি মী য়াল্লেদনা।

"নহানমথৈদি য়াল্লুত্রবা ?"

"উম। শান্তিনা মোমোন নোক্তুনা খুম্মী।"

"মীওইবগী কেন্নিংবা, শেৎনিং চানিংবা হায়বসে রাথলগী মথা য়াম্না পোনবা জাৎনি, শান্তি। অসি হায়রগা থল্লায় তানা নোকই।

ঙসিদি করি তৌরবা জাৎনো উমেশতু রাহৈ খুদিং হরাওনা নোক-তুনা পাওখুম পীরকই।

শান্তিনা হায়রকই— "হয়েন মিটিং অহুদা মুপী থাগত্না বা ঙাংই হায়হুনা হৌগৎলগা চৈরুন্নিকো য়াম্বং।"

উমেশ ভাব ভাবগুম মোমোন তৌখি। শান্তিনা মতম কুইনদগী ঙাইরকপা মুমিংস্থ ঙসি অসিনি। চিন্নদি হায়বা ওম্রবস্থ থবক ওইনা পাংথোক্কে থম্লি।

উমেশনা হায়রকই— "কনা কনানো? চৎকদৌরিবগিনা?" নঙনা করি তৌরবা?

"ইমাশিস্থ লৈতবনিনা, ঐদি লৈহৌদবা য়াদ্রে রোমীতাগা য়াম্বংগা চৎলো।"

"মশানা মরাল লৈরুবনরা। শান্তিগী মচিন্দগী রাইহে অসি তাবদা হৈনদবা অমদি পোকই। থাজদবা মওংদা থুম্নকই—"অহুদি থেংলেদনা।"

শান্তিহু হরাওনা রোমীতাগী মনাক্তা লাক্লুনা উমেশকা পুন্না চৎনবা হায়ররে। রোমীতা পাওখুম পাক পীরক্তে। মানা তৌগবহু অহুম তৌরি। ফিরোল থন্দুনা শেৎ-চাবা লোইশিল্লি। শান্তিস্থ মতেং পাংশিল্লি। শান্তিগী থম্মোয়দা থল্লে— 'নঙনা ঐগী ইনম্মা শরুা লৈরবদি পুন্সি অসিদা অরাৎপা হায়বহু লৈররোই।"

"থরা থুনা লোইশিল্লো। য়াম্বং ঙাইহৌরিএ।"

"শান্তি, ঐ ইতোমতা চৎকে য়ানি।" রাইহে অসিদা শান্তিগী শাগৎচরম্বা আশা, মোমোন নোক্লম্বহু খঙহন হল্লিনখি। হংই—

"করিগীনো?"

"করিস্থ তৌদে। হয়েল হল্লকপা ফরক তাগন্নি। ঐদি কুইরোই। ঙাইহাক্কং য়োরম্নগা হল্লরুগনি।"

শান্তি রা মথা তারমদনা উমেশকী মনাক্তা অমুক লাক্লে। উমেশ ফমহুনা ঙাইরম্মী। ইহৈ হৈল্লিংদনা হায়রকই— 'য়াম্বং থরা হালনমলো।" মথা তারুম্রবস্থ উমেশ হৌগৎতুনা থোকল্লে। য়াইমনা

গাড়ী থোদোক্লগা চংখ্রে। য়াইমগী ব্লাকোংদা শাস্তিনা করিগুম্বা অমা হায়খিবহু উমেশতি রাখল অমখক্লা থোইনা চংলুব্রে।

রোমীতা তশেংনমক্তি শাস্তিনা হায়খিবহু য়ানিংদবা চৎনিংদবা নত্তে। তপ্পা অসিবু মহাক্না কৈদৌঙৈদসু নানথোকহন্নিংদে। অহুবু মতম অসিদা থম্মোয়বু ফাজিনজবা নত্তনা করি উপায়দি লৈরি। পুন্সিবু মশক খিনবা, থম্মোয় তয়াং তশোইবী অমা ওইহনখিবহুসু পামদে। শৌদোকনবা পোৎশক্তি মৈনাক্তগী লাপ্পা লৈবত্তনা অচৌবা উপাইনি। মৈন্নি থোক্লা চাক্লিবা উমেশকী পুন্সদা মহাকন্থী অমদি লাইনা ফাথবা ওমদনা কেম-খিগনি। মসি রোমীতা খন্থদবা নত্তে।

মপানা থোনবা কার অহু রোমীতাগী মনাক্তা থম্মীরম্বনি। লম লাম্লনিনা প্রেস চৎনীংলবসু চংনবা হায়হুনা।

থোইনা লাম্লদি নত্তে। খুলহুগী অরোইবদনি তৌরিবা মিটিং অহু। মিটিং হৌরমলে। মীসু ফনা য়াম্না তিল্লম্মী। মুপীনা নম্না তিল্লম্মী। রোমীতাসু রা খরদি ঙাংগে খন্দুনা লাকখিবনি। মফমহু য়ৌরগা মহাক্কী থোনা পুম্বা মাঙখ্রে।

অখন্ননা থারিবা ফম্ফম অহুদা উমেশ চিংলেম্না ফমলি। লৈমবু ইকাই খুম্নবদগী উমেশপুসু লমদম অসিগী মীয়াম্না ইকাই খুম্নবীরিবনি। রোমীতা লোম্না চাওথোকচৈ/ অসুম্না মহাক্না মীয়াম মরক্তা তিনবা অসিনি রোমীতাদা পামজখিবসু। ঙাংনশক্নবা য়াদনা লৈখিবনি। ঙসিদি থাজদনা মমাগী মছুৎ শিন্দুনা মীয়াম মরক্তা থোরক্লে। শক্তম অহুবু লোম্না মীয়াম মরক্তগী য়েংজখি। মুংশিবা চাম্ম-চাম্মনা রোমীতাগী থম্মোয়বু খুহুম চনশিনখি।

মেমচৌবী হান্না উন্নহুনা ঙসিদি হকচাং মুংঙাইব্রে রা ঙাংলরোই হায়হুনা হান্না রারোদনবা হায়হৌরে। তিল্লিবা মীয়াম অহু উবদা মেমচৌবীহু পেঙ্কবা পোকই। মথংগী মিটিংদদি শোয়দনা ঙাংগদবনিকো হায়হুনা বার্ত্তন থাজিল্লকই।

মিটিং লোইরে। ইনক নঙ্গা লৈরিবা মেমচৌবীগী মুন্নদা চা অমমম থকখিশি হায়হুনা চংলে। মেমচৌবীনা হায়রকই — হন্দক্তি থরায় য়াওনা ময়াম চংহুনা হোংনবীদবা য়াদবনিকো। ময়াম্না মতেং পাংবীবগী ঐস্নু মীরেপ ওইনা চোংখোকচরিবনি।

মেমচৌবীগী য়াইহেতু মতেং পাংবা ওইনা রোমীতানা হায়রকই— "লমদম অসিগী ওইনা মুপী ঐখোয়স্নু মীয়ামগী মহুৎ শিন্দুনা চোংখোক-কদবনি। মুপানা মুপীশিংগী অরাংপা, মুপীশিংগী হিংবগী থাক খণ্ডবীব-দগীদি ঐখোয় ইশানা শেমজবনা হেনগনি। ইচেম্মনা থৌনা ফনা চোংখোরক্লিবা অসি ঐখোয়দি থাগৎলিবনি। মুপী ঐখোয়সে মুপানতা ভাংবা তারগা অস্থুম লৈরে। ঐখোয়স্নু অপাম পামদা থরা শেংদোকপা ফৈ।"

"অহুবুদি ইনাওখোয় ময়াম লৈহুনা চোংখোক্লিবনিদনা।" মেম-চৌবীগী হরাওনা খুমকপা পাওখুমনি।

ভাইহাক রারী-রাতায় শান্নরবা মতুংদা হন্নবা তৌরে। উমেশ হায়রপ হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা য়াইম্না লাকপা ভাইরি।

রোমীতা গাড়ী থৌরকুনা উমেশকী মনাক্তা থাম্মী। নাকনগী থোংহু হাংলগা— "য়াম্নং কাথৎপীরক্লো।"

ওসাই লাক্লমদাইগী মাগী মওং মতৌ অহুগা হৌজিক তৌরিবা মতৌ অসিগা উমেশতু শাগুনিংবনা লোইরে। রা ভাংদনা মুন্না য়েংলকই। অহুগা— "ঐ খুড়া য়াইমনা লৌবা লাকনি।"

হায়গুম তপ্না খুমকই— খুড়া য়াইমনা ঐঙোন্দা শিন্নরমে। খুড়াহু থবক অমা লৈমানে। লাক্লরোই হায়রম্মী।

মীগী মরমনি থম্বক্কদনা শাওনা হায়দোকখি— "কয়া য়াম্না লূবা থবক্লো? ঐঙোন্দস্নু হায়রমদনা। মখোয়না তৌরিবসিবু করিনো?"

"মুমদা ওইনা ভাংনরসি। মীনা তাপ্রবদি ··· ···।"

উমেশ খঙ্গরগা শাওনিংনা গাড়ীদা কাখৎখ্রে। অতুগা হায়রকই —
"খুড়া য়াইমা তৌরিবা মওংসে য়ায়া তুমদবনি।"

খুমলুখা তৌদনা অপ্লপা খুরংগী লম্বী অহুদা আশ্রম য়ৌনবা গাড়ীহ্
থৌরি। মুংথিলগা মুমিদাংগা তাইনবগী অমমহ্ রাওরি রাওরি তৌবা
মওালগা লোয়ননা খাজসু থোরক্লে। রা ভাংখ্রবস্থ উমেশতু য়ায়া
শাওনিংনা কমলি হায়বসি হোন্দোরকপা খরগী শাহুয়া খঙই।

ইক্কিক্ক রোমীতাহ্ রা ভাংলকই — "খুড়া য়াইমহ্ থবক অরুবা
লৈজরদি শোইদনরি লাকদবনি। থাদোকপা য়ারয়োই।"

"অহ্ন ওইরগনা ঐ চৎলমলোইদনা। লৌবা লাকপা ডমলোইদবা
ওইরবদি করিগী ঐবু খিল্লমলিবনো?"

"ঐগা লাকমিন্নরবস্থ য়াই খন্দুনা তৌবা ওইরমগনিদা। য়াম্বুংনা
ঐগা হুনমিন্ননিংদবগী ওইরম্লবদি খঙম্রে।"

অশেংবদি মহুগী নি। চৎমিন্ননিংদবা মী অহুবুস্থ নমহুনা অরাবা
অরেংপা পীদনা।" শাওনিংনা হায়রকই।

চিম্বাল নাকচিদা মোরক্লিংবগী মমি অমথক শন্দোরকই। পাওখুম
পীরকজ্রা খনবনি অহুবু করিস্থ হায়দনা তুমিন্না লৈবহুদা উমেশপু হেন্না
শাওনিংহনখ্রে।

নুমিদাং অমগী থৌদোক্ত ডশেংনা লানখ্রে হায়সিরা খল্লি। থংনবা
মীকুপ্তা রাখল হোংখ্রে। রমানন্দগী মরম হৌদোকসিরা খল্লি। মহুদা
ঐনা খুৎ খিংজিনকম থোক্কেনা। মখোয় অনিগী লুহোংবা কায়বদা
মাখা শারুকম থোক্কে। নজ্রগনা ঐনা মহাকপু ডশেংনা মুংশি হায়বসে
ফোংদোকহৌরসিরা? মহুগী কায়বনা করিনো? ডশেংনা অহাক্লা
খঙদবস্থ নত্তে। ঐনা মহাকপু মুংশিবসিবু অনৌবরা? ফরে অমুম্না
অমুম লৈরসম্লু।

তুমিন্না ফম্বা অসিনা মত্তোন্দা হেন্না হৈনবা অমা কাওরে। করি
হায়না রারী শাশিগে খল্লি। ফজবা মওংদা অানু ভাশা রা হায়বস্থ

হায়নিংদে। থনবা মথৈ থল্লুরগা অসুম্না হায়রকই— "মুপীন। গাড়ী থৌরগা তোংবা হায়বসে য়াম্না ইকাইনিংঙাইনি।"

"করি অশোয়বা য়াওবগে?" তপ্না খুম্নকপনি।

"শোয়বা শোয়দবা ঐ তোংনিংদে হায়রিবসিনি।"

রোমীতা খুম্নক্তে, হায়দগী থরা কনথৎনা গাড়ীদু থৌরি।

উমেশ মথা তারকই— "মমশিল্লকপা অসিদা ঐগা চৎমিন্নবা হায়-বসে নঙগীদি য়াম্না ফজদবা অমনি।"

"অহুনি হায়হুনসু য়াম্বংবু থনম্নগা ঐনা লাকপা হৌনব্রনে।" লাইবক্তা তম্নমলবদি কনানা নাম্থোকপা ওম্নবগে?

মী উশিত্তবা পাওখুম অসিনি উমেশনা থাইদগী শাওনিংলিবসু। শাওনা— "অহুম্না থনবা নঙনা ঐগীদমক্তা য়াবীরিবা করিগীনো? নশাগী ইজ্জৎ মাঙব্রগা লোইরে। মীগী অমুক থন্দুনা করিগী নশাগী Career মাঙহনগদৌরিবনো?

উমেশনা ফনা শাওনা ভাংলবসু ওসিদি রোমীতা শাওনীংবা পোকউ হায়বা য়াখিদ্রে। অভানবদা ওইরবদি রোমীতাগী মোমোম নোকপা মায়থোং অসি উবদা ওসাইনা গাড়ী খামহুনা লৈহৌরগদবনি। লাইবক ফবদগী মহুৎদি থোকহল্লে।

মোং হাদনা তপ্না পাওখুম ওইনা— "মচনগা মবুংগা চৎমিন্নবদা কনানা চিংনগদৌরিবনো? করিসু কায়দে হায়না খল্লি।"

উমেশ শাওরংননা থুনা খুম্নকই— "ঐদি নবুংসু নত্তনা।"

"হাইম্না, নত্তবোরে? মোমোন নোকই। ঐদি ওইরবোই নিংলুরে।"

"লিংবা হৈরেদা— ...।"

গাড়ী ব্রেক থওকা কাই আশ্রম য়ৌরয়ে। উমেশকী মাভাং অহুম্না রোমীতাসু নোকুনা য়েংলুই। উমেশসু য়েংলক্কই। মথোয় অনিমক মরোৈ লৈনা নোককৎ ভোমা লৈথোরখি।

★

## কুহ্ৰামরিশুবা

শান্তি মপান্দা ঙাইহুনা লৈরম্মী। উমেশ রা ঙাংদনা শান্তিদা মুম্না য়েংলয়গা ইমুংদা চংঃঅ্র। রোম্নীতা মোমোন নোক্না কুমথরকই। অহুগা হায়রকই— "খুড়া য়াইমনা থোংগৎলম্বা পোৎলুম অসে মরৈদি কয়া তৌগ্রে। ওম্ফোক্না রানা পুরঃক্লেদনা। নঙ হঃয়েংদি মুংঙাইনি, খু শেনজো হে, ইবেম্মা।"

খঙশিন্নদবা শাহুনা— "ঐঙোন্দদি করিগী?"

"নঙনা মতম চানা গাড়ী থারক্কবগীনিদনা।"

"নখোয় অনিনা অম্হুম্না চৎকনি হায়রবদি, করিনো চাবা মাবা খোম্থীম্নু চাজরঃগে।"

শান্তিগী রাহে অসিদা রোমীতাগী শকফম খঙহন হল্লিনখি। শান্তিনা ফাগী ওইনা ঙাংলবম্নু তঃশংনমকীদি হায়হন্নীংদবনি। ওইম্নু ওইরোইদবা অহুদা মাগী থম্মোয়বু মচাকম্নু য়াঙনা কায়হোবহু মহাক পাম্নদ্রে। খঙঃহোদনা হায়দোক্লরগা শান্তিম্নু তুমিন লৈগ্রে। মখোয় অনি কাদা চংলঃক্লে। অহিং অহুমা পোত্থাফম খঙদনা হোঃগ্র।

রাজেন লাক্লবদি পুমলাং হেক লাংই। লাংবা য়াম্না পাজবা রাজেন্নি, মথৌনা শংখিদবনি। রাজেনগুম্বা মরুপ অমা উমেশনা ফংজবসি, লাইবক য়াম্না ফবনি। রাজেন্না মহাকপু থৌনা হাপ্তনা হিংহল্লিবনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

" থবক অমা চংলুসি হায়হনা ঙসাইদগী উমেশপু তক্লিবনি। অনম কনবা উমেশনি। মরম হায়দ্রবদি চৎলোই হায়হুনা লৈরি। রাজেন্না নম্নহুনা মহাকপু মুপী উম্নংনঃগে হায়হুনা শিল্লিবনি। রাজেনগী রাখলহু উমেশম্নু হাইকেং খঙহুনা য়াত্রিবনি।

"নঙসি অঙাং মচাহু ঙাইগ্রে। ফাগী করাংদোনা।" রাজেন্না চুরুপ চম্না চম্না হায়রকই।

"নখোয়না খল্লিবা অসিবু করিনো ?"

"নঙ হৌজিক কাওবা মহু খঙজিবরো ? খঙত্রবদি খঙনবা চৎসি হায়রিবসিনি।"

"মতম মাংহনগুমসি। রাজেন। ঐগী থবক য়াম্না লৈ।"

"নঙ মপ্লাইরেবে। চিল্লিবসে। রাজেন্না শাওবগী মওংদা হায়রকই, "নঙবু অহুম হায়না সুম্ন লৈরগে হায়রিরা ?"

"করি কায়বগে ?"

"করি কায়দবা ?" নঙনা খল্লিবহুনা করিনো হায়রোদনা।

"ঐদি হায়গ্রেদনা।"

"অহুবু হেক্তা য়াবরনে ? ইশাখক্তগী খন্নবদি সংসার অসিদি করি ওইবা তারে ?"

"অহুক য়াম্না খম্ববা ঐ পামদে। অহুগা ঐগী অনিংবগী রাংমদা ময়ামগীদমক্তা কখোকপা অহুম্বু ঐদি ওংম্লাই।"

"অহুদি মচা অমগী তৌফম থোকপা থোদাং অহু নঙদি মশক খঙত্রেদনা।"

"লুহোংলগা মচাগী তৌফম থোকপা থোদাংহু হেক্তা লোইরব্রা ?"

"ইমাশিগী অপাম্বা অহুমথক থুংহনবদা নঙোন্দা কয়া য়ামনা কায়খ্রবগে ?"

"য়ামনা কায়খ্রে।"

"নঙগী অনিংবা অপাম্বা অমদি লৈরমগনি। মীশক্তু হায়রোদনা ?"

হন্দক্তি উমেশ পাউখুম পীরকখিত্রে। হৈনিংদনা খুম্মী— "মহুম্বু ওইথোক্লরোই।"

রাজেনসু মহাক্তী থম্মোয়দা কনাবু খল্লিবগে হায়বহু খঙই। রাখল অহু হোংলম্নগত্রা খঙনিংহুনা হংখিবনি। রাজেন ভুম্মিম্না লৈখ্রে।

উমেশনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই— "নঙনা ঐগীদমক তৌবীগে হায়রবদি ঐগী প্রোগ্রেমসি সোল্‌ক তৌদনা। অশেংবা মরুপ্তি থনগে।"

ঙম্নয়োই থম্না খোল য়াওন্না হায়য়ম্বনি। য়াহৈশি হায়য়ম্লগা উমেশ খোকখ্রে।

য়াজেনহু পাংদব, অয়ানবা তাহুনা ফমহৌরে। মরুপকীদমক্তা মহাক্না তৌবা ঙম্দবা লৈখিদবনি। অহুবু হন্দকী মতাং অসিমদি মহাক পাংদবা তারে। য়মানন্দগী মফমদা অহুক হাক্না পুকচেল শীকপা মতৌন্থু উৎপা ঙম্লোই। মহাও খণ্ডদনা চুরুট মচৈহু লোইশিনখ্রে। শান্তি চা শীবা চংলকই— উমেশ লৈয়মদবহুদা হংই. "য়াম্বুংদি ?"

"ঐবু অপংবা তাহল্লম্নগা খোকখ্রে।"

শান্তি মচিন খুমহুনা নোকই। "পুলিস হায়বসিদি মরৈ-মরা চাওই। মীকাসে মরাল লৈত্রবস্থু মখোয়গী য়াহংদা মরাল লৈজে হায়না হায়-হনবা ঙম্মী হায়নৈ। য়াম্বুংদদি ঙমত্রবোইরে।"

"নঙগী নবুং অঙাওবসিগা ঐগা মান্নৌ হায়রিবরো ?"

"এহ! পাংজদ্রগা।"

"নবুংগা ঐগদি খেন্নবা লৈ খণ্ডুহে। নুপাদি খোকচদ্রগা। লেম-নিংলবদি লেমহৌবা তাবনি।" ঐখোয়দি নুংশিবদা মরৈ-মরা তৌবা হৈনদে। পাম্লবদি পামলে হেক্তা হায়গদবনি।

"নুপা খোকইদনা।" নোকই।

"অহুনা হায়বিরীবসিনি। ঐনা অমুক হায়বা কান্দা চৎসি য়াত্রবদি নপুন্সি চুপ্পা — … ।"

"এ. চাওরেদা। ঐনা য়াত্রবদি করি তৌবা তাবা ?"

"অহুদি ফারগা পুরেদনা।"

"থৌনাদি য়াম্না লৈবা জাৎনিদনা।"

ইমাস্থু চাক থোংবা য়ারে হায়হুনা মুন্সিং খুদিংগী ঙাংখনে ঐ মাথা য়াম্না শারবা জাংৎনি।

"অহুদি চাক থোংনবা অমা থমলোহনা।"

"অহনবু চৎশি হায়রিবসিনি।"

"ঐবো ... ... ?"

"নঙ নত্রবদি ইচে মুংশি তারেনে।"

শান্তি হৌনা নোক্লগা — পুশে হায়রগা পুখ্রে। চাক এহাংসু থোংবা য়ায়া হৈবনি।

তঙ্গা চানা মুংশিরৈসু থোংনাও ময়াগী লৈহু হেকপা চংলকই। মাগী মমিং পনবা তাবদা মপান্দগী লাওরকই —নথোয়গী য়ারী লোইহনা ঐগীসু য়াওনা শাররনে ?"

'অচংবা মীগী য়ারী শায়গনু হায়বহু চুমলেদনা' হায়রগা রাজেনগা শান্তিগা পুন্না নোকই। নোকপা লেপ্লগা শান্তিনা হায়রকই — "ইচে মুংশিরৈ, তামো রাজেন্না ইচেনা থোংবা চাক চানিংই হায়রিয়ে।"

"চানিংলকখিনি য়াংলি।" থোংনাওদা মঙক থাংগৎলহনা মুংশিরৈনা হায়রকই — মুপা মচা থোক্কেদি হায়নিংত্রহনা। ঐঙোন্দা অমুক তাইশিন্নত্রবসু ননাক্তা লেপলিবদো থোংহল্লু য়ায়া হৈবনি। মুংশিরৈ চৎখ্রে। শান্তি থরায় তানা নোক্লি। রাজেন্না হংলকই — "করম হায়না তৌশি হায়রিবনো ?"

নোকপা লেপ্লগা শান্তিনা ভাব তানা থুম্মি — "য়ামুংগী মফম অমা খঙবা ফাওবদি ঙাইনিংলি।"

"নঙগী নবুংগী অনিংবা অসিবু নঙনা থুংহনবা ঙমগনি খনত্রা ?"

"ঐনা হৌজিক খল্লিবসু মহুনি। অহুবু ফিভম অসিদা য়াম্বং মতোমতা থন্নবসু পায়দে।"

রাজেন্দু স্বর অমা শাংনা হোন্দোকই। ঐখোয়না করি উপায়না মাগী অনিংবশি থুংহনগদোরিবনো ? উপায় লৈতে। মসিদা উমেশকীসু মরাল য়ায়া লৈ। করেদা মখোয়সু মখোয়না থোকপা অমা তৌজনি। নঙ ঐগী কাওবা যেন তাত্রিঙাইশিদা মীগী অমুক ... ...। হৌজিক মতম্নিনদি হায়বা মঙ-ঐ লোয়দ্রগা লোয়রে। অসি হায়রগা রাজেনা

হৌনা নোঙ্গকপদা কাহু পুমনিন নিনখি । মী তাবা তারে খন্নুনা শান্তিছ হৌহনা চেপ্পোকখ্রে ।

মচানা হায়না তানবা য়াদবনে, পুন্নবক নোংমদি মনাক্কী লোয়না চংখিলনি খন্নুবা লৈমছ অনাবা লোয়রে । শান্তিসু মতম অমা য়েংলগা লুহোংবীগ্রগে খল্লে । মনাও মুপীগী মচা ওইরবসু লৈমনা হেক পোকচবী মচানুপীগুম্না য়োঙ্গকপনি । মনাওমুপীছ ওয়া লৈখিদ্রে । শান্তিগী মপাগা লৈবগা কল্লা য়ানদে । মনাওমুপীনা মতম চাদনা লৈখিদবশিগী মতাংদা লৈমনা শান্তিগী মপাবু খরা য়ারৌই । হিদাক থকচিল্লগা নিংথি মুংডাইনা তৌখিদবদগী মথায় মুংডাইতহনা লায়না চেন্নুনা নাখি । মোংমা মুপী অতোপ্পী অমা পুহনা লাকখি । মহুদগী অনাবছ হেক্সিনখিহনা সংসার থাদোকখিবনি । মুমিং অহুদগী লৈমনা শান্তিবু পুহনা লাকখি । চাও-রক্লবা অহুদদি কল্লা থিংবসু ওমদবনিনা মপাগী য়ুমদা চংথোক চংশিন তৌহনা লৈবা হৌখি । মপাসু লৈমবু হঙ্গোয়বদগী নোংমতা লাক্তুনা মচাবু য়েংলখিদে । শান্তিনা চংলগা উন্নবদা তাখি । অহুবু শান্তিদি মপাগী মীমুংশিগীদমক থোয়না থোয়রাংলুদ্রে । মমা অতোপ্পী অহুগা সংসার অমদা লৈগ্রবনি । মপাগী মনাক্তা লৈবদগীদি লৈমগী মনাক্তা লৈবনা হেল্লা ইংনা মনিং ওয়া লৈজবা ফংজে । ময়াইবক থিরবনিনা অকবা মুপা অমদা থাজহনা মোমোন নোক্লা লৈজখিসমু খল্লি । লৈমনা থোয়দাজবা ময়া অহুসু হৌজিক্তি ফংলে ।



উমেশকী হেক খন্নুরবদি অনাবা লোয়বা নত্তনা করিসু উপায় লৈক্তে । শান্তিসু অতাংশিংগী মনাক্তা চংখি । লৈমগী সেবা তৌহনা য়োম্মীতা ফম্মলি । লৈমগী পেক্কবা হায়বছ য়োরে । অহুবু য়োমীতাগী মায়খোং

অহু রাখলনা ফুংবংনবগুম হৈনিংদনা উই। লৈমনা হংলকই — রমানন্দহু থোরক্লে হায়বা পাওদি তাই অহুগা করিঙ্গনো মানা লাক্তিব্রশিনা ? মহৌশাদি চুটি খজিকং হেক ফংবগা সিদা লাকদবগী হোৎনবনিনে। খঙদেদ', মাস্তু ঐনা দয়ৱ হেক হেক পুহনবসিদ। তম্লব্রা করিনো ?

"অহুঙ্গদি ওইরম্লোইদা ইমাশি।" খঙহৌদনা খঙহায় হায়দোকখি।

"সিদগীদি নঙস্তু চৎশ্রনি। ঐনা তৌহৌগদবসি ... ... ...নঙগী য়াম্মুংনা সুপী অমা থিযু হায়বস্তু য়াদে।"

'নঙস্তু চৎশ্রনি' হায়বা রাহৈ অসিদা মতৌমতা হংজখি —"কদায়দনো ঐনা চৎকদবা ?" মমাশিগী রাহৈদা মহাক্না কল্লিব। সুপা অসিনি মহাক্কী থম্মোয়বু অসি য়োনা সুংঙাইহন্ত্রিবা। অসুক চাওবা ইকায়বা অমা করিগী মহাক্না ঐগী ইফমদা পীরিবনো ?"

"নঙগী পাবুংহুস্তু থবক থাদোকপা য়াত্রব্রা করিনো থোরক্কে নে ? মখোয়রোমগী লাক্লবস্তু ঐগা তাম্নরগা লোয়রে।"

লৈমনা ঙাংলিবা অহুদা রোমীতাগী হৈনিংবা অমত্তা য়াওত্রে। রাফম অসে কয়াম কুইনা লোৎতুনা থমখিগদৌরিবনা ? কনাগীদমক্তা ঐনা হৌজিক ফাওবা ওইদবা নমথাকী মরুমদা লোৎলিবনো ? তশেংনা ঐ অসিবু পাংদবী হায়বহুরা ?

উংহুনা ফমলিবী রোমীতাগী মতৌ অহুদা পোৎথাক্নরো হায়বদগী মাগী কাদা লাক্লে।

মপান্দা থাবলস্তু মপুং ফানা থোরক্লে। ইংনা ঙাল্লিবা মঙাল অহুদা ফুংবংনরম্বা রাখলহু থরা মথৈদি মমেক শেংলকখি। মাঙোলগী শিড়ি কাফমগী গম্লাদা থারিবা লৈহাও পাম্বীহুগী মরুমহু নত্তনা মাঙোলহু ইশান ঙাম্লি। শিড়ি অহুদা মী অমা ফম্নমা উবদগী রোমীতা ইমুংদা চংলগে তৌবমক্তদা হায়রকই — "কম্নি তৌরে চংলবদি ? ঙাইখো। রারী থরা শাগদবা লৈ।"

য়োমীতা খুমলুদনা চংনবা খোং থাংবমক্কদা উমেশনা খোঙলৈ থুনা লৈশিন্নকুনা য়োমীতাগী খুৎ নাম্মা পায়রুনা থাম্মী। পায়শিন্নিবা খুৎ অহুদগী মশাগী খুৎ অহু লৌথোক্লগা থরা থাপ্লপা রা ভাংদনা তুম্মিন্না লেপই।

উমেশনা খোঞ্জেল ইংথনা হায়রকই — "ভসি কাওবা নঙোন্দা হায়নিংবা কয়া হায়দনা লৈরকপনি। ঐবু লান্না শনশু। রমানন্দগী অপাম্বা করি লৈরগে, মহুদি ঐ খঙদে। ইমানা মহাকপু লুনা তৌজে ঐঙোন্দগী তাদনা। মসিমক্কনা ঐবু তুম্মিন্না লৈহনখিবনি। নঙনা খঙশিন্নদবা শাহুনা চংখিবহু ঐ পামদে। য়োমীতা, ঐগীসু থরা থল্লু। নঙোন্দা ঐ মায়থিন্নে। ঐগী পুন্সিগী অহানবা ওইনা মুপী অমদা হায়জবা অসে নহা রি। মুংশিবা মশকসু নঙোন্দগী খংখিবনি। মল্লিমদি শীনবা নত্তে। নোংমগী খোদোক অহু ঐ লানগ্রে। মহুমদি নঙনা ভাকপীয়ু।"

য়োমীতাগী থম্মোয়মুংদা ফুমহুনা থম্নকপা নোংগী মপৈ অদো অইংবা শাফু অমনা য়ৈবদা মহি ওইনা মীংলুদগী চেম্বরক্লে। উথিদনবা লুকথহুনা থাংবনি। মতম কুইনা ফুনগৎলবা খরগী অহিকপা খোঞ্জেল অদো ফাবা ভমহোদনা মখোল থোকখ্রে। উমেশকী মথানুংদা কোন্নুনা খোঞ্জেল হৌনা কপ্পবভদা থম্মোয় অসে পেনগদবনি। অহুবু মভাং চাদে খন্দুনা তপ্পা খুম্মী — "হৌজিক রাহৈশিং অহু ঐগী ইফমদা হায়বগী ওইথোকপা য়াবা করি লৈরিবগে?"

"য়োমীতা, মুন্না খন্নরগা ঐগী পাওখুম পীরকপা পাম্মী।"

"ঐগীদি অহানবা থাংখিবা খোংথাং অহুনা ঐগী পুন্সি লম্বী চংনবনি। অক ফন্তা, অপাম্ব পামদা য়েংহুনা ঐদি অমুক হঞ্জিন্নরোই।"

"অহুরা নঙগী পাওখুম?" খোল কনখৎনা হংলকই। অহুগা "রমানন্দনা চিঠি ইরক্লিবহু করিনো?

রাহংহু ভাবদা খোংলগী তোল কাওবা কমজিনগ্রবোই নিংই। করম্না খঙলিবা? শায়জিনা হায়রিব্রা? য়োমীতাগী রাহৈ অমা অমুক লৈখিদ্রে।

"মহাকীদমক কদায় ফাওবা কখোক্কে হায়রিবনো ? হৌজিক কাওবা ইমাবুসু মীনমহুনা লুহোংবগী থৌরাং লাংহল্লিবা করিগীনো ? ঐবুদি নঙনা মীনম্বা থক য়ারেই ।"

পুম্নমক থাংজিল্লগা তপ্পা খুম্মী — "ঐনা কনাদা মীনমগ্রবগে ?"

"মহুবু মীনম্বা নত্রবদি করিনো ?"

"লুহোংবা হায়বা অসিবু অঙাংগী শান্নব্রা ? হেক্লা তোকপা য়াব্রা ?"

"অহু ওইরবদি চিঠি অহুদি শাশিন্নবা তারেনে ?"

"চিঠি অহুদি অচুম্বনি ।" তপ্পা খুম্মী ।

"ঐ খঙই, লুহোংবা অসে রমানন্দনা হোংনিংঙ্রে হায়বা । মসিদি লান্দোদনা ।"

চন্দক্তি রোমীতাগী রা ঙাংলক্লবগী থৌনা লৈখিদ্রে । অম্মুম্না হংলকই — "ঐ চংখিবা য়ারব্রা ?"

"য়াখিরোই । য়ান্না রাংলি "

"অহু ওইরবদি হয়েং ওইনা তারগে" হায়হুনা চংখিগে তৌই । উমেশনা খুৎ চেৎনা পায়রহুনা — "রোমীতা ।"

"মখা তাব্রবসু ঐ খঙজরে ।"

"অহু ওইরবদি পাওখুম পীরম্মু ।"

"ঐগী খুৎতু হান্না থাদোকপীয়ু !"

"থাদোক্লোই । উমেশনা পায়গে খন্না পায়থ্রবদি পাওখুম ফংদ্রি ফাওবা থাদোক্লোই ।"

"ঐনা ইকায়বা, চোপ্পা অসিন্না য়াম্বংনা পাম্বীরিবা অসে ?"

"করি তৌবগী চোপকদৌরিবনো ?" পায়রিবা খুৎ অহু হেন্না চোকশিন্না পায়রহুনা হায়রকই ।

রোমীতা মতোমতা চিংনবা অমা কাওরক্লে । করিগুম্বা শান্তি লাকুম্না উপ্রবদি য়াম্না ফজদবা অমা থোক্লনি । অহুদগী লৈমগী নাকোং য়োগ্রবদি .... ঐবু করিনি হায়না খনখিগনি ? পুন্সিগী মমল হায়বদো

ঙসিগী অসিন লোইরগ্র। ? অহুগা উমেশতগী ন্যাম্বোক্লগা চংখিবস্ু অরাইবা নত্তে। মাগী রাহৈশিংন্থু তাহুনা লৈবা তাবনি। মহাকপু শাওনবা রাহৈ হায়রম্নগা লৈথোকুনা চংখিবা নত্তনা ঙসিগীদি উপায় লৈতে।

"য়াম্বংনা ঐবু করিনি হায়না থনবীবগে। ঐনা য়াম্বংবু সুংশিরমগনি অসির। ? য়াম্বংদদি মীগী মমলস্ু লৈতে। অহুগা করি হক লৈহুনা অহুক থৌনা ফনা ঐগী লম্বীদা লেপ্লরিবনো ? ঙসিথক্তং মওং অসিদা ঐবু সুংশি হায়রগা হেক্তা থাজগনবী মুপীহু ঐদি নত্তে। ঐগী পুন্সি অসিবু শাম্নপোৎলা। লৈনিংবা, পুনিংবা মকম্নদা পুবা য়াবী অশাবা লাইথিরা ? মুপীস্ু থম্মোয় পাল্লি। মশাগী ইজ্জৎ লৈকম থোকই।

উমেশ খুমলুবা তৌদনা মুম্না তারি। পায়রিবা থুং অহুদি থাদোক্লে।

মশাগীতা য়েংলগা রমানন্দনা লুহোংবশি পামত্রে হায়রগা ঐন্না পাংদবীগুম তোক্লোই। ঐগী পুন্সিবু মহাক্না করিস্ু লৈতনা থনবস্ু য়ারোই। মহাকা ঐগা মরি লৈনবা লৈনদবা মহুদা ঐ থোয়না খন্দে। অহুগা লুহোংবা অসিদি কায়বা য়ারোই। ঐ শোয়দনা হোংগনি।

অকোনবগী রাহৈ অসিদা উমেশকী ঈ পুমক মহি লাংথোকপ্রে। অস্ুক কল্লক কপ্পাও থোক্লা মাগী মমাংমক্তদা রাহৈহু হায়রকপহুদা শাওনিংবনা ঈ কাপ্পে। ঙশাইমথৈ হায়জ-নোনজরুবা অহুগী ইকায় খুম্নবিরক্তবা অহুদদি অক-ফত্ত থঙলক্লে। রোমীতাবু থংচিং চিংহুনা মনাক নক্লা লেপহল্লগা পুন্সিগী কাওদনবা চিস্নাল অহুদা দাকফম অমথক থমখি।

ওইরকনি থলহোদবা থাজত্রবা উমেশকী মতৌ অহুনা রোমীতাবু রা ঙাংহনখিত্রে।

কয়াম কুইনা মহাকপু খুহুম চনখিবগে থঙহোত্রে। শান্তিগী খোজেল তবদা রোমীতাবু থাদোক্লগা হায়রকই — "নত্তবু ঐগী অইগে হায়রবদি মহুগীদমক ঐগী থৌনা রাংহে। অহুবু মওং অহুমক্তি ঐ

পামদে। মরমদি ঐনা নওবু থম্মোয় শেংনা ষুংশিখিবনি।" উমেশ পম্মদনা থুনা মাগী কাদা চংখ্রে।

রোমীতা অান মাংনা কল্লাংদা ওাহুনা কমথখি। শান্তিনা ইমুংদা খোঙ কানশিনগে তৌবমক্তদা মচি লেংদনা কমলিবী রোমীতাবু উরকই। নোক্লহুনা — "ওম্মোক্লা থরায় তানা থাবল য়েংলেদা।"

শান্তি লাকই খঙদে। রা ওাংলিবহুস্থ মহাক তাত্রা তাদত্রা খঙদে মচি লেংদনা কমলি। শান্তিনা মনাক্তা চংশিল্লকুনা নোক্লহুনা হায়রকই— "থাবল অসিদা কনা থোরকপগে?"

মশাগী অশোয়বহু খংঞত্রা হায়না চিংনহুনা ফিংলগ্না — "হা কনা? কনাস্থ থোরক্তেনা।"

"হুং ঐনা হায়বদি, থাদগী রাখলগী রাজকুমারকাহু শগোল অঙৌবা তোংলগা থোরকপ্রা হংবনিদা"

হৌজিক্তদা শান্তিনা ওাংলিবহু চুম্না ফাগী তৌরিবনি হায়না খঙ-লকই। "অহুম্নকা হেক হেক থোরক্লবরো?" ভাব মেন ইতা তাদনা হংখি।

"হায়নরিবনি কৈনো। মোত্রং শাম্নহুনা রাজকুমারনা থৌবা শগোল অপাইবীহুকা তোংলবদি স্বর্গগী অম্বাখত্তিকাহু লাইনা য়োবা ওন্মী হায়-রিএ। মনাগী লৈহাও শাৎপগহুস্থ হেকপা কংই হায়নৈ।" শান্তিহু থরায় তানা নোকচৈ। রোমীতা নোকপহু য়াওশিল্লুদে। শান্তিবু মুন্না য়েংলগা অস্থুম্না হায়রকই — "শান্তি, নহাকী পুন্সি অসে নুংঙাইজরম-গন্নিকো। নঙদৌনা ঐস্থ থম্মোয় পেম্না অমুক্তংদি নোকনিংবনি।"

ওসিগী রোমীতাগী রাহৈ অসি মরো অমদি থাংলে হায়বা খঙই। খঙসিন্নদনা খুম্মী — "নোকপা হায়বসিদি পুন্সিগী শিদা হিদাক্লি হায়-রিবনি। মসিবু পৈশা তিংবা পোৎলা?"

"পৈশানা লৈবা কংদবা পোৎশক অহুনি ঐগী পুন্সিদা ফংত্রিবা অসে। থম্মোয় পেম্না নোকপগী মহাও অহুত্তা ওাইরে ঐগী পুন্সিনা ফংত্রিবসে।"

"রোমীতা রাহৈ খুদিংগী সেরিয়স ওইশিনগনুদা। থরম্নু লায়না খন্দোকপম্নু তম্ন্। থোঙথাং খুদিং অহুম্না খল্লিয়বন্দি পুন্সিগী অম্নুক শাংবা লল্পী অসিদি করম্না চৎকনি।"

"ঐ মখা তানা হিংনিংত্রে। মতাং অসিদা ঐগী পুন্সি খোংচৎম্নু লেপনিংলে। শান্তি, ঐ তংশংবা চোকথরে।"

"অহুম্না নিংহম্নগম্নুদা। তামো রমানন্দম্নু য়োরক্রে। অশেংবা রারী অম্না শারুরো। পুন্সি হায়ব অসিদি মসি ঙাক্কনি"

"ঐ হুপা হায়বা জাৎসিগী মখিং তাব্বিংত্রে। মহাকী মীংম্নু পল্ল-রূপম্নু। হিংবদা মখোয়গী মরুম থুপক্ত বদি ইন্নামক য়াত্রবজাংলা?"

"নহাক য়াম্না নুংঙাইত্রবা? করে ঐ মথা তাররোই। চংলশিসে"



## কুম্ব্রাতরুকশুবা

ময়াম চা থকপগী পুম্না কশিন্নবা অহু রোমীতা য়াওদে। লৈম্বনা শান্তিদা কৌরক্তে হায়হুনা ঙাংলি। উমেশ ম্যাংদা লাইব্রিক অমা থম্নগা চাগী কপ্ত্ পায়রগা রাখল তৌনা কমলি। ঙসি রোমীতানা খোয়ক্তবগী মরম মহাক্কনি খঙলিবা। হায়ফেৎ মুংঙাইত্তবা অমদি পোক্লকই। অহুবু কবি হায়রুনি। লৈমনা কৌরুনবা কম্না তকশিনবা অহুদা শান্তিনা হায় — মহাক মশা ইমুং মুংঙাইতম্নালে। শুরাং অহিংম্নু ফনা থেংলবা কাওবা তুমদে। ঐদি তুমথবোই নিংই অহুগা মীকপ খোরকপদদি কম্নহুনা লৈরম্মী।

লৈমমা পাথৎনা, অহু ওইরবদি ডাক্তরদা য়েংহনগনিদবা। লারা-য়েকপা যাবা নত্তেনে। তৌবগীবুদি মহাকম্নু মুংঙাইব্দি য়োনত্রে। রমানন্দহুনা হন্দক মাবু ইশো থোওইববম্ … … কব্রিনো অমা তৌবা মান্নিনে। মমানা হায়রম্নি হায়মহুনা মহাকম্নু মপুক্নচেন্নদি ফনা চেংনা

লৈজবনি। মখিত্তা উপন্সিবা মরি পানবা অনোক অহু থাদবহন্না মিৎহু মাহকপা তৈপোকই। অহুগা মখা তারকুই — মমানা মা অহুমা পুথ-রমজরবদি ... ... ঐদি ইমৌ ওইনা লৌশিল্লগে খল্লুররনিনে।"

মমাগী থাজবরা রাহৈ অহুদা উমেশহু মমাদা ওক্লা য়েংলকই। শান্তিস্ন উমেশত্তা য়েংলকই। মথোয় অনিমক্তা য়েংল্লুবা তৌরবা মমানা মখা হায়রকই — য়ুমলোয়রনিনা ফজরবা থল্লিউ, লৈবাক মচা অদুবা ওইনা থোকজবা হেক খন্ন তৌরিউদা মীপ্পী ওইখ্রেদনা। মাগী মওং মতৌ, মাগী থম্মোয়সে ঐনা পামজরবা। শান্তিদা ওনশিল্লগা — নঙগী নবুং অঙাওবসে, রোমীতাগুম্বী নত্তনা অতৈনদি লাকপা ডমলোই। হায়-রগা মোমোন তৌনা মচানুপাদা য়েংলকই।

"ইমাখোয়গী রাথি রারেম ... ... তানিংদবা রা" হায়হুনা ঙাং-লকত্রা খল্লমনি অহুবু উমেশতি রাহৈ অমা ফাওবা হায়দনা লাইরিক হাংহুনা য়েংথ্রে। মচাগী মায়থোংদা তারিবা মমিহু করিনো খঙনবা হায়ফেৎ খল্লি।

শান্তিনা লৈমগী থোনা হাপ্তনা হায় — ইমাশিনা রোনা হেক খনজিনবীহুনা ... ... হায়গে খল্লবদি লাইবক য়েংনিদনা য়ারক্ত বস্ন করি তৌই হায়বগে ? পাবুং ধনচন্দ্রদা হায়হুনা য়েংবা য়াজো ?"

"হোরনে, অহুদা খরা লাপরুবদি কৈদো। মাংদগী নবুং অসিনা ঐগী মায় হেক গুকপীরম্র ... ... চংশি শিরেদো। অস্থুক রুংশিনরিবা অসে মরি তঙনরেদো। অহুগীস্ন মথক্তা রমানন্দস্ন হৌজিক্তি মুংশিরে। মহাক্না ঐগীদমক্তা পাংলিবা মতেং অসিদি ঐনা করম্না হেক কাওগনি।"

উমেশ করিগুম্বা খরা হায়গে খন্দুনা লাইরিক খুমজিল্লি। অহুবু কানজে হায়ররোই খল্লমানে লাইরিক হাংহুনা অমুক লৈথ্রে। খল্লবা মাই — "ইমা নুঙসে ফংথিত্রেদা।"

রোমীতাস্ন খনবা মথৈ খল্লুরগা ফজদ্রে খন্দুনা থোরক্তুনা য়ুয়াম কনহু মাঙরে। অশোংবকীদি উমেশকী রকমদা মাগী অশোনুবহু উৎথোকনিংদে। অহুনা থোরক্তবনি।

"মশা মুংঙাইত্রগনঃ হায়বা য়াজো। শান্তিগা ডাক্তরদা চৎলুচো।"

য়োমীতা ঘোমোন নোক্লনা — ঐ করিমু তৌদেদা ইম্মাশি। শান্তিনা পংহায়দা হায়জিন্নমালে।"

ইয়াং য়াংনা ঙাংথোরকপা অহুদা ওক্না হায়রগ য়েংলকই অহুবু হৈন্না ওকপা পোকখ্রে। তায়কেং তারবা মায়থোং অহু ময়েক শেংনা উরক্রে। ঐনা মহাকপু য়াম্না ওৎপিরত্রা ? তশেংনা মহাক নারবা জাংলা ? অহানবা ওইনা য়া ঙাংলকই — "শান্তি নওগরঃ কৈনো ডাক্তরদা য়েংথোক্লচোম্দনা। তুখিম্না অহুম লৈশিল্লিবহু করিগীনো ?"

উমেশকী মচিন্দগী য়াহৈ অহু তাবদা য়োমীতা তশেংনা ওকই। থম্মোয়দা কাওরক্লিবহু শাওনিংলিত্রা, পুক্নিং মুংশিন্নিত্রা হায়ফম থওদে। শান্তিনা খুমজ্রিঙৈদা রে মীতানা তপ্না খুম্মী — "ঐগী ওইরবদি চৎত্রবসু য়ারনি।"

উমেশ হঙ্গংলক্কে। লাইরিক্তু মুন্না য়েংলি। অহুবু রোমীতাগী য়াহৈ অহুদি নাকোংদা হুত্তুনা চংখি।

লৈমনা থুনা খুন্নকই — য়াদে, য়াদে। নওনদি করিসু তৌদে হায়রিবা। নশাহু য়াম্না শোকচিল্লেনে। ঐগী নাক্তা লৈরগা থরা কনি হায়হুনা পুরক্লগা হয়েং ইপরাহু লাক্লগা ইতৈমশিগী নাক্তা ইচা থম্মশিদি হন্না য়েংবীদে হায়রবদি করম তৌনি। অহুগীসু মথক্তা মমা-নন্দনা ঐঙোন্দা তায়নানিকো। থরায় তানা শোক্লহুনা লৌমহু হো-পৎল্লে।

মহৌশাগা মায়দে হন্দক্তি মহাকী মশা তশেংনা মুংঙাইত্রবনি। ডাক্তরদা অমুক্তং চংকে হায়না খল্লিবনি। উমেশমক্তা হায়রক্লমত্রবদি চৎলম্বসু য়াবনি। মহাকীদমক থনবীবা শাহুনা উমেশনা হায়রকপহু মহাক তশেংনা য়ারোই। মরাল করিসু লৈতবা শাহুনা নিংঙাইদনা কমলিবা মতৌহু উরগা হেন্না শাওনিংলকখি। শান্তিনা — য়েংথোকলুশি কৈদো-বগে। নাবশিবু মুংঙাইবয়ো ?

"ঐ করিনু তৌদে শান্তি, চৎকুমশি।"

অমাম্বা বীনা মাক্কনিন্না করি উপায় লৈ। হায়রগা শান্তিসু খোকখ্রে। মখোয় অনিথক্তা তাইহৌরে। পাক্কবা তেবল অহুম্মী মাংবা মাংমদা বা ভাংদনা তুমিন্না ফম্নরি। রোমীতাদি চাহু তথ্বায় চনম্ভি অহুবু মহাক ফমহুনা চাহু থক্লিংজে। রোমীতানা হৌগৎনিংবমী মওংহু শঙলম্রা কম্নিনে। য়েংখৎলক্তুনা হায়রকই — "চাহু লোয়রবা কাওবতংদি ফম্মুদনা।"

রোমীতা খুমলুদনা মখোল হৌনা চৌক্রিহু ইথোক্লহুনা হৌগৎলক্লে। উমেশনা লাইরিকতু খুমজিন্নগা চিংলেম্না হায়রকই — "ডাক্তরদা শান্তিপা চৎলগা য়েংথোকলুচো।"

"ঐ চৎলোয় হায়খ্রে।"

"করি তৌবগী চৎলোয়দৌরিবনো ?"

"য়াম্মুংনা হায়বা খুদিংমক এনা লোয়ননা ইনগদ্রা ?"

"ইল্লোইদবগী মরম্না করিগীনো ?" লাইরিক অহু মখোল হৌনা থম্মহুনা হায়রকই।

"মী অমবু নমফুদা মাগী অপাম্বগী মথাদা থমগনি খনবহুদি লান-গনি খল্লি।"

"নঙনা হায়ব্রিবশি, ঐনা নঙবু — ...।" উমেশ না মথা তাদনা তুমিন্না লৈখ্রে।

"ঐগোন্দা উৎলিবা খুদিংমক্তু তশেংনা মীনুংশিরা ?"

"রোমীতা ... — ।"

"ঐনা ঈশ্বরদা নিজরিবসু ঐবু মফম অসিদগী লাপ্না পুথোকপীগদবা কয়া য়াম্না য়াৎলিবগে হায়বসিনি।" তারক্লিবা পিহু উমেশ উদনবা থুনা মফমহুদগী থোকখ্রে।

তশেংনা উমেশতু উংহুনা লেপহৌরে। লেপ্তুনা থাংলকপা থোঙ-থাংদা দিনেশকী থোঙ্গাল য়ৌরমলে। আশ্রমদগী ইরাপ লাপ্তুনা লৈ।

হন্দক্তা ডাক্তর তম্বা লোয়ন্নুনা খোম্নকপনি। খুল অসিদা অমত্তা ভাই-রবা অহানবা ডাক্তরনি। আশ্রমদা ভোয়না লাকুনা ময়ামগা য়ারী-বাতায় হেক হেক খারে। মকম অসিদা Nursing Home অমা শাগনি ভাবদা হেন্না হরাওজরিবনি।

থাজদনা উমেশ লাকপা অদুদা হরাওনা চেম্মোরক্লুনা হায়রকই—"য়াম্বুং কবিগীনো অদুক য়ানা, কম্বানো অমা থাররগা ঐখু কৌৱনবীরবা য়াম্রো।"

চাওখোকচদবা দিনেশকী য়াহে অদুদা উমেশতু পেঙ্গে। ডাক্তবনি হায়দুডাই মকমদুগী চংনবী থাদোকপা য়াদবনিনা লঙ্গোলগী শম্বি শেংলম্বনি। "নঙবু য়াম্না চিঙ্গিবরা? আশ্রম ফাওবা চংলুশিনদনা।"

নোক্লদুন, "যনা চিন্দুনম্ম য়াম্মুংনা হায়রবদি চংতবা যাব্রনে। খুং অমুক্তা হামদোকচরকখিগে। চংমিন্নবসি য়াম্মং, ফমম্মু ফমব্রে।"

"ফম্মব্রবম্মু য়ারে, চংমিন্নরসি ঐ ভাইগে।"

দিনেশ্ম ইমুংদা চংখিদুনা মফি হোংলুবে। পুবা যাবা খুংম্মু-খুলায়, হিদাক খরা পুদুনা থোরক্লে।

লম্বীদা লাকপদু অভোম্না য়ারী শাম্নিডৈদা কনা নারগে হায়না হংবা কাওরুই। য়াইমদু দিনেশ উবদা ইঙক ঙক্লে। কনা নারবা জাংনো? মঙোন্দা হায়দনা উমেশনা ডাক্তর কৌরুবা অদুম্ম অচৌবা অঙকপা অমনি।

য়াইমদা হায়রকই — খুরা, দিনেশপু রোমীতাগী কা অমুক্তা তাক-পীয়ু, হায়রম্নগা চংঙ্গে। পম্বদনা দীনেশকা লোয়নন্না রোমীতাগী মনাক্তা চংমিন্নরক্লে।

দীনেশকা য়াইমগা উবদা রোমীতাদু ইঙক ঙক্লে। য়াইমনা হায়-রকই — "নহাক নপা ওমদে হায়বদি খুরাদি খঙদেনে।"

দীনেশতু ফিদা থাদুনা ফমহন্নে। "ঐ কবিম্মু ভোবা নভেলা ইমা-শিনতা পাখংতুনা খুরাদা হায়রিবা ওইরম্নগনি।"

"ঐস্থ খঙদেদে, ইমুংঙো উমেশক। চংশিন্নরকপা। অহুদা কনা নায়-বগে হায়না খল্লিবনিনে।"

রোমীতা য়াইরদা ডক্রা য়েংই। দীনেশনা নোক্লুনা — "য়াম্বনা থাজদনা ঐগী য়ুমদা লাকপা অহুদ। ঐস্থ ডক্লরে ইচেম্মা।"

ডাক্তর কনানা কৌররিবনো হায়বা হৌজিক্তা খঙলে। রোমীতা তুম্মিন্না লৈরে। দীনেশ চংশিন্দুনা রোমীতাগী মিহুল B. P. য়েংলে। থোয়না অশোয়বা য়াওবা উদে। য়েংবা লোয়রগা হায়রকই — হকচাং-গীদি অশোয়বা য়াওবা উদে। ইচেম্মা পোথাবগী চাং য়াংলে। অহুগা চাবা থকপা খওইদবদগী অয়াম্বা শোকচিন্না উথনি।"

রোমীতানা দীনেশপু য়াম্না লূনা তৌজবনি। নোকফেং তৌরতুনা, "ঐদি থবক শুবস্থ নত্তে, অহুগা হন্দক্তি চংথোক্তবস্থ কুইরে। করম্না পোৎথাবা য়াংলে হায়রিবনো ?"

"ইচেম্মা, য়া অম হায়জগে। পাঙ্গলগী অরাবা চোকথবদি নিংথিনা চারগা, পোথারগা ফৈ। অহুগা য়াখলনা য়াহনবসিদি ইশানা মহুবু ফাথজবা নত্তনা উপাই লৈতে। তুম্বা চাবা য়াংলে চায়বা অসিদি ইচে-ম্মস্থ য়ানিংঙ্গরে।"

"হায়জঙ্গ নোকফেং তৌনা — ডাক্তর অশেংবদি ইপরা তাক্লেদনা। মথোয় অনিমক নোকমিন্নে।

নোকপগী হম্বরকপদা রমানন্দগা লৈমগা চংলকই। দীনেশ ফমহুনা লৈরম্বহ্ উবদা লৈমনা হায়রকই —করেন্দা ইচানা ডাইহাক্তং য়োবীরকপা অসিদি। নচেম্মগী শিবু করিস্থ তৌরোইগ্রনে ?

ডাক্তরগা লৈরবা অহুদা রমানন্দহ্ খজিক্তং চিংনকরে। থারিবা চৌক্রি অমদা তুমিন্না ফমথৈ।

"করিস্থ তৌরোইদা ইমাশি। ইচেম্মনা য়াখল পংথনদা খনজিন্দুনা নাইহল্লিবনি।" দীনেশ মোমোম তৌনা হায়রকই। করিস্থ থোইদোকপা তৌজবনিনা হনখ্রে। শান্তিনা চংলকপদা রমানন্দ কময়বহ্ উবদা ডকন্থ

ওকই অহুগা হয়াওবসু কাওই। লৈমা য়োমীতাগী মনাক্তা কম্বথরহনা শমহু নাম্বী।

রয়ানন্দগী মরমদা মতম থগী মমাংদগী কনাদসু খায়োক্তনা ফুন-গৎতুনা লৈরকপা শাওনিংবহু ওসি মহাকী মশক উবা মতমদা লোইনা মাংখে। শকফমহু হেন্না শোকচিন্না উরে। পুন্ডমদবা চৈনা অমা খাংবগুম মায়থোং অহু ইকুং কংলে। সুপ্রগী মহৌশাগী চিংলেম্বা মোংহাদবা মজৌ অহুতা মঙাইরে খাংদ্রিবা। চিঠিগী মরোল অহুগা মহাকী শকফম অহুগা খেন্ননা খোন্নবা অহুনদি ওকপনা য়োমীতা মীৎ কুপকনি কাওরে। "ঐ নাবা ফরে। করিসু খোইনা লুবা অনাবা ওইরমদ্রে।" মাহৈহু হঙ্গিল হঙ্গিল নিংশিংলকখি। 'নাবা ফরগবু অমুম্না তৌগদ্রনে? মতোমতা পাওখুম থিরি।

লৈমনা হায় — নহান মখৈদি থবক খিত্তং শংবগা হেক্তা লাকপনি। হন্দক্কি নওসু থবক চিনগ্রমানে, লাকখিদ্রে। নখোয় অনিগী লুহোংবসি লোইশিন্নগা Nursing Home শাবগী থবকসি পায়থৎ নিংলিবনি। থওদোনে, নওসু থবক অসি ইতন তম্বরক্রবা করিনো?

"অতুগী নত্তেদা ইমাশি। Nursing Home হু শাবা হৌরশি।

মপানা কনা হায়রকসু লুহোংবসিদি ঐগী নাক্তা হোংলগা লোয়রে।

লৈমগী পাওখুম পীদনা হায়রকই — পাবুংসু গোহাটিদা থেংনরম্মী। থা অমরোম লৈরকখিনি হায়হৌই।

"ইপন্নাগী রাদি করিসু হায়রোইদা। দান পীবা নংলগা লোইরে।"

লৈমগী রাহু ইতা তাদনা, Nursing Home হু করম্বা মতমদগী শাগৎপা হৌশিগে। ডিজাইনহুদি উম্নেশনা য়েকনি হায়খিবনি। মাবু য়েক্রবজাৎলা?

"নহান্দি হায়কেৎ লোইরে হায়রহুনা য়েংলখিবনি। মহুগীদি মখোয়না খোকপা য়েংনরো। ঐখোদি থুনা হেক্তা হৌনিংলবনি। ওসি হয়েং অসিদা য়োংতি য়ৌরগনি।"

"ইমাশি, সিমেন্টকী দায়ত্তহ্ ঐনা লৌজরগে। তামোদা হায়রগা মখোয়গী ভকিলতগী পুন্না লৌরগে।"

"হোয়নে, খবক অসে নঙ য়াওব্রবদি হেক্তা য়াদেনে। লৈমনা হয়াওনা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই।"

য়োমীতা য়ারীহু মুন্না তারি। লুহোংবগী য়ারী শাম্নরম্বদগী রমানন্দনা হৈনা *Nursing Home* শাবদা ও.স্থাকখিবা পুন্নমক খঙলবস্নু রা ভাংদনা ফমলি। রমানন্দগী অহোংবা পুকচেলহু ময়েক শেংনা খঙলে হৌজিক্তি। করি অমুক হায়রুনি হায়কম খঙদবা শাওনিংবা, তৌফম খঙদবা অমন: খনাও ইফুল ফুনগৎলকই। কুইনা লৈরবদি মহাকী ফজদবা মওং-মতৌহু শোয়দনা উথ্রগনি খন্দুনা য়াহৈ অমা কাওবা হায়রমদনা হৌগৎলগা থোকখ্রে।

করিগীদমক্তা মহাক্না হৌগৎলগা থোকখ্রিবা:না হায়বহু রমানন্দ খঙই। শাওফম থোকপদা শাওব্রবনিনা করিস্নু হায়রুনিঙাই লৈতে। অহুবু কুইনা খন্দুনা মতম মাংহন্ত্রে। লৈমগী য়ারীদা হেন্না পুক্নিং চংনা য়া তান্নরকই।

হল্লমদায়দা য়োমীতাগী মনাক্তা চংতুনা য়াহৈ অমা অনি হায়রমশিরা খল্লি। অহুবু হায়রুদ্রে। থোরকপদা হায়রপ য়েংশিল্লুব্দা য়োমীতানা লেপ্লহু উখি।

গেট য়াংমা লাম্না থোকখ্রিবা রমানন্দবু মুন্না য়ারোনা য়েংহৌবা নত্তনা উপায় লৈখিদে। খল্লুবা, নিংশিংলুব থুদিংমক্তা মশাবু য়ারোজখি। হোস্তপিতালদা মহাক্না তৌখিবা সেবা, মীয়ামদা মহাকী হায়নশিংনবনি তাকপদা চিংনদনা য়াখিবা। পুন্নমক নিংশিংলুবদা ইকায়রক্লে। ইরাই লায়না অস্নুম্না মহাকপু থাদোক্লম্বা অসিদা খাংঙমদবা অমা কাওরক্লে। করি হায়রুনি। করি তৌসিগে খনফম খঙদ্রে। পংইদকো মুশীগী খঙ্গোয়। মসি ওইবা তাই মুশীনা হেক হেক পংথৈ হায়নবহু। য়োমীতা মমাবু নিংশিংতুনা পেম্না কপ্লকই।

মমানা মচানুপা হল্লকপা ঙাইহুনা মপান্দা কয়দি। মচানুপাগী ইখুম খুমদবা মতৌ অহৃদা মমাগী তোকপা খঙদনা মাঙলে। উংলে। পাড়ীগী মখোল তাকদা খজোমহ শম্মা চাওখোকচৈ। রমানন্দনা পাড়ীদগী কুমথরগা চংলকপদা মমা লেপ্লুনা লৈরম্মা উবদা হংলকই — "ইমাদি অচংবসিদা ... ... — ইমুংদা লুম্না লৈবা য়াজো।"

ঙাংলিবা মচানুপাগী মায়দা মুন্না য়েংই। "কনম্মা পোথাবা য়াগ্রে দৌরিবনো?"

নোকফেং তৌরহুনা মমাবু কোম্মুনা ইমুংদা চংমিল্লরকই। মমানা হায়রকই — "নঙনা হন্দক তৌরিবশিবু করিনো?"

খুমলুদে, নোকফেংতমক তৌরকই। "নশা অহুম্ম নোংমা নোংমগী শোকচিল্লে। লায়েংবা চংখিবদদি নঙবু ফনা নোয় পেন্না চংখিবনি। নন্দা, নঙ ইমাদ না লোংকম্মু। নঙবু করিম্মু তৌদ্রে হায়বদায়নে।"

"ইমা ঐ করিম্মু তৌদে। ঐনা ঙসি ফাওবদা ইমাদা ওইদবা ঙাংখিবা লৈত্রনে। ঐনা ইমাদা ওইদবা হেক ঙাংলকপা মীকুপ অহৃদদি নচাগী পুক্নি ... ... ।"

মমানা মচানুপাবু মখা তাহনখিজে। "অহুম্মা হায়বা হৌনত্রনে মঙবু।" ঐনা হায়বদি য়োমীতাহু শোয়দনা করিনো হায়না খনপনি। নঙনা ঙাইখো হায়হুনা রাম্মু অমা হোদোক্লদে মসিদি হৌনদেনে।

"ইমা করিম্মু অমত্তা রাদীকনু। ঐখোয় অনি তাম্মরগা থবক অসি মতম খরা মৈথখিসি হায়নরবনি। মহাকম্মু থবক খরা চিল্লি মসিনা হেন্না পামজে হায়রকই।"

"নঙবু মাগা উরকত্রনে।"

"ঐ আশ্রমদগী হল্লক্লিবনি। মহাকা য়ারী শাম্মহুনা লৈখোরক্লবা অতুনা থেংলিবনি।"

"অহুবু ওইরবদি কৈবে। অহুম্মা নখোয় মশেল হায়নবনা অমুনি মমাশিহু ঐগা অমুক্তং উরকসিজো?"

"লোয়না ভাব তানরবনিনা অমুক চংলুপ্রবস্থ য়ারেদা। মসিবু মীতোপকীরনে।"

মচাগী বাইহ অহুবা কমাহু তশেংনা থাজরে। হায়রকই — হন্দক অমুক মপা খোরক্লগা ঐনা লেপ্লকপা মতমদদি নখোয়না য়াগদবনিকো। ইমাসু নঙগী লুহোংবহু কেংলিংঙিনে। মচাবু নিংথিনা তুমহল্লহনা কাগী মৈ মুথহনপা খোরক্নে।

মমা খোকপ্রপা হৌজিক্তা বাখল মশেল লাম্বেংনরকই। মমানা হায়রম্লিবহু কুইনা পুক্সিরম্নোই থম্বা হায়রম্বনি। অহবু মতোমতা হংজরকই — "ইমা শিরবু নঙ ঐনা মতম লেপ্পা ঙম্নে?" ঐ ইমাদা তশেংনা ওইদবা বা ঙাংপ্লে, নচাবু ঙাকপীয়ু কা।



## বুহ্‌াতরেৎশুরা

উমেশনা রোমীতাবু অহানবা উথিবা মীকুপ অহুদগী কনাস্থ খঙহন্দনা থম্মোয়সুংদা পুজা তৌহন্না থমজখি। পুন্সিগী অরোইবস্থনি খঙখি। বা ইঙাং ঙাংদনা তৌগে নিংখিবদি সুপা খোল্লা তৌখিবা ঙাক্লনি। অহুশুম্না থম্মোয়দস্থ সুংশুম্না লেংদনা লৈখি।

তশেংনমকীদি মহাক্না মতিক চাবা মী অমা ওইরবা কান্দা রোমীতাবু থম্মোয় শেংনা সুংশি হায়না কোংদোক্লনা পুন্সিগী লৈপুল শেমগে হায়না থনখিবনি। নোংদম্বা মানস্থ উমেশকী মায়য়োক্তা লেপশ্নে। কবিনো হায়কম খঙদবা কত্রবা বাখল অম উমেশকী কোক্তা হেক হেক নৈশিন্নরা লৈরি। কবিশুম কান্দস্থ মাংখি। মতম অহুদদি থল্লকই — থুদিংমক কখোক্লগে হায়না।

শাখিপা বারী থরা শামগে থন্নুনা লাকপনি। খোঙ ময়া য়োরকপদদি মহাকী খোঙথাং লেপশ্নে। রোমীতাগী থম্মোয় শোকপা হিক্লা

কল্পা খোনজেলত্থু তায়কই। শান্তিন্থু তৌকম খণ্ডদনা হায়রকই —
"অহুম্না কপকম্লুসে। ঐস্থু হন্দক তাযো রমানন্দনা পুকচেল হোংদ্রিবসে পুকথা থাজবা ঙমদে। রাহৈ অমা অদি কাওবদি মান্থু হায়রবা য়াই। নঙ তামোগা রারী অমুক্তং শায়খো।"

"শান্তি পুম্নমক মহাক খণ্ডলিবনি। খঙনা খঙনা উশিন্নবনা চৎপ্রবা মহাক অতুদা ঐনা করি অমুক হায়জৌ হায়রিবনো? অম্লুক চাওখোকপা! থম্মোয় অম্লুক কনবা! ঐনা কনাগীদমক ঐগী ছুংশিববু থাদোক্লিবনো? ঐ মহাকপু তশেংনা রায়রোই শান্তি।

"অহুবু ঐনা খণ্ডনিংলিবদি, তাযোনা থল্লিবসি করিনো? লুহোংবা তোকপগী রাফমসি ইমান্থু খণ্ডহনগম্লু। নঙনা য়ানিংদহুনা হোংদবা ওইনা তাহন্নবা শিল্লি। নত্রগনা — … অতোপ্পা হুপী অমা … — মহুন্থু থাজদে। দযা পুম্নমক নঙোন্দা তাহনগদৌরি। অশেংবহু করিনো খণ্ডদোকপদি কৈ।"

"শান্তি ঐ করিস্থু খণ্ডনিংদ্রে।"

"অহুবু রাফম অসি নঙস্থু য়াওনা মীনম্বদি ঐ য়ানিংদে।"

"ঐবু করি তৌ হায়বনো শান্তি।"

"নঙ তামোগা রারী অমুক্তং শাম্নো। তুমিন্না লৈশিনবহু অচুম্বা নস্তে। মখোয়না কুশি তৌহনবস্থু ফত্তে।"

"ঐ শায়রয়োই শান্তি। তাঙ্গা অমা য়েংলগা ইমাশিদা রারী পুম্নমক লিরগে। হৌজিক্তি খণ্ডলে, সুপা হায়বা জাৎসে থাজনিংঙাই লৈতে। ইশা ইত্তোমতবা পুম্নমক মাংহনখ্রে। ঐদি মখোয়সে মীওম্না উন্নবস্থু থম্মোয় পান্দবা জীবনি হায়না লৌই। মখোয়নবু অশোকপা থম্মোয়গী চৈনা মশক খণ্ডব্রনে?"

"নঙনা হংলোই হায়রগা ঐগা রারী শায়গে।"

"ঐগীদমক হায়জরুগে হায়রিব্রা? ঐবু য়াম্না শোম্বী অমা ওইনা উহম্নিংদে। ঐ কনাগীস্থু মস্তেং লৌনিংদে।"

শান্তিসু রা ভাংকম খওজে। মহাক্না লৌরিবা কিরেপ অসিসু ভশেংনা চুম্বসু নস্তে। ফজদবা অমা শোয়দনা থোক্লকনি। শান্তিনা থোরকপদা উমেশনা থোঙ মরুমদা লেপ্লম্বহ্দা খংলুরে ওক্লপ্পা য়েংখৎলি। শান্তিদা হাইরপ য়েংলম্লগা রা ভাংলমদনা চৎখ্রে।

নস'শিং হোম শাগৎপা হৌরে। রমানন্দসু য়ানা অঙম্বা মস্তেং পাংলি। ভোয়না লাক্কে করিগুম্বা লাক্লবসু লৈমগা মথোয় অনিগী য়ারী নত্তনা অতোম্বা য়ারী শাক্লগ্রে। লৈমা লৈরমদবদগী ওসিদি ভাইহাক পম্ববা তারে। রোমীতাগা অয়ুক্কী থবক অমা চৎখি। উমেশকা মথোয় অনি চা থকপগী ফম্মিন্নরি। শান্তিসু চা পীরম্লগা থোকখ্রে। নস'শিং হোম অহূগী মরমদা মাগী মাগী মত পুথোক্লুনা য়ারী শান্নরি। উমেশনা রাহৈ অময়কী খুদোংচাবা লৌহুনা রা থেংচিল্লকখি – "ঐগী মীৎয়েংসি য়াম্না হেম্মিল্লব্রা? মরুপকী মঙং মতৌসি মংহৌশাদগীদি য়াম্না হোংলব্রা হায়না খল্লি। লাল্লব্রনে?"

মোমোন তৌনা হায়রকই – "ইশাগী অহোংবা অশোয়বদি ইশানা খঙজদে। ময়াম্না করিগুম্বা খরা উবীরবদি চুম্নম্বসু য়াই। মীওইবগী পুন্সিদা অহোংবা লাকপা হায়বসিদি হৌনশানি। ঐদি মসিদা অহূক ওক্না থোক্কে। মরুপ॥

রোমীতাগী দমক্তদি মহাকী রাহৈ অসি য়াম্না ফজবনি। শাওনিংলবসু য়াস্নিবমখৈ ফাথরহুনা খুম্মী। হোয়, অহূবু পুন্সিদা অহোংবা লাকপগী থেম্নবা মঙংদি লৈ। খওহৌদনা ঈশ্বরনা পীরকপা দত্তি অমনা হোংহনখিবা, অমনা ইশানা ইশাগী তা ফনবা, ফুংওাইনবা খন্দুনা পুক্লিং হোংখিবা অনিসিগী থেম্নবসি লৈরোইগ্রনে।"

"হাম্নগুম্বা হায়রকই – "শোয়দন লৈগনি। রাকমহূ ঐসু য়ানিংই। অহূবু য়েংলিবা মীৎয়েং খুদিংমক লোইবা চুম্মী হায়বসু লানগনি খল্লি।"

"ঐনা উরিবা মীৎয়েং অসিদি লাল্লোই।"

"করম্বা মতাংগীনো? খন্না চিংনরপ তৌনা হংলকই।"

"রোমীতাদা মরুপা থম্নিংলিবা মীৎয়েংসি করম্বা মওংদনো।"

"রাখল খনবগী মতৌঙ্গা শককম্ খিরুং হজিন্নহনা—রোমীতাদি ঐনা মুংশিনা ইকাই খুম্নিন্নবনি। মহাকপু করম্বা মীওইনা লান্না লৌবা ঙমগনি"

"অহু ওইরগনা, মরুপা হন্দক লৌবিন্নিবা ফিরেপ অসিনু চুম্মী খনবীবরা ?"

"রাহৈ অহুদা রমানন্দা থুনা অব তাই। হায়রক্তং নোক্রগা, ঐদি রাফম অহু ঐখোয় অনিতগী ওইনা থম্নিংবনি। মরুপসু খঙ-বীরম্লে।"

"পুম্নমক্তা লোৎলবসু ঐঙোন্দদি নমথাক য়ারোই।" রাহৈহু খরা কন্তক্লা হায়দোকখি। শাওনিংবনা প্রোক প্রোক চাকই।

"মরুপা লান্না খনবীরে। নমথাক নত্তে, ঐনা কনাগুম্বা অমত্তদা নমথাক তৌগে হায়নসু খনখিদে। অহুগা অমরোমদা ওইদবা রা ঙাংবা, নমথাক তৌবা হায়বসিগী তোংজবসু লৈতবদি নত্তে। ঐনা করিগুম্বা মহু তৌবা তারম্নবসু রোমীতাগী পুন্সি কম্নবগীদমক্তনি। ঐদি পুন্সিবু মমল লৈনা লৌজে।

উমেশ মশা মতোমতা মরাল লৈরবগুম রা ঙাংকম খঙদনা লুকথখ্রে। করি হায়না খুমসিগে খল্লিঙেদা রমানন্দনা মখা তারকই— ঐগী অমত্তা ঙাইরবা আশাদি মহাক্না ঐবু রারোবা তৌদনা থাদোকপীরম্বা অহুগা মহাক ··· ···। রা ঙাংবা ঙমদনা লেপখ্রে।

থাজদনা হোৎলক্লিবা মহাকী রাখল অসিনা রোমীতাবু লান্না উরা নত্তনা অতৈ মরম লৈত্তে। দণ্ডি অসিমক্তি রোমীতানা শাওবা ঙম্বগী রাংমদনি হায়নিংই।"

হায়রক্কৎ খল্লগা— "মহাকপু ঐনা লান্না উবা। হায়রগা নোকরক্কৎ তৌনা— ঐ খঙই। ঐনা রোমীতাবু থাদোকপা মতম্দা ঐতগী ইরাদ ওইগনি। হায়রিবা খুদিংমক ঐ রাফম থোকই।"

মহাক্কী পাওখুম অদুদা উমেশকী ওকপা পোকই। অমুবু মহাক্না মখোয় অনিগী মরী লান্না উরে খল্লুবদা লৈত্রাকম খঙদে। হায়রকই— "চিংনরিবা রাকম্বদু খৌনা কনা খঙদোরবা হোৎনবগী মতুংতা লৈতুনা চৎখিবদুদি তুপা থোক্তবগী মতৌনি হায়নিংই।"

উমেশকী অচিন্দগী থাজদনা হায়দোরক্লিবা য়াহৈ অমুদা অওকপা মীৎয়েংগা লোয়ননা মুন্না য়েংলকই। অমুগা ওপ্না হায়রকই— "ঐবু খন্নিংবা লৌনিংবা মওংদা লৌরুদা ঐগী য়ানিংদবা করিসু লৈতে।"

মহাক্কী পাওখুম অমু উমেশপু পোলহনবগী মতুংতা হেন্না খোইদৌ শাওগৎলক্লে। "য়াকম অসিদা রোমীতাদা করি ফাওরমগনি হায়বা অসিমদি খিতং খঙহন্নীংই।"

"ঐ মতুংসু খঙই। য়ারী অসি তেনশিল্লসি য়াকম অসি মহাক্না উন্নদুনা য়ারী শাবা ফাওবা ওঅদবা অসিসু ঐগী অশোনবা ওইরে। ঐগী ইরাদসু ওইরসনু। মরুপ্তা ঐগী অশেংবা য়াকম অমতংদি হায়নিংই— "কনাগুম্বা পুকচেল চাওবা রোমীতাবু মুংশিবীবা মীশক অমথক মহাক্কী পুন্সিদা লাক্লবদি ঐগী নিংবা থুংলে খনগনি।"

রমানন্দনা খল্লিবা তাংলিবা য়াতাংশিং অসি চুন্না তাংলিব্রা নত্রগা চিংনরিব্রা? খল্লুবদা লাক্কা ওঅদে। রমানন্দা চৎপ্রবা ফাওবদা মহাক হৌগৎকনি কাউখ্রে। মওঙ মওঙ খল্লকই খনবগী অয়েক্পা অয়োইবা লৈতে। মহাক্না অয়োইবদা হায়রম্বা যাহৈ অমু হন্না হন্না নিংশিংলকই। করি খন্দুনা য়াহৈশিং অমু হায়রম্নিবনো? ঐনা অমুক কুইনা কনাগী-দমক য়েংদুনা ঐগী মুংশিববু থাদোক্লরিবনো? রমানন্দগী পুকচেল শীকপা মতৌ অতুনা উমেশতগি মৈরী ওনখ্রে। কনা থেংলক্লে। রমানন্দসু হনখ্রে। ফমুঙদগী ফুক হৌগৎতুনা রোমীতাগী মনাক্তা লাক্লে। শান্তি মখোয় অনি চে অমা পুথোকুনা রা তাম্নরম্মী। থাজদনা উমেশনা লেপ্লুম্বা অমুদা ওক্না শান্তিনা রোমীতাদা য়েংলকই। রোমীতাসু চপ মাক্লে।

মখোয় অনিমক রা ঙাংবা ঙময়ত্রিদ্রবদা উমেশনা শান্তিনা হায়রকই — "শান্তি, ঐ রোমীতাগা য়ায়ী অমা শাক্লগে ... ... । রা লৌইরিদ্রবদা শান্তি খঙনা শান্তি যুপান্দা থোকখ্রে। শান্তিনা থোকখিবদা থিংতং ঙাশিল্লবহু নত্তনা থোঙহু অহুম হায়রি। রোমীতা মঙদা থোকপগুম রা ঙাংবা ঙমদনা উমেশতা মুন্না য়েংহনা কল্লি। অকনবা লোংখৈ মুংশিং অয়গা লোয়ননা থাদরকদবা 'বজ্র' গী খোঞ্জেল অহু তানবা ঙাইবা নত্তনা উপায় লৈত্তে। অহুবু থাজদনা থল্লুবা অহুগী ওয়-তৈনবদা উমেশনা ঈং- তমা হায়রকই— "রোমীতা, য়ায়া মুন্না থল্লবা মতুংদা রাকম অদি হায়গে থন্দুনা ঙসিদি নমাংদা ঐ লেপ্পবনি। ঐগী রাহৈ অসে ফোঙদোকপদা থরা থেংমনখ্রমানে। খুদোংচাবা লৌরকপনি হায়না থনগনু। নঙবু অহানবা ঐগী য়ুমদা উবা মুমিং অতুদগী পুন্সিগী ওইনা থনখিবনি। ঙসিসু ঐগী রাথল হোংত্রি। মপোক অসিয়গীদি হোংগদবসু য়ানত্রে। নঙগী, ইমাগী অমদি ময়ামগী য়েংহনা ঐগী থম্মোয়বু ফাথহনা লাক- খিবনি। "ঐ নঙগা লোয়ননা হিংবা পাম্মী। ঐ নঙবু লুহোংলগে হায়না লেপলে।"

উক্কা তারম্বদগী পাওখুম পীগে হায়না য়া কাথোক্লবদা উমেশনা থিংহনা হায়রকই — "নঙগী পাওখুম অমামুক ঐ পামদ্রে। মুন্না থল্লগা নত্তনা 'হোয়' হায়রকপা অহুনি ঐনা পাম্লিবা। ঙসিমক নৎতে, নঙসু থম্নবগী মতম লোৎখা।"

রোমীতা নুংগী মুঙ্গিগুম মচি লেংখিদ্রে। অঙ্গংবা মুংশিংনা হুম- জিল্লকুনা হাইদোক্লিবা ফি অহু কাওবা লৌথৎকনি হায়বা খঙখিদ্রে। উমেশ চংশিল্লকুনা ফিহু লৌথৎলগা ইমশিমবীরম্মী। অহুগা থুনা কাহুদগী মপাল থোকখ্রে। মত্রমা কায়বা মীগুম হৌজিকসু মচি লেং- দনা লৈরি।

শান্তিনা চংলকপা মতমদদি রোমীতাহু মচি লেংদনা শকথম তাইকেং তাইনা ফমহুনা লৈরমলে। মশা পুম্বা ঈশিংগুম্না ঈংলমলে।

লৈপদবদ। ঐগী খোঙগী চোক-অপ অহুস্থ তৌরক্লগে। কলকত্তা ফাওবদং য়ৌশিল্লক্লগে। ক্লাইট্‌কী টিকেৎস্থ প্রোগ্রেম লৈক্লবদি হুমিং মঙানিদগী হেন্না চংলোই। নঙনা ইমাদা রাগী শাক্লক্লে। রাকম অসে ইমানস্থ হেন্না পামগনি।

রাজেন্না খল্লগা— ইমাশিগীদি রাকমস্থ হোদোক্লব্রদা হেন্না হরাওরকনি। ঐ খঙই অহুদা … …।

"অহুদা করিনো?"

"অহুদা য়োমীতাগী অশেংবা রা অমা হায়া হংখিগে।"

"ঐগী রা থাজদবগী রারা?"

"হং। নত্তে। য়োমীতাবু তয়াং তয়াংনা থাজবা ঐদি ওল্লোই, অহুনা হায়বনি।"

"রাজেন, মহাক্না ঐবু তশেংনা মুংশি হায়বসি ঐ থাজে। মহাক শোয়দনা 'ব্লেস' হায়রকনি।"

"ফরে নঙনা অহু য়ৌনা থাজরবনিনা ঐ শোয়দনা ইমাশিদা লু-হোংবগী রারী শাররগে।"

"খঙদে রাজেন, পুন্সি অসে হৌজিক্তা মহাও লৈরকপগুম তশেংনা হিংনিংবা ফাওরক্লে।"

"উমেশ, নঙনা অস্থন্না পুক্লিং হোংলকপসে ঐ রায়া মুংঙাই মরূপ।"

"ঐনা নুত্তে, মতম্না পুরকপনি।" য়োমোন নোক্লুনা খুম্নকই।

"ঐগী মরূপকীদমক ঈশ্বরদা হায়জরি মহুদি ওসিগী অসিগুম্না ঐগী মরূপকী হরাও তয়াম্বা অসে মতম নঙনা মতম চুপ্পগী ওইনা থম্বীরস্মুকো।"

উমেশনা রাজেনগী মতৌ অহুদা নোক্লগা— "হে, নঙনা হায়রিবহু করিনো?"

শককম হঙিমা রাজেন্না হায়— ঈশ্বরদা নিজরিবনি। করিগুম্বা নঙগী হরাও তয়াম্বা অরিনা লোক্লখিবা নত্রগা মাংখিবা থোক্লবদি মহুদা ওইরক্লদবা পুন্সিগী কলাহ ঐহোন্দা অকিবা অমা কাওহল্লি। উমেশ।

"রাজেন, তোরো। অহুম্না থজুবিবা করিগীনো? অহুত্না পুন্সি অহু কৈদৌঙৈদা থোরোই।"

কনা হায়জরবসু রাজেনগী থম্মোয়দদি ইরা য়ানিংদবা অমা কাওরি। অহুবু অমুক হন্না য়েংলুব্রে।

রাজেন্না এয়ার পোর্ট কাওবা থিল্লুই। উমেশসু রাখল হুংঙাইনা থোয়োন নোক্লুনা প্লেন কাথংথি।

শান্তিসু মপা নাই হায়দুনা য়ুমদা চংথ্রে। য়ুম চংত্রিঙৈদা রমানন্দগী মনাক্তা হান্না লাক্রে। য়োম্মীতাগী পুক্লিং মহাক চপ চানা থঙই। নিং-শ্ববদি হোংলোই অহুগা রমানন্দদা মহাক্না রা হৌদোক্লুনা অশেংবা অমা য়ারী শাম্বসু মহাক কৈদৌঙৈদা শারোই। য়োম্মীতাগীদমক অঙম্বা মতেং অমতংদি পাংনিংই অহুবু উপাই লৈখিদে। হায়জবা য়াবা মথৈ হায়জরুগে থন্দুনা অনিংবা অমগা লোয়নন্না লাকপনি।

রমানন্দগী থৌরা ইশা শাদবা মতৌ অহুদা মমানা ঙাংনিংবমথৈ ঙাংলম্লগা চংথিবতা ঙাইরি। মহুসু লাইবক ফবদগী ডাঃ প্রমোদ লাক-পদগী তোকখিবনি। মমানা ঙাংবহু তাবা নত্তনা পাওথুম পীরুনবগী মরম লৈতে। মহাকী থম্মোয়দা করম্বা মৈগী চীং ফুত্রিবগে হায়বহুদি ডাঃ প্রমোদ নত্তনা কনানসু থঙবা ঙমত্রি।

মমানা ঙাংলিঙৈহুদা প্রমোদ চংলকপদা রমানন্দহু নোকক্কেং তৌ-রকই। মথোয় অনিমক কম্মিররবদা হায়রকই—"ময়ামসি ভাহুনা ঐ থাংবা তাবনিনে।" য়াহৈহু নোকক্কেং তৌনা হায়জররসু থাংঙমদকী থোংহোক অমদি লোয়নরি।

ডাক্তরনা হায়রকই অহুবু নন্দবাবুনা রাক্‌ম অহুদা অমুক কিবা কাওবীরিবা করিগীনো? ঐদি ··· ···।

"ঐ ইমাবু লুংশি ডাক্তর। ইমাগী অশোনবা থম্মোয় অহুনা থাংব ঙমদনা থোকনি। ঐগী ইমা থম্মোয়গী লায়না অমা লোক্তরলো

রাহুং অহু হংবদা মতৈমগী খায়থোং অহু ইহাও হল্লাওযে।

"রোমীতাগী রাকখদি তামোনা হেন্না খঙলমগনি।" মরোইনা খুম-লকখি। পাওখুম তাইরকদনা মতৈমহু চংখ্রে। শান্তিগী পাওখুম কনানহু পীরক্তে। ডাক্তরনা রমানন্দদা য়েংলকই। শান্তিনা মখা তারকই— "তামোদা রাকম অমথক হায়নিংহুনা চংলকপনি।"

"করম্বা রাকয়ো?" ইয়াং য়াংনা হংলকই।

প্রমোদ মশানা থঙনা হৌগৎখিগে তৌই। শান্তিনা থাম্লগা ডাঃ স্নুম ফম্বীয়ু। ঐগী রাসে য়াম্না কায়রব্রা হায়বীরকউ।

"তামোনা হন্দক রোমীতাদা উংলিবা মওং মতৌ অসে য়াম্না ঙক্না থোকই। রোমীতানা কদায় ফাওবা তামোগীদমক কখোকখিবগে হায়-বসি কাউথোকফমদি থোক্তবনি। মহাক্কী করি মরালনো?"

রমানন্দ পাওখুম পীদে তুমিন্না ফম্মি। শান্তিনা পুক্নিং হুংশিনা হায়রকই— "অমোখোয়দি মুপানি অহুনা করিস্নু থন্দবা মথৈ তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্মিবনি। মুপানবু মুপীগী অশোকপা থম্মোয় মশক থঙকম থোক্তে। অমুক থাংবা ঙমদবা ইকাইবা অম্না পীবসিদি মীওইবগী লিচৎ নত্তে হায়নীংই।"

হন্দক্তি পাওখুম ওইনা অসুম্না হায়রকই— শান্তি, নখোয়না হায়-নিংবা ঙাংনিংবা পুন্দিংমক ঐ শাওদে। অদুবু অদুগুম্না অমত্তা ঐনা তৌথিবা লৈতে। মাগী মাইফনবনি ঐনা লৌরিবা খোঙথাংদে।"

"মাগী মাইফনবা ওইরগনা করিগী মাগী পুন্সিবু মাংনবা শিন-বীরিবনো? তামোগী অনিংবা অপাম্বহু রারী শামহুনা ফোঙদোক্কিপদা করি কায়বগে?" তামোনা বা ঙাংদনা অসুম্মক লৈরবদি রোমীতাগী পুন্সিস্নু হৌজিক লৈরিবা ফিভম অসিদা লেংদনা লৈখিগদ্রা হায়বগী চিংনৈ। মহাক্না করিগুম্বা অমুক হন্না লুহোংহু মাত্রবদি মসিগী মরমতদি তামোনি। শান্তিগী মাহৈহু অমুকী মত্তিক কন্না থোকখি।

"অহুবু শান্তি ··· ··· ব্রয়ানন্দনা খুমগে তৌবদা ডাঃ প্রমোদনা থামখ্রে। অহুগা শান্তিগী রা পাংবা ওইনা হায়রকই— শান্তিনা হায়রিবলে য়ায়া চুপ্পী। মঙনা অহুম্না ভুমিন্না লৈশিন্নগা য়োম্মীতানা কৈকৌঙৈদা অতোপ্পা অমগা লুহোংগু য়াহ্নোই। মঙনা মহাক্কী পুন্সিবু হুংশিন্নবদি অহুম্না নত্তে, মহাকা য়ারী শাম্নহুনা পাও কাওদোক্নগদবনি।"

অমি চংহুনা ঙাংশিন্নকপা অহুদা ব্রয়ানন্দহু লুকথহুনা লৈখ্রে। "এইনা হায়রিবসে উকিল বাবুনা ভাব অমুক্তা তাবীয়ু।" প্রমোদনা হায়রকই।

শান্তিগী মতৌ অহুদা হুংশিবস্থু পোক্লে। ঙাইহাক থল্লগা হায়রকই— "নখোয়না কৈ তৌ হায়বহু ঐ য়ারে। ঐ শোয়দনা মঙোন্দা য়ারী শারগে।"

ডাঃ প্রমোদস্থু থেংলে হায়হুনা চৎখ্রে। তৌগে থনবা থবক অমদি মায় পাক্লে অহুবু রাকম অমদি হৌদোকপা ঙমদ্রে।

"করিগীদমক্তা লুহোংবা অসি পামজ্রিবনো?" শান্তিহু রাহং অসিমদি হংবা ঙমদনা হনখ্রে। অশেংবা পাওখুমস্থু ফংগনি হায়বা থাজখিরে।

কা অহুদা মতোমতা পুন্সিবু মুম্না য়েংলহুনা চেনা ফাক্নুনা পারি। পুন্সিগী চেনা অহুদা পামজনা ইথিবা তাঙ্কক অহুতা হম্না হম্না পারকই। হখিন হখিন পামন্নুনস্থু ময়েক মুংপা য়াওরক্লে। ফজবা, নিংথিবা মচু কয়ানা শংখিবা পুন্সিগী তাঙ্কক অহু হোসপিটালগী য়োমীতাগী সেরা অহুনা ওইখি। লোইশিনখ্রে পুন্সিগী মহাও থওবদো মপুং ফাদনা। অমুক হম্না ফংলরোইদবা অহুবু নিংশিংলুবদা খোইরাংলকই। অহুগা লোয়নননা তপ্না তপ্না য়োমীতাগী শকমস্থু মাংখিনবা মচু কয়া কয়া হম্না হম্না কৈশিল্লি।

★

## কুহ্ মাপনগুবা

নিংথমখাগী সন্ধ্যা অমদা রমানন্দ। আশ্রমদা লাক্লে। শান্তিগী উমেশকা লৈতুমদা ইচিক চিকই। লৈমগী লোয়ননা শাগথলিবা 'নর্সিং হোম' অমত্তু য়েংলক্লিয়ে। অপাম পামদা হাপ্লিংবা ডিজাইন থানৈ। অয়াম্বা শক্তি লোইশিল্লক্লে। অচৌবা অরাংপা অমদি হৌজিকসু লৈরি। করি মমীং থোনগদগে হায়বা খল্লক্রি। রমানন্দনা অয়াম্বা মতেং তৌবনিনা লৈমনা মীং থোনবগী মতাং অসি মঙোন্দা ইহোক্লুনা থমলি। লৈমনা হায়রকই— হাথু হাথুহনখিনু। ঙসিদি চাক চাখিসি। রোমীতাসু মতোমতা ঙাইবসিদা ইমুং মুংঙাইব্রমানে রারী খরা শাবীরম্মু। ঐ মেমচাদা পাও হায়রুখিগে হায়রগা চংল্রে।

লৈচিলসু রাওরি রাওরি পাইশিল্লক্লে। রোমীতা কদোমদা লৈরম-গদগে খঙদে। "ঐনা থাংলিবা খোঙথাং অসে চুম্মবা হায়বহুয়া?" অঙাংশিংগী মনাক্তা লৈরমগদ্রা নত্রগা মাগী কাদা লৈরমগদ্রা খল্লিঙৈদা য়াইমনা তুংদগী— "ইবুংঙো মন্দা নত্ত্রনে?"

"মানি খুড়া।"

"উখিদবা কুইরেনে, থবক চিল্লমানে"

পাওথুম ওইনা হায়রপ নোকই। করম্বা মতমদবু থাংখিবা থোং-থাংনো য়েংথোক্লব্রদা য়াইমদি পুখ্রি মপান য়োরম্লে। লাকে থল্লা লাকখিবদি নত্তে, অঙাংশিংগী লাইরিক ওমকম শঙহু য়োরম্লে। অহুবু মাগী খোঙথাং লেপপ্রে। শও অতুগী মচিদা রোমীতা অয়েকপা মুত্তিগুম লেপলি। য়েংথোরকপদা মল্লি মল্লি তৌবা অতুদা রমানন্দা লেপ্তুনা লৈরম্বদা খংলুরে। থুনা খোঙ থাংলগা চংপা হোল্রে। "রোমী ... ... ঙাইহাক্তুংদি লেপখো।" রমানন্দনা চিংলেম্বা খোঞ্জেলদা খাম্মী। রোমীতা-খোঙথাং তপথে। হৈনিংবা নত্তে।

"রারী খরা শাম্বনিংহুনা লাকপনি।"

"হৌজিকপু ঐগী দরকার লৈরিব্রা?"

"রোমী ... ... ঐ ... ।"

"করম্বা শেমজিনবা থাজনবা রাহৈ রাংলিবগে।"

হায়রগ ইকায়না খুল্লকই—"ঐ খঙউ, শোয়লনা রাগ্নোকম থোকই। ঐ তশেংনা লানগ্রমানে।"

"রাহৈ অহুগী গুইরবদি হায়গ্রবসু রায়ে। ঐদি হায়জ-নোঙবসি তাবা কয়া হৈনজদে।"

"রোমী, গুসিদি ঐগী রারীসে লোয়বা ফাওবদংদি লীহল্লু ঐবু ... ঐ তৌকম অমা খঙদবদগী তুমিন্না লৈখিবনি। ঐনা রা গাংখিদবা অসিনা নঙবু হেন্না অফবগী লম্বীদা চিংশিনবগী মহুত্তা নঙগী মাঙনবা গুইনা থোকখিবহু ঐ পামদে।"

"মহুদা অদোমগা করি মরী লৈনবগে? মাঙজবা করিসু লৈরম্লোই হায়না থল্লি।"

"রোমী ... ... ।"

"ঐবু য়াম্না উপায় লৈজদবী অমগুম্না কা হেন্না মীপুংশি উংশী- রকপহুসু ঐদি কয়া পামজদে। নিংবীরিবা অহুমক পাংথোকপীয়ু। ঐগী দমক য়েংলগা অনিংবা অহু কায়হনবীগনু। অসি হায়রগা চৎপা হৌই।

"অহুবু ঐগী রারীসি অমুক্তদি তাখো।"

"ঐ লোয়নমক ভাব তারে। ঐগী খহুহৌদবা খোঙথাং অমদগী ইকাইবা অসি নংলিবনি। মীবু হেন্না থাজগল্লুবা ঐগী থম্মোয়গী রুংরুম থোকপা দম্বিনি।"

"নহাক্কা থল্লিবা অহুমক চুম্মী হায়না থনবহুসু লাম্লোইগ্রনে?" ঐনা হায়বা তাবিংগ্রবসু, করিগীসম্ফা ঐনা ফিরেপ অহু লৌখিবনো হায়বা ফাওবা হংলরোইগ্রা?"

"পাওখুম হায়া খঙলবা রাহং অহুজি হংজুক্লবস্থ — —। লৈরম্বা য়াই তোঙান তোঙানবা অনিংবা অপাম্বা থুংবগী মরম কয়া। অহুবু মহু খঙগে হায়না ঐ খল্লে। ঐ রাহং অমা ফাওবা হংলরোই। অসি হায়রগা রোমীতাগী মিত্তা পি লোয়া লৈতনা চেম্বল্লে। অহুগা তপা চংপা হৌখ্রে।

তারিবা পি অহু উত্রবস্থ তনিকপা খোজ্রেল অতুনা রমানন্দগী থম্মোয়দা চৈনা অমা হাপ্পরে। করম্বা রা হৌদোকপে খঙদ্রে। তঙা অসিস্থ নাম্বোকহল্লিংদে। করে ঙাইহাক্তংদদি লেপখো। ঐগী রাসি তারগা ইরাল পুম্নমক ঐ ইশানা লোগে। রাকম অসিমক নঙোন্দা লোৎপা অসিনা ঐবুস্থ লৈতাহন্দ্রে। ঐগী অচৌবা অ:শায়বনি হায়বা খঙলক্রে।

রোমীত্তা শঙ অহুগী মতাই ওইরপা লেপ্লহনা তুমিন্না তারি।

"রোমী, ঐনা নঙোন্দা ইখিবা চিঠি অহু তরায় তরায়না ইখিবা নত্তে। থনবা য়াবা কয়া থল্লবা মতুংদা মঙগীদমক থন্দুনা ইখিবনি। রাহৈশিং অহু ঐগী খুৎসিনা ইবা মতমদা চৈনাস্থ ফাওখিবনি। অহুবু ঐ খাঙথি।"

"ঐগী করম্বা মাইকনবগীদমক্কনো ?"

"রাকম অসি হায়দবা য়াত্রবনিনা হায়রগে।" রোমী,··· ··· ঐ য়ুম্বানবগী পুন্সিদা চংবা য়াদ্রে।"

থাজত্রবা গুক্লবা রাহৈ অতুদা অহানবা ওইনা রোমীতানা মঙোন্দা চাথোকদোবগুম য়েংলকই। ম্রিং কুপকনি কাউদ্রে।

রমানন্দদি মোমোন নোক্লুনা মথা তারকই— "রাকম অসি নঙ ডা: প্রমোদ অহুগা ঐখোয়গী তামো, মীশক অহম অজিবগী হেন্না খঙজি। মহাক্না অতোপ্পদস্থ হায়দোকলোই হায়না খজি। শান্তি কাওবা খঙহল্লীংদে।"

রোমীতা হৌজিকসু মীং কুপ্তনা য়েংলি।

"ঐদি অহান্নবা মপুর্কনা খাজখিবনি। অহুবু কর্মগী ঐগী অশোয়বা লৌপুদ্রা মতি অসি পীরমলিবনো? মসিদি ডশেংগা খাজখিদবনি।" মাজরশিংসু রিজন্ট খাক হেক হায়খোকপা ঙমদে। ঐগী নৈচর ঐগী হেবীতা, মখোয়না চিংনবা করিসু লৈতে। অহুবু অরোইবদি ঐগী "ব্রড্ তা ঐচঃ আইঃ ভিঃ পোজিটিভ" ওইরমে। মসিমি ঐগী বাগী। ইরাজ পুরক ঐগীনি। নত্তবু কজহলবসু ঐবনি।"

রোমীতা অমসু মরক্তহনা কমথখে। মচিন্নগী মাহৈ অমা কাওথা থোরকপিদ্রে।

রমানন্দনা মথা হায়রকই - মসিদা ঐগী করি উপায়নো? নত্তসু অমুক্তা হায়মুনে। রাকম অসি ত্‌ারগা ইমানা ওইখিগদবা মগংহু খরপা নত্তবু খাজবদগী ঐগী চিঠি অহু ইখিবনি।"

ফনা কুইনা রা ভাংলক্ত বদা রমানন্দনা কৌরকই। রোমী "---রোমী"।

খংলপা খুম্মী—"হং।" মাহৈশিংহু তাবদা ডশেংনা রোমীতাহু মকোক ভাওরে। য়াম্রিবমখৈ মশাবু কাথজনবা হোৎনরি।

"হৌজিক্তি মরম খঙলেদনা।"

মশাবু য়ারিমখৈ কাথজহনা রায়োবা য়াওদবা ঙংলবা মাহৈনা হংলকই—"ডশেংনা রিজন্টতু চুমব্রা?"

"মখোয়সু লাম্মদি পীরোইদনা।"

"খাজবা য়াবা প্রমাণ কৃরি লৈবগে? অদোম ডশেংনা অরানবা লম্বী চৎখিবা য়াওব্রা?"

"ঐগীসু ইরাজ অমদি লৈরম্নি।"

"ঐদি খাজবা ঙমলোই।"

মহাকপু খাজবীবগী দমক ভুংভাইবা অমথক কাওরকখি। হায়রকই—"ইশানা খঙনা, য়ানা চৎখিবদি লৈতে। অহুবু ঐগীসু ইরাজ অমদি লৈরে।"

উবা হৌরে। মুত্থা হায়রকই –, "হিংবগী মহাও য়াওবা ঐগী পুন্সি অকুপা অহিংবগী শকল লৌদুনা ঈশ্বরনা ঐগীদমক থাবিরকপনি নত্তে।" বাহৈ অসি হায়রগা অমুক পন্থরমদনা মথংগী-মমাংগী ভৌবা অহুদা মশেল মরাং, অইবা মীংবাংলনী ল্যাপথোকখ্রে।



## নিকুঞ্জ

হিপ্থরেদি হায়রবু মীৎ উইশিল্লু হায়রবদি য়াখ্রে। মতম কুইনা চরৈনবা হায়দোকখম থওদনা লৈরক্লবা রাকম অমদি শেংদোকখ্রে। চরৈনবা পুন্সিগী লম্বেলস্তু মশক থওলে। থোও থাংগদবতা ওাইরে। অহত্তু পুল্লিংগা খোওথাংগা ইচান চান্নদবওয়া অমদি কাওরি। পুল্লিংবু কাখয়-হুমা লৰী অসিদদি নমহুনা চংগ্রগনি মতম অহুদা উমেশনা কমদোহৌবা। উমেশকীদমক খল্লুবদা হৈনিংলম্বা পুন্নমক মাংথিহুনা হকচাং পুখা চোক-থবা কাওরকই। নিংশিংলকই — থাজরবা মীকুপ অহুদা মাংদা থৌনা কনা লেওনা হায়খি, "ঐ নওগা লোয়নবা হিংবা পাম্মী। ঐ নওবু লুহোংলগে হায়বা লেপলে।" মতম কুইনা য়ানা ওাইজরকখিবা বাহৈশিং অসে ওসিদি থম্মোয়বু পেলহরবগী মহৎতা মৈরি ওন্দুনা থম্মোয়বু চাক-থেকহল্লে। মতোমতা হংজৈ, মুংশিবা হায়বা অসিবু করিনো? মশক শাইবরা? মমমপা? নত্রগা উবা ওমদবা পোৎশক্লা? উমেশকীদমক মহাক শিবা কাওবা ওমগনি অহুগা রমানন্দবু থাদোক্তুনা উমেশকা লোয়-নবা লুহোংবদি মহাক ওমগদবা মাখ্রে। মসিবু করিগীনো?

উমেশতদি বাহৈ খুদিং পেনলবা, বারোবনা হেক্তা হানখি। লৌ-মন্নিবা কীরেপ অসিদা মহাক লাক্লগা শোয়দনা শাওরিংগনি হায়বত্তু থওই। পাথংলিবদি করিওয়া অশাওবা কাথবা, ওমদবদগী মশানকী

ওইরম্লে ; নহাক্ন ম্থৈ চৈঙাক য়াওজবদি চংপা কিরবহ্ অসিদি ঐ ভকেসা চৈঙগী মতেং য়াওজবহ্ চংপা অমসে। খুত্রা।"

উমেশকী মাহৈ মহাক্কী হন্নাও ওন্নাবা মতৌ অসি অমুক কুইনা লৈথিন্নরকপগী মমুক্ত য়াউব্বা উবদদি ওসিগী অসিনা অহানবনি। হাম্ন-রকই— "অহুনিদনা মুপা হায়বসিদি। কল্লিগী থম্মোয় পিকশিন্না হিং-লুসদগে।"

মথোয় অনিমক নোক্লহনা তুংদ-মাঙদা চংম্নিরক্লে।

উমেশতু মচু তানা মাল্লবা মুট শেংলি। মুপাগী শমকত্তা তেন্নামা ককলিবা শম খুকক অহুনা লুথমগী কজবহ্ হেন্না মমেক শেংহল্লি। কোই ককখিবগী শংভক তানা লৈরিবা চুবা অমদি থদাংগী শকক অহুনা মুপা ওইবগী মায়থোংগী চিং-লেম্বহ্ ওটহল্লি। নাত্তোন মুমাংগী পীকক তৌনা খাল্লিবা কোই অহুনা মুপা হায়বসিদি অরেপ্পা লৈপদবনি, লিংজেল থাগদবনি হায়বহ্ ফোংদোক্লি।

থোঙনাওদগী রোমীতানা উমেশপু লোম্না য়েংজরকই। ফজবা চিং-লেম্বা অনিনা পুন্নবা ওসিগী মহাক্কী শকফম অসিবু কন্নকচখি। অহুবু মীৎ উইশিন্নুনা পুক্লিং ফাথজে। অমুকম্ থম্মোয়দা অকি তুজুবেবা ফাওরকই। থোঙনাওহ্ লোনশিনগে তৌবমক্তা উমেশনা য়েংশিন্নকপনা হানথ্রে। মোমোন নোকপা মীৎয়েং অহুদা রোমীতাগী মশাপুম্না নিক-লকখি। উমেশতি লেপ্তুনা ইমুংদা চংশিনথ্রে।

কল্লিগীনো রোমীতাগী মশা পুম্না চোকথরক্লে। হৌগৎপা ওমদনা হিপথখ্রে। মাখল পুম্না ফুংবংনখি। অম্মুম্না কয়াম কুইনা লৈথিবনো থঙজ্রে।

মচাগী অহোংবা মতৌ অসি উবদগী লৈমহ্ হন্নাওবনা লোইরে। রোমীতাগী মনাক্তা লাকুনা হায়রে— নঙগী য়াম্বুংসে মহৌশাগা মাম্ন-ন্নেনে। মনোঙম্ম ফম্নগা লাক্লেনে। ঐগী ইচাগী মায়থোংদা ওম্বিদি মোমোন নোকপা উরে। রোমীতা হৌগৎলু। নঙগী য়াম্বুংগী চান-থক্কবা

নও অমুক্তা শিল্লু। লৈমা তাংজমলগা চৎখ্রে। অহুন্ বাইশিং অহু রোমীতানা তাগিত্রা তান্জিত্রা মহাক্তি মচি মোয়নবা লৈখ্রে।

উমেশ মশা মত্ত শেংলোকপা মোয়রঙুনা কগি। মমাকা চান-থরুবা পুশিল্লকই। মচাগী মতৌ অহুনা মোমোন নোক্লুনা মমাকা কহুথে। চৎলুরিবা মথক অহুগী চে-চাং পুথোক্লুনা মমাগা তাউনে। মমানা হায়রকই— করে, করে। অহুনিদনা ইচা পোকচবগী নুংঙাইবা হায়রমসে। হৌজিক ঐনা কহিগী রাজরথিনি। নখোয় অনি ওয়রেদনা। ঐদি নও কম্না কুইনা লৈরগা থোরকদগে হায়বস্মু খণ্ডদে।

মমানা পুরকপা চানবহু থরায় তানা চারি।

"রাজেন্দ্রস্ম নোংমা লাক্লমী অহুদগী মশক উথিজ্রে। ঐদি লুহোংবসি নও রাওবা নংলয়োইত্রা থম্বুরবগিনে।" ঐনদি ঐগী নাক্তা থম্না লৈজথিসম্ম থম্লিবা। অহুদা মমাহুস্ম হন্দক্তি থম্না হেম্না শোজিল্লমানে। মখোয়স্ম হেক থুজিল্লকই।"

উমেশনা থক্লি— রাজেনগী মমাহু মশা ইশোন শোনবহুদা মমৌ অমা থুনা পায়মগনি। মমাদা হংলকই— ককাস্ম কম্না নায় হায়বদায়নে। ফিক্তম অহুদা শাস্তিনবু রাত্রনে? কাকাহু থম্না কগৎলে হায়রনে?"

"মীফম্তা অহুগী বাবু কনানা কগৎচরগোনো। লুহোংবদি শাস্তিগী নত্তেনে।"

"অহুদি কনাগীনো?" থম্না চিংননা হংই।

"রোমীতাগী নিনে।"

ওক্লা হংলকখি — "কনাগা?"

মমানা মোমোন নোক্লগা — হৌজিক্তা নৌনা হংলিত্রা? রোমীতানদি কনাদা হোংলুনি। রমানন্দনিদনা।"

চারম্না পোৎ থনাওদা পনথি। থম্ন ফুনগৎলকই। লৈমস্ম থাজদনা হোংলকখিবা মচাগী মায়থোংদা মুম্না য়েংলকই। অহুগা মথা তারকই, "রমানন্দ ওইরমত্রবদি ঐনা মাবু অত্তোমদা তম্নাই-তম্নাইদা পীথোক্লগমদে?" মমা হৌগৎলগা থোকখ্রে।

উমেশকী মশা পুম্বা মুং ওনখ্রে। পোং অমত্তা ময়েক শেংনা উরকখিত্রে। মৈত্রী পুম্বা মুংশিংনা মায়কৈ ময়াদগী কা মনুং অসিদা লৈহনা হুমজিনরক্লে। মপা থাংবা কনবা উমেশনি অহুবু ওন্দিধি মহাক থাংবা ওবগী থাংমদা লৈব্রে। অমুম্বা কমায় কুইনা লৈরমবগো অমা তারকপা মতমদদি রাকচিং থা অসিদমু হমাংনা মশা পুম্বা লোৎলম্লে। মমিং অমিনক চী কানা থাংখ্রে।

মপান্দা খোরকুনা অচাকপা মৈত্রী অহুবু নেমথনবা পুম্ৰি মপান্দা কম্লরে। মহুনমু ইংহল্লু মাত্রে। মমশিল্লকপগী লিল্লানা চোৎলবা নাপী মথক অহুদা শাংনা হিপথরে। ওাওনা থৈনা কাওয়ক্লিব। রাখল অসিবু ময়াথবীনবা মরুপ অমথক লাকহন্নলিংখি। মীৎয়েংনা অহাংবা অত্তিয়াদা থম্নহনা থম্মোয়দা হংজখি—"রাকচিংগী নোং হায়বদো তারক্রেরোইদ্রা ?"



## নিফুমাথোইগুবা

শান্তি লৈরবদি রোমীতাম্মু রারী রাতায় থরা শান্নহনা পোথাকম লৈগদবহুম্মু হৌজিক্তি উপায় লৈত্রে। চিশিল্লক্রবা মতম অসিদদি মরুপকী মতেং য়াওদনা লেনবদা রানা থোক্লে। অসিনি হায়বগী লেপক্লম থঙ-দবা রাথলনা থম্মোয়গী মীহুলবু হেন্না থোংজেল য়াংনা চোংবা হৌরক্লে।

মহাক হৌজিক তৌফম থঙত্রে। উমেশ লাকপদগী মহাকী থৌনা পুম্বা মাংক্লে। মহাক্না থাংলিবা থোঙথাং অসি তশেংনা চুমত্রা ? উমেশকী মমাংমক্তদা মহাক্না চংখিবা। মতম অহুদা উমেশনা করি ওইহৌবা ? ঐনা তৌরিবসিবু মুংশিবগী মফমদা উৎফম থোকপা লিচৎলা ? অহু ওইরবদি মুংশিবা খুদিংমকপু মশক থিহনবনি।

য়াক্লেনা হায়রম্বা রাকম থম্নদা মহাকী অশোনবা অমদি লৈখে। অমুক কুইনা লৈমিয়বা অসিদা নোংমত্তা মহুগী ঊজিং কংখিদে। অহুবু

নিংশিংলুবনা মৌনা নিংঙমদবা পোকহনবা নত্তনা উপায় লৈখিদ্রে!

লৈমরী মখল, নীতিবু মহাক্না ইকায় খুম্নবা চত্ত্রকপনি। মহাকী অঙাংবা খুদিংদা মরাগী মীকুংদা কাওবা মঙোন্দা পীরিখিবনি। মীশক অসিনা মহাকপু মৌনা সুংশিন্নীরবা অসিদা রোমীতাগী অশোক্লবা হায়রবহ্ ওইরে। মীশক অসিনা অনিংবসি কাওবা পুক্লমদনা চংশিবা অসিনা অচুবা ওইরব্রা? উমেশকীদমক এনা করিসু অমত্ত তৌররোইদ্রা? ঐগী সুংশিনবদি হায়রবা ফাওবা শক তাক্লরোইদ্রা? খনুবা খুদিং কোক হেন্না তাওশিল্লকখি। ঐ হৌজিক করি তৌগনি—"ইতোমত্তা অম্বাখাত তৌহনা শিজরসিয়া?" নত্তে নত্তে,—অহুক পাংদবা রাখল অসিনা কপোকদগীনো খল্লক্লিবা। পুন্সিবু মমল য়াওদনা হনদোক্লগদ্রা? অহবু মহাক তশেংনা হিংনিংদ্রে। মহাক্না হিংনা হিংনা উমেশকী মাংখরক্লবা পুন্সি অহুম্ম মহাক হেংহনা লৈবা ওমলাই। অহু ওইরবদি এনা লুহোংবা অসি য়াবগী অর্থবু করিনো।

পাও অসি তারবদি উমেশনা তুমিন্না লৈথোক্লোই হায়বসু খণ্ডই। রমানন্দ মখোয় অনিগী মরক্তা understanding অমগী মথাদা ফিভম অসি য়ৌনা লাক্লগা হৌজিকপু উমেশকী অশাওবদা পুন্সিবু খুদুম চলহনগদ্রা?

রোমীতা উপায় লৈতনা অশিবা মহাকপু থম্মোয় শোক্লা কৌজরকই। অহিংবা মী অমনা অসি য়ৌনা শিন্নিংলিবসিনা করিগী?

সুংশিনা হৈ পুশিল্লকুনা রোমীতাগী মনাক্তা ফম্লহনা থাম্লরি। রোমীতা করিসু হৈনিংবা পোকখিদ্রে। রোমীতানা চাও হান্নবা য়াদবহুদা হায়, "করিনোদা, অমা চাও হায়রে চানিংদ্রেগা হৈনদ্রেগা। অহা ওইরিঙে হায়রবসিদি তুরিবা মখৈ চানিংই হায়নরিবনি।

"খণ্ডেদা ইচে সুংশিরৈ, মরামগা য়ান্নদবী হায়রবহ্ তারে।"

"তৌবগী বুদি পুক্লিং ইন্নৌ নোথোকপা, ইপেনদা পেনবা মঙখনি। নঙনদি হরাওরমগনিদো। ঐখোয়দি কপ্পবনিনে। নঙ লৈরবদি আশ্রম অসিদি ইহাং হাংহৌবা তারেক্নো।

হুংশিনা হায়রিবহুদা পেন্দবা য়াকমদি য়াওরি। অহুম্না অপংবী অহল অহুগা য়াবী শায়বহু কায়রে থমুনা তুমিন্না লৈরে।

"নঙনা চাত্রবনিন্না ইকোমতা চারেদো" হায়হুনা অথাম্বা হৈহু লোইনা চাশিন্নগা চৎখ্রে।

"নহান মথৈদি অসিগুম্বা মতম অসিদা উমেশকী কাপ্পা মৈ থানবনি। ওসিদি থারক্লমরে। চৎনা চৎনা হায়রম্মী — "ওসিদি ওন্না তুমলেম্বা। ইবুংঙো নঙদি।"

অমম্বা কা অসিদা মকম থগুদনা হোৎরক্লিবা নোংচৈল শুংশিং মমক্তা উমেশতি লম্বী থিন্নি। মতম অসিদা থুং পায়হুনা লমজিংবীবা ওম্বা মকপ অমতং লাক্লবদি হায়বা থক্লি। অশাওবগী মৈরী অহুম্ তপা তপ্পা চাক থংলক্লি মশা মত্তোমতা মৈরী অসিবু মুথংচবমু ওমরে।

মহাক্না হায়খিবহু নিংশিংলক্লে — "য়োমীতা, ঐ নঙগা লুহোংলগে হায়না লেপলে।" পাওখুম পীহন্দনা থ.মখি। অহুনগী য়াজেন্দা হায়খি, "মহাক শোয়দনা 'য়েস' হায়রকনি, ঐ য়াবু থাজে।" অহুগা ওসিনা মাগী য়ুম মক্তন্দা অতোপ্পা মুপা অমগা লুহোংনবা লাংগিবা। মসিবু য়েংহুনা তুমিন্না লৈবা ভারিত্রা? পুম্নমক অসে য়োমীতানা থোকহনখিনি। মহাক্না অসি য়োনা ফজদবা মওংদা মহাকপু ইম্মোক্নমগা চৎখিননি হায়-বসিদি উমেশনা কৈদৌঙৈদম্ম থাজখিদে। হান্না উপায় লৈতহুনা য়মা-কলগীদমক থমুরবমু মহাক মশানা লুহোংবগী য়াকমহু শেংদোক্লবনিনা মহাকী য়া শোয়দনা তাবিগনি খনখি। পুম্নমক অসিগী ওয়বদা য়োমীতানা লোয়রিবা ফিরেপ অসিদা উমেশ তু.মন্না লৈথোকপা ওমরে। পন্না অমগি ওন্নীগে থক্লি। কন্নম্মগী কুক হৌগৎতুম্বা লাক্লপা য়োমীতাগী থোওজিন্বা লেপ্পরে।

থোওহু মজুংদগী লোক্লি। থোওক্তা থিন্নকপা অহুমা তপা হংখি — "কম্মানো?"

"ঐনি।" উমেশকী মুম্নবা পাওখুমনি।

রোমীতা তৌকম্ থঙয়ে। খোঙ হাংলুগত্রা নঙ্গক্লা হাংলোইদ্রা ? অহিং অসিদা মহাক্না খোঙ হাংডু হায়রগা ঐনা হেক্তা হাংকম খোকপ্রা ? অহুদা অমুকম্ মহাকপু লুনা চান্না য়োকপীরিবা লৈমগী মচানি। মহাকপু অহুক হাক্না চিংনগদৌরিবনা করিগীনো ? থন্না থন্না খোঙ থাংখিহনা খোঙ মনাক্তা লেপ্লুয়ে। রোমীতা খোঙ হাংলগা থিত্তং থৈদোকুনা লেপ্পী ... বা ভাদনা উমেশ ইমুংদা চংলকুনা থারিবা কমকম অহুদা কয়থৈ। থাজত্রবা উমেশকী মতৌ অহুদা রা ভাংদনা ভকপগা লোয়ননা তুমিন্না মতি লেংদনা লেপ্পি। চংলকুনা কমজন্নিবা মুর্তি অমম্ অহু মঙাই। মথা কাওবা থজ্জনবতম তৌকম থজবা থাল্লি। মারথোংবা ভ রিবা মনি অহুমক থম্মোয়গী অশেংবা মমি ওইরমলবদি মহাক তশেংনা থাথলবা চোকথরবা মীনি হায়বদা লাল্লোই। লুকথরগা য়েংলিবা মীংয়েং অহু মীংকম হোংদনা অচেংপা খোঙ্গেলদা হংলকই —

"ভারিবা পাঙ অসি ভশেংনা চুমত্রা ?

রোমীতা পাওখুম পাক হেক খুম্বা ঙমদে। অতোপ্পা কনাগুম্বনা উথিবা তাখিবা খোক্লবদি কজদে থন্দুনা খোঙহ্ তপ্না খিংজিল্লি। ভসি থাজত্রবা মীকুপ অসিদা নুংশিবা মানা চংলকুনা লেংদনা ফম্লরবা অসিদদি তৌকম থজলক্কে। পুম্নমক কাওথোকুনা মখোঙদা কোন্দুনা থরায় অসি থাদোক্লশিন্না থল্লি। থংনবা মীকুপ্তা মশাবু থুনা লাকশিনহনা থম্মোয়বু চেংনা খুহুম চন্দুনা তপ্না হায়রকই — "মতম অসিদা ঐগী কাদা চং-লকপা হায়বসি অতাপ্পনা উপ্রবদি কজবা য়াম্না রাংলি।"

হায়গুম মতং হোংদনা — "রাহৈশিংহ ঐগী রাহংগী পাওখুম লক্তে।" রাজাং অহুদা অকনবা খুমদবা য়াদবনী মাথং অমা লোয়নরি। পাওখুম পীদবদি য়াল্লোই থল্লি। মতাং অসিদা খোন নৌথহনা পাওখুম পীগে হায়নদি থম্রে। খুম্লকই — "উম ! অচুম্বনি।"

উমেশ হম্না য়েংলক্কে। "নঙ নশানা তশেংনা য়ানিংলব্রা ? তমানা শিল্লিবনে ?

রোমীতা পাওথুম পীদনা তুরিরে লুকখ্রে।

"ঐবু অমুক কিনা ইকাত্থনা পিরকনি হায়নদি খল্লুবনি। মদিনা লোয়রব্রা নহাক্না সুংশিবগীদমক কখোকপা হায়বদুনো। ঐহাক তনি কাওবা মচোন্দা অকনবা বাদি হায়রব্রা খল্লি। নঙনা তশেংনা ঐগী অকিংবগী মাঙলোক্তা লেপ্পবদি ... ...।"

রোমীতাসু তপ্না তপ্না খোঙ্গ কনখৎলকই —"করম্বা থৌনা উৎপীগে হায়রিবনা ? ঐগী রাখলসে করিনি হায়না খনবীবগে।"

হন্দক্তি উমেশতু রোমীতাদা মুন্না য়েংথৎলকই। অদুগা হায়রকই, "তৌরিবা থুদিংমকশে নঙনা তৌগে হায়না তৌবনি। মরি নত্রা ?"

"অহুম্না খনবীরবদি রাহুং অদুসু হংবীত্রবসু য়ারব্রা খল্লি।"

উমেশ হেন্না শাওগৎলদুনা — "মদুনা অচুম্বা ওইরবদি নঙগী অনিংবদুসু ঐনা শোয়দনা থুগায়গনি। অদুগা লুহোংবসি ঐনা থিংবা য়াক্কে।"

থাজত্রবা রাহৈ অদু তাবদা রোমীতা উমেশপু ওক্না য়েংদুনা কম্থখ্রে। খল্লুবনি, অহোংবা অমদি শোয়দনা ওইরকনি। লুহোংবা অসি য়াওদবা নত্রগা মকম অসি থাদোক্তুনা চৎখিগত্রা হায়না। অদুবু থাজত্রবা মওংদা অসুম্না থৌনা কনা লুহোংবা অসিদা অয়েৎপা পিরকনি হায়বসিদি থাজরুদবনি। চোংলিবা থম্মোয়গী মীহুল অদু ফাথরদুনা হায়রকই — "মহুদা রাম্বুংগী করি তোংজবনো ?"

"পাওথুম অহৌদি নঙ নশান পীজগদবনি অদুগা নঙবু পড়া অমা তম্বীগনি। নঙগী নাপল অদুসু থুংদকনি।"

রোমীতাগী পাওথুম পীনবগী শক্তিদি ওসাইনা মাংখ্রবনি। অদুবু মহাক অহিংবা শাদুনা লেপলি। পুক্নিংদদি খল্লি — "উমেশ ঐতোম্বা রাহুং কয়া হংবগী মহুত্তা নখুৎমক পেমবা ঐবু হাংতোকখিরমলো। মদুনা ঐগী পুন্সিবু শান্তি পিরনি।

হৈনিংবা য়াওদনা খুম্মী — "ঐগী অমা-মামাগী পাওথুম অমত্তা পিথিবা লৈতে। করম্না ঐবু অমুক অমা কৌরিবনো ? রাজিদা ঐগী ইমাক লৈতে।"

"রোমীতাগী মনাক নক্না লেপ্লুহনা ঊ কাবা হায়রকই — নঙগী কনাল লৈত্তে হায়বা। অতুদি নঙ য়াশতুনা হায়য়ু। নঙনা ঐবু হুংশিবা লৈখিদে হায়না। পুম্মক তৌশিন্নবা নমথাকনি হায়না।"

"ঐস্ যুমীনি, নিংখিবদি হোৎজকোই। ঐনী হুংশিবা চান্না কংগনি হায়রবস্ মীবু নমথাক তৌবদি ঐ ঙমলোই। খুদিংমক থাদোকপা ঙমগনি ইশাগী থাজববুদি থক মাংহল্লোর।"

কাথরবা অশাওবা পুম্মক ফুনগংলক্লে থঙহোৎনা মথুং অনিনা রোমীতাগী খৌরিহু কন্না পায়শিল্লকই। খুংপায় অহুদগী মশাবু কঙগে হায়না থস্রমানে মচি কাওবা লেংখিত্রে। "খরবা য়াই মসিনা অরোইবা হায়বহু ওইহনবীরো হায়না।" উমেশনা অশাওবা খোনকমদা হায়রকই — "মহুমা নঙগী ককবা পুজিগী কিদম! মহুনা লোইরে নঙগী শিংথানিংঙাই ওইবা পুজিগী মশক্কি থঙরিবহু। নঙবু থ্বাইদগী ওইজবা খিবীনি হায়না ঐনা লৌগনি। মদো নশাগী থুদোংচাবা লেংবনি অতুগা মীবুনা নয়ক্কা ইম্বনি। মহুগী চপ চাবা দন্দি নঙস্ কংকম থোকই।

হন্দক্কি রোমীতাহু থম্মোয় শোক্না কপ্পহনা হায়রকই — পিরো নহাক্না পিনিংবা দন্দি। খোঙথাং খুদিং অয়ানবা তাম্বা ঐনি। ঐবু হাংকে হায়রবস্ হাংলো।" রোমীতা মখোল হৌনা কপলক্লে।

পায়রম্বা খৌরিহু তপ্না থাদোক্লে অহুপা — শোয়দনা পিগনি। নঙোন্দা পিগদবা মতিক চাবা দন্দি ঐ থঙই। ঙসি অহিং ঐ কা অসিদা লেংননা লৈগনি। নোং ঙানবদা মহুগী অশেংবা পাওথুম মীয়ামদগী লৌগনি।"

রোমীতা কপ্পবহু চপ লেপখি। মঙং অসিদি মহাক ওইহনবা সুকঙম ঙমলোই। নোং ঙানবদা মহাক ময়ামদা মায় অমুক হন্না উংগা ঙম্মলোই। অরোইবদা হুজদবা মঙং অসিমক ওইবা তাম্বা। উমেশকী খোঙ কোন্দুনা ইকায় ইকি থজনা হায়রকই — "য়াম্মুং মহুতনি তাহনবীগম্ম। ঐগী থম্মোয়বু মশক থঙবীয়ু। মাথং নহক্না কনাক্কা

অমম্তা ঐনা থাবল লায়রা। ঙসি লাওবা থনখিদ্রে। ঐ য়াম্লুংবু থম্মোয় শোক্না মুথিখিদ্রে। ঐগী পুন্সি অদুনা য়াম্লুংবাদবক কথোকখবনি মুংশিবগী লমনদি শিংবা ওয়রোই। ঐনা হায়রিবশে তাবীয়ু। মনাকপদগী মমহা ঐবু হায়হনবীয়ু। কিরেপ অসি লৌদবা য়ানহন্না লৌখ্রবনি।

অশেংবা মুংশিবদি কথোকপদু ওম্লী হায়নবদায় ঐবু থৌনা হাঙীয়ু। হায়রগা উমেশকী মথোঙ অহুদা পি শিন্থহন্না থম্মোয় শোকা কপ-লকই।

রোমীতানা মথোঙদা য়ায় উপশিন্দুনা কপ্লকপা অহুমদি মুং অমবা উমেশকী থম্মোয়দু মহি লাংথোয়রক্লে। রোমীতাগা মহাকপী মরক্তা ওন-থৈনবা পাওখুম অহুগা শাওগৎনবা য়াহৈ নত্তনা ঙসিগী অসিগুম্বা য়াহৈ অমত্তা রোমীতাগী ম চন্দগী তায়কখিদ্রে। উমেশনা খাইরকখিবমু মহাকী মচিন্দগী তশেংনা মুংশি হায়রকপন্থনি। ঙসিদি অশেংবা থম্মোয়গী য়াহৈদু তাবা ফংলে। মসিদগী হেন্না উমেশনা করি শামলুখিদ্রি। রোমীতাদি ফুমজিন্দুনা থমখিবা অশেংবা থম্মোয় অহুতা খঙগে হায়দুনা উমেশনা শক্লোন কয়া লৌরকখিবনি। থম্মোয় কনবা শায়দুনা খোঙথাং খুদিং য়েংলকখিবনি। করিগী মাদু রোমীতাগীদম করিগুম্বা খরদি তৌবা ওন-লোইদগে। তৌকম খঙদনা কনা কুইনা তুমিন্না লেপখি। অদুদগী মথোঙদা তুরিবা রোমীতাবু হৌগৎপীরদুনা হায়রকই — "ঐনা পুন্সিদা মুপগী মুপী অমথক মুংশিজখি। মহাক অহুবু কংনিংবগী য়াখলনা মুংশিবগী মমল খঙলুত্রে। ঙসিদি নঙগী থম্মোয়বু ঐ মশক খঙলে। নঙগী অপাম্বদা ঐ অমুক হন্না য়েংলমরোই। নঙনা ঙসি শিন্থরিবা পিরাং অসে ঐগী ইকায়খুম্নবদি মমল য়াম্না লৈ। রোমীতা। মসিগী মহুৎ শিনবা য়াবা সংসার অসিদা লৈতে। মহাক নমিং তম্নবনি। মুংঙাইনা লৈবা ওইয়ু।" উমেশ খাওনিংদনা খোঙ থাংবা ত্রোই।

পিল্লিবা মঙ, হায়রিবা য়াহৈশিং অসিনা রোমীতাগী থৌনা লৌশিং পিবগী মহুৎতা হেন্না শোম্বহনখ্রে। তশেংনা মহাক উমেশপু অমুম্না হেক

থাদোকপা ওয়েগত্রা ? অহুম চংকদোরিবা লম্বী অহুমা মহাক্না ময়ামদু ওংশেংনা কনবা ওয়েগত্রা ? মহাক্না হিংঙবা লৈবা শিবগা করি ময়েং-রিবগে ? মুশিনরৈদা হৈ থায়রবগী তাহুন। লৈরিবা থাং অহুমা মীকোয় তাকরে। ওংশেংনা শিনিংবা পোক্লকপদি কুইববনি। অহুমু থোনা অহু মতোম্বা লৈখিদে। হৌজিক্কি থোন্না অহু মাক্রে। অচেংপা রাখল অমমক্না থাহু চেংনা পাইশিনরে।

উমেশনা থোঙ হাংহুনা চংখিগে তোবমক্তদা অহোবা রোমীতাগী থোঙ্গেল অমমক্না চপ লেপহুনরে! মেংথোরকপদা থাজরবা মঙগুমবা থোক্লোককুম থাংনা মশা মতোমতা থিনজহুনা ঈনা পুমঙাং শাংহুনা লৈরম্মে।

উমেশ থোঙ্গেল হোনা কোরহুনা রোমীতাবু করবা চেনশিল্লকই। অহুম লেপ্পা ওমজবা মহাকী হকচাং অহু উমেশতা চৈঙাক ওইহুনা তুথরকখি। থোঙ্গেল নিক্না হায়রকখি — "করিনো রোমীতা তৌরি-বশিদি।"

মতং মতং ওইনা খুম্লকখি — "মসিদগী হেন্না মুংঙাইবা অপেনবা অমা লৈত্রে। ঐগী পুলিসে শাস্তি কংলে।"

উমেশনা রোমীতাবু চেংনা কোনশিল্লুনা হায়রকখি — "য়ারোই মশি ওইবা য়ারোই। রোমীতা নঙ চংখিবা য়ারোই।" থোঙ্গেল হোনা অহুকং লাওরকখি — "কনা কনা লৈবগে ?"

জ্ঞান মাংনা য়াইমা চেনশিল্লকখি। থোঙ্গেল অহুমা লৈবা তুম-থরকবদগী ইঙাও ওাওনা চেংথোরকখি। মঙওই হাওই ঈংকেনা পুমঙাং ঙাংলবা রোমীতাগী হকচাংনা মচানুপাগী তম্পাক্তা হিংঙনা লৈবা অহুমা জ্ঞান মাংহুনা লাম্লরে। মথং মথং আত্রমগী মীওই খুদিংমক থোঙজিন্দা লেপলরে। ঐ তৈরবা থাং অহু উমেশকী খুৎনা চেংনা পায়হুনা লৈরবা অহুমা মীপুম খুদিংমক অকি তুম্নবগা লোয়ননা ঙা-ঙাংনখিত্রে।

অহল ওইরবা মাইকৈগী কপা কপ্পা মচি লেত্লবা উমেশকী মথুং পারন্দুনা থাংতু থাদোকখিনবা কন্না হোৎনখ্রে। কাহখিবা লৈমহু মহাক চংহন্না হোৎনে অহল্ব জ্যাম তারক্খিদ্রে খুনা গাড়ী তৌহন্না ইকাইগী হোলপিতাল তান্না পুরে।

মুমিদাং ডিয়ুটি তারিবা রাজেন্দ্র পাও অহু তাবদা মুংশংনরে। "পাও অসিবু ওইথোকপা য়াব্রনে?" খন্না খন্না কি লেৎচিন্নি। লান্না পাও পীরকপা জাৎলনে। পাও পীরকপগী মতুং ইন্না লোয়নবা পুলিস থৱগা আশ্রয় তন্না থৌরক্লে।

থাজব্রবা পাওহু মকমহু য়োরকপদদি অচুম্বা ওইরম্লে। থরার য়াও-ব্রবগুম কমলিবা উমেশতা ব্যুহং অমা কাওবা হংনবগী থৌনা লৈখিত্রে। রাজেন্না মতম অমদা মঙখিবা মঙহু তাইবংদা থোক্লরে। মী হেন্না তিল্লকত্রিঙাইদা উমেশপু পুহন্না চংখ্রে। য়াইমনা কন্না কপা হায়রৌই, — "ইচাদি মরাল লৈতবনি।" অহল অহুগী রাইহু অয়েম্বা তাহুনা লৈহৌরে। থাজব্রদা অহিং মতেক অসিদা অঙকপা থাজব্রবা থৌদোক অসি থোকখ্রে। পাও অসি থুনং অসিগী মীপুম খুদিংমকী নাকোং য়োখ্রে। মীপুম খুদিংমকী মীত্তা পিরাং শিন্থহনখি।



## নিফুনিখোইশুবা

উমেশ জেলদা লৈখ্রে। রাজেন্না ফনা হোৎনহুনমু ওসি কাওবা মতোন্দগী রাইহে অমা কাওবা তাবা ংখিত্রে। লোনখোক্লবগুম লৈব্রবা উমেশতা রাজেনগী হোৎনজমনমু অয়েম্বা ওইরে। খনচন্দ্রমু মোংবা জেলদা লাকুনা উমেশপু উমরে। মচা কাললবগী মৈচান্না তাওনবা মপাগী পেন্নবা রাইহে কন্না হৈথরমগা চংখ্রে। অহল্ন মতোনদি অওনবা

থেরবা করিসু উবা কৎখিদে। শমপতি পুরমক রমানন্দকী মিৎকা ওন-
থোরকপা পুক্তিনী ওইনা মণিপুর থাম্বোতুনা লৈরে।

উমেশকী মথক্তা পাম্বিনা কেন অনি কন্দবা রমানন্দনা কন্না
হোৎনৈ। অদুবু মহাক্না হোয় মায় হায়রু যাখিদবনা উপায় লৈরে।
অমুক হন্না মা থাংগ্নবোই খরমাকে লোম্ছোক্নবগুমনা লৈরে।

উমেশ মরাল লৈরবরোই হায়বা য়াজেনদি চিংনৈ। খুদং য়াইমগী
মচিন্নগী ঙক্ননদি ওয়াং — "মহাক মরাল লৈতবনি।" অদুবু উমেশনা
তুমিন্না লৈখিনরে। হৌজিক্তদা রমানন্দসু করিনো হায়বহু অশেংবা
মশক থম্না থমা খঙলক্লে। মুংশিবা অনিগী থল ওয়বদা রোমীতানা
থম্না হেনথিবনা উমেশনা মরাল লৈবা তাহৌবত্তনি।" তশেংনা দন্দি
কংকম থোকপদি মহাক মশামক্তি থরৈ। নিংঙমদবা অসি কোক্কবা উপায়
অমা তৌহনা উমেশপু কনগে হোৎনখিবনি। অদুবু মুংগুম্না লেংখিদ্রবা
উমেশকী থম্মোয়বু লেংহনবদা ঙানা থোকখি।

হায়গুম লৈমসু ইকন কন্নথংলকখিদ্রে। রাখলনা মশাহু নোংমা
নোংমগী শোকচিনবা, শোয়ৎপা হেখিদ্রক্লে। হিংলি হায়বতা মঙাইরে।
মচা মুংশিবগী রাখল ফাওরকপা মীৎকুপ অহুদদি মমা ওইবীগী মিন্নুংশি
পুমমক লোৎশিন্দুনা থৌনা ফবী মমাগী শক্তম লৌহনা হিংনবা হোংনৈ।
থম্মোয়না মচাবু মরাল লৈ হায়না য়ানিংদ্রবসু মশানা মরাল য়াজরবা
মচানুপাগীদমক মহাক না অমুক ঙাংলুদ্রে।

রমানন্দনা ফজথোকপা পুকচেলগা লোয়ননা লৈমবু থেমজিনবিখি।
য়ায়কৈ খঙদনা হমজিনকপা মুংশিংনা পুক্তিগী মৈরি অহু মুথংকদবগী
হোৎনরি। মুংকদৌরবা মৈরি অহুবু রমানন্দনা পিক্কবা খুং অনিহনা
খন্দুনা তপা তপা চাকথংহন্নি। মহাক খঙই — "মীওইবা কনানা
মশাবু মরাল লৈবা ফত্তবা ওইনিংবা য়াওবগে? মী অহুগী লাইবক্তা
নত্রগা মফম মতম অহুনা ওইহনবিবা ঙাক্তনি।"

মহাকী ফজরবা পুকচেল অসি উবদা রাখলনা মক্কবা লৈমগী মায়-
থোংদা মোমোন মীমোক মচা অমথক ফাওরকই।

চহি ১২গী মন্দি ওইনা উমেশ জেলম্‌ লৈবা তারে। মসিনা মহাকী মুংতাইতবা, পেশবা করিস্‌ লৈরে। অদুবু রাজেনগী তৌকম ওভবা উংলবা মায়কোইঅদু উবদদি মহাকী থম্মোয়দুু শেয়খা অমদি কাওহনখি।

উমেশনা জেলদ্‌ হেক লৈবা মুমিং অদুদগী মতোমতা হংজহুনা লাকখি — "ঐগী ইমানা নোংমতা ঐগী রা হংলকুবা, অদুগা ঐবু অমুকস্‌ উরবা লাকত্রিবসি করিগীনো?" তশেংনা মমাবু উনিংবগী লাংতক্কুরকপা মতমদদি মতোমতা রাহংগী পাওখুম পীজহুনা থম্মোয়বু ফাথজে।

রাংলবা চেকপল মরিনা কোয়শিল্লবা কানুং অদো মতোন্দদি ইপেন্দা পেঙখি। মসিমক ঐগী মতিক চাবা দন্দিনি। 'নঙদি লান্থিদবনি, রোমীতা।" নঙনা হায়রম্মী — "নঙগী পুন্সিদো তশেংনা শাস্তি ফংলে হায়না।" মতুমদি ঐ থাজবা ওমদে, রোমীতা। নঙদি মৈশা মরক্তা চৎপ্রবনি। পুন্সিগী শাস্তিদি নঙনা ঐভোন্দা ফংহল্ল্ম ...... । চেকপল মরিনা খাজিল্লবা কানুং অসিদা ঐ তশেংনা শাস্তি ফংলে। মসিমদি নহাকী অথানা থাজোনে রোমীতা। থম্মোয় শেংনা হায়রবনি। মমবা কা'মুং অসে ঐগী ইকমদদি নঙনা তাংনা তম্মলমবা শান্তিগী কুণ্ডনি।



## নিফুছমদোইগুবা

হৌখিবা রারী অহু নিংশিংহুনা উমেশ ফমলি। চহি ১২ হৌখ্রবসু খোঁদোক খুদিংমক মীকুপ অমত্তা কাওবা ওমখিদ্রে। চেকপলনা জরোল জরোল থারবা, মপালগী বীনিল তারবা কা মমুং অদুদা অমনম কয়ল অমা ইল্লহুনা উমেশ তুমিন্না ফম্লি। চুসিগী মুমিং অসিনি লাকহমিংদনা

নকশিন্নকখিবা। শাংলবা মতম অসি লেন্নকপনবদি অবাবা, সুংঙাইতবা, পেলবা হায়বত্থু শঙলকখিদে। অহুবু ঙসিদি বঙিগী মতম লোইরে খনবদা হকচাং পুম্নমক হৈখিরক্তে। শাংলবা চহি কয়া অসি হুখিং খুদিংগী অমুম্না ঈশ্বরদা নিজরকখিবনি — "ঐগী বঙিগী মতম অসি লোয়ন্নিঙৈদা কা'গুং অসিদা ঐগী পুন্সিসু লোয়হনবীয়ুকো।" অহুবু ঈশ্বরনসু খোজানবীত্রে হেন্না চৈরাক পীনিংলিমানে।

রাজেনসু হৌজিক্তি থবক মফম চাওরে। চিংগী লমদা S.P. ওইনা লৈরি। ঙসি উমেশকী বঙিদগী থাদোকপা নুমিৎনি হায়দুনা ইস্কালদা ঙরাং থুংলবনি। অয়ুক ঙমা উমেশপু লোবা লাক্লে। জেলরগা মখোয় অনি তুংদ-মাংদ চংলকপত্থু উমেশ য়েংখৎলক্তে। জেলর অহুমু খোয়না অংল নত্তে। উমেশকা লেজা ওইনা তৌনি। ত্রাইব মচানি। মওং অমদা মখোয় অনি মরূপকুম্না লোয়নত্থুনা লাকখি। করিগুম্বদা উমেশকী রারী লিহুনা অমা পোথাফম ওইখি। মপালগী নুংঙাইবা ঊ-পাউ কয়া তমদুনা উমেশপু খোনা হান্নিখি। ঙসিদগীদি মখোয় অনিগী ফমকমসু হাংহৌরগনি। কায়নরগনি খল্লুবদা নুংঙাইতবদি ফাওই। অহুবু মসিদি হৌনশানি। মখোয়গী পুন্সিদদি থেংনহুনতা লৈরবনি।

উমেশপু Wish পীরম্নগা জেলরহু চৎখ্রে। অহু ফাওবদা মহাক হোম-মায় হায়রকখিত্রে। রাজেনা মনাক্তা ফমথরদুনা হংলকই — "করি তৌরবগে? কি-রোলসি হোংদোকসিসে। থেংখিনি।" উমেশ হায়গুম মচি লেংদে। রাজেনা — "হৌজিক্তি রা থরা ঙাংলোদনা। চহি অমুক কুইবসি নঙনা ঙম্মদুনা রা ঙাংদমদগী নঙগী নিংবসু থুংলে। হৌজিক্তি বঙিগী মতম লোইরবনিনা থরদি ঙাংবা য়ারে। নঙোন্দা কন্নানসু অয়েৎপা পীররোই।"

রাজেনা ঙাংলিবহু মহাকপু রাজ্যোবগীনি হায়রা খল্লই। রাজেনা মথং তারকই — "সে হৌরংলু। পীবা মতম লোইরে মুলা হয়গদি হায়দুনা হয়াওনরি। অহুগা নঙনা ... ...।

"ঐ হৌজিক কদায়দগে চৎকদৌরিবা ?" তম্নরবা হাইখি।

"খুমদ্যিদনা। আশ্রমদা। নঙবু তাওরমবরো ?"

"রাজেন, ঐ মফম অহুদা অমুক হন্না চৎলরোই।"

"করিনো নঙনা হায়রিবা অতুবো ?"

"ঐনা হায়রিবগে অশেংবনি। ঐগী মায় অসে মখল অহুনী মী-ওইশিং মরুওইবা রমানন্দগী মফমদা উৎপা তম্লরোই। মহাক্না ঐগী মতেং পাংবীগে হায়রবদি ঐবু কদায়দনো মফম অমদা লাপ্না পুম্না চৎলু রাজেন।"

"মহু য়াদে উমেশ নঙবু মযাম্না মফম অহুদা থাইনহৌরিবনি। নঙগী বক্তিগী অরোইবা হুমিং পাক্না কনাগুম্বা অমনা নঙবু য়ানা থাইরি হায়বসিমু থাজো।"

"মীশক অহু কনানো ?" তপ্পপ্না হংলকখিবনি।

"কনাসু নত্তে, রমানন্দনি।"

"রমানন্দা।"

"য়ানি।"

"মহাক্না ঐবু তশেংনা য়ারোঃদকে রাজেন।"

"উমেশ, মহাক্না নঙবু য়ারোরগবু নঙগী কেশ অহু করুবা মহাক্না করিগীদমক্তা হোৎনগদৌরিবানো ? মহাক্তি তশেংনা নঙবু কম্নিংখিবনি। অহুবু নঙনা … …। ফ:র মসি তোক্লসি। হৌজিক্তি নঙ মফম অহুদা চৎনবা তৌসি।"

"রাজেন, অহুদা .. …।

মহাকী হায়নিংলিবদো রাজেনা লাইনা খঙবা ওয়ে। য়া মথা তাহন্দনা হায়রকই — "মহাকী মফমদা ঐনা নঙবু শোয়দনা পুম্না লাকনি হায়তুনা থাজবা পীরম্লবনি। মহাক য়াওরম্লদি ঐসু হল্লরোই। নঙ মসিমদি অহুগা আশ্রম অহুদা ঐগী খোঙদল অমুক হন্না তাগ্নরোই। নঙ মসিমদি খঙঙু।

শোকচিল্লবা মায়থোং অহুনা কান্দোকপীরবা কোয়না পুংনা হৌরবা মুম্না য়েংশিনরবদি উমেশনি হায়বগী শাক্তি ওইবা মাবা মায়থোংগী মচেং অমা কাওবা উবা ফংরবনি। সুপগী মুনা কোয়রাজনবা মীংফম অনি অতুতা ঙাইরবনি হোংজিন। লৈচিল নোংকাই থাজবা অতিয়া-গুম ওক তরুবা মীং অনি অহুনা ঙসিদি ইঙা থাগী কপচেৎপী নোংগুম নিক নিক লাওনা হৈথগদবগী ঙাইতুনা লৈরি। তপা হায়রকই, "অহুবু রাজেন, আশ্রম অহুদি ইমাগীনি। মমানা ইথোকপীরম্ববা মচা ঐনা কয়য়া থোঙ অসে মফম অতুদা থাংলুগনি। হায়া লাংশিল্লবা ইরাল অহুগী মথক্তা হেয়া ইরাল লংশিনবা ওইগনি। ইমাগী অমা অহুনা ঐবু শোয়দনা যারোইখিগনি। ঐ মতু থোকহল্লরোই রাজেন। ঐবু মফম অহুদা অমুক হন্না চংসি হায়রমু। ঐস্নু ঐনা থোকপা চংগ্রগে।"

"রাফমতু মখা তারগুমসি, উমেশ। মরৈ খুদিংমক্তা নঙনা ওমতুনতা লাকখি। ঙসিগী অসিদি মরৈ নত্তে। মরুপ অমগী হায়-জবতুনি। ইমাশিদা নঙনা অতুক লাম্না খঙ্গিবতুবু লোইনা চুমগত্রনে? হোয় নঙগী ননাক্তা নোংমতা লাকখিদে, মতুদি চুম্মী। অহুগা ঐ উবা খুদিংগী নঙগী পাউ হংবদি লেপখিদে। ঐঙোন্দা কপ্পা কপ্পা শিয়খিবনি — "রাজেন, নঙগী মরুপ্তো বগিগী দন্দি অতু নতনা অতোপ্পা অরাবা অমা নঙহনগরুকো।" ইমাশিগী অপাম্বগী মতুং ইন্না ঐনস্নু রা-ফম'তুমদি নঙোন্দা লোংখিবনি। মম্নানবু মচাদা কয়াম কুইনা রাংরোবা ওমগনি। অতুগা ইম শিদি পুন্নমক্তী মমা শকপীনি। ইমাশিগী অয়োইবা মীকুপ অহুদা নঙবু ঙাকপীরম্ববনি। মসিগী শাক্তিদি খুঙ্গংগী মীয়ামনি। ঐনা হায়রিবসে থাজো উমেশ।

হন্দক্তি উমেশতু মমায় থাংগৎতুনা রাজেন্দা য়েংলকই। ঙাইতুনা লৈরম্ববা নোংলিকশিং অতুস্নু অরেম্পা লৈতনা চেন্থরক্লে। রারীসি য়ান্না শাংব্রে। লম্বীদা ওইনা লিয়গে চংনবা তৌরসি।

রাজেন্না থৌরিবা গাড়ি অহুদা উমেশ হৈনিংবা মাওঙনা তোংলি। গাড়ি অহু আশ্রমগী লম্বী পাংনা থৌরক্লে।

"তশেংনমক ময়ম অহুদা হেন্না মৈশা লাংলুব মঙনা পুক্নিংগী শান্তিদি কংলম্লোই, মসিমদি শেংলবা য়াকমনি। অহুবু থোদাং অমথক পুদবা য়াদবগুম পূক্নিং হকচাং ইকা কাজিল্লকই। অহানবা ওইনা তপ্পা হং-লকই — "শান্তিদি না-য়েক্কেদনা।"

"হোয় থোয়দোকপা য়াওদে!" শান্তিগী মা পল্লকপদা য়াজেনগী থোক্লোক অহু ব্যবহারগা লোয়ননা থুমই। শান্তিগী য়েংলগদি মীং কৌ-নরিবা অসিসু হঙোয়নরবনি। অহুবু লুনা তিম্মরকখিবা মমাম্মবনিনা মীজৌ অমসিমদি হোংদোকপা ওমদরে। উমেশনা মথা তানা হংলকই — "মহাকি লাক্কত্রা?"

"ওয়াংদগী মমা মচা আগ্রমদা ওইনা লেকগ্রবনি।"

ওাইহাক তুম্মিন লৈরুরগা হংলকই — "য়াজেন, ইমানা ঐবু তশেংনা ওাকপীরম্মেকো।" থোঞ্জেল অহু পুক্নিং মুংশিনা থোরকখি।

"নঙ হৌজিকসু ঐবু থাজত্রিত্রা, উমেশ?"

'নঙবুদি থাজে। মীসুংশি লৈত্রবা ময়াল লৈববা থম্মোয়না চিং-নজবতনি।"

"নশানা নশাবু অহুক হম্বনা খল্লিবা করিগনো? মহোশাগী উমেশকী মনিং তম্বা নশাবু থাজ্জবগী শক্তি অহু মাংত্রা? অহুম্না নত্তে, মহোশাগী উমেশ অহুগুম্না হিংবহু ঐ য়েংনিংই।"

"পুম্নমক লোয়ত্রে। মতম অহু অমুক হল্লকউ য়ারম্লোই।"

"নঙ ঐঙোন্দদি মীনম্মগে খনগন্নু উমেশ। নঙমক্না য়োমীতাবু হাংপা নত্তে হায়বসিদি ঐগী থাজবনি। করিগীদমক নঙনা দন্দি অহু অহুক পায়ম্ন লৌখিবনো? পুম্নমক অসি থঙনা থঙনা নঙনা মা ঙাংখিদবনিনা কনাগী উপায় লৈ।

"ফত্তে, মাকম অহু অমুক হৌদোক্লগুমসি। থাওবদা মান্না মাম্ন য়াজেন।"

"তায়াইবন্দা নঙগীদমক কম্মা য়াজখিবা। থৌলোক অহু তায়াইমদি

হৌখদগী লোয়না ভাহৌই হায়। তায়াইমগী মচিন্দগী লোয়না থওনরবা রাকমনি।"

"কনা, তায়াইমা?" ওক্না হংলকখি।

"হোয়, তায়াইমনা লোয়না থওই। থোদোক অহুগী নুমিৎ অহু মুমিদাং রাইরমদগী নওবু খিবা থওদে হায়হুনা তুরমদায় অমুদা রাইমনা উমেশকী কাদা লৈত্রা য়েংগে হায়হুনা লাকপনি রোম্রীতাগী কা কাও-হুনা লাকপদা থাজত্রবা থোঙেল অহু রোমীতাগী কা মনুংদগী অরং-কখি। শাররমলিবা রারীহু ঙাইহাক তারগা ইওক ওক্না লেপলিঙৈদা থাজত্রবা থোদোক অহু থোকখিবনি।"

তা রাইমনা ইমাশিদা অমুক হায়জে। অহুবু লেপকে হায়না লেপথ্রবগুম রাহৈ অমা কাওবা নওগীদমক কাংথোরকখিদে। রমানন্দদা তায়াইমনা রারী পুম্বা লিহুনা নওবু অরাফমদগী কনবীনবা হায়জখি। অশেংবহু থওলব অহুদদি রমানন্দসু কম্না নওগীদমক হোৎনখিবনি। অহুবু নওনা পুম্নমকতু অরেম্বা তাহনত্রেদনা। ইমাশিনা নওবু শাওরম্বহুসু তপ্না তপ্না হম্বরকখি। রমানন্দগী তৌবিমল অসিদি নওনা খওফম থোকই। ঐনা তমত্রবসু আশ্রম য়োরগা লোয়না উবা ফংলনি। ইমাশিগী অমত্তা ঙাইরবা মওলান অহু ঙসিদি মহাক্না হোৎনত্নুনা মওফাওনহল্লে। শির-মদায় মীকুপ অহুদা নস'শিং হোম অহু য়েংলগা মোমোন নোক্না নোক্না মীৎ উইশিনখি। ইমাশিগী নিংবদি থুংহনত্রে।

"রাজেন, ঐ তাবদা রাম্না মুংঙাই। ঐনা হন্দক মপোকীদি থুংহনবা ঙম্নরোইদবা ইমাগী অচৌবা অপাম্বদো মহাক্না হোৎনহুনা থুংহনবিত্রে। ঐনা কৈদৌঙুংদা রমানন্দগী তৌবীমল কাওরোই। থল্লুরগা রাম্না নিংঙমদবা অমা ফাওরক্লে। ঐনা থমবা ঐনা তৌবতনা অচুম্বনি থনখি। ঐগী মীয়েং থরা থুনা য়েংথ্রমানে। ঐনা অহুক কুইনা মহাকপু হুংশিজনরকপদি মাগী পুক্নিংঙুদি মদক থওবা ঙমলমত্রেদনা।"

"ফরেসে, হৌজিক্তি কাওথোকপা তম্বতনা তুংগী পুন্সিগী অক্তোবা থোক্নানি। নওসু অশেংবহু কন্নিসো হায়বা থওলমখিরোই। ঐথোয়সু

খঙবা কুইজি। ডাঃ প্রমোদনা হায়রদি মখোয় অনিগী লুহোংবহ সুগুভগী মপাংহোৎপী ওইনা অহল-অমনাশিংগী য়েংলগা লিনশিখনি হায়।"

উটমা উটম তাবা মমীওম ওয়া মখিং মনা লাওথোকুনা হায়,
"অহুদি কররিগনো ? ঐহাক ভাব অমা তাম্রে।"

"রমানন্দনা নহাকৈ মতম অহুদগী হৌনা মহাক AIDS Patient অমা ওইরবনি।"

"করি .. ... ! মগাকপু ওহ ! উমেশতু খাঙবদা থম্না আরমাদে মখিং উইশিল্লগা সিটত ডাখম্রে।" রাজেন লেপ্তুনা গাড়ী থৌরি। কনা কুইনা রা চাৎনদবা থৌরবা মতুংদা উমেশনা ওয়া হংই — "রা-কমহু রোগীতাসু খঙখিবরা ?"

"উম। মহাকসু খঙই।"

"রোগীতাসু খঙই হায়বা। অতুগা .. ... ।"

"হ'ম রমানন্দনা রাকমহু কমা লোৎশিনবা হোৎনখিবজাং নি। নিংশিংলকপগুম, — "নঙনসু নোংমা রমানন্দনা লুহোংবা তোকপগী চিঠি অমা রোগীতাদা ইরকই হায়খিবদায়ানে ?"

"ওহ ! চিঠি অদো ... .. ।"

'রাকম অহু রোগীতানা খঙবদগী রমানন্দগীদমক য়েংলগা লুহোংবগী রাকমহু হেক্না চেংশিনহনখিবনি।" ঐসু নঙগী রাহৈ খুদিংমক অমগে খল্লুনা মহাকা উমখি। মাগী পুক্লিংসু হুমিং অহুদা ঐ অশেংবা খঙখি। মহাকী চক্কাংঙনি চংখিগদবা মহাকী খংনোয়দি নঙগীনি। মগিমদি ঐ খঙই।"

"মহু নঙনা কয়মা হেক্না হায়রিবনো ?"

"হৌজিকসু নঙ মাবু মশাক খঙবা ওমজিনদনা। মহাক্না নঙগী নমাং-মক্তদা সুই-সাইট তৌগ্রিবহু কনাগীদমক্তনো ? শিবা হায়বসিবু কামি য়ামগ্রো ?"

'করে তোক্রো !" উমেশতু মক লুকখি।

"ওসিদি ঐবু ওাংহল্লু। য়ারীসে লোম্লনা হায়ত্রিমখৈ ঐস্থু য়াম্না নিংঙমলোইদৌরে। ঐদি মহাক্না খক্নোয়বু থাগৎতবা ওমলোই ইকায় খুম্নদি। তশেংনা মহাক্না খুৎশিবদি কখোকপনি অহুদা থাক য়াম্না রাংপ্রে। নখোয় ঐখোয়গী অহুম্না চাং ওমলুব ওমলোই।"

..."মহাক্না ঐবু তশেংনা খুংশিখি হায়বসে নওস্থু, থাজব্রা য়াজেন।

"ঐহাক থাজে। নওবুদি মহাক্না খক্নোয় শেংনা খুৎশিখিবনি। নওগী খুৎশিববু কংলঃয়াইদবা খুংশিবনি খন্দুনা মহাক্না মতম পুম্নমক্তা খৈন্দুনা চখিবনি। মহুনা-নওনা মাবু লাম্না হেক হেক উখিবনি। নওগী য়ারী তমকপা মতম অহুদা মহাক্না মমিংতগী পিস্থু শিন্থখিবনি। মঙোন্দা ওৎপিবা, হেন্না খুংঙাইতনবা তৌবা মতমা খুংশিবগী মওংদি অমত্তা উৎখিদে হায়ন খল্লি।"

"মহাক্না রাঙাং, মহাক্না খোঙথাং থুদিংগী ঐগী খক্নোয়বুস্থু মহাক্না চৈন পিখিবনি। অহুবু ... .. ।

"য়াজেন খুমকখিত্রে। উমেশস্থু তুমিন্না লৈপ্রে। নোংমগী মরৈ অমখক নিংশিংলকখি × × ।

রোমীতাম্থু খবরদা কলম অমখক হাপলুবগী পুং ৬ কী ওইনা পুলিসনা কাকই। শাওম্নিংনা মমায় মমিং ঙাংনা হল্লকপন্থনা শান্তি মখোয় অনি চংমিন্নরকখি মহাক্নাদমক্তা করিগুম্বা খরা হায়ন্থনা খোনা হান্নীরকপ্রা খন্দুনা মীশক অহুনা ইথো থগুইদবা মওংদা লৈখিবা অহুদা রোমীতাম্থ পুক্নিং খুংশিখি। মখোয় অনিনা শাম্নরিবা য়ারী অহু ঙাইহাক তারগা হায়রকখি — নখোয়গী য়ারী অহু ওসাইদগী ঐস্থু তারিবনি। নখোয়না হায়রিবদো ওইবা সুকন্না য়ারোই।"

"য়াম্থুংনা করি খঙহন্না ওইরোই হায়রিবনো?" শান্তিনা শাওনা হংখি।

মানা ওমলে মতাগুম নমহৎন্থনা —ঐনা ওইরোয় হায়রবদি হান্নরে। তুমিন্না লৈয়ু। নখোয় খন্ননা লৈবাক অসি শেমদোক্লোনে। য়াম্না

অহৈং-থৈশিং শাবদগী ওনি লোশলেদনা। মহ কাজবা চুপী হায়হুনা য়েং-খিগদৌরিব্রা ?

রোমীজন থম্মোয় শোক্না হায়রকখি— ঐগী মাহে অহুদা করি অশোয়বা অরাকবা য়াওবগে ? মখোয়গী ফত্তবা অশোয়বা অহু ইকবদনি। ওপী হায়হুনা মখোয়গী শক্তি অহু শিজিন্নবগী রাতনি। মহুনা মখোয়না হেক্কা চুপী হায়বদি মারোই।

"ঐঙোন্দা হংগদবগী মহুক্তা মখোয়দা ওইনা হংলুচো। শক্তি অহুগী মমাংদা নঙনা করি তৌবা ওবগে। তুমিন্না লেম্না লৈরমরদি ওপি চোপ-লিবদো চোপ্পা নংলম্মোই।"

"মপি ঐদি চোপ্পনি হায়না লৌরোই। মখোয়না খুদোংচাবা লৌখিবনি।"

উমেশনা হৌগৎলগা—"মুপী হায়বহুদি মুপীদোনা লৈয়ু। নখোয়গী ময়াম থোরকপদগী লৈবাক অসি মথক মথা ওল্লে। ঐগুম্বা নখোয়বু ময়ানিংদবা ময়াম অমা লৈরি হায়বসি থওড়ু।"

রোমীতা খুম্বা ওমদনা শাওনিংবনা মপি তানা ফমহৌই ... —।

নোংমনা— উমেশ লাই য়েক্লম্বদগী মরৈ তৌনিংহুনা শান্তিগা রোমীতাগনা শানরিবা রারী অহুদা য়াওশিল্লকই— নখোয়না হায়রিবদো মহুদি ঐ য়ানিংদে। পম্বুং লৈতবা মুংশিবা অহুবু অশেংবা মুংশিবরো ? মহুদি মুংশিবা নত্তে। Meaningless নি। মুংশিবদি পম্বুং লৈগদবনি।"

"য়াম্মুংগী রাসিদি লুহোংবসি পম্বুং তারেনে।"

"য়ানি। মহু মুংশিবগী পম্বুংনি।"

হন্দক্তি মোংহাদনা রোমীতানা খুম্মী— ঐগী মত্তদি লুহোংববু পম্বুংনি হায়না লৌবদি ওয়োই। অশেংনা মুংশিবগী পম্বুংদি লেম্না থক মাংলোই। অদিদি আম্বা অনিগী পম্বুংনি। মসিদা হকচাংগী মীহোবা, অপাম্বা, ওইজবা কাওরোই। অশেংবা মুংশিবদি শিবম্মু নাইদে হায়নরিবনি।

"উমেশনা শাওগৎলহুনা খুমখি— মহুকি অশেংবা মুংশিবা নত্তে। শাবদবা পোথক অহুবু অকবা অশেংবা তাহল্লগা মুকচেল চাওবা শাবনি। মহুক্তবা অহুদি পাংজবা মীজনা তৌগদবনি।" × × ×

হৌথিরবিং অহু নিংলিংলুবদা, উয়েশ খর লুয়া হোন্দোকখি।

রাজেন্না— "ঐগী রায়ীসে তারিব্রা?"

"উম তারি।" নভনা হায়রবসু চুপ্পী। ঐনা মহাকপু ওৎপীবা মতনা কুংশিবগী মওংদি ঐনা উংখিদে। রাজেন।"

"অহু ওইরবসু নভবুদি মাগী থম্মোয়দা চেৎনা লাংচিখিদনা।"

"হোয়, অহুবু 'পোলোয় অসিদদি ...'। কুংভাইতনা শোনখি।

উয়েশকী মাইহু মতেং পাংবা ওইনা রাজেন্না হায়রকই— "পুন্সিগী পোলোয়দু খভনরবদি মীওইবনা অরানবা খোঙথাং অমত্তা থাংনরম্লোই।"



## নিফুমরিশুবা

খভহৌদনা রাজেনগী গাড়ী লেপখ্রে। হন্না য়েংখৎলুবদা মাংদা মশা ম্যেং কয়া হৌরিবা শুণ য়োহর পাম্বীগী মরুম তারম্লে। রাজেন্না কুম-থরসি হায়রকপদা অশাবা ঐনা খভহৌদনা মশা পুম্বা শন্দোরকখি। মকম অসিগী মীওইশিংনা মাবু উবদা শোয়মনা হজোইগনি। তুক-চগনি। হরাও হরাও কৌবগী মহুত্তা থৈহুনা চৎনখিগনি। অহু ওইরবদি ঐনা মকম অসিদা লৈহুনা ময়ামগী সেবা তৌরুবগী কারবা করিনো? ময়ামা হজোইনরবা ঐনা মকম অসিদা খোঙ থাংজিনব হৌনদে। ঐ হুনখিবনা অশেংবা খোঙথাং ওইসনি।

"করি তৌরবগে?" রাজেন্না মঙ থুগায়রকখি। হৈনিংবদি পোক্লে। করিগীনো ওসি থৌনা অমুক য়াওজ্রিবরিবনা। ভাইহাক মুকথহুনা রাখল খল্লিভৈবা লাংবগী মীনিল তাককখি। য়েংখৎলাকপদা পুলপী অহল, অঙাং ময়ায়া গাড়ী মকাক্তা য়োমশিন্দুনা লেপ্লুবা অহুমা উক ওম্রে।

অহল অমম্না হায়রকই— "অমুক কুইবা অকপ অমে মহাক্না আশ্রম অসিদা লাকদবা মুজিং অতুত্তা পাহুনা ঐখোয় লেপ্লিবনি।

ভাগিদ্রগীদি খুজং অসিগী তুংগী আশা মপুং ফারমি। ঐখোয়গী নীংবা থুংলে।

অমনা অমুক হায়রকই - "খুজং অসিগী মরাইবক ওইরিবা আশ্রম অসিবু ভাকপী শেনবীনবা মপু লৈররোইদ্রা। হায়রুবা ঐখোয়দি মুংশা থিরম্বনি। পুন্নমক অসি থাদোক্লগা চৎখিবা য়ারোই। পুন্সি মুংশাংনা মরামগী সেবা তৌদুনা লৈখিগদবনি। নম, ইবেম্মুন, হেক মীং উটশিনখিবা মুঘিং অজুনগী আশ্রম অসে ইহাং হাংবগুম মপু পান্দনা হিংলক্লবনিনে।

হৌজিক্তা উমেশতু ভাব তাররে। থরম্বগা মরামগী মমল য়াম্লবা মীপুংশিগী রাহে মরাম অসি তাবদ চেম্না পুক্লিং মুংশিররে। খল্লি — "করিনা মরামগী লমন শিংগনি। পুন্সি অসি কথোক্লবসু মতিক চারোইদৌরি।"

উমেশ পাড়ীদগী কুমথরুনা আশ্রম মমুংদা চংলরে। আশ্রমগী মীওই খুদিংমক মহাকপু ওকপগী লোইনা থোক্লুনা ভাইনরম্মী। উমেশ না ভাংদনা রাজেন্দ্রা অমুক্তং য়েংই। রাজেনসু মোমোন নোক্লুনা লাংতক্লবা মীৎয়েংতুগী পাওখুম পীখি।

অহুবু পুন্নমক ওরম্রে। গেট চংলকপগী অহাংবা মফমদু রাংনা শারিবা 'নর্সিং হোম' না মোমোন নোক্লুনা লেপ্লুনা লৈরম্রে। লৈমগী আশা, রাখল লৌশিং পুন্নমক মফম অসিদা পুনশিনবগুম উরকই। মহুগা থংনম্না লৈরিবা অঙৌবা ফুক্লাদু মমাপীনি। উমেশকী খোঙথাং লেপখ্রে। চংশিন্দুনা নুংগ্লাক মথক অতুদা হুম্না হুম্না লাইবক অসি থুগায়রবতদা পেনপমি। মীতগী পি চেল্লরকখি। উমেশকী খঙ্গোক্লমুংদা অম্মনা নিকরমগক্না — "মখগী মপোক্তসু ইমা ওইনা কংজথেকো" পি তৈথোক্লগা খোঙ থাগলকপদা শান্তিনা স্নুং-স্নুং কপ্লহু শেংকাভ্তনা তারকই। মেত্তনা থাংলকপদা খোঙথাংবা মহৌশা য়োমীতাগা শান্তিগা-লৈরম্বা কাদুগী খোঙনাও মনাক য়ৌরম্রে। মহৌশাগুম কাগী খোঙনাও হাংহুনা

য়েংলকয়া খনুবা শককম অহুদি উখিয়ে। মহুশী এহুজ. মতম কুইনদগী লোনশিন্নবা খোঙনাওহু মচি লেংদনা লৈরি।

উমেশকী খশ্নোয়হু ফুহুনা পুখিরগুম শোঙ খাংবা য়ারকখি। থৌদোক খুদিংমক মীৎতা উরকখি।

মুমশী ছিড়ী হেক কাখৎলকপদা হায়া ঙাউহুনা লৈরয়বা য়াইমনা শোল্লি শোল্লি হৌগৎতুনা উমেশপু কোম্নুনা কপ্পিং কপ্পিং তৌনা হায়রকই— "ঐখি হায়খিবনি, ইচাদি মরাল লৈতবনি, নখোয়না মাবু কনু। নোংমা শোয়মনা ঐখোয়গা উরখিগনি হায়ন।"

অহল অহুগী খশ্নোয় শোয়বা মতৌ অহুনা ঙাইদগী খিজৎতুনা খমলুরবা শোয়বা খশ্নোয় অদো মহি ওন্নুনা মীৎলুদগী চেম্বরক্লে। অহবু তায়াইমনা অমুক থিনা শোকচিল্লমগনি হায়বসিদি মহাক্তি খনুদবনি।

য়াইমহু উমেশকী চিন্তা পুহুনা পাজলদি থোকপা ওমদনা লৈরিঙৈদা লৈমন্থু সংসার থাদোকপ্রে। মহুদগী শোকচিনখিহুনা ইকন কনখহনা লৈরিঙৈদা হন্দক অরুম লাইহৌ তৌহুনা মুখিং খরনি নাখি। নাবহুদগী ইকন কনখৎপা ওমদনা লৈরকপনি।

খাম্তিনা চারুদগী শিন্দুনা ময়াম্নুংগী কা, শেথন চানবা ফি-রোল খুদিংমক শেম শাহুনা খরবনি। অনৌবা ফিরোল হোংলহুনা থোরকুনা য়াইমগা ডাইহাক অয়া মুংঙাই লিংশিন্নহুবা বারী শানরি। ওগা অসিদা ডাঃ প্রমোদম্বু মাগী মুগী অমদি মচাহুপা পুরহুনা চংলকই। প্রমোদপুদি খঙলবম্ব মহাক উমাবুদি লাকশিনবা খরা য়ারে। মহৌশাগী উমাহু অপ্রে। শকফমহু ছোংলে হায়বা য়াঙ্গে। মহৌশাগী তমাপ-তনাপ লাওবী শাবাম্বু মাংপ্রে। চিং-লেয়বী মুমগী মৌদী শঙ্কমা শাবানহু নোয় পেন্না উরে। ডশেংমা ডাঃ প্রমোদতগী মহাক্তা চহি হেন্না লৈশিন্না উরে। হেক য়েংবদা হায়বা ওমগবি অয়াৎপা মৈজন মোয়োয়য়বা মায়থোংনি।

খল্লিডৈদা চংশিল্লজুনা মোমোন ভৌনা হায়রকই — "খরা ওন্না য়ৌরকে ভৌবনি। ইবুংঙোগী পুন্সা পোং খরা লৈবা হেক চংজুরে। অহুনা খরা থেংয়োকখ্রে।

ডাঃ প্রমোদনা নোক্না নোক হায়রকই —"খুড়া নহাক্নথৈ আঙকপা মপু লৈত্রে হায়রুদা রাবত্তু ওসিদগী দি অশেংবা মপু লেংদনা লৈরনি রা-বীরুরন্ন।"

রাইমত্তু হৌজিক্তা মোমোন নোকলকই। ওসাইদগী মীশক অমা-খক্তি উবা ফংত্রি। হংগে খল্লিঙাই মথং মথং মী লাকুনা ভাইহাক্না রারী লেপত্রি। তশেংনমক উমাগী মুংঙাইরবা পুক্নি অত্তু উবদা ভাই-হাক্তি মশাগী রারী কাওথোক্খ্রে। ডাঃ মথোয় অনিগী পুক্নি অহু উবদা উমেশকী থক্তোয় ইপেন পেনখি। মথোয়গী পুক্নি অসিনি হিংবগী মখল হায়বদো। উমানা মচাম্নুপাগী মখুৎ পায়হুনা চংশিল্লগা হায়রকই — "ইবুংঙো, নঙগী কাকাবু থুরুম্মু।"

উমেশ ইভক ওক্লা মুপামচা অহুদা য়েংলহুনা থুরুমদনবা যুক হৌ-গৎলি। উমাগী মথোং খঙদবা অঙাওবীগী মতৌ অসিমখি হোংলখ-ত্রিদনা। তশেংনমক্তি ইনখৎলক্লিবা অকবতা তানখৎলক্লিবা অঙাং অহুনা মঙোন্দা থুরুমবত্তু উমেশনা পামজদে। উমেশনা ওক্লা হংলকই —"কনানো মহাকসিনা?"

মোমোন নোক্তুনা পেঙনা হায়রকই —"ঐগী ইচানে। কাওরবয়ো, রাজুনে।"

"ওহ! ঐদি কররম্না খঙলুগনি। চহি ৫/৬ তা উথিবা শক্তম অহুনা চহি ২০/২১ গী মশক মতৌ ফজরবা পাখঙ ওইনা লৈরমলে।

উমা মোমোন নোক্তুনা মচাদা য়েংজৈ। উমেশনা রাজুবু চেংনা কোনশিনবী অহুগা হায়রকই — "নঙদি থ্বাইদগী লাইবক ফবা মচানি। ডাক্তর অমদি উমাবু নঙগী ইমা পাবুং ওইনা ফংজবসে। ইমা পাবুংগী সেখা মতোল লোম্না ভৌবা ওন্না ওইয়ু।"

উমানা মথা তায়রকই — "হয়েংদি মীয়মদা চঙ্খিগদবনি। অহুদা ঐনা নুঙশী কাকাবু অমুক্কং থুরম্‌ল্‌সি হায়রহনা ইমা ইচা লাকমিন্নখ্রিবনি।"

বাজুদা হংলকই — "করি লমদনো ? করি তম্বা চৎকে হায়রিব্রা ?"

প্রমোদনা পাওথুম ওইনা শন্না থুম্মি — "Bangalore দা ডাক্তর তম্বা থাগে তৌবনি। হয়েংসি চৎপা তাবে।"

"অহুদি য়াম্না ফবা য়ানিদনা। মমা মপাগী তৌকম থোকপা থৌদাং অহুমক ডাক্তরনা তৌবীরবনি। উমেশকী মায়থোংদা হবাও তয়াম্বনা থন্না ভাবকখি।"

অহানবা ওইনা য়াজুনা হায়রকই — "অহুগা কাকা, ঐনা তম্ল্‌গদৌরিবা ডাক্তর অসিসু আশ্রম অসিগীদমক্তনি। মফম অসিগী নস'সিং হোম অসিদা ঐগী পুন্সিসু কথোকনি।"

য়াহৈ অহুদা উমেশন মমা মপা অনিমক্তা যেংলুই। মখোয় অনিসু মোয়োর নোকুনা মচাগী য়াহৈছু তাহনা লৈবি। উমেশ হয়াও মুংঙাইরগী পিগা লোয়ননা য়াজুবু চেৎনা কোনশিল্লি। য়াহৈ অহুমক উমেশতদি থৌনা চান্না ওইনা থোকখ্রে।

পীক্লিঙৈদা থঙলমজ্রবসু হৌজিক্তি বাজুসু মহাক আশ্রমদগী হৌরকখিদ্রবনি হায়রবসি থঙজর'ক্ল। থঙলকপা মীকুপ অহুদগী মফম অসিগা তৎন-থানবা য়াত্রবা মরী অমদি খঙ্গোয়দা ফাওরকখি। মচানা য়াফম অসি থঙলক্লগা মাবু থাদোকুনা চৎখিগত্রা থন্দুনা য়াজবম্বনি। ,ফনা কন্না মরী অহু লোৎচখিবনি অহুবু মতমনা অশেংবা অহু য়াজুগী মফমদা তম্লখি। অহুবু মমাগী খঙ্গোব মশক মুন্না থঙলবা য়াজুনা মমাগী মুংঙাইতনবা খোঙথাং অমা ফাওবা থায়খিদে। মমাগী মুংঙাইতবা মুকথবা শকক্ষম উয়রবদি মহু কত্রি ফাওবা মমাগী মনাক্তা নৈশিন্দুনা নোংমগী মথৌ ফাওবা তৌবা তোকথোকুনা মমাবু নোক্লনবা হোৎনজে। মচাগী

ময়াম্বু নিংবা মত্রৌ অসিদা মমা ওইবীগী থম্মোয়দু জগা তগা থরকখি। পুকচেলসু চাওথোরকখি।

অচাং ওইরিবৈদা পুন্নবা শামমিন্নবা মতম থরগী মরুপশিং অমু লোইনা কায়নখ্রে। মমি শাম্মী নিংশিংবা নত্তনা খুদিংমক মাঙখ্রে। ময়ামদগী থরা শিংবা লানঙম্বদি মফম অসিদা চাওরকখি। শান্তিনসু কম্না হোৎনহুনা মহৈ মপুং ফানা তমহনখি। রমানন্দনসু লুনা তৌজরম্বনি। রমানন্দগী মতেং পাংবা ওইন আশ্রমগী থবক পুবা য়াওরকখি। হৌজিক্তি মপুং মরৈ ফারে। রাজুদগী চহিদসু মহাক্না হল্লি। অদুবু খেন্নবদি অসুক্কী মতিক লৈখ্রে। পৌক্লিবৈদগী মফম অসিদা চাওরকপনা মীপুম খুদিংমক্তা চপ মান্নবা সুংশি চানবীবগী থম্মোয় চেল্লি। মশাবু খ্বাইদগী তোঙবা মীনি থৗৈ। শক্তমহু পুন্সিদা অমুক্তা মপুং ফানা নোক্লিবা মাল্লি। মা ইঙাং ঙাংদনা মীৎনতং য়েংলগা থওগনবা মীতানি। অদুগা রাজুদি, মেরা থাদা মীপুম খুদিংমকপু পেলহন্নবগীদমক তরং তরং থোরকপা অতিয়াগী থাজনি। মমা মপাগী অশেংবা মীসুংশি তন্না য়োমহুনা চাওরকপনি। মায়থোংহুসু অরুংবা ঈয়ায়থক্তা মনীংতম্না শাংকায়রক্লিবা অঙৌবা থম্বালগুম্বনি।

অঙকপনি মীওইবগী লাইবক। "পুন্সি অমত্তদা শাংমিন্নরবসু থম্বাল খুদিংমক ঈশ্বরগী থুযা য়োবা নত্তে।"

ময়াম পুন্নমক ঙসিদি মফম অসিদা পুন্না সুংঙাইবগী চাকলেন অমা চামিন্ননবা শিমখ্রে। শান্তি, উমা শিন লাংবদা চংখ্রে। আশ্রমগী মীওই খুদিংমক অয়াম্বনা লোইনা উনরে। সুপ্নগী মীশক অমথক্তি হৌজিক ফাওবা উবা ফংক্রি। উনরগা করি হায়না রা হৌদোক্লুনা মারী শাগদগে থল্লিবনি। অদুবু মীশক অসিগী রাদি কনানসু হৌদোরকখিদ্রে। পুন্নমক ফাথরগা রাজেন্দা, হংলকই—"রমানন্দদি উদেনা? মহাক থবক য়াম্না চিল্লিবজাৎলা?"

রাজেন্না মোঙ্খাঙনা ঊংনা হায়রকই— "মশিগী মতাংদা মতৌ লন্দা ঐনা মীনবগে। তপ্না য়ারী শায়গে থন্দুনা হায়রম্মি।"

উমেশকী মীংয়েংদু লাংতক্নরকই। জেলদগী অসিমতং থন্দুনা লাকখি। ময়াম্বা শক্না, মনাওনি থম্না ঙাকপীয়ু হায়জগে। অদুবু মীশক অদু কদায়দা চংখ্রবগে। থম্মোয়গী ওইবা য়াহৈ অমা অনিদং ফাওবা তমজবা কংলক্লোইদ্রা। রাজেন, "করিনো নুঙনা হায়রিবদু? মহাক কদায়দা লৈবগে?"

"উমেশ মহাক মকন্না অসি থাদোক্তুনা চংখ্রে।"

"কদায়দা?"

"ঐখোয়গী অশেংবা থঙদে।"

য়াহৈদু তাবদা উমেশ জ্ঞান মাঙখ্রে। থাজদনা থোক্লিবা মতৌ অসিদা মতোমতা হেন্না চিংনরক্রে। য়া ঙাংদনা ঙাইহাক থম্লগা তপ্না হায়রকই— "মহাক্না ঐবু তশেংনা লাম্না উখ্রেদনা। ঐস্তু য়াকম থরদি মঙোন্দা শেংদোক্লিংবনি। অদুবু ··· —। উমেশকী শককমদু সুংঙাই-তবনা ইমক মকশিন্না লুকথখি।

রাজেন্দু য়া থম্না হায়গে হায়দুনা য়া কাথোক্লুই অদুবু করি থম্লবনো তুমিন্না লৈখ্রে।

তপ্না অসিদা পাখঙ মচা অমা চংলক্লুনা উমেশতা কাকা হায়দুনা কৌরকই। উমেশনা য়েংথংলকপদা পাখঙ মচা অদুনা নোক্লক্লগা তৌনা— "ঐ লাঙমনি, কাকা।"

উরবা তারবা খুদিংমক্তা উমেশতদি ঙকপতনা থনখ্রে। অদুবু থুনা মশক লাকশিনবা ঙম্নকখি। উমেশকী ঙকচাম্নবা মতৌ অদুদা পাখঙ অদুনা চেংনা থুপচিন্নবা চে অমা পীরদুনা হায়রকই— "ক্যাকা য়মানন্দনা পাদা পীয়ু হায়দুনা চেংনা শিন্নরম্মনি।"

খঙহৌদনা হংলকখি — "মহাক কদায়দা চংখ্রগে ?"

ঐখোয়গী খঙকে। কাকা। অহিং অমদা লোয়া চিঠিসি খনগদা চংখিবনি। কাকা নত্তনা চিঠিসি হাংদোকনু হায়না ইয়বা অহুদা ঐখোয় ককানন্থু চিঠিসি পাখ্রি।

চেৎনা থুপচিল্লবা চিঠিদু উমেশ ঙাইত্তমদনা হাংদোকই। নাল্লবা খুৎইমা ময়েক কয়া অম্মুরা ইরম্মী।

উমেশ,

ঙসিগী নুমিৎ অসে ঐনা কয়াদা রানা ঙাইরকখিবগে হায়বদো তম্বনদি অরাবা অদো খঙহনবা ঙম্মরোই। নঙনা চহী ১২ বত্তি ওইনা জেলদা, অমুগা ঐনা মফম অসিদা। অদি অসিগী খেন্নবা লৈরম্লোই। অদুবু পুক্রিংগী শান্তিদি নহাক শোয়দনা ফংলমগনি। নঙগী বত্তিগী পুন্সি অদুবু ঐনা কল্লকচখি, উমেশ।

করিগুম্বদা খল্লকখি, থৌদাং অসে পাংথোকপা ঙমদনা ঈশ্বর মানা থুনা লৌশিনবিগনগদ্রা হায়না। মাঙদা উন্নবা অশিবা মহাকপু ঐনা হায়জ-নোমহনা কয়াদা রানা নঙবু থোরকপা ঙাইখিবা তম্বনা রাংলখনি। ঐগী মারী অসে ময়ায়দগী হৌরমানে। রাজেমা তম্মবদি নহাকমু খঙ-লমগনি খল্লি। ঐ থাজবা লায়না 'এইডস' হায়নহনা নায়বা মীশক অম্মনি। করিম্বগী করম্মা ওইখিবা কারী অতুম্বদি লিম্মরোই। ঐগীমু লায়না অসিনা নাম্মবগী ইরাল অমদি লৈরমগনি।

ঐগী অরোইবা মতম লাক্লে। মসিগীদমক্তদি ঐগী থাংবা তম্বগী থৌনা লৈ। অদুবু উমেশ, রাকম অমথক্তি নিংশিংলুবদা থাংবা তম্বগী থৌনা হেক হেক মাংখি। ঐগীসে থয়া থেংমনগমালে। অদুনি হায়-দুনমু রাকম অসিমদি হায়রমদনা ঐ চৎখিবা পামজে।

রোমীতা 'মথোক্‌ অসিদী মরীক্‌ ঐ রাম্মা থেংলো' খঙ্‌ই। তাকমহ্‌ ঐঙোন্দা ইবেন্‌ কোংনা শরুহল্লবদি ওদি ঐভোন্দা কাক্লিবা থাংবদা য়াবা চৈবা অসিনদি লোকন্নবনি : করিগীদমক্তা য়াকমহ্‌ লোতভ্রা লশাগী থম্মোয়বু চৈরাক পীজরিবনো? পূম্নমক অসিদী জারি ঐমফিক

রোমীতাগী ড্রাইভরি পাকপগী পূম্নমক মরোক শেংনা খঙলে। মহাকী থম্মোয়দা নঙগী মকমদি অমুকী মতিক চাওনা কন্নুনা লৈপ্রবনি। ঐঙোন্দদি মুগ্ধগী তৌবীমল উৎপত্তনি। মসিখক্তং মহাকী থম্মোয়দা ফাওরম্বা অসিমক ঐ য়াম্মা পেল্লি। মসিনা ঐখোয়গী য়ারীনি।

ঐনা মপুং কাহনবা ওম্নমত্রবা থৌদাংশিং অমহ্‌ নঙনা মপুং কাহল-লুকো। উমেশ। 'নর্সিং হোম' অমহ্‌ মমিং অমতংদি থোম্নিংবনি। ইমাশিনমু হায়রম্মী অমহ্‌বু মহ্‌মদি নঙগী দায়ত্ব ওইহল্লগে হায়হ্‌না হৌজিক কাওনা থাক্লিবদি। ইমাশিনদি রোমীতাগী মীংদা থোম্নিংমানে। নঙগী অপাম্বহ্‌ ঐগীসু অপাম্বনি। ঐগী মিংদা ইরম্বা রোমীতাগী সম্পাত্তিশিং অমহ্‌ আশ্রমগী ওইনা ঐনা ওম্মোক্লবনি। মরু ওইবা চে-চাং লোয়নমক লানওম্বদা শিন্নরম্নবনি।

নঙগা উম্নবনা ঐনা চংখিব হায়বা অসিমক নঙনা শোইদনা হুং-হুংঙাইরোই হায়বা খঙই। অমহ্‌বু কন্নি উপাইদি লৈ। নঙনা হায়না য়েরক্লবদি ঐবু কন্নিঙবা মঙং অমদানু-নঙনা চংকে হায়বা য়াংমোই। মসি খঙহ্‌না ঐনা হায়না মকফসি থাদোক্লবনি। ঐগী পাহ্‌ংকম লৈতে। 'থাদ-লিবা থোঙ অশিনা পায়খংঙা থেন্না লেম্লবা মকমহ্‌লা ঐগী পাহ্‌ংকদি। ঐগী অয়োইবগী পাও অহ্লাকদি লখোম্নদা লৌরক্লবদি ঐ শোম্নদনা শিন্নমঙ-গনি। মফম অমদা লৈরবসু ঐগী থরায় য়াওরবা হকচাং অহ্‌তদি আশ্রম অসিগী জগা অমদা য়াইপকম ওইহল্লুকো। মসিমতংদি নঙোন্দা শিন্ন-রম্নগে। উমেশ।

ঐ মকম অসি থাদোক্লুনা চংলে, উমেশ।

—রমা।